# Manipuri Glossary
## OF
# POLITICAL TERMS

মতমগী চৎনবী রাজনিতি

ৱাহৈ-ৱাতাশিং নৈন-লাইরিক

COMPILED & EDITED BY

**L. JNANENDRA SINGH**

# POLITICAL TERMS

(মতমগী চৎনবী রাজনিতি
ৱাহৈ-ৱাতাশিং নৈন-লাইরিক)



COMPILED & EDITED BY :

**L. JNANENDRA SINGH**

# পোলিটিকেল টাম্‌গী

## মানিপুরী গ্লোসারী

### A

**Absolutism.**— সাসনগী থবক্তা মীয়ামগী মীহুৎ, ভোট নত্ত্রগা কন্নিগুম্বা গনতন্ত্রগী মওং অমত্তা য়াওদবা, মনিং মথা তৌবা মীওই খরনা তৌবা সাসনগী নিতি।

**Abolition.** ( মুথৎপা ) **Abolition of Exploiting Classes** (শুমহুনা চাবা কাংলুপ মুথৎপা)— সমাজবাদ শাগৎপদা পাংথোকত্রবা য়াদ্রবা থৌদাং। শেঙ্গাও পায়বশিংগী মরল-মথুম, লৌয়াম চাবশিংগী লৌয়াম, ফেক্টরী-কারখানা, খনি, ট্রান্সপোর্ট কম্যুনিকেসন পুম্নমক মও্ুনা, কন্নিগুম্বদা ক্ষতিপূরন থন্না থিজং পীত্না পাংথোকপগী মওং অসিনচিংবা হায়বদি, শেঙ্গাও পায়বা, লৌয়াম চাবশিংনা মীয়ামবু শুমহুনা চাবদা শিজিন্নবা থোকহন খুৎলায় পুম্নমক মৎপগী থবক। সোভিয়েট রাশিয়াদা শুমহুনা চাবা কাংলুপ মুথৎখিবদা কাংলুপ অসিনা কন্না থিংননবা হোৎনখি। খুৎ-লাই পায়হুনা, মী হাৎতুনা, ভেংক্ষ-খুগাইবগী তমখিন্নবা থবক কন্না চথহুনা অথিংবা পিনবা হোৎনখি অহুবু অসিগুম্বা মীওইশিংবু শাথিবা দগুীগী চৈরাক পীহুনা নমথখি। খুঙ্গংগী লমদা মখোয়গী মরল-মথুম পুন্না মৎখি অহুগা মখোয়গী ইমুং-মনুংশিং প ুন্না অথাপ্পা

লমদা লোয়থখি অকনবা তাখিংব', অয়েংপা পীখিদবা মীওই-
শিংগী ইমুং মমু'শিংনা অথাপ্পা মফমদা থুন্দাহনখি। থুঙংগী শেপ্পাও
পায়বা ইনাক খুনাশিং মযাম্না লমদমতুদগী থরা হেল্লা থাপ্পা মফম-
শিংদা পুম্না থুন্দাহনখি অমস্তুং মখোয়গী হিংবনা পায়নবগী দরকার
শিংদু পীবিখি। মতৌ অসুম তৌনা, সনাজদা হাপ্পা শুমহৎনা মী
ওৎহনা পাল্লম্বা কাংবুশিং পুম্না সমাজগী কান্ননবা থবক্তা সরকারগী
মখুত্তা লৈরবা কারখানা, থনি ১স্তুং ইন্দষ্ট্রি কয়াদা থবক তৌহনখি।
মখোয়শিংবু অমুক হন্না মওং চাবা মওংদা শু-পোল্লগী রাখলদা মপুং
ফানা শিক্ষা পীরবা মতুংদা সোভিয়েট ইউনিয়নগী মপুং ফাবা নাগ-
রিক অমমম ওইহনখি। মতৌ সোসিয়ালিষ্ট লৈপাকশিংদদি শুম-
হুনা চাবা কাংলুপশিংগী মুখ্যংগী থবকসি খিত্তুং থোং লৌবা মওংদা
চংখি।

Activists.— রাজনিতি দল অমদা, দল অতুগী নিং ...
অতু পাংথোক্লবদা চুন্নতগী প্রোগ্রাম অমা লাউংথোকপগী মতৃত্তা অকয়া
থোংথাং লৌহুনা থবক্তা তগনিংবা পাম্বা কাবু।

Advantages of Socialism over Capitalism

(শেপ্পাও পায়বগী নিয়ম-নিতিগী সমাজবাদকী নিয়ম নিতিন হেল্লা
থাদোং চাবগী মওং।— কেপিটেলিজমগা চাংদম্নবদা সমাজবাদকী
নিয়ম নিতি অসি হেল্লা চাওপা মওংগী সমাজগী মওং মমি
হায়বদি মথাগী মরমশং আহনা পোংনা উংলি— সামাজিক অমস্তুং
অর্থনিতিকী লমদাঃ মীনা মীবু শুমহৎনা চাবগী চৎনবী মুখ্যংখিবগী

লোইনবা অতুগা থোকহন-খুংলাই খুদিংমক অপুনবগী (পব্লিক্কী) খুত্তা লৈবনা মরম ওইত্রনা, জাতিগী শেল থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবা, রাজ্যগী ওইবা পাক চাওবা থৌবাং পায়থৎতুনা সমাজগী ওইনা সরকার লৈবা পোৎচংশিং অমসুং রাখলগী মচাক্কী সরকারশিং (স্পিরিচুয়েল) পুম্না ফংহল্লি ; শেক্লাও পায়বা সমাজগী ওইবা অর্থনিতিগী ক্রাইসিস, শেলগী মমল য়াওদবা, থবক ফংদবগী সমস্যা পুম্বা সমাজবাদকী সমাজদা লৈতবনা মরম ওইদুনা, পোৎ-ৈচগী মমলনা লেংদনা হেনগত্তুনা লৈবা অতুগা অশুমল্লা তপ্না-তপ্না হেনগৎহন্দুনা মতুগা লোইননা, পেন্সন এলাওয়েন্স অমসুং অতৈ খুদোং কয়া পীদুনা মীয়ামগী হিংতুনা লৈবগী থাক রাংখৎহল্লি ।

সমাজগী অমসুং রাজনিতিগী ওইবা লমদনা : খুন্নাইগী স্বার্থদা য়ুম্ফম ওইবা অতুগা লৌমী, শিল্পী অমসুং লাইরিক লাইশু হৈবশিংগী (ইন্টেলেকচুয়েল্স) পৃথিবীগী ওইবা অপুনবা মীৎয়েংদা, সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা লৈল্লিবা মীওই পুম্বগী লমচৎ শাজং, রাজনিতি অমসুং রাখলগী ওইবা অচেৎপা একটাতু লৈ ; সমাজবাদকী গনতন্ত্র অতু তেন্না পাকথোক চাও থাকহন্দুনা, হেন্না মরা চেৎশিনহন্দুনা, লম্নাই মীওইশিংগী অশেংবা নিংতম্বা, মীওইনা ফংফম থোকপা অধিকার, অশেংবা মীয়ামগী ওইবা সরকার অমসুং সরকার অতু চলাইবদা লৌমী শিল্পীশিংগী শরুক চাওনা লৌই ; অসিগুম্বা সমাজসিদ লাল পাম্বা স্বার্থবাদীগী মীওই অমসুং কাংলুপশিং সমাজসিদা লৈতে ।

Aggression (কাইহৌরুদনা মীগী লমদা লাম্বাবা)—লৈবাক অমগী লম লৌশিন্নবা অমসুং মতুবু অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী

ওইনা নমথনবা অচৌব' শক্তিনা মনিং-তৌনা, কাইহৌরুদনা লান-দাবগী থবকনি। লান্দাবগী ময়েক লারবা খুদমশিংদি – ইউনাইটেড স্টেটস (আমেরিকা) না ভিয়েটনামগী মীয়ামগী মথক্তা লান্দাবা, হন্দক্তা চীনানা ভিয়েটনামগী মথক্তা লান্দাবা অমসুং ইজরেলনা আরব লৈবাকশিংগী মথক্তা লান্দাবা।

Agitation (মীয়াম হৌহনবগী থবক)— রাখল, খোল্লাও, আপীল অমসুং রারী-রাত্তাইনা, মীটিংনা অমসুং মীয়াম পাক চাওনা পাবা চে-চাংগী মতেংনা মীয়াম খোম্লবা তৌবা রাজনিতিগী থবক থৌওং। সমাজদা লৈরিবা মথল-মথাগী কাংলুপশিং অমসুং রাজনিতি দলশিংগীদমক্তা রাজনিতি অমসুং রাখলগী ওইবা লড়াইগী মওং অমনি।

Alliance of the working Class & the Peasantry (শিন্মী অমসুং লৌমী কাংলুপ অনিগী মরক্তা নকবা তেংবাং-নবগী থবক)— বূর্জুরা গনতান্ত্রিক বীপ্লব অমসুং সোসিয়েলিষ্ট বাপ্লবশিং, সম্রাজ্যবাদী বিরোধী ওইবা জাতিগী নিংতম লড়াইদা, সোসিয়েলিজম অমসুং কম্যুনিজম শাগৎপগী থৌদাংদা সহর অমসুং খুঙ্গংগী লমদা লৈবা, শু নোমজুনা হিংলিবা খাইদগী মরু ওইবা কাং-লুপ লৌমী অমসুং শিন্মী অনিগী মরক্তা অচেৎপা তেংবাংনবগী থবক। অসিগুম্বা তেংবাংনবা অসি শিন্মী অমসুং লৌমী অনিমক্কী স্বার্থদা তৌদবা য়াদ্রবা ভণ্ডাই ফদবনি। শিন্মী কাংলুপ মপুং ফানা চাওখৎত্রিবা দেশশিংদা অদুগা অসিগুম্বা দেশশিংসিদা সমাজগী

অমস্যুং রাজনিতিগী পুন্সিদা মথোয়শিংনা মরুওইবা লমজিং শক্তি ওইদ্রিবা লমশিংদা নত্তুনা অসিগুম্বা লমজিংবগী মরু ওইবা থৌদাং লৌবসি মতম চুপ্পদা শিন্মীশিংনা ওইগদবনি।

Amnesty. – কাওথোকখিবা নত্রগা মতম চুপ্পগী ওইনা কাওখিবা হায়বা গ্রিকী রহৈ অত্তুদগী লাকপনি; রাজনিতিগী নত্রগ অতৈ মরাল লৈবশিংবু ষ্টেটনা ঙাকপিবগী থবক মওংনি। রাজনিতিগী সান্দাই তৌনবদা মসি তোয়না শিজিন্নৈ। লালহৌবা, টেরোরিষ্ট ডেকোইটসনচিংবা এমনেস্টি তৌদুনা সরেন্দর তৌহল্লি। ফাইনান্সিয়েল অমস্যুং টেক্স এমনেষ্টীনচিংবস্যু লৈ।

Anarchism (মপু পান্দবা মথোং থংদবগী নিতি) – গ্রিকী রাহৈ anarchia (non-rule) দগী লাকপনি। ওর্গেনাইজ অথোরিটি নত্রগা সরকারবু মুথৎনববু শোগৎপা রাজনিতিগী ডোকট্রিন। অথোরিটি অমস্যুং সরকারগী মথক্তা হোট্টাইল ওইবা রাজনিতিক অমস্যুং সমাজিক্কী নিতি; মসি সোসিয়েলিজম অমস্যুং শিন্মীশিংনা শক্তি পায়বা সরকারগী মায়োক্তস্যু চৎথে। মসিনা শিন্মী কাংলুপ্পা মওং চুম্না চত্থবা আন্দোলনগী মওংবু য়াদে। পেটি বুর্জজুৱাগী পনথুং য়াওদবা রাজনিতিগী লম্বীনি।

Anarcho-Syndicalism (এনার্কিজমগী রাথলনা হুমহুনা পুবা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী রাথলবু য়াদবা শিন্মী কাংলুপকী ইহৌগী মওং) – নিয়ম-নিতি য়াওদবা, মথোং থংদবা, মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী রাথলগী রাংমগী ওইবা শিন্মী কাংলুপকী ইহৌগী মওং; মসিগী

রাথলবু শোগংপশিংনা, রাজনিতিগী আন্দোলনগী দরকার ওইদে হায়না হায়, শিল্পী শিংগী ওইবা মনিং তম্বা পার্টি অতুগা শিল্পী কাংলুপ্পা রাজনিতিগী শক্তি পায়বগী রাথলবু যাদে। এনার্কে-সিন্দিকেলিষ্টশিংন "ডাইরেক্ট একসন" দনা। তায়বদি ষ্ট্রাইককোট, বৈথাই থুগাইবা, অর্থনিতিকী ওইবা ষ্ট্রাইকনচিংবতনা কেপিটেলিজমবু মাংহনবা ঙমগনি অমসুং অনৌবা সমাজ অমা শাগংপা, অতুগা শিল্পী কাংলুপ্পা রাজ্যগী শক্তি পায়ক্রনস্ত্র. শেপ্পাও পায়বশিংগী মথুক্ত লৈরিবা থোকহন-থুংলাইশিং মংপা ঙমগনি হায়না লৌই।

Anarchy of Production, (নিয়ম নিতি য়াওদবা মওদা পোংথোক পং-পুদা পুথোকপগী মওং) - মার্কেটকী ডিমান্দ অমসুং সপ্লাইগী মতুং ইন্না লৌউ পোংথোক অমসুং কল কারখানাগী পোংথোক্তা নিয়ম য়াওদনা পং-পুদা পুথোকপগী থবক। মসি শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী মথাদা কল কারখানা মপুশিংনা শেন্দোংগীদমক হন্দুনা চংথে। এনার্কি অফ প্রডক্সন্না মরম ওইদুনা, পোংথোক কা হেন্না নিয়ম য়াওদনা পুথোকপগী ক্রাইসিস, ইনফ্লেসন (শেলগী মগুন য়াওরক্নবা); অর্থনিতিগী ক্রাইসিস, থবক ফুমম নোমফনা লৈতবগী ক্রাইসিস অমসুং মীয়াম শিংদুনা লৈনগী থাক্ত শাগিনা হন্থরকপগী ফিভমদা পুশিল্লকই।

Annexation (মমতুন মীগী লম লৌশিনবগী থবক)— মচেং ওইনা নত্রগা মপুম ওইনা নমতুনা অতোপ্পা লৈবাক্কী নত্রগা মপু ওইরিবা রাজ্যতুগী অয়াংগী প্রাংনদা লম লৌশিনবগী থবক।

**Anti-Hitler Coalition,** (অনিশুবা লাল্লাও শোক ১৯৩৯-৪৫ দা হিটলরনা লুচিংবা ফেসিজমগী ব্লোক অদু থেংননবা শেমখিবা রাজ্যশিং অমস্তুং মীয়ামগী অপুনবা তেংবাননবা (এলাইয়েন্স) — মসি শোক ১৯৪১ দা নাজি জর্মনীনা সোভিয়েট ইউনিয়নগী মথক্তা লান্দারকপা মতমদা শেমখিবনি। মসিগী অপুনবা তেংবাংনবা অসিনা ফেসিজমবু মায়খিবা পীবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। অপুনবা তেংবাংনবা (এলাইয়েন্স) অসিদা রাজ্য ৫০ দগী হেন্না য়াওখি অমসুং রাজ্য খরদি এন্টি-ফেসিষ্টকী লড়াইদা শরুক শুকয়া য়াখিদবসু য়াওখি।

**Anti-Semitism** ...গী মওং) - মা...ক-য়েংথিবগী য়াখল) — মীয়ামবু শুমহুনা চা... পোংশোক অমসুং কল ...কী অপুনবা থুগাইনবা, শিল্পীশিং... পং-পুদা পুথোকপগী থবক। মসি ৎ শিক্তিন্নবা মওংনি। ... মথাদা কল কারখানা মপুশিংনা শেন্দোংগী অসি জা...থে। এনা কি অফ প্রডক্সন্না মবম ওইহনা, পোংশোক ...হেন্না নিয়ম য়াওদনা পুথোকপগী ক্রাইসিস, ইনফ্লেসন (...থল) মশুন য়াওরকপা); অর্থনীতিগী ক্রাইসিস, থবক ... ...সগী মা-...বগী ক্রাইসিস অমসুং মীয়াম্না ...ংদুনা ...ক মসুং অমসুং মপানগী ওইবা ...দা পু...না। ...হোংনবগী য়ৈথাই-থুগাইবগী থবকশিং। এন্টি সোভিয়েট ওইবসিনা এন্টি-কম্যুনিজমগী মরু ওইবা মচাকনি।

**Afartheid,** (দাং অমবু তোথাইনা থম্বা অমসুং হম্বনা শাথিনা তৌবগী মওং) — মসিগী নিতি অমসুং থবকা মওংনি খা

আফ্রিকাদা আফ্রিকানশিং ১মুং ভারত মচাশিংগী মায়োক্তা চথরি। মসি আফ্রিকান রাইহ 'এপার্ট-হুদ' হায়বদগী লাকখিবনি।

Apolitical (রাজনিতিগী হিরমদা থৌশাদবগী মওং) - রাজনিতিগী থাক য়াম্না শাথিনা নেম্বা কাংলুপাশংগী মরক্তা চেনবা রাথলনি। বুর্জজুরা আইডিওলোজিষ্টশিংনা শিন্মীশিংবু মখোয়গী ফংফম থোকপা অধিকারগীদমক্তা খেংনরিবা লড়াইদগী চিংথোক্নবা পংহন্দুনা থম্নবদা শিজিন্নবা মওংনি।

Aristrocracy (অচৌ-অশাংনা শক্তি পান্নবগী মওং — (১) অচৌ-অশাংগী চারোল-শুরোল্না উত্তরাধিকারি ওইনা শাসন পায়বগী সরকারগী মওং ; (২) মীনায় লোয়বা অমসুং লৌয়াম চাবগী ষ্টেটতা খ্বাইদগী থাক রাংবা সমাজগী কাংলুপ। বুজজুরা সমাজদসু এরিষ্টো-ক্রেসিগী মফম য়াম্না চাওনা অতুম লৈ।

Armed-Uprising (শুমহুনা চাবগী মারোক্তা শক্তিগীদমক্তা থেংনবা শিন্না কাংলুপকী খ্বাইদগী রাংবা অন্দোলনগী থাক) — শুমহুনা চাবা কাংলুপ্না মখোয়গী স্বার্থ কন্নবা কা·হেন্না ঙাকথোকপনা মরম ওইহুনা, শিন্মী কাংলুপ্না চংশিন্দবা য়াদনা চংশিন্নকপা খুৎলায় পায়হুনা খেংনরকপগী অন্দোলনগী মওং। মক্তো লম্নম ওৌনা ওক্তোবর ২৪-২৫ (নবেম্বর ৬-৭ অনৌবা ষ্টাইল ক্যালেন্দর॥ মতুং ইন্না) শোক ১৯১৭ কী অহিংদা শিন্মী কাংলুপ, লাম্মী, বালটিক ফ্লিটকী জহাজগী লান্মীশিংনা খুৎলায় পায়হুনা লাল হৌরগা রাশিয়াগী বুর্জজুরা প্রোভিজনেল সরকার অদু লৌথোক্লুনা শিন্মীশিংগী,

সোভিয়েট রাকর্বস অনস্থং লৌমীগী ডিপুটিশিংগী ওইবা মীহুৎশিংগী বোডী অমনা শক্তি পায়খি। অস্থম্ন সোভিয়েট রাশিয়াদা শিল্পী-শিংনা শক্তি পায়খি।

**Arms race** (খুজু-থংলায় শাবদা চাং তান্নবা) — মীগী লমদা লান্দাবা পাম্ব সম্রাজ্যবাদীগী শাক্তশিংনা লালগী খুজু থংলায় শাবদা কা হেন্না চংশিনবগী থবক। আর্মস রেস অসিনা মিলিটরী ইন্দষ্ট্রি-য়েল কমপ্লেক্সকী বোসশিংদা হায়নিংঙাই লৈতবা শেন্দোং ফংহল্ল অদুগা শু-নোমহনা হিংলিবা মীয়ামদনা কা-হেনবা থাজনাগী পোৎ-লুম খোংগংলি। সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেটশিংনা হেক পোক্লকপদগী শেন-জাও পায়বা ষ্টেটশিংগী মিলিটরা সার্কলশিংনা চখবকপা লালগী থৌরাংগী মায়োক্না থেংনবগী থবকসি পৃথিবীগী শান্তিগীদমকতা লেপ্পুনা চখবা তারকই। শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংনা খুজু-থংলায অনৌবা অমা হেক পুথোকপগা মরু "সোভিয়েট রাশিয়ানা কিহন্ন-লকপদগী" (সোভিয়েট থ্রেট) তৌদনা য়াদহনা শারিবনি হায়না বদ-নাম তৌশিল্ল।

**Atheism** (ধর্মগী ওইবা চংনবা অমম্তুং থাজবা পুম্বনু য়াদবগী মিওয়ৎ) — কাইনু থাজদবা, ধর্মগী ওইবা চংনবী পুম্বমু খোমদবা, মশাং মপোক অমগী রাহমবু থাজদবা: মী অমম্তুং মাগী থবকনা (কর্মনা) পুন্নক লেপ্পী অদুগা ইতিহাসকী মরুওইবা মচাল্লি হায়না লৌবগী মিওয়ৎ (Atheist)।

**Authoritarian** ডিক্টেটরগী মওং — ডিক্টেটরগী মওংগী সরকারবু থংহনবা রাইহেনি ডিমোক্রেটিকসিষ্টমগী ওন্ন-তৈনবা মওংনি।

Autonomy (মশানা ঙাকচবা)— গ্রিক্কী রাহৈ 'শ্রেফ-লো' হায়বদগী হৌরকপা মশাগী ওইবা সরকার ( সেলফ-গভর্নমেণ্ট ) হায়বনি।

Axelrod P. B. (1850-1928)— মেন্সেভিক্কী লুচিংবা অমা।

# B

Banks (শেল পুথোক-পুশিন অমসুং কারবারগী থবকতা ময়াই চাবা ওইনা লৈবা শেল থুমগী লোয়শংশিং)— শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংদা বেঙ্ক অমসুং ইন্দষ্ট্রিয়েল কেপিটেল লৈরকপনা মরম ওই-হুনা শেন্থুং পিনবা শেল্লেপ থোরক্কুনা ষ্টেট মেছিন্নরী চলায়বদা অচৌবা থৌদাং লৌহুনা সাসক কাংবুগী স্বার্থদা অচৌবা মতেং ওই। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদদি বেঙ্কশিংনা শেন্থুং পিবগা লোয়ননা শেলগী সারকুলেসন্দা মওং চুন্না চথহন্নবদা অচৌবা মতেং পাংই অমসুং সোসিয়েলিষ্ট ইকোনোমীগী মথাদা থৌরাংগা লোয়ননা চথবা অচৌবা প্লানশিং মায়পাক্না পাংথোক্নবদা তেংবাংই।

Birchites (এন্টি কম্যুনিষ্ট, ফেসিস্ট, রেসিষ্ট কাংলুপ)—শোক ১৯৫৮ দা আমেরিকাদা লিংখৎথিবা ফেসিষ্ট অমসুং রেসিষ্ট সংস্থানগী মেম্বরশিংবু খংনৈ। মসিবু লিংখৎপা আমেরিকান মিসন্নরী অমসুং ইণ্টেলিজেন্স ওফিসার জোহন ব্রিচকী মমিং লৌহুনা সংস্থানসিগী

মেম্বরশিংবু বিরকাইটস হায়রগা থংনৈ। সংস্থান অসিগী মথৌদি এন্টি-কম্যুনিজম প্রচার তৌবা, ডিমোক্রেটিক ইন্সটিট্যুসন পুম্ববু য়াদবা, নিও-ফেসিষ্ট, অলত্রা-রিয়েক্সনারী ওইবা ডিক্টেটোরিয়েল ফেসিষ্ট সরকার অমা আমেরিকাদা লিংথৎতুনা অমুবা জাৎ অমস্থুং গনতন্ত্রিক ওইবা কাংলুপ পুম্ববু নমথবনা মসিগী সিধান্তনি।

Blanqui Louis Augusti (1805-81) — উটোপিয়ান কম্যুনিজম শন্দোক্লম্বা মশক মাইবা ফ্রান্সকী বীপ্লবীক অমনি। মহাক্না শোক ১৮৩০ দগী শোক ১৮৭০ ফাওবগী মতমগী মরুংদা লালহৌ কয়া অমস্থুং বীপ্লবীক অন্দোলন কয়াদা শরুক য়াখি। মহাক্না অয়োনবা বীপ্লবীক সংস্থান কয়া লুচিংলম্মী। মহাক জেলদা চহি ৩৬ তগী হেন্না লেনখি। খুৎলায় পায়বা লালহৌবা কাংলুপ খরতনা শক্তি পায়বা ঙমগনি হায়বগী ৱাখলসিদা লুপতুনা শিন্মী কাংলুপকী থৌদাংবু মহাক্না খৌশাখিদে। মার্ক্স অমস্থুং লেনিন্না বীপ্লবকী স্বার্থদা মহাক্না পীরম্বা কন্ত্রিব্যুসন অচুম্বদি য়াংনা থাঙ্গৎলম্মী। অদুবু মহাক্কী ৱাখল অমস্থুং থবক্কী লমদা প্রচৌবা অশোয়বা অচুবুদি শাখিনা আলোচনা তৌখি।

Blanquism (কাংলুপকী লড়াইবু থাজদবা, মীওই খরতনা লৌতুনতুনা লালহৌরগা মায়ানবু নিংতম্বা ফংহনবা ঙমগনি হায়বা ৱাখলদা থাজবগী নিতি)— ফ্রান্সকী বীপ্লবীক লুই আগষ্টী ব্লাংকুইগী মিংগা মখি লৈনবা রাজনিতিগী ৱাখল। ব্লাঙকিষ্টশিংনা সর্ব্বহারা-শিংগী কাংলুপকী লড়াইদা থাজদে অমস্থুং শিন্মা কাংলুপকী অন্দোলনদা

য়ুদ্ধম ওইদুনা চথবা বীপ্লবকী মওংবু য়াদে। বীপ্লব অমা পাংথোকপা য়াবগী ফিভম কৈত্রবা ফাওবদসু লৌতুনবা কাংলুপ খরতনা বীপ্লবীক কাংলুপশিংগা মরি শুকলৈ লৈনদনা বীপ্লব অমা মায়পাক্না পাং-থোক্নুনা শক্তি মুনবা ঙমগনি হায়বসিদা মখোয়না চেৎনা থাজৈ।

Bolsheviks — রাশিয়ান সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিগী মনুংদা বীপ্লবীক ওইবা মার্ক্সিষ্ট কাংলুপশিং। বোলসেভিজম অসি শোক ১৯০৩ দা রশিয়ান সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক লেবর পার্টিগী অনিশুবা কংগ্রেসতা রাশিয়াদা পোক্লকখিবনি। কংগ্রেস অসিদা লেনিনগী কাংবুনা মশিং হেন্দুনা, মশিং য়াম্বা কাংলুপপু রাশিয়ান মরোন্দা থংনবা "বোলসেভিক্স" হায়বসি কৌখিবনি। রাশিয়ান মরোন্দা মশিং য়াম্বা 'মেজোরিটি' বু 'বোলসিনস্টভো' হায়না থংনৈ।

Bolshevism — অশেংবা মাক্সিজমগী নিতিবু ইনবা সোভিয়েট রাশিয়াদা শোক ১৯০৩ দা পোকখিবা নিতি। রাশিয়ান সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিগী অনিশুবা কংগ্রেসতা মাক্সিজমগী নিতিবু থাজবা লেনিনগী মতুং ইনবা মাশিং য়াম্বা কাংলুপনা ইনবা নিতি।

Bebel, August (1840-1913)— জর্মনীগী অমসুং অন্তর-জাতিকী শিন্মী কাংলুপকী অন্দোলনদা মশক নাইবা মীওই অমা। মহাক অহানবা ইন্টরনেসন্যেলগী (ফাষ্ট ইন্টরনেসন্যেল) মেম্বর ১না অমসুং জর্মন সোসিয়েল ডমোক্রেসিগী ফাউন্দর লিদরনি। মহাকসি মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকা য়াম্না চান্নবা ১মুং নরুনা তিন্নরম্বা মীশক্তি।

শোক ১৮৯০ অমসুং শোক ১৯০০ হৌরকপগী মতমদা মহাক্না রিফোর্মিজম অমসুং রিভিজনিজমগী মায়োক্তা কন্না থেংনখি অদুগা মমৈদদি মহাকসি সেন্ট্রিষ্ট ওইখি।

Bernstein Eduard (1850-1932) — রিফোর্মিজম অমসুং রিভিজনিজমগী লুচিংবা থিওরিটিসিয়ান অমনি। অনি শুবা ইন্টর-নেসনেল অমসুং জর্মন সোসিয়েল ডিমোক্রেসিগী কা হেন্না ওপোর্চু-নিষ্ট কাংলুপকী লুচিংবনি। মহাক্না বুর্জুরাশিংগী মায়কৈদা তোং-ফুনা ওক্টোবর সোসিয়েলিষ্ট বিপ্লব অমসুং সোভিয়েট স্টটকী মা-য়োক্তা লেপখি।

Bernsteinism (এন্টি-মার্ক্সিষ্ট ওইবা, রিভিজনিষ্ট অমসুং সুবিধাবাদীগী নিতি)—বর্নষ্টেননা শন্দোক্লম্বা রিভিজনিজমগী রাখল। রাশিয়াদা মহাকী মতুং ইথ্বাস "লিগেল মার্ক্সিষ্টশিং" অমসুং "ইকো-নোমিষ্ট" শিং ওইরম্মী।

Bund—শোক ১৮৯৭ তা বিলনে সহরদা শেমখিবা রাশিয়া, পোলেণ্ড অমসুং লিথুরানিয়াদা লৈবা জিউ বর্করগী ইউনিয়নগী মমিং। ইউনিয়ন অসিদা মরু ওইনা যাওরিবসি রাশিয়াগী লোংচুন থংবা লমদমদা লৈবা তন্নাইঙ্ সর্ব্বহারা ওইরবা মখুং-মশা হৈবা মিউনিশিংনা অয়াম্বনি। আর এস ডি এল পিগী অহানবা কংগ্রেস (১৮৯৮) দা বন্দ অসি পার্টিসিদা যাওখি অদুবু অনিশুবা কংগ্রেসতা পার্টিসিদগী তোকখি। শোক ১৯০৬ তা আর এস ডি এল পিদা অমুক হন্না যাওরক্লবসু মখোয়না সুবিধাবাদী কাংলুপ ইকোনোমিষ্ট,

মেন্সেভিক্স অমস্তুং লিকুইডেটরশিংগা পুন্দুনা বোলসেভিকশিংগী মায়োক্তা কন্না চথরকখি। শোক ১৯২১ গী মার্চ থাদা বন্দ অসি মুথংখি। মথোয়গী মরক্তগী থরদি আর সি পি (বি) রাশিয়ান কম্যু-নিষ্ট পার্টি (বোলসেভিক) তা য়াওখি।

Borba (Struggle)— ট্রোস্কীনা শোক ১৯১৪ দা ফোংবা গৌখিবা জর্নেলনি। অতুবু চহিসিমক্তদা ফোংবা অতুম লেপপ্রে।

Bourgeoisie (শক্তাও পায়বা সমাজদা থোকহন-থুংলায় পুম্বগী মপু ওইবা কাংলুপ)— শক্তাও পায়বা সমাজগী মচিন তোংবা, শক্তি পায়বা কাংলুপনি। মথোয়গী মথুক্তা থোকহন-থুংলায় পুম্বা (ফেক্টরী, থনি, ট্রান্সপোর্ট অমস্তুং কম্যুনিকেসন, বেঙ্ক, লৌ-লম, থনিগী পোত্থোক অতৈ অতৈ) লৈ। শিন্নীশিংগী থুংগুমন শুমতুনা চারগা মথোয়গী শেল্লেপ (কেপিটেল) শাগংলি। নৌনা মিং তম-লক্লিবা, চাওখংলক্লিবা দেশশিংদা জাতিয় বুর্জজুয়াশিংনা সমাজগী চাওখংপা অহোংবা পুরকপদা অমস্তুং সম্রাজ্যবাদী বিরোধী ওইবা ফিরেপ লৌরকপদা অপনবা পী।

Bourgeois Revolution (বুর্জজুয়াশিংনা অর্থনিতি অমস্তুং রাজনিতিগী চুকলি পায়নবা তৌবা বীপ্লব)— নিংথৌ পানবা, লৌ-য়াম চাবগী চংনবী মুথংলগা বুর্জজুয়াশিংনা রাজ্যগী রাজনিতি অমস্তুং অর্থনিতিগী শক্তি পায়ননবা তৌবা সমাজিক বীপ্লব।

Bourgeois-Democratic Revolution— (বুর্জজুয়া-শিংনা লুচিংবা, পেন্দ্রবা মীয়াম্না অচৌবা শরুক য়াবা বীপ্লবকী

মওং)— সর্ব্বগারাশি'না মরুওইবা লমজিংবগী থৌদাং য়াবা বুর্জজুরা গনতন্ত্রিক বীপ্লব অমবু সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অমদা ওন্থোকপদা কোম্না থোকই।

Brain-Drain— শেঙ্গাও পায়বগী সংসারদা থোকপা থৌওং অমা। সাইন্টিষ্ট, স্পেসিয়েলিষ্ট অমস্থুং অতৈ মতিক চাবা মীওই কয়ানা মরৈপাক থাদোক্লুনা হেন্না মওং চানা শুফম-নোংফম লৈবা অমস্থুং হেন্না থাক ৱাংনা হিংহুনা পানবদা থুদোং চাবা ফংবা মীরৈ-পাক্লা চংখিবগী মওং। ব্রেন ড্রেনগী মওংসিনা চাওখংলকপিবা দেশশিংদা মথোয়গী দেশকী অর্থনিতিগী শেমগৎ-শাগৎপদা শাথিবা মনিং হনবা পী।

Brain Washing— মীগী মিংয়েং ৱাখল হোংহন্নবা চংথবা থবক মওং। ৱাহৈসিগী হৌরককপসি অহানবদা কম্যুনিষ্টশিংনা মথোয়গী বন্দিশিংগী হান্নলা লৈরম্বা শেঙ্গাও পায়বা সংসারগী ওইবা ৱাজনিতি অমস্থুং লমচংকী ওইবা মিংয়েং অদু হোংদোকহন্নবদা চংথরম্বা অতুদগী থোকখিবনি। অদুবু হৌজিক্তি মথল কয়াগী অপাম্বা মিহৌহনবা অমস্থুং ৱাজনিতিগী শরৌনা মীশিংগী পুক্নিং হোংহনবগী মওংসি চংথনরে। নোংচুপকী সংসারনা সোসিয়েলিস্ট ৱারল্ডদগী ওইদবা মীনম্বা মিহৌহনবা চল্লাক শিজিন্নহুনা দিসিডেন্টশিং পুথোক-নবা হোংনৈ।

Buffer State— অচৌবা ষ্টেট অনিগী মরক্তা দাইরেক্ট থেংগাইনবা, থুংথোক্লবা থোক্লনবা, ষ্টেট অনিগী মরক্তা য়োকতুনা থম্বা অপিকপা স্টেট অমা।

Brest-Treaty – সোভিয়েট রাশিয়া অমসুং জর্মনী অনিগী মরক্তা শোক ১৯১৮, মার্চ ৩ দা ব্রেষ্ট-লিটোভস্ক (Brest Litovsk) ত সহি তৌনখিবা শান্তিগী সন্ধীনি। সন্ধী অসিগী টাম অসি সোভিয়েট রাশিয়াদা য়াম্না মাংহৈজে। অদুম ওইনমক, সন্ধী অসিনা সোভিয়েট রাশিয়াদা শান্তিগী মতম মতেক থর ফংহনা, মাগী অরিবা লাম্মা মুথংতুনা, অনৌবা রেড আর্মী শেমগৎহল্লবগী মতম ফংখি অমসুং সোসিয়েলিষ্ট রিকন্সট্রক্সনগী তাঞ্জা ফংহনখি। মেন্সেভিক শিংনা সন্ধী অসিনা সোভিয়েট রাশিয়াবু জর্মন্দ, য়োস্থোক্লে হায়না লেনিনগী মথক্তা অকনবা মরাল শিখি।

# C

Cadres, National— লৈবাক অমগী মশাগী ওইজবা মীশিংগী মরক্তগী থোয়দোকপা ট্রেনিং ফংলবা অদুগা মখোয়শিং অদুবু দেশকী অর্থনিতিগী মরু ওইবা থবক-থৌরমদা, সরকারগী অমসুং পব্লিক সংস্থানাশিংগী থবক্তা দায়ী লৈবা থবক পুহল্লবা মীওইশিংবু থংনৈ। নেসনেল কেডর (জাতিয়গী ওইবা কেডরশিং) পুথোকনবা হোৎনবগী থবকসি মরু ওইনা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা য়েম্না পুক্লিং চংই। মরমদি দেশকী তশেংবা অর্থনিতিগী নিংতম্বা ফংহন্নবগী অন্দোলনগী লমদা মখোয়শিনা থাইদগী চাওবা থৌদাং লৌই।

Capitalism (শেঙ্গাও পায়বগী চৎনবী প্রথা অমস্তুং নিয়ম নিতি) – থোকহন-খুৎলায়শিং পুম্বা লল্লাই মীওইশিংগী মখুত্তা লৈতুনা শেঙ্গাও-পায়বশিংনা শিন্মীশিংগী খুৎশুমনবু শুমতুনা চাবদা য়ুক্ষম ওইবা সমাজগী চৎনবী মওং। কেপিটেলিজম অসি ফ্যুদেলিজম সমাজগী মতুংদগী অতুম থোকচরকপনি অতুবু নিংথৌ পানবা, লৌয়াম চাবা সমাজগী মওংদগীদি খর হেন্না ফবা চাওখৎপা মওংগী সমাজনি। ফেক্টরী, কারখানানচিংবদা শিন্মী মীয়াম্না পুম্না পুম্না থবক শুবগী মওংসিনা পোৎথোক পুথোকপদা পুম্না পুথোকমিন্নবগী লমদা পুক্নিং থৌগৎলি অতুবু অসিগুম্বা শিন্মীশিংগী পুন্না নোম্মিন্নবগী মহৈসিদি শেঙ্গাও পায়বশিংগী ওইথিবনা শিন্মীশিংগী স্বার্থদা করিস্ত্ত কান্নদে। মসিমক্কা মরম ওইতুনা কেপিটেলিজমগী মথাদা, থোকহন-খুৎলায়গী মপু ওইরিবা শেঙ্গাও পায়বশিংগা শিন্মীশিংগগী মরক্তা য়েৎনবা কমত্তুং মুক্রবসি মতম চুপ্পদা লৈ। মসিগী মুক্রবসিনা মরম ওইতুনা শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী মথাদা মাং তাক্রবগী মশক ওইরবা অর্থ-নিতিগী ক্রাইসিসশিং থোকহল্লি। মার্ক্সিজম-লেনিনিজম্না য়াম্না শিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা প্রমান তৌরে মতুদি সমাজগী চাওখৎলক-পগী ওইবা মিংনা উবা আইনগী মতুংইন্না, অসিগুম্বা চাওখৎলকপগী মওংসিনা শোয়দনমক্কী কেপিটেলিজম অসিখু মসিদগী হেন্না ফবা চাওখৎপা সমাজবাদকী নিতিনা মহুৎ শিল্লগনি। মসিনা, সমাজগী লৈরিবা পোৎথোক পুথোকপগী লৈনরিবা মরিদা হেন্না চাওখৎপা মওংগী অহোংবা অমা পুরক্কনি।

Central Intelligence Agency (C.I.A)— লৈবাক মমুং অমস্থুং মপান্দা, রাজনিতিগী, অর্থনিতিগী অমস্থুং মিলিটরীগী ওইবা ঈ-পাও থোমজিন্নবা ইউ এস এ দা শোক ১৯৪৭ তা শেমখিবা ষ্টেটকী ওইবা বোডি ১নি। মসি আমেরিকাগী প্রসিডেন্টনা ডাইরেক্ট কন্ট্রোল তৌই। সিঃ আইঃ এঃ না কম্যুনিজমবু থেংনবদা অচৌবা থৌদাং লৌই। রিয়েক্সনারী ওইবা, মোনোপোলি কেপিটেলগী স্বার্থ ঙাক্লবগী থবক্তা রাজনিতিগী লৌতুনলগী থবক, সরকার অমা থুগায়-দুনা রিয়েক্সনারী ওইবা মোনোপোলি স্বার্থ ঙাকপা সরকার লিং-খংনবদা, কম্যুনিষ্ট দেশশিংগী মায়োক্তা য়েথাই-থুগায়বগী থৌদাং লৌবনা মসিগী মরু ওইবা থবকনি।

Centtism (ময়াই লেপ্পা, সুবিধাবাদীগী ফিরেপ), শিন্মী কাংলুপকী অন্দোলনদা থ্বাইদগী থুদোং থিনিংঙাই ওইবা সুবিধা-বাদীগী ফিরেপ। রিভোলুসনারী মার্ক্সিষ্ট অমস্থুং কা হেন্না সুবিধা-বাদী ওইবা কাংলুপ অনিগী মরক্তা কাংলুপসি লৈ। সেন্ত্রিষ্টশিংগী রাখলদি শিন্মী কাংলুপপু বিশ্বাসবাট তৌদুনা বুর্জজুৱাশিংদা য়োন-থোকপনি।

Chauvinism (নেপোলিয়ানগী দেশশিং জয় তৌবগী পো-লিসিবু য়াম্না থাগৎচব, ফ্রান্সকী লাম্মী চৌভিনগী মিংদগী থোরকপা রাহৈ)- জাতিগী ওইবা রাখলনা পুম্নমক কোনশিনবগী রাখল। ইজাতিগীদা খনবগী রাখলদা, লাকচংখিদুনা জাতি ১গী মায়োক্তা জাতি অমনা মুকশিনবা, কাইহৌবা নমথনবা হোৎনবা, জাতি

Classes Social (ইতিহাসকী চাওখৎ খোংথাংগী মতুং ইন্না সমাজ অমদা থোরকপা মখল মখলগী কাংলুপশিংদা) – "ইতিহাসনা ওইরক্লকপা সমাজগী পোখোক্লবা মওংগা মরী লৈননা, সমাজগী মতুংদা মখল মখালগী থাক্লবা অমগা অমগা খেননা লৈতক্লকপা কাংলুপশিংনি। মসিগী কাংলুপশিংসিগা সমাজগী থোকচন-থুংনোমশিংগা লৈনরীবা মরী অদুগা কাংলুপশিং অসিনা সমাজদা ফংলিবা থাক অমমতুং সমাজগী ওইনা মখোয়না ফংলিবা লল-থুমগী শরুক অদুগী মতুং ইন্না মখোয় মখোয়গী থাক্তু লেপ্পী। সমাজগী অর্থনিতিগী চৎনবী নিয়ম অমগী মথাদা কাংলুপ অমনা অতোপ্পা কাংলুপ অমগী অশেংবন অদু মখোয় মখোয়না পায়রিবা শক্তি অমমতুং থাক অদুগী মতুং ইন্না অতোপ্পগী হুমাংমনবু মৎতুনা অমমতুং শুমদুনা চাবা ঙম্বগী থাকতা লৈবশিং অদুনা শক্তি পায়বা কাংলুপনি।" ভিঃ আইঃ লেনিন কলেক্টেত রার্কস, ভোল্যুম ২৯, চেনা ৪২১)।

সংজ্ঞা অসি লেনিননা মুক্তশাইনবা সমাজ অমদা লৈরিবা কাংলুপশিংদা পন্দুনা পীবা সংজ্ঞানি। অসিগুম্বা কাংলুপশিংসিগী নবক্তা লৈনরিবা মরী অসিনা শোয়দনমক্না কাংলুপকী লড়াই থোকহল্লদা চিংই। শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী মরু ওইবা কাংলুপতি শেঙ্গাও পায়বশিং (থোকচন খুৎলায়গী মপুশিং) অদুগা প্রোলিটরিয়েটশিং (সর্ব্বহারাশিং) (থোকচন খুৎলায়গী মপু ওইজবা ফংদ্রবা, শেঙ্গাও পায়বশিংনা শুমদুনা চারিবশিং) নি। শেঙ্গাও পায়বা দেশশিং অয়ামবদা অতৈ পেটি বুর্জুয়া কাংলুপ কয়াম্ব উবা ফংগনি (লৌমী, খুৎশা

হৈবা অমসুং অতৈ অতৈ কাংলুপশিং) অতুগা লৌ-লম পায়বা কাং-লুপশিং বুর্জজুয়াশিংগ, অমতা ওইরকপশিংসু উবা ফংগনি।

থোকহন-খুংলায় পুম্না মীয়াম্না মপু ওইবা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ-দদি, চেংনা মরুপ-মপাং ওইবা শুপ্নগী কাংলুপ অনিত্তমক লৈ—শিন্মী অমসুং লৌমী অদুগা লোয়ননা লাইরিক-লাইশু হৈবশিংসু সমাজসিগী কাংলুপ অমা ওইনা লৈ।

Class-Struggle (কাংলুপকী লড়াই)— তাইশিন্নবা য়াত্রবা সমাজগী কাংলুপশিংগী মরক্তা য়েংনবগী মওং। সমাজগী মন্নুংদা লৈরিবা লাম্বা তৌনহুনা য়েংথিনরিবা কাংলুপশিংগী মরক্তা থোক্কবা য়াত্রবা য়েংনবগী মওংনি। শেঞ্জাও পায়বা সমাজগী মথাদা কাং-লুপকী লড়াই অসি শেঞ্জাও পায়বা কাংলুপ্না শিন্মীশিংবু শুমহুনা চাবগী মায়োক্তা শিন্মীশিংনা লুচিংহুনা থেংনৈ। কাংলুপকী লড়াই অসি শেঞ্জাও পায়বা সমাজগী মথাদা লৈনরিবা পোথোক্কী মরীগী মতুং ইন্না, শেঞ্জাও পায়বা সমাজগী মথাদা লৈরিবা মরুওইবা কাং-লুপ অনি— সর্ব্বহারা অমসুং বুর্জজুবা অনিগী মরক্তা, সমাজদা অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী ওইনা খেন্নবা লৈরিবা অসিদা য়ুম্ফম ওইহুনা চৈথে।

সর্ব্বহারাশিংনা মথোয়গী লড়াই অসি মওং অহুমগী মথাদা চৈথ - অর্থনিতি, রাজনিতি অমসুং রাখলগী ওইবা মওংদা। হৌ-জিকী ওইরক্লিবা ফিভমগী মতুংইন্না অর্থনিতিগী অন্দোলন অসি রাজনিতিগী অন্দোলনগা য়েংননা চংশিনবা হেক্তিল্লকলি। শিন্মী

কাংলুপকী লড়াইগী ফল ওইনা শেঙ্গাও পায়বা দেশ কয়াদা শিন্মী-শিংগী অশুমন চেনগংহনবা, থবক শুবগী মতম ককথবা, অশুমন অশুমন মাংদবা ছুটিশিং, মেনেজমেণ্টকী থবক্তা শিন্মীগী মীহুৎশিং য়াওহনবা কয়া ফংলে। তংদুবাদ, সর্ব্বহারাশিংগী কাংলুপকী লড়াইসিগী অরোইবা পনথুংবাদ সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লবনি।

শেঙ্গাও পায়বা সমাজদগী সমাজবাদতোনদা চংশিন্নকপগী লম্বীদা কাংলুপকী লড়াইসিনা শিন্মীশিংগী মরুওইবা আন্দোলনগী মওং ওইনা অইতে কাংলুপশিংগী মতেংগা লোয়নন্না শুনতুনা চাহিদাশিংবু নমথতুনা সমাজদা বীপ্লবীক ওইবা অহোং বা পুরক্নু। সমাজবাদকী মায় পাকহনবগী লম্বীদা চংশিনি।

Cold War (লৌতুনতুনা ইংবা চথবা লান)— অনিশুবা লান্তাও (১৯৩৯-৪৫) গী মতুংদগী সম্রাজ্যবাদীগা রিয়েকসনারী মার্কেলশিংনা সোভিয়েট ইউনিয়ন অমস্তং অতে সোসিয়েলিষ্ট দেশ-শিংগী মায়োক্তা চথবকপা পোলিসিনি। কোল্ড ৱারগী পোলিসিগী মরুওইবা মচাক্তি : তোঙান তোঙানবা সমাজগী চৎনবী নিতি লৈবা রাজ্যশিংগী মরক্তা ইংনা তপা। হিংমিন্নবগী নিতিবু য়াদবা, অন্তর-জাতিকী অবস্থা আস চেন্না ফংচিন্দনবা হোৎনবগা এন্টি সোভিয়েট মিলিটরী ব্লোক শেমগৎপা, মীরৈপাক্কী লমদা মিলিটরী বেজশিং শেমগৎপা ; নীয়াম পাক্তক্না হাৎপা য়াবা খুৎলায়গী মতেংনা ধমকা তৌতুনা লান তৌনবা হোৎনবা ; পৃথিবীগী লৈনরিবা অর্থনিতিগী মরি পুখা থুগায়নবা হোৎনবা ; অন্তরজাতিকী লৈনরিবা মরাদা

অতৈ দেশশিংবু নমযুৰা কিহন্দুনা মখোয়গী ব্লোক্কা পুশিন্নবা হোৎ-নবা অসিনচিংবা অসিনি।

অতুবু পৃথিবীগী ওইৰক্লিবা শক্তিগী চাংদা সমাজবাদীগী কেম্পকী অমসুং নিয়ম-নিতিৰোমদা হেন্না ওনশিল্লকপগা লোয়ননা সম্ৰাজ্যবাদীগা কুলিং কাংলুপনা কোল্ড ৱাৰগী পোলিসি অসি চথদনা য়াদবা মওংদা চথৰকপনি। অতুবু পোক ১৯৭০ চংলকপদদি, সোভিয়েট ৰাশিয়াগী অমসুং অতৈ সোসিয়েলিস্ট দেশশিংগী ইন্নি-সিয়েটিভদগী এগ্রিমেন্ট কয় তৌনতুনা "কোল্ড ৱাৰ" অসি "ডি-টাণ্টে" (উংথংনবা মাংহন্নবগী চথবা পোলিসি) ৱোমদা ওন্থোকল্লে।

ইউ: এস: এস: আৰ: অমসুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট কম্যুনিতিগী মেম্বৰশিং অতুগা পৃথিবীগী শান্তি পাম্বা শক্তিশিংগী ডিটাউণ্টপু শো-গংপা অন্দোলনদগী সম্ৰাজ্যবাদীশিংগী কোল্ড ৱাৰগী পোলিসি অসি তপ্প তপ্প মাম্থিৱক্লি অমসুং ডিটাউণ্টকী পোলিসি অসিনা জয় ওইৰক্লি।

Collectivisation of Agriculture (in the USSR) —লম্নাই লৌমীশিংগী মথুত্তা লৈবা লৌ-লমশিং পুম্বা পুন্না পুনশিন্দুনা অচৌ অচৌবা কো-ওপৰেটিভ কলেক্তিভ ফাৰ্মশিং শেমগত্তুনা লৌউ শিংউগী লমদা পুৰা অহোঙবা পুৰকপগী মওং। কলেক্তিভ ফাৰ্মশিং লিংখৎপগা লোয়ননা মতম অমত্তদা দেশকী ইন্দষ্ট্ৰীয়েলাইজেসন ১সুং মতুগা লোয়ননা কলচৰেল ৰিভোল্যুসন পাংথোকপগী মতুংইন্না, সহৰ অমসুং খুঙ্গং অনিগী মৰক্তা লৈনৰিবা অৰ্থনিতিগী মৰী অসি হেন্না

নকশিনহনবদা অমসুং লৌমী-শিংমী অনিগী মরক্তা তেংবাংনবসি হেন্না চেংশিন্নহল্লে। মসিনা মরম ওইদুনা মতমগী ওইবা চাওখৎপা মওংগী পোউ-শিউবগী মওং, শ-ভা য়োকপগী ছিরনদা হেন্না থুমাং চাওশিন্না চংশিন্দুনা লৌমীশিং অমসুং মীশিংগী অতৈ কাংলুপ কয়াগী স্বার্থদা কান্নবা কয়া তৌবা ঙমহল্লে।

Colonialism (লোয়নমগী চংনবী প্রথা)— শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংনা মীগী লৈবাকপু জয় তৌবগা, রাজনিতি অমসুং আর্থনিতিগী নিংতম্বা পুম্বা মৎতুনা মখোয়গী কান্নবা মওদা নমহনা শুমহনা চাবগী নিয়ম-নিতি। ২০ শুবা শতাব্দী হৌরকপদা, পৃথিবী অসি লোয়নম মপুশিংনা মখোয়গী অনিংবা মওংদা লোয় চন্দুনা য়েন্থোক্ল-রম্মী। গ্রেট ব্রিটেন, ফ্রান্স, জর্মনী, দি ইউনাইটেড ষ্টেটস, ইটালী, জপান, নিডরলেণ্ড, স্পেইন, প্রোটুগাল অদোমশিংনা লোয়নমগী মপুশিং ওইরম্মী। মখোয়শিং অসিনা, মখোয়-মখোয়গী মখাদা লৈবা লোয়নমশিংগী রো-মেটিরিয়েল (অহিংবা পোৎচাকশিং) অদুগা অহোংবা লেবরগী শক্তিশিং অদু নমদুনা শুমদুনা শিজিন্নবগা, অমুক হন্না মখোয়গী কারখানাদা শাবকপা পোৎশকশিংগী কৈথেল ওইনা শেন্দাং তানবম, লল্লোনফমদা থন্থোকই। অনিশুবা লাঙ্গাওগী (১৯৩৯-১৯৪৫) মতুংদগী রিপব্লিক সোসিয়েলিজমগী মকোক ওইনা সোভিয়েট ইউনিয়নগী মতেংনা, লোয়নমগী দেশশিংদা চত্থরকপা জাতিগী নিংতম লড়াইনা মরম ওইদুনা, সম্রাজ্যবাদীগী লোয়নমগী চংনবী প্রথা অসি মচেং মচেং কায়রক্তুনা হৌজিক্তি শুকলৈ লৈরে।

লোয়লমগী সাসন্দগী নৌনা মনিং তম্লক্লিবা, চাওখৎলক্লিবা দেশ ১০০ রোমদগী হেনবনা লোয়লমগী লেমহৌখাক নিতি মুথৎতুনা অশেংবা অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী নিংতম্বহু ফংননবা অকনবা লাঞ্জং চৎথরি। হৌজিক্কি অরিবা মওংগী লোয়লমগী শাসনগী মওংহু পাক-তক্ল কিন্থ্রে। মৌনা নিংতম্লক্লিবা, চাওখৎলক্লিবা দেশশিংসিদা সম্রাজ্যবাদীশিংনা মখোয়গী খুৎপায় অহু নাম্থোরক্লনবা নিও-কোলোনিয়েলিজমগী নিতি অহু শিজিন্নরক্লি। রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী লমদ নমফুগী শক্তিনা নমতুনা শুমতুনা চারবগী মওংহু য়ারকত্রবদা, নৌনা মনিং তম্লক্লিবা, চাওখৎনবা হোৎনরিবা দেশশিংদা শেল (কেপিটেল) থাদতুনা মতুনা নাকোইনবা, সম্রাজ্যবাদী শক্তিশিংনা মখোয়গী মখাদা থম্ননবা হোৎনবগী অনৌবা মওংগী নিতি হায়বদি অর্থনিতিগী থৌরিনা ফাননবা হোৎনবগী মওংসিবু নিও কোলোনিয়েলিজম হায়না অনৌবা মথলগী রাহৈ অমা পুথোরক্লে।

Common Market, See European Economic Community.

Commune (অপুনবা খুন্নাই)— থোকহন খুৎলায়গী মপান্না থোকহল্লিবা পোৎথোক পুম্বা পুন্না শরুক য়ামিন্নতুনা, পুন্না পান্দুনা হিংমিন্নবগী খুন্নাই। মী কাংলুপ অমনা পুনশিন্দুনা থোকহন খুৎলায় পুম্বা পুন্না শিজিন্নমিন্নতুনা, য়ুম-কৈ, খুজু-খুৎলাই, মচা-মশু অমসুং শা-যন পুম্বা, য়ুমগী শিজিন্ননবা অমসুং চান থক্নবা পোৎচৈ পুম্বা, লৌ-লম পুম্বা, পুন্না মপু ওইমিন্নতুনা, পুন্না শুমিন্নতুনা হিংমিন্নবগী

খুল্লাইনি। সোভিয়েটকী শাসনগী (১৯১৭-১৮) অহানবা হৌরকপা থা খরদা, রাশিয়াগী লম খরদা কম্যুনশিং লিংখৎখি অদুবু য়াম্না ঙম্তানা শোক ১৯১৯ দা কম্যুনশিং অসি সমাজগী পোৎথোক পুথোকপগী মতাংদা য়াম্না থাক নেম্ব। অমসুং তপ্পা অদুগা পোথোক-শিং অদু যেন্থোকপগী মতাংদা য়াম্না মঙং তাদবনা (থবক শুবগী মতু ইন্না অরামন পীবগী মহুত্তা চাবিনবা চিনগী মতু ইন্না যেন্থোক-পনা মরম ওইদুনা) চাংয়েং অসি কাম্নদে হায়দুনা তোকখি। কম্যুনগী মেম্বরশিংনা মরম্লাইগী ওইবা অহেনবা লন লৈরনদে অমসুং শুফম নোক্ফমগী মচাক রাংলম্মী, মরম অসিদগী মরম্লাইগী অমসুং সমাজগী ওইনা কাম্নবা পীদুনা পুম্না চৎথমিন্নবদা রানা থোকখি। কম্যুনশিংনা কায়থ্রবা মতুংদা, পুম্না লৌউ-নিন্নবগী এসোসিয়েশনশিং মথক-মখাগী কো-ওপরেটিভশিং অমসুং কলেক্টিভ ফার্মশিংনা মঙং শিন্নখি। অসিগুম্বা অপুনবা ফার্মগী মেম্বরশিংনা মখোয়গী মতম চুপ্পগী ওইনা শিজিন্নবগীদমক্ত, ত্রেক্টরনা পীবা কম্মশিং অদু পুনশিন্দুনা লৌউ-শিংউবদা শিজিন্নবা খুজু-খুৎলায় পুম্ব পুনশিন্দুনা লৌউ-শিংউগী থবক্তা খুদাং চাওখিনা চংশিন্নখি। অদুবু মখোয় মশা মশাগী ওইবা য়ুমকৈ, য়ুমগা নকন লৈবা ইংখোল, দরকার লৈবা শা-যন, ভাদু-য়েন অমসুং অতৈ লন্নাইগী ওইনা শিজিন্নবা পোৎচৈ (মখোয়গী হিংনবগী লম্বীদা য়াম্না দরকার লৈবা অদুগা মরু ওইবা থোকইন খুৎলায়শিংগী মনুং চংবা পোৎচৈশিং) শিংদা লন্নাইগী ওইনা থম্বা য়াইখি।

দেশ খরদা লৈরা অপিকপা অপিকপা লম অমসুং সাসনগী মওংবুসু কম্যুন হায়রগা কৌই।

(পেরি কম্যুনদসু য়েংউ)।

Communist International (The Third International) – লেনিনগী লমজিং মখাদা লিংখৎলিবা প্রোলিটেরিয়েট-শিংগী অন্তরজাতিকী ওইবা খীপ্লাটিক সংস্থান, মসি শোক ১৯১৯দগী শোক ১৯৪৩ ফাওবা দেশ কয়াগী কম্যুনিষ্ট পার্টিশিংবু পুন্না লমজিংদুনা লৈরম্মী।

Communism – লেঙ্গাও পাংবগী চৎনবী প্রথাবু মতং শিন্দোকপা সমাজিক অমসুং অর্থনীতিকী নিয়ম-নীতি; মসিগী লিতেদি সমাজ অমগী থোকহন পুংলায় পুম্বা হায়রবদি— লৌ-লম, খাল, উমং, যাসিং, খেস্ক, কল-কারখানা অমসুং অতৈ অতৈ পুম্বা— মীয়ামগী চনবা মাং, থোকহন পুংলাশিং পুম্বা লৈঙাই মীওইগী মপু ওয়া [illegible] তাম্নবা পুন্নাই ওইহনবগী মহৎতা নীয়ামগী কাম্নপদা শিংজৈ।

কম্যুনিজম অসি থাক অনি থোক্লা থাইদোকই: অনেম্বা থাক্না, সোসিয়ালিজমনি অহুগা লেম্না য়াংবা কম্যুনিজমগী থাক্কুদদি — কাংলুপ লৈত্রবা সমাজগী মতং অমদা চংশিনখিদুনা থোকহন পুং-লায় পুম্বা পল্লিকী ওইদুনা সমাজদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক থেন্না লৈতনা চপ মান্নবগী থাক্তা চংশিল্লি। সমাজ অসিগী মথাদা, মা-য়ামগী পুন্সি লেনবগী মওংদা মাংকৈ খুদিং শিন্না, চাওখৎপগী মওংসি

সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজীনা লেপ্তুনা চাওখৎপগী খোংথাংগা লোয়-নবা চংশিল্লি। বিজ্ঞান, টেক্নোলোজী পুম্বা মীয়ামগী যাইফনবগী তঙ্গীদা শিজিন্নৈ, কো-ওপরেটিভশিংদগী লেপ্তুনা মরাং কাইনা থো-রকপা লন-থুমগী ইফুৎশিংনা মরম ওইদুনা, “মাগী মাগী ঙমজবা অমসুং হৈজ-শিংজবগী মতুং ইন্না, মাগী মাগী দরকারশিং পুম্বা ফং-জবা” হায়বা কম্যুনিজমগী ব্রাংলবা নিতি অদু পাংথোক্কদৌরিবনি।

কম্যুনিজম হায়বসি মানিং মথা তম্রবা, সমাজগী চৎনরোল পুম্বদা লিংথিনা জ্ঞান তারবা শু-নোম্লিবা মীযাম্না শেম্বা অমসুং সমাজদুদা শু-নোম্লিবা পুম্বা, পুম্নমক্না অমসুং আপুনবগী যাইফনবদা চংশিল্লবা অত্তগুম্বা থাক ব্রাংলবা সমাজ অমনি। সমাজ অসিদা মীপুম খুদিংনা জ্ঞান তান সমাজগী পোৎথোক্কী মতৈ পুম্বা পুন্না মতৈ চামিন্নদুনা মুংঙাইনিন্নরবগী সমাজ অমনি। (সোভিয়েট ইউনিয়নগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী প্রোগ্রাম, মোস্কো, ১৯৬৯ - চেনা ৬৯ শুবদগী)।

মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী নিজম্না শেম্জাও পায়বগী সমাজ অসিবু শোয়দনমক্না কম্যুনিজমগী সমাজনা শিন্দোক্লগনি হায়বসি চেনবা য়াদনা প্রমান তৌরমলে। কম্যুনিষ্ট সমাজ অসি সোসিয়েলিষ্ট থাপ্লবনা মায পাক্লবদা অদুগা মওং অমা লৌগা অতোপ্পা মওংদা ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলেটরিয়েট (শিন্মীশিংনা সাসনগী শক্তি পায়বা) লিংখৎপতনা ওইথোকপা ঙমহল্লি। সমাজগী থোকহন-খুৎলায় পুম্বা মীয়ামগী ওইবগী মুক্ষমদা কম্যুনিষ্ট সমাজ শাগৎপগা লোয়ননা সহর অমসুং খুঙ্গং অনিগী মরক্তা লৈরম্বা খেনবশিং, পাঙ্গল

অমস্তুং রাখলগী লেবর অনিগী মরক্তা লৈরম্বা থেনবস্তু মুখৎতুনা মথং মথং ওইনা কাংলুপকী থেনবা পুম্বা মুৎথংলকই। থবক থুগুমনগী মওংদা অহোঙবা পুরকই অমস্তুং শুবা-নোম্বা হায়বসিনা মীওইবগী হিংতুনা পাম্লনবগীদমক্তা তংহাই ফদবনি হায়বতু ময়েক শেংহল্লকই।

কম্যুনিজমগী মথাদা পোথোক থোকহল্লবগী শক্তিশিংনা পোৎ-থোক মরাং কাইনা পুথোক্কনি। চান থক্লবা, মীয়াম্না শিজিন্নবদা চংশা পোৎথোক মরাং কায়না পুথোকপগা লোয়ননা মহু মীয়ামদা সোসিয়েলিজমগী থাক্তা চংনরম্বা অতুগী মহুত্তা থবক্কী মতুংইন্না নক্তনা লন্নাই মীওইশিংগী মাগী মাগী দরকারগী মতুংইন্না য়েন্থোক্কনি। অতুগা সমাজসিদা লৈরিবা মীওইশিংনা করাম চাওদবা, য়ারিবমথৈ লৌ-থোক চাথোকপগী রাখল চেন্দবা, য়াম্না অরাংবা থাক্কী লমচৎ রাখল চেনবা মথোয়শিংগী হৈক্ত-শিংজবা পুম্বা সমাজগী অমস্তুং অপুনবগী ফননবগীদমক্তা কংথোকপগা লোয়ননা শিজিন্নগনি। হৌজিক্কী লৈরিবা সাসনগী মওং অমস্তুং সাসনগী মেছিন্নারী পুম্বা ভোকাখিতুনা কম্যুনিস্ট পব্লিক সেলফ গভর্নমেন্ট অমগী মওংদা চংশিল্লক্কনি। ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ দা চাওখৎলবা মওংগী সোসিয়েলিস্ট সমাজ অতু শাগৎক্লে অমস্তুং কম্যুনিজমগী থাক্তা চংশিন্নবা শেম শাবা হৌরে। কম্যুনিজমগী সমাজ লিংখৎপসিনা কম্যুনিষ্ট পার্টি পুম্বগী অরোয়বা পনথুংনি।

**Communist Party of the Soviet Union (CPSU)**
— সোভিয়েটকী মীয়ামগী অমস্তুং শিল্পী কাংলুপকী সমাজিক অমস্তুং রাজনিতিক্কী ওইবা খ্বাইদগী বাংবা সংস্থান, মথোয়শিংগী রাজনি-

তিগী অমসুং রাথলগী পম্মাং থাব দল, সোভিয়েট সমাজগী কম-জিংবা সমসুং লুচিংশিবা শক্তি, রাজনিতিগী নিয়ম নিতিগী, রাজ্যগী অতুগা পব্লিক সংস্থানশিং পুম্নগী কোকলেন ওইবা দলনি।

মশা মশানা জ্ঞান তানা কংথোকপগা লোয়নবা, মসিনা খাই-দগী জ্ঞান তারবা অমসুং শুনাং চাওশিল্লবা শিম্মীগী কংলুপ, কলেক্টিভ কার্মিশিংগী লৌমীশিং অমসুং লাইরিক লাইশু তৈরবা (ইন্টেলিজেন্সিয়া) কাংবুশিং পুথা অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা লম-জিংই। সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ অসি ভ্লেডিমিয়ার লেনিন্না লিংখৎলম্বনি অমসুং লমজিংলম্বনি।

অহৌবদা, শোক ১৮৯৮ গী মসিগী অহানবা কংগ্রেসকী মতুংদা রাশিয়ান সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টি কৌরম্মী। শোক ১৯০৩ মসিগী অনিশুবা কংগ্রেসতা, পার্টি অসিগী মনুংদা বোলশে-ভিক অমসুং মেনশেভিক হায়না কংলুপ অনি লোক্লকখি। বোলশে-ভিকশিংনা অশেংবা বৌল্লবীক কংলুপনি অদুগা মেনশেভিকশিংনা সুবিধাবাদীগী কাংলুপনি "রাজনিতিগী খাখল পরিং অমুং ইল্ল অমসুং রাজনিতি দল অমা ওইনা, বোলশেভিজম অসি শোক ১৯০৩ দগী লৈরক্লবনি।" (লেনিন কলেক্টেড ৱার্কস, ভোল্যুম ৩১, পেজ ৪১)।

শোক ১৯১৭-১৮ দা দল অসিবু রাশিয়ান সোসিয়েল ডিমো-ক্রেটিক লেবর পার্টি (বোলশেভিক্স) হায়না কৌখি। শোক ১৯১৮ মসিগী ৭শুবা কংগ্রেসতা মসিবু রাশিয়ান কম্যুনিষ্ট পার্টি (বোল-শেভিক্স) অমসুং সিঃ পিঃ (বিঃ) হায়না থংনরকখি। শোক ১৯২৫ গী

মসিগী ১৪ শুবা কংগ্রেসকী মতুংদগী ওল ইউনিয়ন কম্যুনিষ্ট পার্টি (বোলসেভিক্স) এঃ ইউঃ সিঃ পিঃ (বি) হায়না হংদনরকখি। লোক ১৯৫২ গী ১৯ শুবা মসিগী কংগ্রেসনা— মসিবু কম্যুনিষ্ট পার্টি অফ দি সোভিয়েট—সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ কায়না মমিং থোম্নবা লেপ্লখি।

পার্টিসিগী অনিশুবা কংগ্রেসতা লৌখিবা অহানবা প্রোগ্রাম ওইনা রাশিয়াদা সোসিয়েলিস্ট বীপ্লব অমা পাংথোকপা অমসুং ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েট লিংথংপা হায়না লেপখি। শোক ১৯১৭ কী মতিক মগুন লৈরবা ওক্টোবর সোসিয়েলিস্ট বীপ্লবনা মায় পাক্লা পাংথোকশ্লবদা, অতুগা শোক ১৯১৯ গী মার্গী ৮ শুবা কংগ্রেসনা অনৌবা সমাজবাদ সমাজ শাগংপগী প্রোগ্রামছু লৌখি। মসিগী প্রোগ্রামসি মায়পাক্লা পাংথোকশ্লবা মতুংদা শোক ১৯৬১ দা পাংথোকখিবা মসিগী ২২ শুবা পার্টিগী কংগ্রেসনা অহুম শুবা প্রোগ্রাম সোভিয়েট রাশিয়াদা কম্যুনিজম শাগংপগী প্রোগ্রাম অমি থোনা কনা লৌখি।

রাশিয়াগী সর্ব্বহারাশিং অমসুং শু নোম্নিবা লৌমী কাংলুপপু ঊটোক্রেসি অমসুং শেঙ্গাও পায়রবগী নিয়ম লিতিগী মায়োক্তা পার্টি অমিনা কৌহন্লুনা রাশিয়াদা মায় পাক্লা মতিক মগুন লৈরবা ওক্টো-বর বীপ্লব মায় পাক্লা পাংথোক্তুনা ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েট লিংথংখি। সোভিয়েট রাশিয়াগী শু-নোম্নিবা শিপ্পী কাংলুপকী লুচিংবা দল অসিগী লমজিং মথাক্তা লৌমীশিংগা-অমত্তা ওইনা তেংবাংদুনা, লৈবাক মচুং অমসুং মপানগী ওইবা য়েকবশিংদা থুং

থিংজিন্দুনা শাথিরবা গৃহ যুদ্ধ অদু মায়থিবা পীদুনা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা মায়পাক্না শেম্‌গৎখি। দল অসিগী লমজিং মখাদা, সোভিয়েট রাশিয়াগী লৈমায়দগী শুমহৎনা চাবগী নিয়ম-নিতি পুম্বা মতম চুপ্পগী ওইনা মুথৎতুনা লৈবাক অসিবু ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজ তৌদুনা লৌউ-শিংউদা পুম্না কলেক্টিভাইজেসনগী থবক চংশিন্দুনা অদুগা কলচরেল রিভোল্যুসন মায় পাক্ন পাংথক্লুনা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা মায় পাক্না শাগৎপগী চাওরবা থৌদাং অদু দল অসিনা লৌ-রকখি। দল অসিনা সোভিয়েটকী মীয়ামগী, সমাজিকী, রাথলগী অমসুং রাজনিতিগী একটা অদু মপুং ফানা শাগৎপা ঙমখি। দল অসিগী লমজিং মখাদা শোক ১৯৪১ ৪৫ গী নিংতম্বগী অচৌবা লান অদু চথদুনা, ফেসিষ্ট লান্দারকপশিংবু মাইথিবা পীবা ঙমখি। চাও থৎলবা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অম মায় পাক্না শাগৎলদুনা তৌজিনবা সোভিয়েটকী মীয়াম্না দল অসিগী লমজিং মখাদা কম্যুনিজম শাগৎ-পগী লম্বীদা চংশিল্লি।

সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ অসি মাগী থবক থৌরমদা মার্ক্সিজম-লেনি-নিজমগী রাথলনা লমজিংই। মসিগী থবক থৌরম পুম্বা কলেক্টিভ লিডরশিপ, ডিমোক্রেটিক সেন্ট্রলিজম অমসুং ক্রিটিসিজম সেল্‌ফ ক্রিটি সজমদ দুক্ষন ওইদুনা চৎথ। সোভিয়েট ইউনিয়নগী মীয়ামগী য়াৎফনবা অমসুং মাইকৈ থুংনা চাওখৎনবা হোৎনবনা মসিগী মরু ওইবা পনথোকনি।

মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী রাথলবু তেঙনা চাওখৎহন্নবা অমসুং মসিবু পাক শন্না শন্দোকপগী থবক অমসুং সমাজগী চাওখৎলকপগী

থাকশিং অসিবু বৈজ্ঞানিক ওইনা খল্ল নৈনবা ১স্মুং মওং চুম্না কেডর খন্নুনা পার্টিগী রারেপশিং ষ্টেটশিং পুম্বদা অমস্মুং পব্লিক সংস্থানশিং পুম্বগী থাক্তা পাংথোকহনখিবসিনি। ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ গী পুম্বগী জাতিগী অর্থনিতি চাওখৎহল্লবগী থৌরাং পুম্বা দল অসিগী লম-ঙ্গিং মথাদা চৎথে। পার্টি অসিনা ষ্টেট অমস্মুং পব্লিক সংস্থানশিংবু মহুৎ শিনবগী মহুত্তা, মখোয়শিং অসিদা য়াওরিবা পার্টিগী গ্রুপ-শিংগী মতেংনা মসিগী পোলিসি অমস্মুং রারেপশিং খল্ল নৈনহনা পাংথোকই।

পার্টি অসিগী থবক-থৌওং খুদিংদা মসিগী প্রোগ্রাম অমস্মুং নিয়মশিংনা লমজিংই। পার্টি অসিগী খ্বাইদগী রাংবা ওর্গান্দি মসিগী কংগ্রেসনি। মসি চহি মঙা মঙাগী ওইনা কৌই। অদুগা মসিগী সেন্ট্রেল কমিটিনা কংগ্রেসশিংগী মরক্তা কৌই। শোক ১৯৭৭ কী জুলাই ১ দা সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ গী মেম্বর অমস্মুং কেন্দিডেটকী মশিংনি— ১৬,২০৩,৪৪৬ ওইরম। মাসগী মেম্বরশিপকী মশিংগী তঙ্খাইদগী (৫৫·৬%) হেনবদি শিন্মী অমস্মুং লৌমীনি।

অন্তরজাতিক কম্যুনিষ্ট মুভমেণ্টকী শরুক অমা ওইনা সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ না অসিগুম্বা মুভমেন্ট আস মপাঙ্গল হাপ্লনবা অহনবা লৈতনা হোংনৈ। অন্তরজাতিক্তা ওইবা লমদা মসিনা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী তেংবাংনবা অমস্মুং অসিগুম্বা তেংবাংনবসি হেন্না চেৎশিনহল্লবা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংগা তেংবাংনবসি হেন্না মরা চেৎ-শিনহন্নবা, অদুগা নাকল অনিমক্তী কান্নগদবা মওংদা শেল্লাও পায়বা

লেপশিংগা মরি লৈননবা হোৎনব, অদুগা মসিনা শান্তি, নিংতম্বা অমস্থং মীয়ামগী মুক্তিগীদমক্তা হোৎনৈ। শোক ১৯৭১ গী ২৪ শুবা কংগ্রেসনা লৌখিবা শান্তিগী প্রোগ্রাম অছু মপুং ফানা পাংথোকখি-বগীস্থু থাগৎমিংঙাইনি। শোক ১৯৭৬ কী ২৫ শুবা কংগ্রেসনা প্রোগ্রাম অসি অমুক পাকথোক-চাওথোক্না মখা তানা চৎথন্নবা, শান্তিগী লড়াই, অন্তরজাতিকী তেংবাংনবা অমস্থং মীয়ামগী নিং-তম্বগী লড়াইদা মায় পাক্না চংশিল্লি। তশেংনমক, অন্তরজাতিকী লৈনরিবা মরীদা "ডিটাউন্ট" (উংথৎনব, কোমথোকহনবসিনা) মরু ওইবা শরুম অমা ওইরক্লি।

শোক ১৯৮১ গী ফেব্রুয়ারী থাদা ফমখিবা সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ গী কংগ্রেসতা মসিগী মেম্বরশিং অসি ১৭,৪৮০,০০০ শুরে হায়না লাওথোকক্লে। মেম্বরশিপকী চাদা ৬৫ ৭০ না শিন্মী কাংলুপকী ওইরে।

Communist League— ফাস্ট ইন্টরনেসনেলগী লম-য়াল্লম্বা ইহান হানবা প্রে িটরিয়েট্শংগী অন্তরজাতিকী ওইবা কম্যুনিষ্ট ওর্গেনাইজেসন (১৮৪৭–৫২), কার্ল মার্ক্সনা হৌদোক্লম্বা অমস্থং লমজিংলম্বা (১৮১৮-৮৩), ফ্রেডরিক এঙ্গেলস (১৮২০-৯৫)।

Communist Manifesto— শোক ১৮৪৭ গী ডিসেম্বর থাদা কার্ল মার্ক্স ১স্থং ফ্রেডরিক এঙ্গেলস অনিনা ইবা, বৈজ্ঞানিক কম্যুনিজমগী ইহান হানবা প্রোগ্রাম ডকুমেন্টনি। শোক ১৮৪৮ গী জানুয়ারী থাদা মাস কম্যুনিষ্ট লিগকী প্রোগ্রাম ওইব্রে। কম্যুনিষ্ট

মেনিফেষ্টোনা, শেপ্পাও পায়রবা সাসন অসিবু শোয়দনমক শিল্পী-লিংগী বীপ্লব অমনা থুগায়বগী অহুগা শু-নোমলিবা মীয়াম্না রাজনিতিগী শক্তি মুন্দুনা, কম্যুনিজম শাগৎপগী মরমদা য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইনা প্রমান তৌহনা পীরি। মসিনা কম্যুনিষ্টশিংগী য়াম্না মীমুংশি চেনবা পনথুংশিং অহু শেংনা উৎলি। শেপ্পাও পায়রবা সমাজগী কাংলুপকী ওইবা মতৌ-মওং, লুহোংবা, মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ, লন থুমগী লৈনরিবা মরী, মরৈপাক নিংবা অসিনচিংবগী মতাংদা কাংলুপ অসিগী রাখলশিং অহু ময়েক শেংনা পীরি।

"দেশ পুম্বগী শু-নোম্লিবা মীয়াম পুম্বা অমত্তা পুল্লো", হায়বা খোল্লাওসিনা লোয়শিল্লি।

ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ দা সমাজবাদ শাগৎলকপা, অনিশুবা লাণ্ড্রাওগী মতুংদা, পৃথিবীগী ওইনা সমাজবাদকী নিয়ম অমা মায়পাক্না শাগৎলকপা, কম্যুনিষ্ট অমম্মুং রার্কিং ক্ল স মুভমেণ্ট হেম্না পাক চাওনা শন্দোরকপা, সম্রাজ্যবাদীগী মায়োক্তা মীয়ামগী লড়াই হেন্না কনথৎলক্তুনা লোয়লমগী সাসনগী য়োহ্লিং পুম্বা থদৎলকপা পুম্বসিনা কম্যুনিষ্ট মেনিফেষ্টোগী রাখলনা জয় ওইরকপগী ময়েক লারবা খুদমশিংনি।

Competition— পোৎচৈ শাবদা অমম্মুং য়োনবদা হেন্না শেন্দোং তাম্নবগী খুদোং চাবা মওং শেমহনা, খাইদগী হেন্বা শেন্দোং ফংননবা হোৎনবগী থবক; মসি খোকহন-খুৎলায়শিং কম্নাই খুত্তা লৈবা শেপ্পাও পায়বা দেশশিংগী হৈনবীনি। চাং তাম্নবগী থবকসি

শেঙ্গাও পায়বা নিতিগী মথাদা কা চেন্না কল্লি। সম্রাজ্যবাদীগী যুগতদি "নিংহেম্ম" চাং তান্নবসি অনৌবা মুক্রবগী মওংদা চথরকই। দেশ মকুংগী মোনোপোলী শিংগী মরক্তা চাং তান্নবা, মপানগী মোনোপোলি শিংগী মরক্তা লৈবা শেঙ্গাও পায়বশিংগী মরক্তা ১মুং সম্রাজ্যবাদী ষ্টেটশিংগী মরক্তা চাং কান্নবদা চথরকই! অসিগুম্বা মওংগী চাং তান্নবসিদা মথল-মথাগী উপায় শং — শেল পীরননদগী হৌবদুনা, অর্থনিতিক্কী লমদা ম্পাইরিং তৌনবা অমসুং লান্না ওইরিবা এন্তরপ্রাইজশিংবু লৈথাই থুগাইবগী থবকশিং কাওবা তৌনৈ।

থোকহন-থৃৎলায়শিং পুম্বা পবিক্রা মপু ওইবগী মওং লৈবা সোসিয়েলিষ্ট সমাজদদি অসিগুম্বা মওংগী চাং তান্নবসি লৈতে। মরুপ মপাং ওইনা অমসুং মুংশিননা হেবাংনবগী মওংনা সমাজগী পোংথোক হেনগংহন্দুনা সোসিয়েলিষ্ট ইকোনমিদা হেনগংহল্লি।

Constitution (সংবিধান) — সমাজ অমগী মশক তাক্লিবা ইলেক্টোরেল সিষ্টমগী নিয়ম নিতি পীরিবা, সরকারগী লৈরিবা অর্গানশিংগী মওং মতৌ তাক্লিবা ১মুং নাগরিকশিংগী তৌফম থোকপা পৌদাং অমসুং অধিকারনচিংবা পুম্ব পীরিবা, ষ্টেট অমগী খুঙ্কম ওইরিবা আইনশিং। ষ্টেট অমদা লৈরিবা কাংলুপশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরিসি সংবিধানদা উৎলি। সোভিয়েট ইউনিয়ন অমসুং অতৈ সোসয়েলিষ্ট ষ্টেটশিংদদি সংবিধান অসি জাতি শিনবা থুংনা থম্ললেনরবা মতুংদা শেম্মী। থুদম ওইনা, ইউনিয়ন অফ সোভিয়েট সোসিয়েলিষ্ট রিপব্লিকী অনৌবা সংবিধান অাসি শেমলমদাইদা, ড্রাফট

সংবিধান অমসুং ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ গী প্রজাশিংনা থা মরিরোম হেন্না নৈনহনখি। মসু নৈনবদ, ইউ এস এস আর গী শারেপ কায়বা প্রজাগী শরুক মরি থোকপগী অহুমা শরুক য়াথি। হেন্না চাওখৎলবা সমাজবাদকী নিতি চৎলবা লৈবাক অসিগী অনৌবা সংবিধান (আইনশিং) অসি ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ গী সুপ্রিম সোভিয়েটনা শোক ১৯৭৭ কী ওক্টোবর থাদা পাশ তৌখি। মসিদা হৌখিবা চহি ছ্ফুদা ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ না চাওখৎলকপগী ফলশিং পুম্বা শেংনা মমি তারে।

শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংগী সংবিধানশিংগা সমাজবাদকী দেশশিংগী সংবিধানশিংগগী মরক্তা শাথিনা খেংনরিবসি সমাজবাদকী দেশশিংগী সংবিধানশিংদা নাগরিকশিংগী নিংতম্বশিং অমসুং অধিকারশিং অমসু মপুং ফানা লাওথোকপদা নত্তনা মসু থবক ওইনা পংথোকপদা সংবিধান্না গেরেন্টি পীরি।

Confucius (Kung Fu-tzu, 551-479 B.C.) কনফুসিয়ানিজম হৌদোক্লম্ম, অমিবা চিনাগী খাইদগী মমিং লৈবা ফিলোসোফর। Confucianism, সোসিয়েল, ইথিকেল অমসুং ফিলোসোফিকেল টিচিং থোডী অমনি।

Convergence (Theory of Convergence)—বুর্জুয়া ফিলোসোফরশিংনা হৌদোকপা থিওরীনি। থিওরী অসিগী মতুং ইন্না সমাজিক অমসুং অর্থনিতিকী ওইবা ওন্ন-তৈনবা নিয়ম-নিতি অনি হায়বদি— সোসিয়েলিজম অমসুং কেপিটেলিজম অনিসি,

ইতিহাসকী খোংচৎ মতুং ইন্না অসুম নকশিন্নগা চংশিল্লক্লি। মসিগী ফল ওইনা "ইন্দষ্ট্রীয়ল সমাজ" অমা থোরক্লনি হায়না থিওরী অসিনা হায়রি। মতুদা সমাজবাদকী ওইবা মচাক খরা (লয়াই মপুশিংগা লোয়ননা ষ্টেট প্লানিং তৌবনচিংবা) য়াওগনি অতুগা শেঞ্জাও পায়বগী নিয়ম-নিতিদনা করি করম্বা মচাকশিং থাকতৌগদৌরবা হায়বনচিংবদি থিওরী অসি হৌদোকপা কাংবুসিনা পন্দে। থিওরী অসিগী মরু ওইবা য়াথলদি, শিন্মী কাংলুপশিংবু সমাজিক অমসুং অর্থনিতিকী লমদা অথুবা অহোঙবা পুরক্লবা তৌরিবা ফডাইসি থৈদোক্লবনি।

Co-operative Plan, Lenin's— পৃথিবীগী অহানবা সোসিয়েলিস্ট ষ্টেট লিংখৎলম্বা বীপ্লবীক মার্ক্সিস্ট থিওরিটিসিয়ান ভলেডিমিয়ার লেনিন্না (১৮৭০ ১৯২৪), লৌউ-শিংউগী লমদা সোসিয়েলিষ্ট রি-ওর্গেনাইজেসন পাংথোক্লগা তৌবা খোয়াংনি। সোসিয়েলিজম শাগৎনবা লেনিনগী থৌরাংদা, চাদবা য়াদবা শরুক অমনি। মসিগী মথাদা, অপিকপা লম মচেং মচেং পায়বা লৌমীশিং পুম্বা মশ মশানা যানা পুনশিন্নতুনা কো-ওপরেটিভশিং শেম্বনি। অহানবদা, ডিসট্রিব্যুসনগী (মার্কেটিং, সপ্লাই, ক্রেডিট অমসুং কঞ্জুমার কো-ওপরেটিভ) কী মতাংদা চংশিল্লবা অতুগী মতুংদা প্রডক্সনগী (পোথোক পুথোকপগী) মতাংদা ডিক্টেটরসিপ অফ প্রোলিটরিয়েটকী মথাদা, (মসিদা লৌমী অমসুং শিন্মী অনিগী তেংবাংনবগী য়াথল মশানা য়াওজরে) পাক চাওনা কো-ওপরেটিভ শেমগৎ

শাগৎপসি লৌমীশিংগী স্বার্থদা. অচৌবা মওংগী মেকানাইজ সোসিয়েলিষ্ট এগ্রিকলচরগী থাক্তা চংশিল্লকবনি। দেশ অসিবু সোসিয়েলিষ্ট ইন্দষ্ট্রীয়েলাইজেসন তৌবনা. খুঙ্গংগী লমশিংবু সোসিয়েলিষ্ট রি-ওর্গেনাইজেসনগী মেটরিয়েল অমস্তুং টেক্নিকেল বেসিস লৈহনবগী মচাক ওইগনি অমস্তুং লৌমীশিংদা শেল পুথোকপগী মওংদা লোয়মচিংবা ষ্টেটকী মতেং পীবনা, লৌউ-শিংউগী লমদা কলেক্টিভাইজেসন তৌনবগী দরকার লৈবা মচাক্তু পুরকহনগনি।

কলেক্টিভাইজেসনগী লমদা সোভিয়েটনা ফংলিবা লৌশিং জ্ঞানশিং অসি অতৈ সোসিয়েলিষ্ট অমস্তুং চাওথৎলক্লিবা দেশশিংনা মখোয় মখোয়গী লমদমশিংগী ফিভমগা চানবা মওংদা পান্দুনা শিজিন্নরি।

Council for Mutual Eco1omic Assistance (CMEA) – সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী ওইবা (শোক ১৯৭৯ দা, বুলগেরিয়া, ক্যুবা, জেকোশ্লোভেকিয়া, জর্মন ডিমোক্রেটিক রিপব্লিক, হঙ্গেরী, পোলেণ্ড, রুমানিয়া, সোভিয়েট ইউনিয়ন, মঙ্গোলিয়া অমস্তুং ভিয়েটনামনচিংবা য়াওরে) শোক ১৯৪৯ দা লিংথংখিবা অন্তরজাতিকী ওইবা সংস্থাননি। মসিগী পান্দমদি, দেশশিং অসিগী অর্থনিতিগী ফিভম ফগংহন্নবা মতুগা লোয়ননা সোসিয়েলিষ্ট ইকোনোমিক ইন্টিগ্রেসন পুরক্তুনা দেশশিং অসিগী অর্থনিতিদা চাং মান্ননা লৈহন্দুনা কাউন্সিলসিদা য়াওরিবা মেম্বরশিংগী স্তুংভাই য়াইফনা পান্নবগী থাক হেন্না ৱাংথংহন্নবনি। মসিগী পনথুং অসিদি

মরম ওইদুনা, শেঙ্গ'ও পাযব। সমাজগী অর্থনিতিকী অমসুং রাজনিতিকী ক্রাইসিস অসি অমুক হেন্না হেনগৎহল্লে।

Cultural Revolution — কলচরেল রিভোল্যুসন অসি সমাজবাদকী নিতি শাগৎপদা চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচং অমনি। পাক চাওরবা মীয়াম্না চাওখৎ খোংথাংদা চংশিন্নবা, চাওখৎপা রাথল খুন্নবা অমসুং কলচরগী মপু ওইননবা হোৎনবা, জাতিগী অরিবা কলচর অমসুং পৃথিবীগী ওইবা কলচরগী ফনগৈ পুম্বা চুপশিন্দুনা ইনৌ নৌবা কলচরগী মওং অমা শেম্বগী বীপ্লবনি।

কলচরেল রিভোল্যুসনগী থৌদাং অমসুং চাং অসি দেশ অদুগী সংস্কৃতিকী চাওখৎ-খোংথাংগী থাক্কী মতুং ইল্লি। সংস্কৃতিকী লমদা তুং শোৎথবা দেশ অমনা সমাজবাদকী লমদা খোংদাননা হোৎনবদা, মীয়াম পুম্বা পাক চাননা লাইরিক-হৈহন্নবা, পাক চাওবা পব্লিক ইডুকেসন সিষ্টেম পায়খৎপা চংই। সমাজবাদকী রাথল অমসুং খৌনদা বিজ্ঞান, সংস্কৃতি অমসুং শিক্ষাগী মওংসি থুমাং চাওশিন্না চংশিন্নবা হোৎনৈ। মাগী অরিবা লাইরিক-লাইশু হৈবা কাংবুসী শকক খরনা সমাজবাদ শাগৎনবগী থবক্তা মখোযগী মতেং পী অমসুং লৌমী অমসুং শিন্মীগী মরক্তগী অনৌবা লাইরিক লাইশু হৈবা কাংলুপ অমা শেমগৎলি। চৌভিনিষ্টকী রাথলদা পুক্নিং থৌগৎপা, পৃথিবীগী ওইবা সংস্কৃতিকী চাওখৎপা হিরমশিংবু য়াদবা, নিংশিংনিঙাই ওইবা পোৎশকশিংবু য়ৈথাই-থুগাইবা, লাইরিক-লাইশু হৈবা মীওইশিংবু কল্লক-য়েংথিবা মিৎয়েংনা য়েংবা অদুগা মসি পাংথোক্লবদা

নংস্কু অমসুং শক্তি শিজিন্নবসি অশেংবা মওংগী কলচরেল রিভোল্যুসন নত্তে। (মাওইজমদা য়েংউ)।

Currency Crisis— কেপিটেলিজমগী থোক্কবা য়াদবা ক্রাইসিস ওইনা, করেন্সী অমসুং ক্রেডিট সিষ্টেমদা থোকপা ক্রাইসিসনি। চেগী নোটনা শেলগী মহুৎ শিন্নজ্বনা, বেঙ্ক নোটশিংনা লুপা নত্ত্রগা সনাগী শেল লেপ্পা য়ারক্কবা, শেলগী মগুন লৈরক্কবা মওং।

লোকেল করেন্সী ক্রাইসিস হায়বদি শেঙ্গাও পায়বা দেশ ১গী মতম থরগী ওইবা শেলগী ক্রাইসিসনি অদুবু মসি মতম য়াম্না শাংবগীদমক ওইবা য়াই।

D

De-Facto Recognition— অনৌবা সরকার অমা নত্ত্রগা স্টেট অমদু মনিং তমলে অদুগা মদুগী মথাদা লৈরিবা লমশিংদুগী মথক্তা মপুং ফাবা কন্ট্রোল লৈরে হায়না শকথংবগী থাক্তি। অদুবু অনৌবা সরকার অসি অন্তরজাতিকী ওইনা ভাকফম-তৌফম থোকপশিংদুদি পাংথোকপা ওইত্রিবা অদুগা পাংথোকনিংদবগী মওংদি লৈরিবা থাক্কনি। ব্রিটিশকী চৎনবী মখাদা ডি ফেক্টো রিকোগনিসন পীবা সরকার অমগা মপুং ফাবা ডিপ্লোমেটিক মরি লৈনদে

অদুগা অতুগুম্বা সরকারগী মীহুত্তা ডিপ্লোমেটিক ইম্যুনিতি পীদে। ইউঃ এসঃ এঃ দি অসিগুম্বা সরকারগী মীহুৎশিংদা ডিপ্লোমেটিক ইম্যুনিতি পী।

De Jure Recognition – অনৌবা সরকার অমা নত্রগা ষ্টেট অমবু মনিং তমলে অদুগা মাগী মথাদা লৈরিবা লমশিংমুগী মথক্তা মপুং ফানা মাগী শক্তি চলয়রে হায়না করিগুম্বা সত্র্ অমত্তা যাওদনা শক থংবগী থবক। অদুগা অসিগুম্বা সরকার অসিনা অন্তরজাতিক্কী ওইবা ভৌথম-পাংথোকফম থোকপা পুম্বা ঙাক্কনি হায়বা যাবা করিগুম্বা সরকার অমবু ডি জুরে রিকোগনিসন হায়বগী অর্থ দি মপুং ফানা শক থংলবা, মপুং ফাবা ডিপ্লোমেটিক মরি শম্মরবা অমসুং মাগী মীহুৎশিংদা ডিপ্লোমেটিক ইম্যুনিতি পীরে হায়বনি।

Deflation – শেলগী সারকুলেসন্দা হন্থরকপগী মওং, ইন্ফ্লেসনগী এল্ল তৌনবনি। মসিনা মরম ওইদুনা পোৎকী মমল হন্থহল্লকপা ক্রেডিটকী মওং দা য়াংলকপা। শেল্লোইগী রেট হেনগৎলকপগী মতুং ঙাবা ওইনা লকপনি, মীয়ামগী ইনকম অমসুং লৈবা ঙম্বগী শক্তি হন্থহল্লকই। মীয়েপাক্কী পাচৈ লৈবগী চাং কমথরকই। বেলেন্স অফ পেমেন্টকী সমস্যা কোমথোরকই। মসিনা পোৎথোক পুথোকপা হন্থহল্লকপা অদুগা অন এমপ্লোইমেন্ট হেন্না থোকহল্লবা মরম ওইরকই

Demagogy – ওইদবা মীনম্বা প্রচার তৌদুনা মীয়ামগী থাখল লায়না লমাজংনবা তৌবা আপীল। মসিগী য়াইহেসি গ্রেক্কী ব ইহ demagogos হায়বদুদগী লাকপনি।

**De-Idealogisation**— যেশা মওংগী আইডিওলোজী (য়াথল) গী মগুন অমসুং বিজ্ঞানিক ওইবা মওংতুবু শক খংদবা ১ম্বুং য়াদবগী বুর্জজুয়াগী ওইবা য়াথল। চাওখৎপ য়াথলশিং, পুম্নমক্কী মথক্কা মার্ক্সিস্ট লেনিনিষ্টকী ওইবা য়াথলগী মায়োক্কা থেংনবদা মসিগী মওংসি কয়া শিজিন্নরি। ডি-আইডিওলাইজেসনবু শৌগৎপা কাংবুশিংসি তশেংনমক বুর্জজুয়াগী য়াথলবু য়াবা, শৌগৎপা মীওই ক্লাক্কনি।

**Democracy**– গ্রিক্কী ৱাহৈ demos, people kratos, power হায়বসিদগী থোরকপনি। অর্থনা মীয়াম্না সরকার পায়বা। তশেংবা অর্থদি মীয়াম্না সরকার পায়বা হায়বনি। ষ্টেটকী অমসুং সমাজগী ওইবা শংগনি মওং অমা, মতুগী মথাদা শক্তি অসি আইনগী মতুংইন্না, মীয়ামগী মথুক্তা লৈবা, নাগরিক পুম্বা আইনগী থোংদদি পুম্নমক চপ মান্ন অমসুং রাজনিতিগী অধিকার অমসুং নিংতম্বা পুম্বা চপ চানা ফংই হায়না লৌই অতুগা রাজ্যগী ওইবা হিরম-থৌরম ফাওবদা শরুক য়াবগী অধিকার লৈ। মুক্নবা কাংলুপ কয়ামক্তম লৈবা সমাজ অমদা, গনতন্ত্রগী কান্নবসি সমাজদা মচিন তোংবা, সমাজবু শুমহুনা চারিবা কাংবুতনা ফংই।

বুর্জজুয়া গনতন্ত্রগী মওংসি, কম্নাই মপু ওইবগী যুম্ফমদা শাগৎপা, মীনা মীবু শুমহুনা চাবগী মওংদা যুম্ফম ওই। অশেংবা গনতন্ত্রদি, সোসিয়েলিষ্ট ডিমোক্রেসি অসিনি মরমদি, মসিগী মথাদা, থোক্কহম থুংলায় পুম্বা মীয়ামগী থুক্তা লৈ অমসুং শুমহুনা চাবগী মওং পুম্বা মতম চুক্নগী ওইনা মাংহনগ্রে।

সোসিয়েলিষ্ট ডিমোক্রেসিদা লয়াই মীওইশিংগী নিংতম্বা অমসুং অধিকারশিং পুম্বা মপুং ফানা ফংহল্লি। মীবু মীওইনা অমসুং মুংশিননা হিংছনা শানবগী খুদোংচাবা পুম্বা লেম্মী। সোসিয়েলিষ্ট গনতন্ত্রগী মথাক, নাগরিকশিংনা থবক ফংবগী অধিকার, পোখাবা অমসুং মুংঙাইনা মতম লেন্নবগী, মহৈ মশিং তম্বগী অধিকার, অহল ওইরগা থাকপগী অমসুং লাইবক থিবদগী শোয়নাইরকপা কান্দা থাকপিবগী পুন্নমক অসি ফংকম থোকপনি হায়না লৌই।

মসিগা লোয়ন-লোয়ননা সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেট অমনা, শিন্মীগী ওইবা স্বর্থগী মায়োক্তা মাংনবা ভৌবু শাখিনা লৌই অমসুং মহুবু থিংননবা হোৎনৈ। লালগী, জাং মশেল য়েংথিনবগী অমসুং কাংলুপ, জাতি মশেল মুংশিনদনবগী প্রচার পুম্বা থিংননবা অকনবা আইন শেমহনা থম্মী।

Democratic Centralism – মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টি, কম্যুনিষ্ট অমসুং ৱার্কর্স পার্টিশিং, সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা লৈবা পব্লিক সংস্থানশিং, ট্রেড ইউনিয়ন ওর্গেনাইজেসনশিং অমসুং সরকারগী ওর্গানশিংগী ওর্গেনাইজেসনগী মওংদা লমজিংনবগী নিয়ম-নিতি। কম্যুনিষ্ট পার্টি অফ সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা, ডিমোক্রেটিক সেন্ট্রেলিজমনা থংনরিবসি, পার্টিগী মকোক্তগী মতোন ফাওবা লৈরিবা লমজিংবা বোডীশিং খুদিংমক মীখলনা খল্লি, পার্টিগী বোডী খুদিংমক্না মখোয় মখোয়গী পার্টি ওর্গেনাইজেসনশিংদা অমসুং মকোক থোংবা বোডীশিংদা মতম মতমগী ওইবা রিপোর্টশিং পী। মসিনা কম্যু- নিষ্টশিংদা হৈনিংবা পী অমসুং মশিং য়াম্মদবনা মশিং য়াম্বগী মতুংইন্না

হায়না অর্থ তৌবা ফ্রেন্সকী য়াহৈনি। (মসিগী মহুত্তা ইটালিগী য়াহৈ "distensione" ডিষ্টেন্সিওন হায়বসি করিগুম্বা মতমদা শি-জিন্নৈ। অতুবু য়াহৈ অসিমক্তি রাজনিতিদদি, অন্তরজাতিকী মরিদা, রাজ্য অমগা রাজ্য অমগগী মরক্তা লৈনব উংথংনবগী মওংদু হুম্ব-রকপগী ভাব ফোংদোকই। অন্তরজাতিকী ওইবা মরিদা "পব্রার পোলিটিক্স" অমস্তুং "কোল্ড ৱার" পোলিটিক্সতগী নোর্মেল ওইব্রা মওংদা হুম্বরক্নুনা, সমাজগী ওইবা য়াথলনা মথাগী চৎনবী নিয়ম লৈবা রাজ্যশিংগী মরক্তা ইংনা তপ্পা তেংবাংনহুনা হিংমিন্নবগী মওংসি ডিটাউন্টকী পোলিসিনি। অন্তরজাতিকী য়ানদবা মওং পুম্বব শক্তি উৎতুনা তাইশিন্নবগী মহুত্তা য়াম্না শান্তি ওইবা মওংদা তাইশিন্নবগী মওংসি ডিটাউন্টকী য়াথলনি। মসিনা দেশ অমনা অমদগী আইনগী ওইনা ফংকম থোকপা অধিকার অদু ব্যবহার তৌনবা অমস্তুং অমনা অমবু ব্যবহার তৌনবা অমস্তুং থাজনবগী চাং অদু ফোংদোকই। ডিটাউন্ট অসি সোসিয়েলিষ্ট অমস্তুং কেপিটেলিষ্ট দেশশিংগী মরক্তা, অর্থনিতিক, বিজ্ঞানিক, টেক্নোলোজী অমস্তুং এনভাইরোনমেন্টেল প্রোটেক্সন অদুগা লোয়নবা মীহুৎশিংগা মরি লৈনবা লমদা সংস্কৃতিক, ঈ-পাও অমস্তুং শিক্ষাগী লমদা, লন্নাই মীওইশিং, ইন্সটিট্যু-সনশিং অমস্তুং সংস্থানশিংগী মরক্তা মরী লৈনবা লৈরকপদগী হৌ-রকপনি। ডিটাউন্ট অসি পুথংনবদা অচৌবা মায়পাকপদি, হেলসিনকিদা শোক ১৯৭৫ আগস্ট থাদা ইউরোপতা সিক্যুরিটি অমস্তুং তেংবাংনবগী মওং পুরক্নবগী ফমথিবা কনফরেন্স অদুনি। কনফরেন্স

অসিদা রাজ্য অমস্তুং সরকার ৩৫ গী মকোকশিংনা, রাজ্যশিংগী মশা মশাগী ওইবা সিন্নানাশিং অমসুং শকথংনা ব্যবহার তৌনবগী ইংনা শাস্ত্র ওইনা হিংমিন্নগী লম্বীদ রাষ্ট্রশিংগী মরক্তা মওং চানা মরি লৈনবগী নিতি অমসুং অমুক্ত হেন্না চেংশিনহন্দুনা, অর্থনিতি, বিজ্ঞানিক, টেক্নোলেজী, লন্নাই মীওই অমস্তুং সংস্থানশিংগী এইনা মরি লৈনবা অমস্তুং তেংবাংনবগী লমদা সহি তৌনখিবসিনি।

Develuation (শেলগী মগুন হন্থবা)— জাতিগী ওইনা চংরিবা শেলদা সনাগী মগুন অমসুং রাংথরকপন মরম ওইদুনা, ফোরেন এক্সচেঞ্জ (বিদেশী মুদ্রাগী) মতাংদা শেলত্তুগী মগুন হন্থরক্তুনা, পোং লৈবগী মতাংদা শেলগী শক্তি রাংলকপগী মওংনি। মসি দেশ ১দা করেন্সী ক্রাইসিস লাক্তুনা ইনফ্লেসন খোরকপত্তু থিংননবা ডিভেল্যুয়েসন তৌই। শেলগী মগুন হন্থরকপা, ডিভেল্যুয়েসনগী মরম ওইদুনা, চংদ-য়াদবা পোংচৈশিংগা মমল কা হেন্না হেনগত্তুনা শু-নোমলিবা মীয়ামগী তশেংবা অশুমন অত্তুদা শাথিনা শোকহনবগী মওং লাকই।

Developed Socialism (অরাংবা থাক্কী সমাজবাদ)— সোসিয়েলিজমদগী কম্যুনিজমদা চংশিল্লকপগী পাক্তা লৈবা, ইতিহাসকী তাঙ্কক অমনি। তাঙ্কক অসিদা, তশেংবা কম্যুনিজমগী থাক্তা চংশিনবা হৌনবগী অরাংবা থাক অমসুং শাগংপা হৌই। ডিভেলপদ সোসিয়েলিজমগী তাঙ্কক অসি, কম্যুনিজম শাগৎনবগী, মেটরিয়েল অমস্তুং টেক্নিকেলগী য়ুফম শেম্বনি অমস্তুং সোসিয়েলিষ্ট

প্রডক্সন রিলেসন অদু কম্যুনিজমগী ওইবা মওংদা ওহোকপনি। মতাংসিদা কাংলুপকী থেনবা পুম্বা মাংপ্রগনি। বিজ্ঞান, টেক্নো-লোজি, কলচর চাওখৎলকপগা লোয়ননা পোথোক হেনগৎহন্দুনা, সমাজগী য়ুমলৈ-কৈরৈ অমসুং স্পিরিচুয়েলগী থাক্কা য়াংখৎহল্লি। চাওখৎপা মওংগী সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা মায় পাক্লা শাগৎপ্রে অমসুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংদসু শা-গংলি।

Developing Countries (চাওখৎলক্লিবা দেশশিং)—চান্না সম্রাজ্যবাদী শক্তিশিংগী লোয়লম অমসুং তঙ্খাই লোয়লম ওইনা লৈরম্বা, এশিয়া, আফ্রিকা, লাটিন আমেরিকা অমসুং পেসিফিক মহাস গরদা লৈবা লমদমশিং অসিবু খংনৈ। জাতিগী নিংতম লড়াই তৌদুনা চাওখৎলক্লিবা দেশশিং অয়াম্বা রাজনিতিগী নিংতম্বা ফংপ্রে, অদুবু মখোয়শিং অসি শেঙ্গাও পায়বগী অর্থনিতিগী খোং-চঙ্গা লৈদুনা অদুম লৈবনা মখোয় অসি চাওখৎলবা শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংগী থোংবা মান্নদবা "পার্টনর" শিং অদুম ওইরি। চাওখৎ-লক্লিবা দেশশিংগী মনুংদা চহি ১৫০ রোম চেম্না মনিং তমলকলবা (লাটিন আমেরিকাদা) দেশশিং য়াওরি অদুগা অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদা, সম্রাজ্যবাদীগী লোয়লমগী প্রথানা মচেৎ মচেৎ কাইরকপগা লোয়ননা রাজনিতিগী নিংতম্বা য়াম্ন' কোম্না থেংনা ফংখিবসু য়াওরি। চাওখৎলক্লিবা দেশ খরনা শেঙ্গাও পায়বগী অর্থনিতিগী লম্বীয়োমদা চংশিল্লি অদুগা অতোপ্পা খরনা সমাজবাদকী ওইবা অর্থনিতিগী

মওং ইল্লি। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী মতেংনা, চাওখৎলক্লিবা দেশ-শিংনা মথোম্বগী মপুং ফাবা, জাতিগী নিংতম্বা ফংননবা হোৎনরি। অন্তরজাতিকী ওইবা হিরমদা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংসিনা য়াম্না মরু ওইবা মকম অচুগা শক্তিশিংগী মরক্তা উংখৎনবা কোমথোকহন্নবদা য়াম্না মরুওইবা থৌদাং লৌরককি।

Disarmament (লালগী রাথল তোক্কুনা শান্তি ওইনা হিং-মিন্নতুনা লৈননবা খুৎলায় থাদোক্লবগী রাফম), নিউক্লিয়ার অমস্থুং অতোপ্পা মীয়াম পাক্তক্রা হাৎপা খুৎলায়না থন্না লৈনরবা তাঞ্জাসিদা, অচৌবা শক্তিশিংনা খুজু খুৎলায় শাবগী লমজেল তাম্নবা তে ক্কুনা, মীয়াম পাক্তক্রা হাৎপা খুৎলায়শিং থাদোক্লবগী রাফম অসি য়াম্না মরুওইবা রাফম অমা ওইরক্লি। পৃথিবী অসিবু অহুম শুবা কাঞ্জাও অমগী খুদোংথিবদগী কন্ননবা, খুৎলায় থাদোক্লবগী রাফমসি, অন্তর-জাতিকী ওইবা সমাস্যা অমা ওইবন, সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী সর-কারশিং অমস্থুং পৃথিবীগী শান্তি অমস্থুং চাওখৎপা পাম্বা শক্তিশিং পুম্বনা কন্না শৌগৎলি। সোভিয়েট ইউনিয়নগী থৌশিলদগী, খুৎলায় লমজেল তাম্নবগী মওংসি খরদা ওইরবস্থু ককথনবা, অন্তরজাতিকী ওইবা এগ্রিমেণ্ট কয়া তৌনখ্রে— মুংশিত্তা, সুম্ব্রংদা অমস্থুং সমুদ্র মন্থুংদা নিউক্লিয়ার চাংয়েং তৌবা থিংবগী সন্ধি (শোক ১৯৬৩), সুম্ব্রংদা থিজিন-হুমজিনবা অমস্থুং সুম্ব্রংগী মফম শিজিন্নবগী মতাংদা চাক্লা চংনগদবা নিয়ম-নিতিশিং, থা ১স্থুং অতৈ সুম্ব্রংদা লৈবা বো-ডীশিং য়াওনা, (মসিগী মতাংদা তৌনখিবা সন্ধিনা শোক ১৯৬৭তা),

নিউক্লিয়ারগী খুজু খুৎলায়শিং লোয়া চোয়থোক্কনবগী সন্ধি (১৯৬৮), নিউক্লিয়ার অমসুং অতৈ মীয়াম পাক্কা হাৎপা য়াবা খুৎলায়শিং সমুদ্র অমসুং মহাসাগরগী কৈ-ায়দা অদুগা সমুদ্রগী লৈমায়গী লৈরোন্দা থিল্লনবগী সন্ধি (১৯৭১), মতিক-মনাই (বেক্টোরিও-লজিকেল) অমসুং হুৎ খুৎক য়াঙ্গ শাবা অমসুং পৈশিনবা থিংনবা অমসুং অসিগুম্বা খুৎলায়শিং মাংহনশিনবগী কনভেন্সন (১৯৭২), এন-ভাইরোনমেন্টেল মোডিফিকেসন টেক্নিক শিজুগা অাত মথলগী উপায় শিজিন্নবা থিংনবা কনভেন্সন (১৯৭৮), অসিনচিংবা কয়ানি। খুৎ-লায় থাদোক্নগী লোংজুং শাগৎ, ষ্ট্রেটেজিক অমসুং নিউক্লিয়ার খুজু খুৎলায়শিং শিজিন্নবদা অকক্নবা শিজিন্নবগী মরমদা সোভিয়েট আমেরিকা অনিগী খারা শাক্নসি য়ায়, মকাদা। খুৎলায় থাদোক-নবগী হায়বা অসি সোভিয়েটকী মীরৈপাক্কী ওইবা পোলিসিগী খ্বাইদগী মকাংদা লৈতিনি।

Dialectical materialism—বিজ্ঞানিক ওইবা, পৃথিবীগী ওইবা রাগগী মিৎয়েং। মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী চংগ্রবা য়াদ্রবা মচাক অমানি। প্রকৃতি, সমাজ অমসুং খাখলনা চাংথৎলক্কপগী ডাক্লিবা আইনশিং অদুবু নৈনারবা বিওরী। ডাইলেক্টিকেল মেট-রিয়েলিজম অসি কার্ল মার্ক্স অমসুং ফ্রেডেরিক এঙ্গেলস অনিনা হৌদোক্লম্বনি, অদুদগী মথং অমুকা হেন্না ভলেডিমিয়ার লেনিননা চাওখৎহল্লম্বনি। মার্ক্সিজমগী ফিলোসোফি অসি মেটিরিয়েলিজমদা য়ুম্ফম ওই, মরমাদ মসি মিৎনা উবা পৃথিবীগী মওং অমসুং মেটরদা,

ভমখৈ লৈরবা শুপ্পং অমম্বুং মতমদা য়ুথংগ ওইবা ভোকত্রিম্লি। মসিগী ফিলোসোফি অসিবু ডাইলেক্টিকস কৌই মরমদি মসিনা সংসারগী ওইবা পোৎ অমগা অমগগী মরক্তা লৈনরি। মরি অদুগা পৃথিবীদা থোক্লিগ, লৈরিবা থোদোকাদা শাক্তগা লৈ ওইবা যেংনব মুকবনা মরম ওইদুনা, পৃথিবীসিনা … …, … পুথবু শক থংই অংম্বু য়াই।

Dialectics — ১/ … … , মুরুব অমম্বুং খেনবা কয়াগী মরক্তা চাওখংপা, … …,

২/ প্রকৃতিগী, সমাজগী অংম্বু … গী ওইবা চাওখৎ খ-থাংগী হিরম থুদিং ভাক্লিবা জেনেবেং। … (সধারন অংকনাশ) — মদুগী মতেংনা পোৎশিং অমম্বু প্রাকৃতিগী … দোকশিং … মাইকৈ থুদিংদগী ওইনা যেংদুনা লৈনরিবা, ইতিহাসকী অকক্লবা তাঙ্কী ফিজুমদা অংম্বু সমাজগা চৎনবী নিয়মগী মথাদা মখোয়-শিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরি, মুররিবা, যেংনরিবা মওংশিং পুম্বা লৈনবগী বিজ্ঞান্নি।

Dctatorship — ১/ মচিন তোংবা, শক্তি লৈবা কাংলুপকী স্বর্থ ফোংদোকপা ষ্টেট পরবগী মওং অমম্বু কাংলুপাসি রাজনিতিগী মকোক খোংবন্থু চেংশিনহনবগী মও, ২/ ডিটাক্রেটিক কল, মী অমদা নত্ত্রগা মী খরগী মখুৎদা শক্তি পাযবগী মও., ফেসিজমগী মথাদ তৌবগুম্বা।

Dictatorship of Prolitariat — সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব ১গী মতেংনা লিংখৎপা শু-নোম্লিবা কাংলুপকা মখুত্তা শক্তি পায়দুনা

সাসন-তৌবগী মওং)। মসিগী ডিক্টেটরশিপ অসি কেপিটেলিজম দগী সোসিয়েলিজমদা পুরা মপুং ফানা চংশিন্নবা থাক কাগুবা চংথৈ অহুগা সোশিয়েলিজম শাগৎনবদা চংশিন্নবা য়াশিন্নবা মচাক্কি। অমুম্বা শক্তি পাথৎসিবু ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েট কৌই মরমদি সমাজগী অমসুং ষ্টেটকী লিডরশিপ অসি গু-নোম্মিবা কাংলুপনা, মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট পার্টিগী লমজিং মথাদ', লৌমী ১মসুং অতৈ সমাজগী চাংথৎপা শক্তিশিংগা লোয়ননা চংথমিন্নৈ। মসিগী শক্তি অসিবু ডিক্টেটরশিপ কৌই মরমদি, গু নোম্মিবা কাংলুপকী স্বার্থ ঙাক্লবদা চথরকপা গনতন্ত্রগী মশংদা অথিংবা পীবা, গুমত্তুনা চাবা কাংলুপশিং পুম্বা অমসুং সমাজবাদবু য়েংথিনা লৌবা কাংলুপশিং পুম্বা নমথনবদা মসিনা ডিক্টেটর শক্তি শিজিন্নৈ।

ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েট অসিনা হিংসা, য়ৈথাই থুগাইবা চথবগী মতৌ শেমগৎ শাগৎপা সংগঠনগী থবক চংথত্তুনা গু নোম্মিবা মীয়ামগী অনৌবা সমাজ অমা শেমগৎনবদা লমজিংই। কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা চংশিনবগী তাঙ্কক্তা দরকার ওইরিবাস প্রোলিটরিয়েটনা লৌমী অমসুং মপুং ওইবা পেটি বুর্জুয়া কাংলুপশিংবু লমজিংবদা লেনিন্না উৎলম্মী মত্তুদি, "কাংলুপ অমনা শাসন তৌবা প্রোলিটারিয়েটকী ডিক্টেটরশিপ অসিগী ওর্গেনাইজেসনগী শক্তি অমসুং ডিসিপ্লিন, কেপিটেলিজমগী সংস্কৃতিক, বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজীগী খুমাং চাওশিনবদাময়োন ওইত্তুনা য়ুক্কম ওইবা শক্তি, গু নোমজিবা মীপুম খুদিংদা প্রোলিটরিয়েটকী নক্লবা

ৱাখল লৈবা, খুঙ্গংদা লৈবা চাওখৎপা ৱাংপা, ইন্দষ্ট্রী মচা-মশুদা লুপ্পা, রাজনিতিদা পুকচেল লেপ্তুব, মচেৎ শাবা কাংবুগী মরক্তা লৈরিবা, মসিগী ইজ্জৎ-সন্মান অসিনি ." (ভিঃ আইঃ লেনিন কলেক্টেদ ৱাকর্স, ভোল্যুম ২৯, চেনা ৩৮৯)।

লম লমগী লৈরিবা ফিভমগী মত্তংইন্না ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েটকী মওংসু হোংই। দেশ অমগী লৈরিবা অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী চাওখৎ-খোংথাংগী থাক, কান্নুপকী শক্তিশিংগী লৈনরিবা মরি, সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অহু ইংনা ওপা নত্রগা শান্তি ওইদনা মওংদা জাতিগী ওইনা লৈরবা চংনবা মত্তংগুন্না পাংথোকপা মত্তুগী মতুংদা থুনমক, শুমহুনা চানা কাংনুপাশং মুখ্যপ্রশ্ন, এখোয়শিং অহু শু-নোম্বা কাংনুপ্পা ওস্তোক্কবা, সমাজবাদ লবা চেংনা শিংখৎলবা মতুংদা, ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েট অসি পুবা শুনোম্লিবা মীয়ামগী ওইব শাস্তুলা ওহো হুন, শু-নোম্লিবা মীয়ামগী ওইবা ষ্টেট অমদা মপুং ফানা ওস্তোবকই।

Dissident — ওফিসিয়েল ওইবা মতপু য়দবা তোঙানবা ৱাখল চেনবা মীওই। ৱাহে অসিমক বুর্জুৱাশিংনা, মনিং তম্না ৱাখল খঞ্জবা মীওইশিংবু সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংদদি দণ্ডী তৌই হায়না প্রচার তৌনব মচাক ওইনা শিজিন্নৈ। তশেংবদি, সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংদা নমথবিবদি, "ৱাখল খেনবা, মত খেনবহু" নত্তে সমাজ বিরোধী ওইবা থবক তৌও, ওইদব প্রচার অমসুং মীনম্বা তোকস্তা শন্দোকপা অমসুং সমাজগী মাংনবা তৌবাশংহুবনি। অসিগুম্বা

মাংনবা তৌবা থবকশিং ("মোতশিং নত্তবা) অসিবু— হুরানবা, শেল চাবা, শেন্দোং ভানবা অমসুং অতৈ মথক্কী সমাজ বিরোধী ওইবা থবক তৌবশিংবু আইন্না দন্দী পীবগুম মতিক চাবা দন্দী পী।

Dumping— য়ুমগী কৈথেলদা য়োনবা পোৎচৈশিংগী মমল-দগী য়াম্না কা হেন্না হন্থনা, করিগুম্বা মতমদা পোথোক অহু পুথোক-পদা চংবা মমলদগী কাওবা ভানা, মীরৈপাক্কী কৈথেলদা পোৎ য়োনবগী মওংবু দম্পিং হায়না থংনৈ। মসি শেঙ্গাও পায়বা মোনো-পোলিশিংনা, মথোয়গী পোৎচৈশিং মপান্দা হেন্না থাদোক্তুনা য়োন্ন-বদা অমসুং মথোয়গী লাম্বাশিংবু অন্তরজাতিকী ওইবা কৈথেলদা হাংনবদা শিজিন্নৈ। অসুম্না মীরৈপাক্কী কৈথেলশিং মথোয়গী মখুত্তা থম্নবা অমসুং মরৈপাক্কী য়ুমগী কৈথেলদা পোৎকী সপ্লাই হন্থহন্নগা মোনোপোলী শাম্নবগী খুদোংচাবা ফংননবা তৌই। দম্পিং তৌবনা মোনোপোলীশিংদা শেন্দোং য়াম্না ফংহল্লি। মহুগী ওন্ন-তৈনবদা, পোৎচৈগী মমল তাংবা অমসুং টেক্স হেন্না থিবনা মরম ওইহুনা, গু-মোম্লিবা মীয়াম্না হিংহুনা পানবগী ফিভমদা শাথিনা শোকচিলহল্লি। অহুগা মথোয়গা লান্বা তৌনরিবা দেশশিংদনা পোথোক পুথোকপা হন্থহন্দুনা থবক ফংদবগী সমস্যা হেনগৎহল্লি।

Durand Line— শোক ১৮৯২ দা ব্রিটিশ ইন্ডিয়াগা আফ-গানিস্তানগা য়ানথিবা সিমানা অহুগা মহু হৌজিক পাকিস্টান্না আফগানিস্তান অমসুং মাগগী সিমানা ওইনা য়ারবা। আফগানিস্তান্না সিমানা লৈই অসিগী মথারোমদা লৈবা লম থন্না মাগীনি হায়না (প্যাকটুনস্তান) দাবী তৌরি।

# E

Economy — ১। সমাজ অমগী অর্থনিতিগী নিয়মগী মওং ঊংপা, ইতিহাসন পীরি প্রডক্সন বিলেসনগী অপুনবা শক্তম, খুদম' ওইনা, শেক্সাও পায়াগী নিয়মগী ইকোনোমী — কেপিটেলিষ্ট ইকোনোমী, সোসিয়েলিস্ট ইকোনোমী। ২। নেসনেল ইকোনোমী (কোন্না যেংউ)।

Economism — রাশিয়ান সোসিয়েল ডিমোক্রেসিদা সুবিধাবাদীগী লম্বী অমনি। শতাব্দী ১৯গী লোইরকপা অমুগা ২০ শুরা শত ব্দীগী হৌরকপদা থোরকপনি। রাজনিতি অমসুং অর্থনিতি অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরিদা লাম্না লৌনদগী, ইকোনোমিষ্টশিংনা শিন্মীশিংগী লড়াই, অন্দোলন অসি শুপ্পগী অর্থনিতিগী পন্থুগীদমক্তা ওইগদবনি (অশুমন হেনগৎপা, শুক্ম নোঙ্কমগী ফিভম হেন্না ফগৎহনবা অসিনচিংবে)। রাজনিতিগী অন্দোলনদি রাজনিতি দলনা তৌগদবনি; শিন্মীশিংনা রিভোল্যুসনারী ষ্ট্রগল তৌবগী অমুগা মচু লমজিংবগী থৌদাং লৌবগী দরকার লৈতে অমুগা মখোয়শিংবু সোসিয়েলিজমগী মরমদা জ্ঞান তাহনবগী দরকার ওইদে হায়না মখোয়না লৌই। ইকোনোমিজম' শিন্মী কাংলুপপু মীপ্পবীক অন্দোলনগী নাথৈহনা পুথোকই। ব্রুকর (Brucker) ইকোনোমিজম লৌগৎপা মীশক অমনি।

European Economic Community (EEC) or European Common Market (ECM)— চাওখৎলবা

শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংগী ওইবা ষ্টেট মোনোপোলী গ্রুপশিংনি। মসিগী মেম্বরশিংদি, ফেডরেল রিপব্লিক অফ জর্মনী, ফ্রান্স, ইটালী, বেলজিয়ম, নিদরলেণ্ডস, লক্সেম্বর্গ, গ্রেট ব্রিটেন, ডেনমার্ক অমসুং আয়রলেণ্ডনি। আয়রলেণ্ডদি শোক ১৯৭৩ দগী য়াওরকপনি। ই: ই: সি: অসি চালু ঊৌরকপগী য়ানচে লহি ঊৌনখিবা মতমদি শোক ১৯৫৮ জানুয়ারী ১দনি। মসিগী মিথান্তদি কম্যুনিটি অসিদা য়াওরিবা মেম্বরশিংনা মাগী মাগী দেশশিংদা থম্মরিবা লম্লোন-ইতিক্কী মখাংদা থম্মরিবা অখিংবা (টেরিফ) পুম্বা লৌথোক্লদুনা "অপুনবা কৈথেল" (কমন মার্কেট) অমা শেম্বনি অমসুং অচৌবা মোনোপোলীশিংগী স্বার্থদা অর্থনিতিগী পোলিসি চথবনি।

Egalitarianism – পেটি বুর্জুরাগী ওইবা মংজ্রং (উটোপিয়ান) গী থিওরিনি। মসিগী থিওরী অসিনা শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী মনুংদা লৈরিবা য়েংনব মওংশিং পুম্বসি, লম্লাই সম্পত্তিশিং পুম্বা অমুক হন্না চপ মান্নবা য়ুক্ষমদা য়েন্থোক্লুনা তেম্নগা কোকহনবা ওমগনি হায়না লৌই।

Evolution – প্রকৃতি অমসুং সমাজদা, লেংবা-খোংপা ১সুং অহোঙবা পুরকপগী প্রোসেসনি। মসি অহানবদা মশিংদা, চাংদা পুরকপা অহোঙবা (কান্টিটেটিভ) ওইরম্বদগী মথং মথং ওইনা মওংদা পুরকপা অহোঙবদা (কালিটেটিভ) ওন্থোরকই। ইভোল্যুসন (ইংনা তপ্না হোংবা) অমসুং রিভোল্যুসন (কান্টিটেটিভতগী কালিটেটিভতা খংহোং হোংবা) অনি অসি প্রকৃতি অমসুং সমাজদা অরেংবা ১সুং অহোংবা পুরকপদা য়াম্না নকশিন্না মরি লৈনবা মওংনি।

**Exchange**— পোৎনা সিক্যুরিটি ওইরগা লল্লোনবগী কৈথেল (ষ্টোক এক্সচেঞ্জ) নত্রগা পোৎচৈ মপৈশিন্নবগী কৈথেল (কোমোডিটি এক্সচেঞ্জ)। Labour Exchange দসু য়েংউ।

**Expansion, Expansionism**— সিমানা, শক্তি, অথিকারনচিংবা পাকথোকপা অসিনচিংবা অমসুং মসি চথবগী নিতি। রাহৈ অসিমক অসি, কনাগুম্বা ষ্টেট অমনা অতোপ্পা দেশশিংদা ডিপ্লোমেটিক ইকোনোমিক অমসুং মিলিটরীগী উপায়না মাগী শক্তি শন্দোক্লবা হোৎনববুসু থংনৈ। খুদম ওইনা, আফ্রিকাদা ইউনাইটেড স্টেটনা চৎলিবা পোলিসি, য়ুমলোন্নবা আরব দেশশিংদা ইজরেলনা চৎলিবা পোলিসি নত্রগা মনিং তম্বা আফ্রিকাগী রাজ্যশিংদা জাৎ ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা (রেসিষ্ট) সরকারশিংগী পোলিসি। এক্সপান্সনগী পোলিসি অসি চিনাগী লুচিংবশিংনসু ইল্লি। মসিনা মাগী য়ুমলোন্নবা দেশশিংগী লমশিং মাগীনি হায়না দাবী তৌরি, সিমানাদা তোয়না তোয়না খুৎলায় পায়দুনা লান্দারি অমসুং সিমানাগী লমশিং নমদুনা খোপচিল্লি। অসিদা নত্তনা মাগী অকোয়বদা লৈবা নত্রগা মনাক নক্না লৈবা (ইন্দিয়া, বর্ম্মা, ভিয়েটনাম, লাওস, থাইলেণ্ড, কম্পুচিয়া, মালয়েশিয়া, ইন্দোনেশিয়া, ফিলিপাইন্স অমসুং অতৈ লৈবাকশিং) দেশশিংগী লৈবাক মসুংগী ওইবা থবক্তা থুং থিংজিল্লি। এক্সপান্সনিজমগী পোলিসি অসিনা পৃথিবীগী শান্তি অমসুং সিক্যুরিটিদা শাথিবা খুদোংথিবা পী।

**Exploitation**— মশা ইনাক খুনগৎনবগীদমক্তা অতোপ্পগী হুমাংমন শিজিন্নবা, মী শুমত্তনা চাবগী নিতি। কেপিটেলিষ্ট

এক্সপ্লোইটেসনগী মওংসি, থোকহন-পুলাগী মপু ওইরিবশিংনা, মশাগী মপাঙ্গল য়োন্দুনা হুমাংমন্না ভাল্লিবা য়েঙ্গ লেবররশিংগী অশুম্বা শুমহুনা চাবনি। শুমহুনা চাবগী মওংসি থোকহন-খুলায়শিং, লল্লাই মীওইশিংগী মথুঙ্গা খবরদগী থোকহনবনি।

Export of Capital— চাওখৎলবা শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংনা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা "অহেনবা" (সপ্লস) কেপিটেলশিং (মশাগী দেশতা থাদবদা শেন্দোং হাংনা ফংবা) মোনোপোলী কাংবুশিংনা থাদহুন শেন্দোং তানবদা নত্তুনা দেশ অহুবু মখোয়গী চুকলিমখাদা থম্নবা তৌবা সম্রাজ্যবাদগী হৈনবী লিচৎ। মসি মোনোপোলীশিংনা য়েঙ্গ লেবরশিংবু শুমহুনা চাবগী মওংসি হেন্না পাকথোক-চাওথোকহল্লব চখবনি। কেপিটেল এক্সপোর্ট তৌবগী মওংসি চাওখৎলক্লিবা দেশশিংবু রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিদা মীনাই নাইথাং ওইহন্নবনি। মসিগা সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংনা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা পীরিবা লোন অমসুং মতেংশিংগা শাথিনা খেন্নৈ।

Export of Commodities—চাওখৎলবা শেঙ্গ ও পায়বা দেশশিংনা মখোয়গী লৈবাক্তা শাবা পোৎচৈশিং (মরমদা য়োমবা হানা থোকপা, কৈথেল লৈতবা পোৎশিং, মীনৈপাক্তা (চাওখৎত্রবা অমসুং চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা) থাদোক্তুনা খুাইদগী হেনবা শেন্দোং তান্নবা তৌবগী থবক।

Expropriation— নমহুনা তোথাই তাহনবা, পোৎচৈ লনথুম মৎপগী থবক, খুদম ওইনা, সোসিয়েলিষ্ট রিভোল্যুসনগী

মথাদা, শেঙ্গাও পায়বা অমসুং লৌয়াম চাবশিংগী মথুক্তা লৈবা থোকহন-খুৎলায়শিং পুম্বঃ নমহুনা মৎপগী থবক পাংথোকই।

Extradition— কনাগুম্বা মীওই অমবু স্টেটনা মহাকনা লৈরম্বা যেশা মকমদগী ফাহনা মহাক্রু মরাল তৌরম্বা মফমদু তাম্না পুবগী থবক। মীবু অম্ন্না ফারগা পীবগী থবকসি অন্তরজাতিকী ওইবা আইনগী নিয়মদা লৈতবনা, করম্বা মথলগী মরাল তৌরম্বশিংবু এক্সট্রাদিসন তৌগদগে হায়বগী মতাংদা এক্সট্রাদিসন ত্রিটি কয়া তৌনম্লে। অসিগুম্বা ত্রিটি অসিনা য়াম্না কা হেন্না মরুওইবা ক্রাইম-শীদমক্তা মরাল লৈরবা নত্রগা কনভিক্ট তৌরবা মীওইশিংদি এক্স-ট্রাদিসন তৌবগী অধিকার পী অদুগা রাজনিতিগী ক্রাইমগীদমক্তি মসিদা চনদে।



## F

Fair Deal— মসি শোক ১৯৪৯ গী জানুয়ারী থাদা অমে-রিকাগী প্রেসিডেন্ট ট্রুমেন্না লাওথোকপা প্রেসিডেন্ট রুজভেল্টনা লাওথোকপা নিউ দিলগী পোলিসিগুম্বনি। মসি ইউঃ এসঃ কী য়ুম্মৈ কৈরৈগী থাক ব্রাংথহন্নবা মরুওইনা লবার ইনকম গ্রুপকী মরক্তা, মওং চুম্বা লেবর লেজিসলেসন্না সোসিয়েল জষ্টিস নিংথিনা পীননবা অমসুং মপুং ফাবা সিভিল রাইটস আমেরিকাগী প্রজাদা পীননবনি। পোলিসি অসিনা প্লান্দ ইকোনোমীগী ব্রাফমবু য়াদে মতুগী মহুত্তা

প্রেসিডেন্টকী শক্তি শিজিন্নহুনা মওং চাক্সনা ইনফ্লেসন অমসুং ডি-ফ্লেসন তৌবা থিংহ্নুা, হেলথ, ইডুকেসন, হাউসিং অমসুং জাতিগী চাওখৎ থোংথাংগী থৌরম পায়থবনবা পল্লি। পোলিসিসিগী মথাদা ফোরেন ইকোনোমিক ১সুং মিলিটরী এইদকী প্রোগ্রামশু য়াওই।

Falangists— স্পেনিস ফেসিষ্টশিংবু থংনৈ। স্পেইনগী ফালাঞ্জি নত্রগা ফালাঞ্জিষ্টশিং অসি শোক ১৯৩৩ গী ওক্টোবর ২৯ দা শোক ১৯২৩ দগী ১৯৩১ ফাওবা স্পেইনগী ডিক্টেটর ওইরম্বা প্রিমো ডি রিভেরাগী মচাম্বুপা এন্টোনিও প্রিমো ডি রিভেরানা লিংথংখিবনি। মথোয়বু লিংথংলম্বা মীশকশি রিপব্লিকানশিংনা কাপতুনা হাংখি।

Facism— কেপিটেলিজমগী জেনরেল ক্রাইসিস মতমদা শেঞ্জাও পায়বা দেশশিংদা থোরকপা রাজনিতিগী থোংচংকী মওং অমনি। মসিনা সম্রাজ্যবাদী বুর্জজুয়াশিংগী খাইদগী রিয়েক্সনারী অমসুং এগ্রেসিভ ওইবা স্বার্থহু উংলি। ফেসিজমনা শক্তি পায়থবসি অসিগুম্বা শক্তিশিংগী অফোংবা টেরোরিজমগী ডিক্টেটরশিপনি। ফেসিজমগী মতৌ মওংসি কা হেনবা চৌভিনিজম, রেশিজম অমসুং অমসুং এন্টি কম্যুনিজমনি। মসিনা গনতান্ত্রিক অধিকার পুম্বা হাংতোকই, নাগরিকশিংগী পব্লিক ১সুং প্রাইভেটকী পুন্সিবু চেকশিন্না কন্ট্রোল তৌই ১সুং সমাজ অহু নমহ্নুা কন্ট্রোল তৌমনবা হোৎনৈ। ফেসিজমগী ফোরেন পোলিসিদি মীরৈপাক্তা লান্দাহ্নুা সম্রাজ্যবাদীগী লোয়নম জয় তৌবগী পোলিসিনি।

হায়বা অতোপ্পা মিংথোন পীবা (মাগী wait and see tactics তগী) অক্তগী মমিং লৌহনা থোনবনি। সোসাইটি অসিগী অয়াম্বা মেম্বরশিং বুর্জজুৱাগী লাইরিক-লাইস্নু হৈবশিং ওাক্তনি। মখোয়না সোসিয়েলিষ্ট ৱীপ্লৱ অমস্মুং ক্লাস ষ্ট্রগলগী রাক্ষমবু য়াদে। রিফোর্ম তৌদুনা সমাজ ওহ্থোক্কনি হায়ন থাজৈ।

Federal Bureau of Investigation (FBI) — ইউনাইটেড ষ্টেটস অফ আমেরিকাদা রাজনিতিগী অমস্মুং মীহাৎ মীপুনগী মতাংদা থিজিন হুর্মজিন্নবা, ইনভেষ্টিগেটিং এজেন্সীনি। সিভিল রাইটস ফাইটরশিং অমস্মুং অতৈ চাওখৎপা অহোংবা পাম্বা (প্রোগ্রেসিভ) কাংবুশিংগী মায়োক্তা এফঃ বিঃ আইঃ না অকনবা লড়াই চথৈ।

Federation — ১। মনিং তম্বা তোঙান তোঙানবা ইউনিটশিং পুনশিল্লগা শেম্বা ষ্টেট অমা। ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ অমস্মুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা শেমলিবা ফেডরেশন অসিনা ইতিহাসতা ইহান হানবা ওইনা, জাতিগী সমস্যাশিং লোকহনবা ভম্বা ষ্টেটকী মওং ওইরে।

২। সোসাইটিশিং নত্রগা সংস্থানশিংগী অপুনবা বোডী, খুদম ওইনা, ৱারল্ড ফেডরেসন অফ ট্রেড ইউনিয়নস।

Fenerbach, Lueiwig Andreas [1804-72] — মশক নাইবা জর্মন মেটরিয়েলিষ্ট ফিলোসোফর অমস্মুং এথৈষ্টনি।

Feudalism — মীনাই লোয়বগী চৎনবী প্রথাবু মহুৎ শিললকপা সমাজগী চাওখৎলকপগী থাক অমনি। মসি কেপিটেলিজমগী

হেক মমাংনি। লৌয়াম চাবগী প্রথা - ফ্যুডেলিজমগী য়ুক্ষমদি লৌয়াম চাবা ফ্যুডেল লোর্ডশিংনা লৌ লম পুম্বা পায়শিল্লি। লৌ উছুনা হিংবা মীশিংগী মগাক্তা মচেৎ ওইনা মজাক্তা মপু ওইনা পাল্লি। ফ্যুডেলিজমগী মখাদা লৌমীশিং কাজেনা সমরগী খুৎশা কৈবা মীওইশিং পুম্বা মখোয় মশাগী ওইবা থোকচল পৎলায়শিং লৈরক্লে। লৌউশিংউগী নত্রগা লম্লোন-ইতিক্কী পুক্কু নাকল্লায়শিং, শা-ডা ফাওবুং লৌউনবা য়ুমশাশিং, য়ুম ১ম্বুং ... লৌমী শাংবা লেপ্লিবা পুম্বা লৈরক্লে।

ফ্যুডেলিজমগী মখাদা পোৎথোক পুথোকপগী মওং অনি লৈ: কোর্ভি (Corvee) অমসুং কুইট রেন্ট (Quit rent) সিষ্টেমনি। কোর্ভি সিষ্টেমগী মখাদা মবুংঙো অমসুং লৌমী অনীবক্তী লম লৈবা। লৌমী অহুনা মাগী মবুংঙোগী লমশিং অত্থ চয়োল অমগী মতুংদা হুমিং ৩-৬ মাগী লাঙ্গোল যনপোৎনা থোই অহুগা মতুংগী পোৎথোক পুম্নমক্তু মবুংঙোগী ওইথি। লেমতৌরিবা অহিং তুংখিল অনি পাহুনা লৌমীহুনা মজাক্তা লম মচেৎতু পাম্মলবা হোৎনৈ। কুইট রেন্ট সিষ্টেমগী মখাদনা লৌয়াম চাবগী লৌ-লম পুম্বা লৌমীশিংদা পীথোকই। লৌমী অমসুং খুৎশা হৈবশিংনা মখোয়গী পোৎথোক্কী অয়াম্বা শরুক্তু শেল ওইনা নত্রগা পোৎ ওইনা মখোয়গী মবুংঙোদা তম্মা।

পোথোক পুথোকপগী শক্তিনা হেন্না চাওখৎলকপগা লোয়নলা ফ্যুডেল প্রডক্সন রিলেসন অসি কেপিটেলিষ্ট প্রডক্সন রিলেসন্না মহুৎ লৌলকই।

Foreign loans— মীরৈপাক্কী সরকারশিং নত্রগা অন্তর-জাতিক্কী এজেন্সী সংস্থানশিংনা মীরৈপাক্কী শেন্সগী কৈথেলদা পুথোক-পা শেমফম। ফোরেন লোনগী মতেংনা, সম্রাজ্যবাদী শক্তিশিংনা শেন্দোন তোল্লিবা দেশশিং অদুগী রো মেটরিয়েলশিং (অহিংবা মচাকশিং) অদুগা পোৎয়োনফম কৈথেলগী থুদোং চাবদু লৌই। অসুম তৌনা শেন্দোন তোল্লিবা দেশশিংনা; শেন পুথোক্লিবা দেশ-শিং অদুদা রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিদা পুরা মখা পোন্দুনা হিংই। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা পীবা ফোরেন লোনশিংদি লয়লমগী মাসন্দগী লৌনা মনিং তম্লক্লিবা দেশশিংদা, মনিং তম্বা জাতিগী অর্থনিতি অমা শাগৎচনবদা তেংবাংই, মরমদি লোন নত্রগা শেন্থংশিং অমি য়াম্না শক্তোম্বা মওংদা, রাজনিতিগী নত্রগা মিলিটরীগী থৌরি য়াও-দনা পী।

Foreign Policy— অন্তরজাতিক্কী লমদা দেশ অমনা অতোপ্পা দেশশিং অমসুং মীয়ামগা মরি লৈনবদা ইল্লিবা পোলিসি। ফোরেন পোলিসিনা দেশ অমদা মকোক থোংনা পাল্লিবা কাংলুপ-তুগী রাথলদু উৎলি। সম্রাজ্যবাদী ষ্টেটশিংগী ফোরেন পোলিসিদা, খুদম ওইনা, জাতিগী নিংতম লড়াই অমসুং সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী মায়োক্তা লৈ। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী ফোরেন পোলিসিদি প্রো-লিটরিয়ান ইন্তরনেসন্যেলিজমগী নিতিদা অমসুং তোঙান তোঙানবা সমাজগী চৎনবী নিয়ম-নিতি লৈজবা দেশশিংগী মরক্তা ইংনা তপ্না হিংমিন্নবগী নিতিদা য়ুম্ফম ওই। জাতিগী নিংতম্নবগীদমক্তা থেংনরিবা

মান্নবা অধিকার পীবা। সোভিয়েট ইউনিয়নদা ধর্ম্মগী নিংতম্বা অসি সংবিধান্না গেরেন্টি তৌই। ধর্ম্মগী সংস্থানশিং পুম্বা, মশা মশানা ঙাকচৈ, চলাইজে: মখোয়না ধর্ম্মগী লাইরিক লাইশু (বাইবল, কোরান, লাইশোন-লাইরিকশিং, চর্চকী কেলেণ্ডরনচিংবা ফোংই।) স্টেটতগী চর্চ (ধর্ম্মগী রাক্ষম) খাইদোকখিবগা লোয়নননা; সোভিয়েট স্টেটনা ধর্ম্মগী সংস্থানশিংগী থবক থৌওংদা খুৎ থিংজিল্লুদ্রে অতুগা চর্চনা ষ্টেটকী থবক্তা খুৎ থিংজিনদ্রে। ঙসিমক ইউ: এস: এস: আর: দা লাইনিং-লাইশোন তৌফম লাইশং ২০,০০০ দগী হেন্না লৈরি। ওর্থোডোক্স, রোমান কেথোলিক, প্রোটেসটেন্ট অমসুং ওল্ড বিলিভরশিংগী চর্চশিং, মুসলিমশিংগী মসজিদশিং, জিউশিংগী সাইনাগোগশিং, বুদ্ধিষ্টশিংগী লাইশংশিং, ইভাঞ্জেলিকেল খৃষ্টীয়ান বেপটিস্ট চাপেলশিং অমসুং অতৈ কয়া কয়ানি। অতুগীশু মথক্তা, মোনাষ্ট্রি কুনলোম অমসুং কোভেন্টশিং কয়া অমসু লৈরি।



## G

**Gangsterism**— ওর্গেনাইজ ওইরবা মীহাৎ মীপুনগী থবক, নমথুম্না শেল মুনবা, নমথাক তৌদুনা শেল লৌবা, মশক নাইবা মীওইশিং হাৎপগী থবক। মোনোপোলী অমসুং রিয়েক্সনারী বুর্জুয়া ওর্গেনাইজেসনশিংনা, য়াম্না তোয়না ষ্ট্রাইক, প্রোগ্রেসিভ মুভমেন্ট নমথনবদা, মখোয়গী রাজনিতিগী লাম্বা হাংক্তোকহন্নবদা, ভোটরশিং কিহন্দুনা খোন্নবদা অমসুং অতৈ মরাল তমথিবা থবকশিং পাংথোক্নবদা অনেকপা গুন্দা কাংবুশিং শিজিনৈ।

**General crisis of Capitalism** – লম পুম্বদা শোকপা শেঙ্গাও পায়বা সংসারগী ওইবা ক্রাইসিস। মসিনা শেল-পুমগী নিয়ম, রাজনিতি, রাখল অমসুং পুন্সিগী হিরম খুদিংমক্কা শাখিনা শোকহল্লি। কেপিটেলিজমগী জেনরেল ক্রাইসিসকী অহানবা থাকসি, অহানবা লান্নাওগী (১৯১৪-১৮) মতমদগী হৌখি অদুগা থোয়দোক হেন্দোক্না রাশিয়াগী শোক ১৯১৭ কী মহিক মঙ্গন লৈ-রবা ওক্টোবর বীপ্লবকী মতুংদগী ক্রাইসিস অসি অমুক্কা হেন্ত্রলকখি। অনিশুবা থাক্কা, অনিশুবা লান্নাওগী (১৯৩৯-৪৫) মতুংদগী হৌখি। ক্রাইসিস অসি শাথিবা হেঙ্গিল্লকপগী মওংদি সোসিয়েলিজম অসি দেশ অমত্তগী লৈমাইদা লৈরম্বদগী পৃথিবীগী ওইবা চৎনবী নিয়ম অমা ওইরকপদগীনি। শোক য়াঙ্খিগী ময়াই চল্লকপদা, রারন্ড কেপিটেলিজম অসিনা অহুমশুবা জেনরেল ক্রাইসিসকী থাক্কা চংশিল্লকখি। মসিগী মপুং ওইবা মতৌ মওংদি, সমাজবাদকা অর্থনিতিগী লমদা চাং অমন্নবা অসু হৌনরকপদা মাগী ফিভম শোক্হ-রকপসিনি। কেপিটেলিজমগী সাসন নিংথাইরকপা, কেপিটেলিষ্ট ইকো-নোমীনা শাখিনা মরম চেংকক্কবগী মওং লাকপা, শু-নোমল্লিবা মীয়ম্না মখোয়গী অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী দাবীগী অন্দো-লনশিং হেন্না কনখৎলকপা অদুগা পুম্নমকী মথক্তা, সম্রাজ্যবাদীগী পোলিসি অমসুং আইডিওলোজীদা মেনশিনবা য়ারয়োইদবা মওংগী ক্রাইসিস লাকপসিনি।

**General Strike** – মায়কৈ খুদিং কোম্ন, পাক চাওনা, পাক্তক্না হৌরকপা শিন্মীশিংগী ষ্ট্রাইক। ইন্দষ্ট্রি, ট্রান্সপোর্ট, পব্লিক

ইউটিলিটি সার্ভিস, কম্যুনিটি সার্ভিসনচিংবগী শরুক অমদা, কয়ামরুমদা নত্রগা পুম্নমক্তা দেশ শিনবা থুংনা চথরকপা শিম্মী মীয়ামগী ষ্ট্রাইক থংনৈ। জেনরেল পোলিটিকেল ষ্ট্রাইক অসিনা জেনরেল ষ্ট্রাইক্কা থাইদনী য়াংবা মওং অমনি।

Genocide— মীয়াম পাক্তক্রা হাৎপা। মীশিংগী অচৌবা শরুক অমা, জাৎ নত্রগা জাতিগী নত্রগা অতোপ্পা মরমগীদমক্তা পাক্তক্রা হাৎতোকপগী মওং। মীয়াম পাক্তক্রা হাৎপগী অচৌবা মরাল অসি অনিশুবা লান্থাওগী মতমদা (১৯৩৯-৪৫) লোয় চল্লবা লমশিংদা হিটলারগী মীওইশিংনা পাক চাওনা চথখি। জিনোসাইদ অহুগা কুচু মান্নদবা মীওইশিংবু তাখিনা তৌবগী মওংদি রোডিসিয়া অমস্তুং থা আফ্রিকা রিপব্লিকী ষ্টেট পোলিসিনি। মীয়াম পাক্তক্রা হাৎপা জিনোসাইদকী থবকসি কম্পুচিয়াদা চীনাগী হুইরোই পোল পোট আইয়েং সারীগী মাগাংপা সরকারনা তৌখি। মিলিয়ন ৭ লোম লৈবা কম্পুচিয়াগী প্রজাগী তঙ্খাই অমা চাং নাইনা হাৎতোকতুনা লোয়শিনখি।

Gestapo, (Geheime Staats polizei or German Secret Police)— শোক ১৯৩৩ দা এডোলফ হিটলার অমস্তুং নাজিশিংনা জর্মনীদা শক্তি হেক পায়বগা, জর্মনীগী অরোনবা পুলিসকী ওফিসিয়েল বোডী ওইরকখি। মসিগী মরুওইবা থৌদাংদি, নাজিজমবু য়াদবা মীওইশিংবু ফাগৎপা অমস্তুং দন্দী তৌবনি। মসিগী এজেন্টশিংনা আইন্না য়াদবা অরোনবা এন্টি-নাজি ওর্গেনাইজেসনশিংগী মেম্বর ওইখি অমস্তুং মথোয়বু মাংহন্নবদা তেংবাংখি।

শোক ১৯৪৫ দা নাজিজম্না মায়থিখিবগা লোয়ননা গেষ্টাপো অসি লৈখিদ্রবম্ন মমিং অসিদি অয়োনবা পুলিসকী ওর্গেনাইজেসনবু কোংদোকপদা শিজিন্নয়ে ।

Great Power Chauvinism— অচৌবা জাতিশিংনি হায়রিবশিংগী শক্তি পায়রিবা কাংবুশিংগী অরানবা পোলিসি ১স্থং রাখল। জাতি মচাশিং পুম্বা অচৌবা জাতিগী মথাদা লৈগদবনি হায়বগী ওকচাও থেকপা রাখল। মসিগী রাখলসিগী মথাদা অচৌবা শক্তি লৈবা জাতিশিংনা অতৈ জাতিশিংবু নমথবা, ইকাইবা পীবা, নিংতম্বা মাংহনবা, কল্লক-য়েংথিবগী মিৎয়েংনা য়েংবগী মওংসি তৌই। মসিমক চীনানা মাগী মুমলোন্নবা অমস্থং অকোয়বদা লৈ-রিবা জাতিশিংগী মথক্তা তৌরি।

Goelero— লেনিনগী লমজিং মথাদা, জাতিগী অর্থনিতি ফগৎহন্নবগী অহানবা থৌরাংদা, শোক ১৯২০ দা রাশিয়া শিনবা থুংনা ইলেকট্রিসিটি ফংহন্নবা তৌথিবা অশাংবা মতমগী থৌরাং পাংথোক্নবা শেমথিবা "ষ্টেট কমিশন ফোর ইলেকট্রিফিকেসন অফ রাশিয়া" গী অতেনবা মমিংনি। থৌরাংশিগী মথাদা জাতিগী অর্থ-নিতি পুম্বসি সোসিয়েলিজমগী মাইকৈরোমদা পুশিন্নবা পাক চাওবা ইঞ্জিনিয়ারিং ইন্দষ্ট্রী লিংথংনবা চংশিনথি।

Golosists, Golos Sotsial Demokrata (The voice of the Social Democrat)— ভোইস অফ দি সো-সিয়েল দিমোক্রেট হায়বা চেকোংসিগা মরি লৈনবা মেন্শেভিকী

ওৰ্গাল্লি। ফেব্রুয়ারী ১৯০৮ দগী ১৯১১ ফাওবদা, অহানবদা জিনেভাদগী অহুগা মতুংদা পোরিসতগী ফোংলম্মী। চেফোং অসি লিকুইদেটৰশিংগী আইডিওলোজিকেল সেন্টর ওইরম্মী।

Great October Socialist Revolution— রাশিয়াগী শিন্মীশিংনা, লৌমীশিংগা তেংবাংনহুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লমজিং মখাদা সোভিয়েট রাশিয়াদা মায় পাক্লা পাংথোকখিবা পৃথিবীগী ইহান হানবা সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লৱনি। শোক ১৯১৭ কী ওক্টোবর ২৫ (অনৌবা ষ্টাইল কেলেন্দরগী নভেম্বর ৭ তা) দা মীয়াম্মা থৃংলায় পায়হুনা তৌরক্কুনা, বুর্জজুৱাগী সাসন মরু ফুক্তোক্লগা, ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েট অসি সোভিয়েট শক্তিগী মওংদা লিংখৎখি। মতিক মঙৈ লৈরবা বীপ্লব অসিনা পৃথিবীদা অনৌবা রিভোল্যুসনারী যুগ অমা, মীওইবা সমাজনা কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমলোমদা চংশিল্লক্লবগী লমাজিং মৈরা ওইখি। মসিনা কেপিটেলিজমগী জেনরেল ক্রাইসিস হেন্না থুজিনহন্নবদা তে বাংখি।

Guerilla (Partisan) Movement— মীরৈপাকী অয় তৌরবশিংগী মায়োক্তা, মীগী লম লৌশিনবা লান্মীশিং ১ম্মুং অথোরিটিগী মথক্তা, নত্রগা লৈবাক মগুংগী অৎৎ-অনৈ সাসনগী মায়োক্তা মীয়াম্মা পেন্দহুনা লালহৌ তৌবগী মওং অমনি। মসিগী মরুওইবা মতৌ মওংদি, থৃংলায় পায়হুনা খেংনবা, য়ৈথাই থুগাম্লবা, মাংতাকহনবগী থবকশিং চথবা অহুগা মীয়ামবু মখোয়গী রাজনিতি অমস্মুং অর্থনিতিগী দাবীশিং অহু মনিং থুংহন্নবগী চথবা লড়াইদা

হৌহল্লবা তৌবা এজিটেসন। ওৎপি নৈবীরগী নীয়াম্না মখোংগী মনিং তম্লবগী হড় ইদা গেরিলা লালওং অসি য়াম্না তোয়না চংথৈ। গেরিলা লালওং অসি নিয়েক্লনাবী ফোর্সশিংনা মপুংফানা রাজ-নিতিগী জ্ঞান লৈক্তিবা নীযামগী শরুক থরা পোর মনা চিংলনবগী-দমক্তসু করিগুম্বদা শিক্তিল্লে।



II

Hannibal Borca (247-183 BC) – Carthaginian military leader— রোমানশিংগী মথক্তা মহাক্কা লান কয়ামকুম ভুমখি। মরুওইনা ২১৬ বিঃ সিঃ দা কেনিজ (Cannes) গী লান-ফম মনিং চংলি, অদুবু মহাক্কা রোমদা থৌনা ফনা লান্দাবা ভম-খিদে। হেন্নিবেলনা লানফম অমত্তদা মায়াথোকপ্রাম্লে, মহাক্কা জয় তৌরিবশিং অদু মহক্কী খুদোং চাবদা শিজিন্নবা ভমদনা কার্থেজ (Carthage) দা হল্লকখি। মাগী মমিং পন্নগা জয়দনক তৌবা মদুবু তাশিন খোমজিন্দুনা কান্নবা লৌজনগী থাকফম নিংশিংচল্লি।

Hegemonigsm – মকোক থোংবা, মুক্তিংবা লৌনিংবগী রাথল, দেশ অমগী অনিংবা, অপান্বা অতু অতোপ্পা দেশশিং দা নম-থুনা চংনহল্লবা হোৎনবগী মওং। শোক ৬০ গী মতমদগী হিগিমো-নিজম অসি চীনাগী মাওইষ্টশিংগী অন্তুরন্যাতিক্কী ওইবা ষ্ট্রেটেজী (লালওং) ওইরকখি। এশিয়া, আফ্রিকা অমসুং লাটিন অমেরিকাগী

জাতিগী নিংতম লড়াইদা মখোয়গী রাখলগী লমজিং অমসুং রাজনিতিগী কন্ত্রোল থম্মনবা কল্লা হোৎনরকথি। মাওইষ্টশিংনা "থার্ড রারেন্ড" গী নওদা মখোয়গী হিগিমোনিষ্টিক লিডরশিপ অহু নমজুনা লৈশল্লবগী রাখলদা অমুরি মতুংদি বীপ্লবীক অন্দোলনগী ময়োন অসি জাতিগী নিংতম্মবগী তৌবিবা অন্দোলনগী লমদমলোমদা চংশিল্লক্লে মরমদি সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অসি "লমচৎতা মাংথরক্লুনা" মখোয়গী "রিভোল্যুসনারী স্পিরিট" (বিপ্লবীক থৌনাহু) মাংখ্রে অদুগা চাওখৎনবা লেঞ্জাও পায়রবা দেশশিংগী শিন্মীশিংনা "বুর্জুরা ওনখ্রে" অমসুং মখোয়গী বীপ্লবীক খৌনা পুম্বা মাংখ্রে অসিনি। হন্দকমক মাওইষ্ট হিগিমোনিষ্টশিংনা মখোয়গী লমজিং মখাদা, রিয়েক্সন, কাউন্টর রিভোল্যুসনারী অমসুং সম্রাজ্যবাদীগা খোংলোই ওইবা "অপুনবা ফ্রন্ট" অমা সোভিয়েট ইউনিয়ন অমসুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী মায়োক্তা শেমগৎলকলি। পেকিংনা সম্রাজ্যবাদীগা হেন্না নকশিন্নরকপা অমসুং হেন্না হেন্না এন্টি সোভিয়েট অমসুং এন্টি-সোসিয়েলিষ্ট ওইরক্লিবা মওংসদা মাওইষ্টশিংগা মতম খরা খোংলোই ওইরম্বা কাংবু ফাওম্বা ঙম্বা থোক্লে।

Hegemony— লুচিংবগী মফম লৌবা, শক্তি অমসুং ইনফ্লুয়েন্সতা মকোক থোংনবা হোৎনবা। প্রোলিটরিয়েটকী হিগিমোনি অসি মোনোপোলী বুর্জুরাশিংগী সাসন মরু ফুকতুনা লংথোকনবদা অতৈ কাংলুপপু মসিগীদমক্তা মায়পাক্না লমজিংনবদা অমসুং সোসিয়েলিস্ট বীপ্লব মায় পাকহন্দুনা সোসিয়েলিজম অমসুং কম্যুনিজম মায় পাক্না শাগৎনবগীদমক্তা তঙাই ফদনা দরকারনি।

Historical Materialism – সমাজনা চাওখৎলকপগী আইনশিং অদু নৈনবা বিজ্ঞান অদু হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজম হায়না খংনৈ। হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজম অসি কার্ল মাক্স ১স্মুং ফ্রেডেরিক এঙ্গেলসনা পুথোক্লম্বনি অদুগা ভ্লেডিমিয়ার লেনিন্না অমুক্কা হেন্না চাওখৎহল্লম্বনি। হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজম হৌ-দোক্লম্বশিংনা বিজ্ঞানিক ওইবা মওং চপ চানা প্রমান তৌরমলে, মদুনা সমাজগী চাওখৎলকপগী মওংসি তশেংনমক অকক্লবা আইন-শিংনা ভাকই অদুগা শু-নোমলিবা মীয়াম্না তশেংনা ইতিহাস শেম্ব-শিংনি। হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজমনা শেংনা উৎলে মদুদি পোৎ-থোক পুথোক্লিবা শক্তিশিং অমস্তুং পোৎথোক পুথোক্লবগী থোকহন খুৎলায়গী মপু ওইরিবশিং অনিগী মরক্তা হেৎনারবাস কাংলুপকী লড়াইতনা লোয়শিনহনবা ডমগনি অমস্তুং হেন্না চাওখৎপা মওংদা অহোংবা অমা পুরক্কনা সমাজগী হেন্না চাওখৎপা থাক্তা চংশিনগনি। মসিনা ময়েক শেংনা উৎলি মদুদি কম্যুনিষ্ট সমাজ অমা লাকপসি সমাজগী চাওখৎপগী থাক্ত মশানা তারবা, মহৌশাগী ওইবা, শোয়-দনা ওইরগদবা খ্রাফমনি হায়না শেংনা উৎলি।

Historic mission of Prolitariat— পৃথিবীগী ইতি-হাসতা শু-নোম্লিবশিংগী কাংলুপকী থোয়দোকপা থৌদাংনি। শেঙ্গাও পায়বা নিতিগী মায়োক্তা অহনবা লৈতনা থেংনবা কাংলুপ ওইবনা, মসিনা শু-নোম্লিবা কাংলুপ পুম্বগী বীপ্লবীক অন্দোলনগী লমজিংবা অমস্তুং দেশ অমদা সোসিয়েলিজম শাগৎপদা খ্বাইদগী মরু ওইবা থৌদাং লৌই।

Humanism— মল্লাই মীওই অমগী নিংতম্বা অমসুং মাগী মাইকৈ শুনা চাওখৎচনবা খুদোং চাবা পীবগী দরকার, মী অমবু মী ওইনা ব্যবহার তৌবগী রাখল অমসুং মিংয়েং, সমাজগী লৈনরিবা মরীদা মীয়ুংশি চেনবা অমসুং মীবু মুংশিবগী রাখলদা য়ুক্ষম ওইবা। অশেংবা হিউমেনিজমদি, শুন্নোমলিবা মীয়াম্না অওং অনৈ অমসুং শুমজুন চাবগী নিয়ম নিতিদগী মনিং তমগ্রবা দেশশিংদা লৈ, মচুদি সোসিয়েলিজমগী মখাদদা ওইথোকই।

Human Rights – মীগী দরকার ওইবা অমসুং স্বার্থশিং অদু ফংহনবা য়াবগী ওইথোকপশিংগী মতাংদা ষ্টেটকী আইননা গেরেন্টি তৌহনা পীরিবশিং।

শোক ১৯৪৮, ডিসেম্বর ১০ দা ইউনাইটেড নেসন্স ওর্গেনাইজেসনগী জেনরেল এসেম্বলীনা ইউনিভরসেল ডিক্লেরেসন অফ হিউমেন রাইট অসিবু মীয়াম্না অমসুং স্টেট পুম্বনা পংথোক্নদবা থৌদাংশিং পীবা এক্ট অমা ওইনা পাস তৌরবনি।

ডিক্লেরেসন অসিদা মীওইবগী দরকার লৈবা অধিকারশিং হায়বদি মীপুম খুদিংমক চপ মান্ননা লৌবগী, মীওইনা হিংবগী অধিকার, মীশিংগী নিংতম্বা অমসুং সিক্যুরিটিগী মতাংদা; মী অমা ওইবগী ইজ্জৎ-সম্মান, মিংচৎ অমসুং কৈমদ্রা ফারর তৌবগী অমসুং মচুবু ওাকপগী অধিকারনচিংবা ময়েক শেংনা পীরি। ডিক্লেরেসন অসিনা স্টেটশিং পুম্বদা অসিগুম্বা নাগরিকশিংগী সিভিল অমসুং পোলিটিকেল অধিকারশিং অসি মথোয় মথোয়গী সংবিধানশিংদা য়াওহন্নবা

লন-থুমগী মপু ওইবগী অধিকারসু ঙাক্পা, য়ুমকৈ পানবগী অধিকার, মনিং তৌনা খঞ্জবগী, চৎনিংবা ধর্ম চৎচবগী, অপাম্বা রাখল ফোং-দোকচবগী, শান্তি ওইনা মীয়াম পুনবগী অমসুং সংস্থান শেমজবগী, ভোট পীবগী অধিকারশিংবু ঙাক্না চৎননবা পাম্মি। ডিক্লেরেসন অসিনা সমাজিক অমসুং অর্থনৈতিক অধিকারশিংবু কান্নথোক্লি: থবক শুফম নৈ ফম পীবগী অধিকার, মান্নবা থবক্কীদমক্তা মান্নবা অশুমন ফংজনবগী, ট্রেড ইউনিয়নশিং শেম্নবগী অধিকার; সমাজগী ওইবা সিক্যুরিটি, পোৎথাবগী অমসুং ফুংনাইনা মতম লেনবগী অধি-কার, মচৈ-মচাশিং তম্বগী অধিকার অমসুং সমাজগী ওইবা সংস্কৃতিকী থৌরমদা শরুক য়াবগী অধিকার পুম্বা শেংনা পীরি। মীওইবনা ফং-ফম থোকপা অধিকারশিংবা অধিকার ফংবগী খ্বাফমদি সমাজশুগী মওংথুদা লৈরে, সমাজ অদুগী রাজনিতি, অর্থনিতি অমসুং সমাজগী ওইবা নিয়মশুদা লৈরে। মসিগী ওইনা, সোসিয়েলিজমগী মখাল হিউবেন রাষ্ট্রসকী রাজনিতিগী ওইবা গোরেমেন্টদি, শু-নোম্লিবা মীয়াম্না খৈটকী শাসনগী রাফমদা শরুক য়াবা অমসুং ডিমোক্রেটিক সোস্তে-লিজমগী নিতিগী মথাদা রাজ্যগী শাসনগী অদুগা সমাজগী থৌ-রমদা নাগরিকশিংনা অচৌবা শরুক য়াবা অয়ুনি। অমা হায়রবদা, শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী মথাদা ফংবা মীওইবগী মংফম থোকপা অধিকারগা সোসিয়েলিষ্ট সমাজগী মথাদা ফংবা অধিকারগা শা-থিনা খেৎনৈ।

● = ●

# I

Idealism — ফিলোসোফিগী লৈরিবা মরুওইবা স্কুল অমগী মতম্দা অমসুং মসিনা মেটরিয়েলিজমগী ওল্ল-তৈনবদা য়াখল, স্পিরিট নত্রগা কনসিয়সনেসনা অহানবনি অদুগা প্রকৃতি, জীব পাম্বা নত্রগা পোকশিংনা মতুং তারবা হায়না লৌই। পৃথিবীগী ওইবা ধর্মগী য়াথলশিংদা লৈরিবা অসিগী দর্শনিক ওইবা য়াখলশিং ফোংদোকপা মখংদু আইডিয়েলিজমনি। আইডিয়েলিজম মথক অনি লৈ — সব্জেক্টিভ অমসুং ওব্জেক্টিভ।

সব্জেক্টিভ আইডিয়েলিজমা পৃথিবীগী লৈরিবা পোৎচৈ পুম্বসি মীওইবগী য়াখল অমসুং জ্ঞানগী য়াংমদা মনিং তৌনা লৈতে অমসুং মসিনা লৌই মহাদি মাহাইগী ওইবা য়াখল, জ্ঞান অমসুং মশাদা কাওবা, খংবা অদুতনা পুম্নমক্কী অহানবনি। ওব্জেক্টিভ আইডিয়েলিজম্মা লৌই মতদি পোৎ খুদিংমক অদুগা থৌদোক থোকই, ওইরিবা পুম্বসি লেংদব য়াথল অমগী মথাদা থোকলি লৈরিবনি নত্রগা পুম্নমকসি ঈশ্বরগী পুজিল পৌরাংগী মথাদা লৈরিবনি হায়না পুশিললকই।

Ideological Struggle — সোসিয়েলিজম অমসুং কেপিটেলিজম অনিগী মরক্তা লেপ্তনা চথরিবা কাংলুপকী লড়াইগী শকম অমনি। অনি লাসিগী পৃথিবী শিনবা থুংবা য়াথলগী লড়াইদা সোসিয়েলিজমগী শক্তিন, সমাজনা চাওখৎলকপগী বিজ্ঞানিক ওইবা য়াখলসু শন্দোকই। শেঙ্গাও পায়বগী শুমহুনা চাবগী নিয়ম নিতিবু

মীয়ামদা থংহল্লি, ইতিহাসকী মতুংইন্ন মসি কুইররোইদবনি হায়-বসি শেংনা উংলি অমসুং কম্যুনিষ্টকী সমাজ অমা শাগৎপদা শিন্মী কাংলুপকী ইতিহাসকী ওইবা থৌদাংত্থু শন্দোক্লা তাকই। বুর্জুরা-শিংগী রাথলগী লড়াইগী মওংনা, কেপিটেলিজমসিনা পুম্নমক্কী অফবনি, মসিনা পুম্নমক্কা মকোক থোংবনি হায়রবা উংনবা হোংনৈ। শিন্মী মীয়ামত্থু কাংলুপকী লড়াই অমসুং অন্দোলনদগী শেরান্নবা পুথোক্লবা, সমাজবাদকী অফবা নিতি পুম্নবু অপ্নেম্বা তাহন্নবা ১সুং মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু অর্থ য়াওদবা মওংদা তাহন্নবা অমসুং সোসি-য়েলিষ্ট লৈবাকশিংবু য়ৈথাই-থুগায়নবা লেপ্পনা হোংনৈ। বুর্জুরা-শিংগী রাথলগী লড়াই অসিনা সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী মীয়ামগী মরকতা অরানবা অশোয়বা থিবগী অমসুং সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক-শিংনা পাংথোক্লিবা অমসুং চৎলিবা নীতি অসিগী রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী থুদোং চাবা পুম্বা মীয়ামদা শেরান্নবা উহন্দুনা পুম্নমক উংতা ঘৌ হৈবা তাহন্নবা মত্তম চুপ্পদা হোংনৈ। জাতি অমগা জাতি অমগা নুংশিনদনবা, য়েংথিনহন্নবা অকনবা রাথলগী প্রচার তৌই।

Ideology (রাথলগী মীৎয়েং)— রাজনীতিগী, আইনগী, বিজ্ঞানগী, দর্শনগী, ধর্ম্মগী, লমচৎ-শাজৎকী, অরাংবা রাথল অমসুং মীৎয়েংগী ওইবা নীয়ম-নীতিগী ওইবা রাথল। আইডিওলোজী অসি মশাগী ওইবা কাংলুপকী মীৎয়েং লৈ। সমাজ অমদা লৈরিবা, রাথলগী মীৎয়েং অসি সমাজত্থু রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী লমদা শুমত্থনা নেৎতুনা প্যাল্লিবা কাংলুপ অত্থুগী রাথলনি। ইউঃ এসঃ

এসঃ আরঃ অমসুং সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংদা লৈরিবা রাখলসি, শিন্না কাংলুপকী অমসুং পৃথিবীগী মশিং য়াম্বা কাংলুপকী স্বার্থদা থনবা অমসুং সমাজ শাসিবু সোসিয়েলিজমগী লম্বীরোমদা পুশিন্নবা হোৎনবা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী রাখলনি। কেপিটেলিজম লৈবাকশিংদা থল্লিবা অতুগা চৎনহন্নবা হোৎনরিবা রাখলনা শেঞ্জাও পায়বগী নিয়ম-নিতিবু কন্ননবা হোৎনবা সম্রাজ্যবাদী বুর্জুরাশিংগী রাখলনি।

Imperialism (সম্রাজ্যবাদীগী নিতি)— শেঞ্জাও পায়বা নিতিগী খাইদগী রাংবা অমসুং অরোয়বা থাক। শতাব্দী অসিগী হৌরকপদগী পৃথিবীদা লৈরকপা, মোনোপোলী কেপিটেলিজমগী খাইদগী রাংবা অমসুং অরোয়বা থাকনি। কেপিটেলিষ্ট মোনোপোলী অমসুং ফাইনান্স কেপিটেলনা দেশশিংদা শুপ্নকপা অতুগা পৃথিবী অসি শক্তি লৈবা শেঞ্জাও পায়বা দেশশিংগী মরক্তা য়েনথোক্নবা লোয়নবা মতমগী তাঙ্ককনি। শেঞ্জাও পায়বগী নিতিনা চাং মান্ননা চাওখৎপনা মরম ওইদুনা, সম্রাজ্যবাদী দেশশিংগী মরক্তা য়েৎনবা মুক্নবসি হেনগৎহন্নবগী মরম ওই। মখোয়শিংগী মরক্তা মখোয়গী পোৎয়োনফম কৈথেল অতুগা রেঃ-মেটাৰিয়েল ফংফম থিবগীদমক্তা অতোপ্পা দেশশিংগী লম মুন্নদা অমসুং অতৈ দেশশিংবু লোয়নম ওইহন্নবদা অদুগা পৃথিবী অসি শুপ্নদ হোৎনরকপদা, মখোয় মশেল য়েৎনবা মুক্নবা, য়েংবিনবাস হেন্না হেনগৎলকই। মসিনা মরম ওইদুনা পৃথিবীদা মাং তাক্নবা লাল কয়া থোকহল্লি।

ইম্পরিয়েলিজম অসি শোয়দনমক্কী, মীনা মীবু শুমদুনা চাবগী মওং লৈত্রবা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ (কম্যুনিজমগী অহানবা থাক) অমনা হিন্দোরক্কনি।

Individualism (মমাইগী রাখল) — মমাইগী রাখল, মমাইগী ওইবা অধিকার অসিনা খ্বাইদগী মতাংনৈ চায়না লৌবা অমসুং লৌবা মিংথোং। মসিগী রাখলসিনা মীওই অমবু সমাজগী মমসুং অপুনবগী রাখলগী মায়োক্তা মথক চুপ্পদা থম্লি। অমত্তবু তাশেংবা ওইরিবা মওংদি, মমাই মীওইগী অমনা মপুং ফানা, মওং চানা চাওখৎচনবগী খুদোং চাবসি অপুনবা সমাজ অমগী মথাদা পুম্না লোইনমিন্নদুনা, সমাজগীদমক্তা পুম্না থবমিন্নদুনা ওইথোকই। মমাইগী রাখল থনবা, মশাগীদা থবক্শিংগী লেমহৌবাশিং, শেল তাশিন্বা, মশাগীদা ওইজবা থিনা অমসুং থনবা, অপুনবগী রাখলবু যাদবশিং অসিনা, চাওখৎপা হাংবা পাম্বা শক্তিশিংগী সমাজ অসি হোংদোক্নগী লড়াইদা অপনবা অথিংবানী। মরম অসিনা, অমসুম্বা মীওই অমসুং কাংলুপশিংবু রিযেক্সনারী শক্তিশিংনা মীয়াম্বু কাংলুপকী লড়াইদগী শেন্নান্না চিংথোক্নবা হোৎনদা শিজিন্নী।

Industrialisation (পাক চাওনা কল কারখানা শিংথতুনা দেশকী পোথোক হেনগৎহনবা)— দেশ অমদা কল-কারখানা মশিং য়াম্না শিংথৎতুনা মরু ওইনা থোকহন পুথোকপশিং মরাং কাইনা পুথোকপগী থবক। সোসিয়েলিষ্ট ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেসনগী মরু ওইবা পনথুংদি দেশ অমবু অর্থনিতিগী লমদা নিংতম্বা ফংহনবা, জাতিগী

অর্থনিতি ফগৎহন্নব ইন্দস্ট্রি অমসুং অতৈ লম পুম্বদা অমুক্কা হেন্না মচাক-মথুম পীতুনা হেন্না চাওখৎহন্নবা ১সুং পোথোক হেনগৎহন্দুনা দেশকী মীয়ামগী ফিংজুনা লৈবগী থাক খাংখৎহন্নবা অদুগা দেশকী মশা ভাকংখোকচনবগী শক্তি হেনগৎহনবনি। সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক-শিংগী ইন্দস্ট্রিয়েলাইজেসন অসি বিজ্ঞানিক অমসুং টেক্নোলোজিকেল রিভোল্যুসনগ লোয়ননা চংশিল্লি অমসুং সমাজবাদকী নিতিগী থোকদোক হেন্দোকপা খুদোং চাবতু মপুং ফানা শিজিন্নৈ। কেপিটেলিষ্টলগী মথাদা ইন্দস্ট্রিয়েলাইজ তৌবদি, লৈবাক অদুগী অর্থনিতি অমসুং রাজনিতি অদু শেঙ্গাও পায়বগী মথুত্তা তাশিনবগী লম্বীরোনদা চংশিল্লি অমসুং শেঙ্গাও পায়বা সমাজতুগী মঙ্গংদা য়েৎনবা মুক্কাসি হেন্না হেনগৎহল্লি। মুক্কবসি চাওখৎলবা শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংগী মরক্তসু কৈথেল মুন্নবা অমসুং অহিংবা পোৎচং ফংফম মুন্নবদসু অমুক্কা হেন্না হেনগৎহল্লি। মসিনা সম্রাজ্যবাদী শক্তিশিংগী মরক্তা লাঙ্গাও থোকহন্নবগী মরম ওইহল্লি। চাওখৎলক্লিবা দেশশিংনা ইন্দস্ট্রিয়েলাইজেসন তৌবদা, থৌশাদবা মওংগী ১সুং মশাগী কান্নবা থিবা মওংগী মতেংনা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংগী তশেংবা অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী নিংতম্বা ফংহন্নবদা তেংবাংদে। দেশকী তশেংবা অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী নিংতম্বা ফংহন্নবগী অশেংবা মতেংদি সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংতনা পীরি। চাওখৎলক্লিবা দেশশিংগা পৃথিবীগী সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেমগা অর্থনিতিগী লমদা হেন্না তেংবাংনরকপগা লোয়ননা, মীট্রিপাকী শেল্লেপ্তা দেশকী চাওখৎ খোংথাংগী

হিরম পুম্বা নমহুনা হিংলম্বগী মওংহু লোয়শিনহনবদা ত্তেংবাংহুনা, ষ্টেট সেভিংস হেনগংহন্দুনা, মখোয়গী মশাগী য়ুমগী কৈথেল পাক-থোকহন্দুনা, মশাগী ওইবা হৈশিংবা পার্সনেলশিং হেন্না ত্রেনীং পীহুনা, মশাগী বেসিক ইণ্ডস্ত্রিশিং লিংখৎপদা তেংবাংহল্লি।

Inflation (শেলগী মগুন লৈরক্নবা, হন্থরকপা), অসেনবা চেগী নোটম্না, শেলগী চৎনবী মওংদা তাউহন্বা, মহুনা মরম ওইহুনা, পোৎচৈগী মমল হেনগংহনবা, অশেংবা অশুমনগী মমল হন্থহল্লকপা, শেন্দোংগীদমকত্তা পোথোক পৈশিনবা [হোর্ডিং] হেনগংহল্লক্কুনা পোথোক থম্না থম্না পুথোকচবা ইন্দষ্ট্রি মচা মশুশিং শিহম্নবগী মরম ওইহনবা মওং থোকহল্লি।

Inner Party Democracy— পার্টিগী পোলিসি প্রো-গ্রাম শেম্বদা অমস্তুং মহু পাংথোকপদা, পার্টিগী মরুওইবা লমজিংবা বোর্ডীশিং শেম্বদা পার্টি মেম্বরশিংগী পাক চাওবা শরুক য়াবগী পার্টি মনুংগী ওইবা গনতন্ত্র। মসি মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিংগী চৎনবী অমস্তুং মতৌ মওংনি। মসি ডিমোক্রেটিক সেন্ত্রেলিজমগী দরকার লৈবা মচাক অমনি।

Integration, Capitalist— শেজ্ঞাও পায়বা দেশ কয়া মরুমগী অর্থনিতিশিং অমস্তুং অর্থনিতিগী পোলিসিশিং পুনশিম্ন-রকপগী অমস্তুং মখোয়গী মরকত্তা অর্থনিতিগী মরী হেন্না ফগৎ-হনবগী অমস্তুং দিভিজন অফ লেবরগী মওং হেন্না হেনগংলকপগী ফিভমনি। অন্তরজাতিক্কী থাকতা ষ্টেট মোনোপোলী কেপিটেলিজম

থোরককপগী মতুংইন্না, ইম্পবিয়েলিস্ট ইন্টিগ্রেসনস্সু হেনগংলকই। ইন্টর ষ্টেট এসোসিয়েশন লিংখৎতুনা, পৃথিবীগী ওইনা শেঙ্গাও পায়-বগী কৈথেল অমুক হন্না য়েংস্নারকই। (খুদম ওইনা, ইউরোপিয়ান ইকোনোমিক কম্যুনিটি) অসিগুম্বা এসোসিয়েসন্দা শরুক য়ারিবা দেশশিংদ প্রডক্তিভ ফোর্সশিং চাওখৎহন্নবগী খুদোং চাবা পীবনা মরম ওইতুনা শিন্মী কাংলুপপু শুনদুনা চাবগী মওং শাথিনা হেনগং-হন্নকই অমসুং কেপিটেলিজমগী ক্রাইসিস হেন্না তেঙ্খিলহন্নক্রবগী মরম ওইহল্লি। চাওখৎলক্লিবা দেশশিংগী মরকতা পুনশিনবা, তা-শিনবা ইন্টিগ্রেসনা হেনগংলকপগী মতুংইন্না মসিগী ওন্ন তৈনবা মখলগী মওং লাকই মতুদি — সম্রাজ্যবাদী বিরোধী ওইবা হেনগং-লকপা মতুনা মরম ওইদুনা মতুদা যাওরিবা দেশশিংনা অর্থনিতিগী নিংতম্বা হেন্না হেনগংলকপা অমা অদুগী ওন্ন-তৈনবদা, ফোরেন মোনোপোলীশিংগী থিভম চেৎশিনহন্নবা গনতন্ত্র বিরোধী ওইবা থবকশিং হেন্না হেনগংলকপা অসিনি।

Integration, Socialist – সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী অর্থ-নিতিগী পুন্সি অসি ক উন্সিল ফোর ম্যচুয়েল ইকোনোমিক এসিস-টেন্সকী [সিঃ এমঃ ইঃ এঃ] মখাদা পুনশিন্দুনা অন্তর্জাতিকী ওইবা মওংদা য়াম্ন মওং চাবা থোরাং অমগী মখাদা চাশিন্নকপগী মওংনি, দেশশিং অসিগী মরক্তা, মখোয়গী অর্থনিতিগী মওংসি হেন্না নক্ক-শিন্নবা হেঙ্গিন্নকই অমসুং মখোয়গী অর্থনিতিগী লমদা থোং মান্নবা চাওখৎমিন্নদুনা, মরা চেৎপা অর্থনিতিগী মওং শেমগৎতুনা সাইন্টি-

ফিক, টেক্নিকেল অমস্তুং পোথোক পুথোকপগী তেংবাংনবা হেনগৎ-হন্দুনা, সিঃ এমঃ ইঃ এঃ গী মেম্বর দেশশিংগী অন্তরজাতিক্কী কৈথেল মরা চেৎহল্লি অমস্তুং পোৎকী অমস্তুং শেলগী ওইবা মরীদা হেন্না ফগৎহল্লি। সোসিয়েলিষ্ট ইন্টিগ্রেসন্না, রাজ্যশিংগী সোভেরিন্টি অহু বাবহার তৌনবগী নিতি অহু হেন্না ফগৎহল্লি, অমগা অমগা মুং-শিনবা অমস্তুং ব্যবহারহু হেনগৎহল্লি, লৈবাক মন্নুংগী থবকতা থুং শিংজন্নদবা, চপ মান্নবা থাক্তা লৌনবা, মুংশিননা তে বাংনবা অমস্তুং কান্নমিন্নবগী মওং পুরকই। মসিগী মরুওইবা পনথুংদি মীয়ামগী মেটরিয়েল অমস্তুং কলচরেল থাক অহু খাংখৎহন্নবনি। মসিগী মরু ওইবা রাখলদি জাতিগী স্বার্থগা সোসিয়েলিষ্ট কম্যুনিটি পুম্বগী স্বার্থগা যম্ন মত মান্নবা অমত ওইনা পুনশিনহনবা হোৎনবনি।

Intelligensia [লাইরিক লাইশু হৈবা কাংলুপকী মীওই-শিং]— অরুবা অমস্তুং চৈনবা থবকগী থবকতা লুপ্পা অমস্তুং মতুগী দরকার ওইবা লৌশিং জ্ঞান লৈবা মীওই কাংলুপ। ইন্টেলিজেন্সিয়াশিং অসি চহুবা সমাজগী কাংলুপ অমা নত্তে। সমাজগী অতৈ লৈরিবা কাংলুপশিংগা যান্না নকুবা মরী লৈনৈ। কাংলুপ অসিনা, অতৈ সমাজগী কাংলুপশিংগী ওইবা মচাকশিং অহু পীবনা, মথোয়না সমাজগী যান্না মরুওইবা থৌদাং লৌই।

শেক্লাও পায়বা সমাজগী মখাদা লাইরিক-লাইশু হৈবা, ইন্টে-লিজেন্সিয়া কাংলুপ অসি নরল মথুম লৈব, ইনাক খুনবা কাংবুদগী অয়াম্বা থোরকই। ষ্টেটনা মপু ওইবা অহুগা লন্নাই এন্টরপ্রাইজশিংগী

মকোক থোংবা মেতেজরিয়েল পার্সনেলশিং অতুগা তলব য়াম্না চাওনা পীতুন থম্ব সাইন্টিষ্টশিং, বুর্জজুয়া প্রোপেগন্দা মেছিনশিং চলাইরিবা মীওইশিং পুম্না মখোয়না ওই অতুগা মখোয়সু শিল্পীশিংবু শুনতুনা চাবগী থৃংলায় ওইনা শিজিন্নৈ। ইন্টেলিজেন্সিয়াশিং অসি কেপিটেলিস্টশিংনা নেকতুনা শিজিন্নবা লেবর পরার ওইবনা, মখোয়সি পব্লিক ইন্টরেষ্ট দিফেন্দ তৌবদা অতুগা ফংফম থোকপা অধিকারশিং তানবদা য়াম্না খিংই (এক্তিভ ওই) অমসুং মখোয়না চংথবকপা অন্দোলনগী মওংসি শিল্পী কাংলুপকী অন্দোলনগী মওং লৌরকই।

চাওখংলক্লিবা দেশশিংদা ইন্টেলিজেন্সিয়া কাংলুপসিনা রিভোলুসনারী ডিমোক্রেটিক অমসুং সম্রাজ্যবাদী বিরোধী ওইবা ফিরেপ লৌই। সমাজদা প্রোলিটরিয়েটশিংনা লমজিংবগী মরু ওইবা থৌদাং লৌখ্রবা মফমশিংদদি, সমাজদা চাওখংপা অহোংব পুরক্রবগী অমসুং লমজিংনবগী থৌদাংসি ইন্টেলিজেন্সিয়াশিংনা লৌই। লৌমীগী, শিল্পীগী অমসুং অতৈ কাংলুপকী স্বার্থদা মখোয়না থোঙ্জেল পী অমসুং থেংনৈ।

কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা চংশিল্লকপগী মরককী তাঙ্গাসিদা, শিল্পীশিংগী স্বার্থ ঙাকপা সোসিয়েলিষ্ট ইন্টেলিজেন্সিয়া কাংলুপ অমা শেম্মী। সোসিয়েলিজমনা মায় পাক্তুনা শুমতুনা চাবা কাংলুপশিং মুথংলবা মতুংদা ইন্টেলিজেন্সিয়াশিংসিনা, শিল্পীশিংগী দরকার অত্তু পী অমসুং মখোয়গী স্বার্থদা থবক তৌই। মখোয়না লৌমী শিল্পী অমসুং শু-নোম্লিবা কাংলুপকী স্বার্থ ঙাকই।

Internal Policy (Domestic/Home Policy)— লৈবাক মনুংগী ওইবা পোলিসি, অককুবা রাজ্য অমগী মনুংদা সমাজগী কাংলুপশিংগী মরক্তা, জাতি মচা অমসুং জাতিশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরীতু ফোংদোকপা লৈবাক মনুংগী ওইনা ইল্লিবা নিয়ম নিতি। লৈবাক অমগী মনুংগী ওইবা পোলিসিসি অযাম্বা মতমদা, সমাজতুদা লৈরিবা মচিন-তোংবা, মকোক থোংলিবা কাংলুপতুগী স্বার্থ ঙাকই।

International— অন্তরজাতিক্কী ওইবা সংস্থান। ফার্ষ্ট ইন্তরনেসন্যেল (ইন্তরনেসন্যেল ৱাকিং মেন্স এ্যাসোসিয়েশন ১৮৬৪ -৭৬), সেকেন্দ ইন্তরনেসন্যেল ১৮৮৯ ১৯১৪), মসিনা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিশিং পুম্বা পুনশিনাখি অমসুং থার্ড (কম্যুনিষ্ট) ইন্তরনেসন্যেল (১৯১৯-৪৩), মসিনা পৃথিবীগী কম্যুনিষ্ট পার্টিশিং পুম্বা পুনশিনখি।

Internationalism, Prolitarian— শিন্মী কাংলুপকী পৃথিবীগী ওইবা অপুনবা রাখল। মসি মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী যুক্তম ওইবা নিতিনি। পৃথিবীগী শু—নোম্লিবা কাংলুপকী স্বার্থ ঙাকপা অমসুং মতুগীদমক্তা পৃথিবীগী ওইবা রাখল অয়বুনি। বুর্জুৱাগী স সন মরু ফুকুবা, জাতিগী নিংতম্বা অমসুং সমাজগী চাওখৎ থোং-থাং ১স্মুং সমাজবাদকী অতুগা কম্যুনিজমগীদমক্তা থেংনবগী লাঞ্জংদা পৃথিবীগী শু-নোম্লিবা পুম্বা অমতা ওইনা পুল্লিবা রাখলতু "প্রোলিটরিয়ান ইন্তরনেসন্যেলিজম" গী রাখলনি।

প্রোলিটরিয়ান ইন্তরনেসন্যেলিজমগী রাখলনা জাতিগী ওইবা শিন্মী কাংলুপকী মীহৌশিং, কম্যুনিষ্ট পার্টিশিং অমসুং সোসিয়েলিষ্ট

দেশশিং পুন্নমকসি অমতা ওইনা, জাতি ভেদ, চৌভিনিজম অমসুং বুর্জজুয়া নেসন্যেলিজমগী মাখোক্তা অমতা ওইনা পুন্দুনা, মীপুম খুদিং চপ মান্নবগী, মরূপ-মপাং ওইবগী অমসুং ক্ষেংবাংনবগী অচেৎপা য়াথল পী।

"পৃথিবীদা অমত্তা ভাইরনা অশেংবা ইন্তরনেসন্যেলিজমদি বীপ্লবীক অন্দোলন অমসুং বীপ্লবীক লড়াইগীদমক্তা মশা মশাগী লৈবাক্তা থরাই হুকচাং লুপ্পা থবক তৌবতুনি অমসুং অসিগুম্বা লড়াইসিগীদমক্তা প্রোপেগন্দা, মীতুংশি অমসুং পোৎচৈগী মতেং পীথতুনি। মসি অমসুং মসিগী মিতি লৈবা লম্বাসি দেশ পুম্বগী ওইনা মীচং মীথাই নাইদনা চথগদবনি।" (ভিঃ আইঃ লেনিন, কলেক্টেদ ৱার্কস, ভোঃ ২১, পেজ ৭৫)।

Intervention— অতোপ্পা দেশ অমগী লৈবাক মনুংগী থবক্তা অতোপ্পা ষ্টেট অমনা মত্রগা কযামরুম্না নমতুনা, অর্থনিতিক্কী, রাজনিতিক্কী উপায়না মত্রগা মিলিটরাগী মতেংনা খুৎ-থিংজিনবগী থবক। মিলিটরী ইন্টরভেন্সনগী ময়েক লারবা খুদমদি শোক ৬০ গী ময়াই চল্লকপদা আমেরিকানা ভিয়েটনামদা খুৎ থিংজিনখিবতুনি অতুবু লান্দারকপৎ মায়থিতুনা লোইশনখি।

Iskara (The Spaik)— শোক ১৯০০ দা লেনিন্না হৌদোক্লম্বা চেকোংনি। মসিনা ইহান হানবা ওল রাশিয়ান মার্ক্সিষ্টশিংগী খবরনি।

Joint Stock Company— শেয়ার নত্রগা ষ্টোক য়োল্লগা কেপিটেল [শেল্লেপ] শাগৎপা এণ্টরপ্রাইজ অমা। শেয়ার হোল্ডর-

শিংনা চহিগী ওইবা শেন্দোং ফংই, মতুবু "ডিভিদেন্ট" হায়রগা থংনৈ। মোনোপোলী কেপিটেলশিংগী মীভুৎনা মকোকচিংবা জোইন্ট ষ্টোক কম্পানীশিং অসি ফাইনান্সিয়েল মেগনেট্টশিংনা অসিগুম্বা এন্টরপ্রাইজশিংগী শেন্দোংশিং পুম্বা মৎনবা ছোংনৈ। বার্করশিংদা মমিংতা ওইবা শেয়ারশিং থর য়োল্লগ; মথোয়শিংস্তু য়াওই হায়বা মমিং থোকহল্লগা, জোইন্ট-ষ্টোক কম্পানীশিং অসিগী খ্বাইদগী চাওব শেয়ার হোল্ডরশিংনা শেন্দোং হেন্না লৌই। অমুম্না অসিগুম্বা কম্পানীশিংদা শিন্মীশিংগী শরুক য়াওরি হায়না নামা থোকহল্লগা, শিন্মীশিংগী অন্দোলন অমসুং কাংলুপকী স্বার্থদা চৎথবা লড়াইবু থৈদোক্নবা ছোংনৈ।

June Rising – শোক ১৮৯৪ গী জুন ২৩ ২৬ তা পেরিসকী শিন্মীশিংনা হৌথিবা থোনা ফবা লালহৌনি। অতুবু লালহৌ অসি ফ্রান্সকী শক্তি পায়বা বুর্জজুৱাশিংনা য়াম্না তমথিনা নমথখি। মসিনা পৃথিবীগী ইতিহাসতা বুর্জজুৱাগা শিন্মীশিংগগী মরক্তা খুৎ থোক্নবা গৃহ যুদ্ধগী মওংনি।

Junta— ১/ স্পেনিস লোল ডাংবা দেশশিংদা পব্লিক অমসুং ষ্টেট বোর্ডীশিং, ইউনিয়নশিং, কমিশনশিং অমসুং অতৈ কয়াবু থোনবা মমিংনি; ২/ ফেসিষ্ট ডিক্টেটোরিয়েল সরকারশিং, রি-য়েক্সনারী, টেরোরিষ্ট কাংবুশিংনা লিংথৎপবু থংনৈ। অসিগুম্বা সাসন অসিগী মথাদা মীয়াম পাক্তক্না ফাবা, ওৎপ-নৈবা, জেলদা, কন্সেন্ত্রেসন কেম্পশিংদা ফাজিন্দুনা থম্বা, কম্যুনিষ্টশিং ১মসুং অতৈ

প্রোগ্রেসিভশিংবু মুংশি হৈডনা হাংপগী থবক চখৈ। মসিগী মরেক লারবা খুদমদি চিলিদা শোক ১৯৭৩ দা পিনোচেউনা লিংখৎখিবা সরকারসিনি।



# K

Ku-Klus-Klan— শোক ১৮৬৫ দা ইউনাইটেড ষ্টেটসতা লিংখৎখিবা ফেসিস্ট, টেরোরিষ্ট ওর্গেনাইজেসন্নি। মসি শোক ১৮৭০ দা ওফিসিয়েল ওইনা বে-আইনী ওইহনখ্রবনি। হৌজিকসু মসিনা আমেরিকাদা অমুবা নিগ্রোশিং অহুগা প্রোগ্রেসিভ ওইবা লল্লাই মীওই অমসুং সংস্থানশিংবু হাংপা তুপ্পা, কিহনবগী থবক লেপ্তনা চথরি।

Kantskianism or Kautsyism [Centrism]— জর্মন সোসিয়েল ডিমোক্রেসী অমসুং সেকেন্দ ইন্টরনেসন্যেলগী লুচিংবা কার্ল কাউৎস্কী [১৮৫৪-১৯৩৪] না ইল্লম্বা নিতিনি। অহানবদা মার্ক্সিস্ট ওইরম্বা, কোম্না রাজনিতিগী জাং তারবা মীওই ওইখিবা মহাক অসি সেন্ত্রিজমগী আইডিওলোজিষ্ট অমনি। খাইদগী খুদোং থিনিংঙাই অমসুং মাংনবগী মশক ওইবা সুবিধাবাদীগী মথল অমনি, মহাকসি অলত্রা-ইম্পরিয়েলিজমগী থিওরী হোদোকপা মীওইনি। ওক্টোবর বীপ্লবকী মতুংদা মহাক্না বীপ্লব অসি প্রোলিটরিয়েটকী

ডিক্টেটরশিপ, বোলসেভিক পার্টি ১সুং সোভিয়েট ষ্টেটকী মায়োক্পা কল্পা থেংনখি।

Kremlin – 'লানবন' হায়রগা খংনবা রাশিয়ান ৱাহৈনি, অহুবু মসি হায়গী জার পাল্লিমৈভেগী মোস্কোদা চেকপন্না কোয়না থাক্তিনবা চাওরবা জারগী কোন্নুংহুবু খংনরম্মী। হৌজিক্কি মসি ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ সরকারগী এডমিনিষ্ট্রেটিভ হেড কাটরবু খংনৱে।

Kuomintang – সনয়েটসেননা শোক ১৮৯১ দা লিংখৎখিবা চীনাগী নেসন্যেলিস্ত দলনি। মসিনা শোক ১৯১১ গী চীনাগী বীপ্লবত্তা মরুওইবা লমজিংবগী থৌদাং লৌখি অদুগা মার্সেল য়ুৱান শি-কায়গী মায়োক্পা হৌখিবা শোক ১৯১২ গী অনিশুবা বীপ্লবপু লমজিংখি। শোক ১৯৩০ দা খা চীনা অসি মসিগী মথাদা লৈখি অমসুং শোক ১৯৩৯ দগী শোক ১৯৪৫ ফাওবদা জপান্না লান্দারকপগী মায়োক্পা চীনাবু ভাকথোক্লবা থেংনখি। শোক ১৯২৫ দা সনয়েট-সেনগী মতুং তবা চিয়াং কাই-শেক্না, দল অসিগী ৱাজনিতি ১সুং সমাজগী ৱাখল পুম্বা লুন্দোকখিত্নবা মিলিটৰীগী শক্তিনা শুপ্পবা হোৎনরকখি। শোক ১৯৪৬ তা সন য়েট সেনগী মচানুপা সনফোনা অসিগুম্বা মপান্না লিংখৎলম্বা দলসিনা রাজনিতিগী ওইবা প্রিন্সিপল্স পুম্বা হুন্দোকখিত্নবা গনতন্ত্র অমসুং মীয়ামগী ফননবা ৱাখলগী ৱাংমদা চিয়াং কাই-শেক্না চংশিল্লকলিবা লম্বীসিবু য়ামীংদবা ফোংদোকখি। শোক ১৯৪০ দা চীনাগী কম্যুনিষ্ট পার্টিনা চিয়াং কাই-শেকপু মাইথিবা পীহুনা চীনাগী লমদগী কোমিন্টাংগী সাসন লোইশিনখি। চিয়াং কাই-শেক অমসুং মাগী মতুং ইনবশিংনা চীনাগী মেইন লেন্দ থাদোক্তুনা টাইৱান্দা চেনখি।

# L

Labour Aristrocracy – বুর্জুজুর শিংনা মখোয়গী মো-নোপোলীদা হেনবা শেন্দোংগী শরুক অমা শিজিন্নরুনা, মতুনা ঘুষ পীজহুনা লৈখিবা অমস্তুং শিন্মীশিংবু মচেৎ থুগাইনবদা অতুগা বুর্জুজু-রাগী ইনফ্লুয়েন্স অতু শিন্মীশিংগী মরক্তা থমনবদা শিজিন্নরিবা শিন্মীশিংগী মরক্তা লৈবা লুচিংবা কাংলুপ। থুগাং চাওশিল্লবা শেঙ্গাও পায়বগী দেশশিংদা লৈবা কা হেন্না হৈশিংবা শিন্মীশিংগী অয়াম্বা শরুক মোনোপোলীগী মায়োক্তা থেংনবদা যাম্না মরুওইবা অচৌবা শরুক যারে।

Labour Exchange - থবক ফংদবশিংগী মশিংগী রে-কোর্ড থমবগী অমস্তুং থবক পীনবা শিনশংশিং অমস্তুং থবক থিরি-বশিংগাস মরক্তা ময়াই চৎপগী থবক তৌরিবা এজেন্সী।

Left – চুম্নগী প্রোগ্রেসিভ অমস্তু রিভোল্যুসনারী ওইবগী রাখল চেনবা কাংবুদগী হেন্না রাখল চেংশিনবা রাজনিতিগী কাংলুপ নত্রগা লিডরশিং। পার্লিয়ামেন্টতা প্রেসাইডিং অফিসারগী ওইথংবা মাইকৈরোমদ রেডিকেল অমস্তুং রিভোল্যুনারী পার্টিশিংগী মীহুৎ-শিং চংনবী অমা ওইনা মখোয়গী ফমফম লৌবা অতুদগী মমিং অসি অসি লাকখিবনি। ২/ "নিউ লেফট" স্তু য়েংউ, ৩/ "লেফটিষ্টস" মখোয়গী অশেংবা কাউন্টর রিভোল্যুসনারীগী শক্তম অতু লোৎননবা রিভোল্যুসনারী রাজাও ভাংহুনা মীয়ামদা উং চাইবা কাংবুশিংনি।

Left Communists— শোক ১৯১৮ দা রাশিয়ান কম্যুনিষ্ট পার্টি (বোলসেভিক) গী মতুংদা শেন্নকপ স্থবিধ বাদীগী কাংলুপ অমা। লেনিন অমস্থং মাবু শোগৎপ মীওইশিংগী মায়োক্তা, লেফট কম্যুনিষ্টশিংনা জর্মনগা তৌনখিবা [শোক ১৯১৮ গী] ব্রেস্টকী সন্ধী অদুগী মায়োক্তা অকনবা প্রচার তৌখি। তশেংবদি সন্ধি অসি জর্মনীন য়ম্না লাকচবা মওংদা তৌনখিবা সন্ধীনি অদুবু নৌনা শেমগৎলক্লিবা সোভিয়েট ষ্টেট অসিগীদমক শান্তি অসি তংাই ফদনা দরকার ওইবনা মরম ওইদুনা লেনিন্না সন্ধি অসি জর্মনাগ তৌনখিদনি। অদুবু লেফট কম্যুনিষ্টশিংনা লেনিনবু জর্মনীদা মরৈপাক য়োম্হোক্লে হায়বনচিংবা ওইদবা প্রচার কয়া তৌখি। সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেট অমা শেমগৎপদা, ষ্টেট কেপিটেলিজম অমস্থং বুর্জজুর স্পেসিয়েলিস্টশিং শিজিন্নববুস্থ অকনবা য়ানিংদবা উৎখি। অস্থুম্না নৌনা শেমগৎলকখিবা সোভিয়েট ষ্টেটকী মায়োক্তা কাংলুপ অসিনা লৈজবী অপনবা ওয়েৎপা পীখি।

Leninism— ভলেডিমিয়ার লেনিন্ন তাকপী-তম্বীরম্বা নিয়ম নিংশিং [১৮৭০-১৯২৪]। মইপোক কুম্নবা মীওই, মহাক্না কার্ল মার্ক্স অমস্থং ফ্রেডেরিক এঙ্গেলস অনিনা তাকপী তম্বীরম্বা বীপ্লবীক কোজ অদু অমুক্তা হেন্না চাওখৎহল্লম্মী। অনৌবা ওইরক্লিবা ইতিহাসকী ফিভম, কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা হোংলকপগী যুগ অসিদা মার্ক্সিজমগী মচ কাশিং— ফিলোসোফি, পোলিটিকেল ইকোনোমী অমস্থং সাইন্টিফিক কম্যুনিজম অসি য়াম্ন কান্নবা মওংদা শিজিন্নবা য়ানবা মপুংফানা চাওখৎহল্লম্মী।

Leninist Norms of Party Life— কম্যুনিষ্ট পার্টি অফ সোভিয়েট ইউনিয়নগী খবক থৌওং পুম্বদা লমজিং পীরিবা মপুংগী ওইবা নিয়ম-নিতিশিং। মরুওইবা খরদি, লিডিং বোডী পুম্বা মীয়াম্না খনবা অমস্থুং চাং নাইনা রিপোর্ট পীনবগী মওং, নিং-তম্না খন্ন-নৈনবগী চৎনবী, ক্রিটিসিজম অমস্থুং সেলফ-ক্রিটিসিজম, মীয়ামগা নক্লবা মরী লৈনবা পার্টিগী পুন্সি মওং, অপুনবগী লম-জিং, পার্টি রেঙ্কশিংগী মরকতা রাখলগী অমস্থুং সংগঠনগী একটা, পার্টিগী ওইবা সংস্যাগী মতাংদা কম্যুনিষ্টশিংগী মরক্তা খেনবা লৈতনা য়েংবা মিংয়েং, কম্যুনিষ্টকী রাখলদা লুপ্পা অমস্থুং কম্যু নিষ্টকী রাখলনা শোয়দনা জয় ওইগনি হায়বগী লেংদবা থাজবা মওং [ডিমোক্রেটিক সেন্ট্রেলিজমগদমু য়েংউ]।

Liberatism— বুর্জজুরা পার্লিয়ামেণ্টরী সিষ্টেম, বুর্জজুরাগী নিংতম্বা, শেঙ্গাও পায়বগী নিতিবু নিংতম্না চাওখৎহল্লবগী অমস্থুং বুর্জজুরাশিংগী স্বার্থবু রাজনিতি অমস্থুং অর্থনিতিগী হিরমদা শিল্পী-শিংনা মকোক থোংনবা হোৎনবগী লড়াইগী মায়োক্তা। বুর্জজুরাশি গা পুনখিবগী রাজনিতি অমস্থুং রাখলগী লম্বী। ২/ চাওখৎপা অহোংবা পুরক্লবগী লড়াইদা মনিং ভৌনা থেংনবা অমস্থুং শরুক য়াবা ওমদবগী মওং, নিতি য়াওদনা ভাইশিন্নবগী মওং, মাংনবগী মশক ওইবা নিং-ভাই-মলাইদবগী নিতি কাংলুপকী য়েক্লবগী ফত্তবা, মাংনবা তৌবগী মওংবু উশিন্নদবা কাংলুপ।

Lobbying [হৌরকফমদি ইউ: এস: এক্সপ্রেসননি] হাক-থেংনন। উমহুনা ভাংনরগা লেজিসলেচরগী মেম্বরশিংবু বিল অমা পাস

তৌবদা সমর্থন তৌনবা নত্রগা ওপোক্ত তৌনবা তক্ৎাগী রাকমনি। মরুওইনা পব্লিকনা চংবা য়াবা লেজিসলেটিভকী বিলদিং নত্রগা "লোবিদা" কন্টেক্ট অসি তৌনৈ। ইউঃ এসঃ এঃ য়াম্ন তোয়না পন্ন-বসি চীনা লোবী [চিয়াং কাই-শেকপু শৌগৎপবু য়াবা] অহুগা ফার্মরস লোবী [লৌউশিংউ চাওখৎহন্নবগীদমক্তা ফেডরেল সবসিডি হেনগৎহনববু শৌগৎপা]

Lumpen-Prolitariat [হৌরকক্ষমদি জর্নে রাইহনি]— সমাজদা দিক্লাস তৌরবা কাংলুপ [চাকনিবা, কোইচৎ চংতুনা হিংলবা], অরাবশিং অমসুং [ক্রিমিনেল মীওইশিং] নিহুনা উৎ-পাৎ তৌতুনা, হুরান্দুনা, কাওহুনা হিংলবশিং। মখোয়গী পুন্সি মওংনা মরম ওইহুনা লমপেন-প্রোলিটরিয়েটশিং অসিনা ওর্গেনাইজ ওইবা রাজনিতিগী লড়াই চংশিনবা ঙমদে। মখোয়শিং অসিগী গত্তি লৈতবা অসিগী খুদোং চাবা লৌহুনা বুর্জজুরাশিংনা মখোয়শিংসিবু খুংলায় ওইনা শিজিন্নৈ। মখোয়শিংগী মরক্তগী শিন্মীশিংগী ষ্ট্রাইক, অান্দোলন থুগায়বা, ফেসিষ্ট ডাকুশিং রিক্রুইট তৌহুনা বুর্জজুরাশিংগী খুংলায় ওই।



# M

**Main Contradiction of Capitalism**— সমাজগী ওইবা পোথোক পুথোকপগী মওংগা, লম্নাই কেপিটেলিষ্ট মওংদা লেবরগী পোথোকশিং শুমহুনা চাবনা মরম ওইহুনা থোরকপা

য়েৎনবগী মওংনি। এম সি সি অসিনা মরম ওইদুনা এনার্জি অফ প্রেডক্সন লাকহল্লি. থবক ফংদবা হেনগৎহল্লি. অর্থনিতিকী ক্রাইসিস অমসুং কেপিটেলিষ্ট সমাজগী মনুংদা লৈবা তাইশিন্নবা য়াদ্রবা কাংলুপ অনি — প্রোলিটরিয়েট অমসুং বুর্জজুৱাগী মরক্তা তাইশিন্নবা য়াম্নরোইদবা অকনবা ফড়াই চথহল্লকবগী মরম ওইহল্লি। মরমদি এম সি সি অসিনা মরম ওইদুনা শেঞ্জাও পায়বগী নিতি অসি ইতিহাসতা অমুক হিংগৎলক্লবগী মরম ওইদ্রবনি।

Malthusianismm [রিয়েক্সনারী ইংলিশ ইকোনোমিষ্ট টিঃ আরঃ মালথুস ১৭৬৬-১৮৩৪ গী মমিংদগী লৌবনি] মালথুসনা হোৎদোকপা থিওরী অমনি। মসিগী মতুংইন্না মহাক্না হায়রি মচুদি— অরা অনং, চানিংঙাই লৈতবা, থবক ফংদবা অমসুং শেঞ্জাও পায়বা সমাজগী ফত্তবা পুম্নমক, শেঞ্জাও পায়বা সমাজগী চুমদবা নিয়ম নিতি অমসুং গু-নোমলিবা মীয়ামবু শুমতুনা চাবগী মওংদগী থোরকপা নত্তে। মীশং অসি কাহেন্না হেনগৎলক্তুনা সমাজদা পুথোক্লিবা পোথোক্কা মীশিংগা কোন্নবা ওন্নক্তুনা তৌরিবনি অসিনি। মসিগী মীৎয়েংসিগী মথাদা, মালথুসিয়ানশিংনা লৌই মচুদি মীশিং হেনগৎহন্দনবগীদমক্তা অঙাং পোকপগী চাংসি থিংদবা য়াদে, মথোয়না লান, অচৌবা লাইচৎ, ঈচাও, য়ুহারাবা অমসুং অতৈ প্রকৃতিগী উপদ্রোপশিংনা মী কোটি কয়া শিহল্লিবসি ঈশ্বরগী "থৌজালনি" হায়রি। মালথুসিয়ানশিংগী মীৎয়েংদা পৃথিবী অসিগী তুংগী ফিভমসি য়াম্না অৱাবগী মওংদা লৌই। মথোয়না পৃথিবীসিনা চিঞ্জাক

অহুগা অতৈ হিংমবগী মওংদ পীনা থক্ন লৈজরিবনিং পুম্ব উপনা অহুগা হিরমসিদা মোডর্ন সাইন্সনা পীবা ওম্বা পুম্ব থক্ষনা, মীওইবগী সমাজ অসি হিংবা ওয়য়োয়দবগী হ ম্না ও ৱাবা মিৎযেং লৌই।

মাল্‌থুসিযানশিংনা মীশিং য ম্ন হেনগৎলক্কুনা পৃথিবীসি ৱারগনি হায়না কিবিরিবসিগী ওন্ন-তৈনবদা পৃথিবী অসিগী মীশিং অসি করিস্ত্র কাহেন্ত্রি। পৃথিবীগী মীযাম অসি পুন্না পুনশিন্দুনা হফম অমদা লৈব তাৱরবদি, আসিগুম্বা মযাম পুনবা অসিদা চাও-ৱাক্রা স্কায়ার কিলোমিটর ৪০০ পৃথিবীগী মীশিং [৪,২০০ মিলিয়ন লোক ১৯৭৭ কী মীকোক থীবগী মতু ইম্ন] হায়বদি নোংচুপ বাৰ্লিনগী লমগী শকক অসিত [illegible] ক কনগ ন পৃথিবীসদা মী কোটি কয়ানা চরা হেল্লিব, লাইথুং-লাইন, থওক [illegible] দবা অমস্তুং লৈফম য়ুম লৈতহুনা ৱারিব। পুন্নমকসি লম্নাই নীংইনা লন-থুমগী মপু ওই হুনা শুমহুনা চাবা নিয নিংতি অসিগী মথাদা থোকহল্লকপনি। ইনাক থুননা, লাইরবা, শুনহুনা চাবা শমম্ন শুমহুন চারিবা কং-লুপ অসি লৈবদগী অমস্তুং শেঙ্গু ও পা ন স [illegible] দা মীওই বু শাথিনা শুমহুনা চাবা অমস্তুং শা ঙাগুম লৌই [illegible] নরগান।

**Maoism** (মাওইজম) - [illegible] দগী হৌনা চীনাগী [illegible]-ডরশিপ্পা চৎথরকপা রাজনিতিগী ম[illegible]থং অমস্তুং ৱাথলনি। মসিনা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী ৱ থমবু শের হ্ননা চিংনন হোংলৈ। চীনাদা মসিবু ওফিসিয়েল্লি "মাও-সে-টুংগী ৱাথল (১৮৯৩ ১৯৭৬) হায়রগা থংলৈ। মসিগী মরুওইব মতৌ মওংদি : গ্রেট পৱার চৌভিনিজম,

মসিগী মরুওইবা সিধ স্তুদি চীনা অসি অচৌবা মিলিটরী শক্তি অমদা ওথোক্লুনা পৃথিবী অসি চীনাগী লমজিং মথাদা অমসুং মখোয়গী কন্ট্রোল মখাদা থম্লনবা হোৎনবা অসিনি।

লানগীদমক্তা শেম শাবা অমসুং মসিদনা পৃথিবীগী মীয়ামদা মুংঙ ইবা পুরক্কনি অমসুং মসিতনা পৃথিবীগী বীপ্লবকী মরু ওইবা রাখল ওইগদবনি। মসিগী রাখলনা লমজিংতুনা মাওইষ্টশিংনা মখোয়গী দেশকী রিসোর্স পুম্বা মিলিটরী ইন্দষ্ট্রিয়েল কমপ্লেক্স শেম-গৎপদা চীনাগী শু-নোম্লিবা মীয়াম পুম্বা মাং তাক্লবদা পুশিল্লক্লি। চীনাগী লিডরশিপনা পৃথিবীগী কেপিটেলিষ্ট সংসারগী হেন্না রিয়েক্স-নারী ওইবা কাংলুপশিংগা নোংম-নোংমগী নকশিন্নবা হেজিন্নক্লি। অন্তরজাতিকী ওইবা ৱার্কিং ক্লাসকী অন্দোলনগী মায়োক্তা, এন্টি সোভিয়েটিজম অমসুং সোসিয়েলিজমগী মায়োক্তা থেংনবদা হেন্না কনবা থৌদাং লৌরকলি। মাওইষ্টশিংনা ডিটাউন্ট থুগায়নবা কন্না হোৎনরি। ষ্টেটশিংগী মরক্তা য়েংখিহন্নবা অমসুং অহুমশুবা পৃথি-বীগী লান্তা অমা থোকহন্নবা হোৎনৈ অমসুং পৃথিবীগী মীয়ামগী সমাজগী চাওখৎ খোংথাং অমসুং শান্তিদা শাথিবা অপনবা পীনবা হোৎনৈ।

মীয়ামগী ওইবা অচৌবা থৌদাং অমু হন্থনা লৌহন্দুনা মীওই খরগী পার্সনেলিটি কল্ট শাগৎতুনা মিলিটরী ডেস্পোটিক ডিক্টেটর-শিপ লিংখৎতুনা, গুপ্তমগী শক্তি শাগৎলি। মিলিটরী সার্কল, দিক্লাস কাংলুপ অমসুং রাজনিতিদ্বা মপুং ফাত্রিবা নহারোলশিংগী

শক্তি শাগৎতুনা ১স্নুং মসিদা য়ুম্ফম ওইহ্নুনা, সমাজগী কাংলুপশিংগী মরক্তা লুংশিনহল্লহ্নুনা অমস্নুং মচেৎ মচেৎ তাহন্দুনা থুগায়রগা শক্তি পায়নবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা শক্তি অসিগী মরুওইবা মচন্দি শিন্মীশিংবু কিহনবা, ওৎ-নৈবা, গনতন্ত্রগী নিয়ম নিতি পুম্বা হাৎ-তোকপা অমস্নুং অর্থনিতিদা নমহাবা মওংদা চৎথহ্নুনা সোসিয়েলি-লিজমগী অর্থনিতিবু খৌশাহন্দবনি।

সাইন্টিফিক কম্যুনিজমবু কল্লক-মীহৌনা য়েংবা, এন্টি-সোভিয়ে-টিজমগী অকনবা ৱাখল শাগৎপা পৃথিবীগী ওইবা সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেম অমা লৈ হায়বসিবু য়াদবা অমস্নুং পৃথিবীদা সোসিয়েলিস্ট অমা শাগৎথিবগী অন্তরজাতিকী ওইবা এক্সপেরিয়েন্স ১স্নুং অশেংবা ওইরিবা মওংগী আইনশিংবু য়াদবা, মার্ক্সিস্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিনা শিন্মীশিংগী পন্নাং থাবগী থবক তৌগদবনি হায়বগী ৱাখলবু য়াদব। ; পৃথিবীদা লৈরিবা সমাজবাদকী নিয়ম-নিতি অসিগী মহুত্তা চীনাগী কম্যুনিজমগী "নেসন্যেল মার্ক্সিজম" গী ৱাখলনা মহুৎ শিন্দোকনবা হোৎনৈ। মসিনা মীয়ামগী লায়রবা, তুং শে থবা অমস্নুং গতি লৈ-ন্তবা পুম্বসি সোসিয়েলিজম সমাজগী মখাদা লৈফম থোকপা গুননি হায়না লৌই। কম্যুনিষ্ট পার্টিশংনা মীয়ামগী হিংহ্নুনা লৈবগী থাক ৱাংথহল্লবা হোৎনরিবা পুম্বসি মাইওষ্টশিংনা "রিভিজনিজম" নি, "বুর্জ্জুৱা" গী মাইকৈরোমদা চংশিল্লকপনি হায়রি। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা শেঙ্গাও পায়বগী নিতি অমুক হঙ্গিল্লক্লে হায়না য়াল্লা ওই-দবা মওংদা অকনবা প্রচার তৌরি। (সোসিয়েলিজমদগী য়েংউ)।

মাওইজমনা সোভিয়েট ইউনিয়নগী মায়কৈদা অকনবা এটেক্ট চংথক্লুনা পৃথিবীগী ওইবা সম্রাজ্যবাদীগী শক্তিবু হৎনা লৌহনবা কয়া হোংলৈ। মাওইজমগী রাখলগী মরুওইবা কত্তবশিংদি—মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্টকী ওইবা রাখল অমসুং নিতি শিজিন্নদুনা অদুগা মতুগী মরুম থুপদুনা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু লায়া উহনবা অমসুং পৃথিবীগী ওইবা রিভোল্যুসনারী প্রোসেস অসিগী অশেংবা শক্তমবু মীয়ামদা লায় উহন্দুনা মসিবু থিংননবা চথৈ। মাওইস্টশিংনা মরুওইনা লৌই অমসুং উহনবা হোংলৈ মতুদি সমাজবাদকী মথাদা সোসিয়েলিষ্ট অমসুং কেপিটেলিষ্ট লম্বী অনীসিগী য়েংনবনা মরম ওইদুনা, কেপি-টেলিজমসি অমুক হন্জিল্লকপগী খুদোংথিবদু মতম চুপ্পদা লৈ। অসি-গুম্বা খুদোংথিবশিং অসিদগী থৈদোক্নবা "মতম চুপ্পগী লেংদবা ওইনা চথবা বীপ্লবকী মওং [থিওরী অফ পার্মেনেন্ট রিভোল্যুসন] দরকার লৈ। কত্তবদা মমিং লৈরবা, "কলচরেল রিভোল্যুসন", চীনাদা শোক ১৯৬০ গী ময়াই চল্লকপদা চংথখিবা অসি হিরমসিদা ভমজিংও ই ওইবা মোডেল অমনি হায়না মাওইষ্টশিংনা হায়রি। অদুগা তশেং খদি, কলচরেল রিভোল্যুসন অসিনা শিম্মী কাংলুপশী শবক্কা, অমনা অমগী মথকতা থোঁজিন্নদুনা, মাসমু কাংলুপকা লড়াইগী মায়থুম শিজিন্নদুনা মাওইষ্টশিংনা মথেংগী অশেংবা য়েক্লবাশিং অদু সাংহন্ন-বগী লম্বী শেমই।

মাওইজমগী রাখলদা চপ চানা ইন্দুনা হৌজিক্কী লৈরিবা চীনাগী ইকোনোমী অসি মিলিটুরাইজেসনলোমদা চংশিল্লি, লানগী

র'খলদা মরুওইবা পী অমগা এদি সোভিয়েটজমগী রাখলদা ডাও-ফুলা ইম্পারিয়েলিজম অমসুং রায়ন্ড রিয়েক্সনগী শক্তিগা ডাইরেক্ট খুৎশয়বগী লম্বীদা চংশিল্লি ।

মাওইজমগী মায়োক্তা থেংনবসি চীনাগী মীয়ামগী মরাইবকী-দমক্তা অমগা পৃথিবীগী ওইবা বীপ্লবকী থোংচৎ অসি মায় প ক্লা চংশিল্লবগীদমক্তা র'ম্না দরকারনি ।

Marxism Leninism — প্রকৃতিনা অমসুং সমাজনা চাও-খৎলকপগী হিরমদা য়ুক্তম ওইবা আইনশিং অমু নৈনবা রাখল অমুগা শুমহুনা, নৈহুনা চাবা সমাজ অসিবু বীপ্লবীক ওইবা মওংদা মরু ফুক তোকহুনা লংথোক্লগা কম্যুনিজম শাগৎপগী রাখললোন নৈনবা শু-নোম্লিবা কাংলুপকী, রিভোল্যুসনারী ভেনগার্দ ওইরিবা দল কম্যু নিষ্ট পার্টি অমসুং রাক'রস পার্টিশিংগী রিভোল্যুসনারী বিজ্ঞানি । মসি হৌদোক্লবদি কার্ল মার্ক্স [১৮১৮-৮৩] ফ্রেডরিক এঙ্গেলস [১৮২০-৯৫] অমসুং ভলেডিমিয়ার ইলয়িচ লেনিন [১৮৭০ ১৯২৪] নি । লেনিন্না মার্ক্সিষ্ট থিওরী অসি কেপিটেলিজমনা লৈখা তারকপা ১মসুং সোসিয়েলিজম লিংখৎলকপগী হৌজিকী য়ুগসিদা চান্নবা অমুক্তা হেন্না চাওখৎহল্লে ।

– মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী মরুওইবা মচল অহুমনি : ফিলোসো-ফী [রাজলোন] ডাইএলেক্তিকেল অমসুং হিষ্টোরিকেল মেটরিএ-জম, পোলিটিকেল ইকোনোমী অমসুং সাইন্টিফিক কম্যুনিজমনি । মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট ফিলোসোফীনা রাখল খনবা জীবশিংগা প্রকৃতিগা

লৈনরিবা মরীসি লৈনৈ। প্রকৃতিনা, সমাজনা অমসুং রাখলনা চাওখৎলকপগী থ্রাইদগী মরুওইবা আইনশিং অমু কুপ্পা নৈনৈ। পোলিটিকেল ইকোনোমীনা— অওমন, পোৎকী মগুন, মমল, শেন্দোং অসিনচিংবা করাসি কুপ্পা নৈনহুনা শেঙ্গাও পায়রবশিংনা শুমহুনা চারিবসিগী মওংসি মযেক শেংনা থিন্দুনা তাকই। শেঙ্গাও পায়রবশিংনা কেপিটেল একুমুলেট তৌরগা [শেল্লেপ তুংশিল্লগ] মহুনা সরপ্লস ভেল্যু শেমহুনা শিন্মীশিংবু শুমহুনা চারিবা মওংসি মযেক শেংনা নৈনৈ। কেপিটেলিষ্ট প্রডক্সনগী মওংগী আইনশিং অসি কুপ্পা নৈনবদগী মার্ক্সনা মযেক শেংনা কেপিটেলিজমগী মপুংদা লৈরিবা য়েৎনবা মখাম অসি [সমাজগী ওইনা পোখোক পুথোকপগী মরীদা লৈরিবা য়েৎনবশিং অদুগা শেঙ্গাও পায়রবগী লম্নাইগী ওইবা শেন্দোং তানবগী মওংদগী থোরকপা মতুং তাবা ফলশিং] উৎপগা লোয়ননা, শেঙ্গাও পায়রবগী সমাজনা শোয়দনমক্কী শিথরকুনা কম্যুনিজম্না শোয়দনা মহুৎ শিল্লকপগী মরমদা শেংনা উৎলি।

Materialism— ফিলোসোফীগী লৈরিবা কুল অনিগী মপুংদা অমনি। অদুগা ইডিয়েলিজমগী ওন্না তৈনবনি। মসিনা উৎলি মদুদি পৃথিবী অসি পোৎশকী ওইবনি, অদুগা পোৎশকশিং নত্রগা প্রকৃতি অসি মীওইবগী জ্ঞানগী রাংমদা লৈবনি অমসুং পোৎশকশিং অসিনা মীওইবগী রাখল খলহনবগী অহানবা মচাকনি। রাখল খল্লা হায়বসি না মথংগী থাকনি। মসি অতোপ্পা অমদগী তারকপা মমিনি, পৃথিবী অমসুং মসিগী চাওখৎ থোংখাংগী আইনশিং অসি মীওইবনা

খংবা ওম্মী অতুগা পুন্নমকসি মখোয় মখাগী কান্নবন্না শিঙিন্নবা ওই-খোকই। আইডিয়েলিজম অমস্থং অন্ধবিশ্বাসকী মায়োক্তা অসিগুম্বা লড়াই অসি চাওখৎহনবগা লোন্নননা অমস্থং বিজ্ঞানগা ৱায় নক্কবা মরী লৈননা মেটরিয়েলিজম অসিনা সমাজগী খ্বাইদগী বীপ্রবীক ওইবা কাংলুপকী ৱাখলগী মিৎয়েংনি। মেটরিয়েলিজমগী খ্বাইদগী অৱাংবা খাক ডাইএলেক্তিকেল মেটরিএলিজম অসি মার্ক্স অমস্থং এঙ্গেলসনা চাওখৎহল্লম্বনি অতুগা মতু লেনিন্না অমুক্কা হেন্না মপুং ফাহল্লম্বনি। সমাজগী ওইরিবা পূন্সিদা ডাইএলেক্তিকেল মেটরিএ-লিজম অসি অমুক্কা হেন্না পাকথোক চাওখোক্না য়েংলকপদা, হিষ্টো-রিকেল মেটরিএলিজমদা লাকপনি। ডাইএলেক্তিকেল মেটরিএ-লিজম অমস্থং হিষ্টোরিকেল মেটরিএলিজমসিনা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিংনা ইল্লিবা পোলিসিশিংগী থিওরীগী ওইবা যুম্ফমনি। মখোয়না শু নোঙ্গিবা মীয়াম্ব মখোয়গী চথরিবা লড়াইদা বিজ্ঞানিক ওইবা লমজিং পীবগা লোযননা শেঙ্গাও পায়বগী নিয়ম নিতি অসি লংখোকখিহনা সমাজবাদকী সমাজ অমা পুৱক্কবগী অশেংবা লম্বীচু উৎলি।

Matter— মীওইবগী ৱাখলগী ৱাংমদা তশেংবা লৈরিব্বা পোৎশকশিংগী মরমদা তাকপা দর্শনিকী ওইবা কাংলুপনি। মেটর হায়বসি পোৎশক, খোৗলোক, মতিক মগুন, অমগা অমগা লৈনবা মরি অমস্থং পৃথিবীসিদা লৈরিব্বা লেংবা খোৎপগী মওংশিং পুন্নমক্নি। ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা সংসার অসি অয়েংবা মেটর ওাক্তনি।

ডমথৈ লৈতনা মথল-মথেলগী ওইগ্রবা, মথল-মখাগী ওইবা, মীওইবনা থংবা ডক্সবা অমস্তুং থংবা ডমজ্রিবা কয়ানা পুন্দুনা শেম্বনি। পোৎশক খুদিংমক মশা মশাগী ওইবা মথল মখাগী মগুন লৈজ্রে ১স্তুং মত্বু মশাগী মন্থুংগী ওইবা অহোংবা কয়াগী মতুংদা, মগুন্দা হোংবা পোৎশক অমমম ওইরকপগী মওং লৈ। পোৎশক হায়বসি টাইম স্পেস্তা মপান নাইদবা মওংনি অহুগা মসিবু শেম্লিবা মচাকস্থ মপান নাইদবা মওংনি। মেটরিয়েলিজমগী মন্থুংগী ওইবা মতৌ মওংদি মতম চুপ্পগী ওইনা লেংহুনা লৈবা, অহোংবা মওং লৈবা অহুগা মহু মহৌশাগী ওইবা নিয়ম অমগী মখাদা পুম্নমক চাওখৎলকপা অসিনি। মসি শেম্বস্থু ওইথোক্কে নত্রগা মাংহনবস্থু ডমদে।

Means of Production [থোকহন খুৎলায়] – পোথোক পুথোক্লবগী শুংনোম্বদা মীনা শিজিন্নরিবা পোৎশক ১স্তুং খুৎলায়শিং, সমাজগী পোৎথোক পুথোকপগী শক্তিশিংগী-মচাক অমা। পোথোক পুথোকপগী থবকতা, মীনা পীরিবা হাথল অমস্তুং পাঙ্গল অহুনা লেবরগী সিধান্তনি। প্রকৃতিক্কী ওইবা লেবরগী পোৎশক্তি, কয়লা, থোংদগী থোকপা মথল মখাগী ধাতুশিং অমস্তুং রো-মেটরিয়েলশিং অসিনি। লেবরগী খুজু খুৎলায় অসিনা মীনা, মেটরিয়েল ভেল্যুশিং হায়বদি মেছিন টুল, পাইপ-লাইন, বিল্ডিং শংগী পোৎনচিংবা মথল মখাগী পোৎশকশিং শেম্মী। সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা থোকহন খুৎলায়শিং পুম্বা ষ্টেটনা পায় হায়বদি মীয়াম্না মপু ওই। মসিনা লম্নাই মীওইনা থোকহন খুৎলায়শিংগী মপু ওইরগা মীনা মীবু শুমহুনা চাবগী লম্বী অমা ককই।

Martov [১৮৭৩ ১৯২৩]— মেন্সেভিজমগী লুচিংবা অমা। শোক ১৯০৭-১৪ গী মতমদা সোভিয়েট রাশিয়াদা অনৌবা বীপ্লবীক ঊচেল অমদা চংশিল্লকপদা অমসুং রিয়েক্সনগী তাঙ্গাদা, মহাকনা অন্দরগ্রাউন্দদা থবক তৌরিবা বোলসেভিক পার্টিবু মুথংনবা তক-শিনখি। শোক ১৯১৪ ১৮, অহানবা লাঙ্গাওগী মতমগী মনুংদা, মার্টোভনা সুবিধাবাদীগী ময়াই লেপ্পা ফিরেপ লৌখি। ওক্টোবর সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লবকী মতুংদা মহাক্না সোভিয়েট শক্তিগী মায়োক্তা লেপখি। শোক ১৯২০ দা, জর্মনীদা চেনখি অমসুং মফমদুদগী কাউন্টর রিভোল্যুসনারী মেন্সেভিক জর্নেল অমা বার্লিন্দগী মহাক্না ইডিট তৌখ্রুনা ফোংখি।

Manilovism, Manilov— হায়বশিংসিদগী লাকপনি। মানিলোভ অসি গোগোলগী "দেড সোলস" তা য়াওবা কেরেক্টর অমনি। মাগী মমিংসি কান্নদবদা মং মংবা, রাথল লেপ্তুবা অমসুং অতনবা মীওইদা পানাশিন্দুনা শিজিন্নরে।

Martynov, A. S. [1865-1935]— সোসিয়েল ডিমো-ক্রেসিগী মনুংদা য়াওবা লেনিন্না লুচিংবা রিভোল্যুসনারী রিং অক্তবু য়াদবা, মশাক নাইবা মেন্সেভিকনি। শোক ১৯১৭ কী ওক্টোবর বীপ্লবকী মতুংদা, মহাক অসি মেন্সেভিকতগী তোক্লকুনা রাশিয়ান কম্যুনিষ্ট পার্টি [বোলসেভিক্স] তা শোক ১৯২৩ গী ১২ শুবা পার্টি কংগ্রেসতগী য়াওখি।

Menshevism— রাশিয়ান সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক লেবর পার্টিগী [শোক ১৮৯৮ দা লিংখৎপা] মনুংদা থোরকপা, মার্ক্সিজম

লেনিনিজমবু য়াদবা সুবিধাবাদী নিতিগী লম্বীনি। মার্ক্সিজম লেনিনিজমবু কল্লক য়েংথিনা লৌবা অসিগুম্বা সুবিধাবাদী নিতি চংপা কাংবুশিবু মেন্সেভিক্স [Mensheviks] হায়রগা থংনৈ। রাশিয়ান সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক মুভমেণ্টতা থোরকপা অসিগুম্বা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু য়াদবা সুবিধাবাদীগী লম্বী অসিনা শোক ১৯০৩ গী আর: এস: ডি: এল: পি: গী অনীশুবা কংগ্রেসতা বোলসেভিক ১সুং মেন্সেভিক হায়বা অনি থোক্লা থোকহনথি। শোক ১৯০৫-০৭ কী রিভোল্যুসন্দা, মেন্সেভিকশিংনা, বীপ্লবতা প্রোলিটরিয়েটনা লমজিংবগী থৌদাং লৌববু য়াথিদে অমসুং বুর্জজুরাশিংগী লমজিং মখাদা থম্নবা হোৎনখি অদুগা লৌমী শিন্মা অনীগী তেংবাংনবগী রাথলবু য়াদে। মসিনা থুংলায় পায়বগী লালহৌবু য়াদে অমসুং বুর্জজুয়া গনতন্ত্রিক বীপ্লবপু সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লবতা ওস্থোকপবু কল্লা য়াথিদে। শোক ১৯০৫-০৭ কী বীপ্লবনা মায়থিরবা মতুং, রিয়েকসন্না শুপ্লকপা মতমদা মেন্সেভিকশিংনা অন্দরগ্রাউন্দ রিভোল্যুসনারী রার্কস পার্টিবু মুথংনবদা তেৎবাংলি।

Middle Strata [Class]— বুর্জজুয়া অমসুং প্রোলিটরিয়েট অনিগী মরকতা লৈবা সমাজগী কাংলুপ অমা: পেটি বুর্জজুরাশিং [থুংশা হৈবা থবক শুবশিং, দুকান্দার মচা মশু, কারখানা মচা মশুগী মপু, লৌ লম নিংথিনা লৈবা লৌমীশিং; লাইরিক লাইশু হৈবা কাংলুপশিং [ইন্টেলিজেন্সিয়া], ওফিস এমপ্লোয়ীশিং, মরম্লাই মরন মথুম লৈবা শিনকম অমা পায়ছুনা শেঙাও পায়বগীদমক্তা থবক

তৌবশিং, নুমগী মীনাইশিং অদুগা ডিক্লাস তৌরবা মীওইশিং। সমাজিক অমসুং অর্থনিতিকী থাক্তা মরকতা লৈবা কাংলুপ ওইবনা মিডল ক্লাস কাংলুপশিং অসি রাজনিতিগী ওইনা অচেৎপা ফিরেপ লৈতে। ময়াই লেপ্পা, অতোংবদা লেপ্পা সুবিধাবাদীগী ফিরেপ লৌই। শিন্মী কাংলুপতা অমুক তোং অদুগা বুর্জুবাগী মায়কৈদা অমুক তোং তৌই। সমাজবাদ পুররকবগী লড়াইদা শিন্মীশিংনা মিডল ক্লাস কাংলুপশিবু মখোয়গী এলাইনি হায়না লৌই মরমদি মখোয়গী অয়াম্বা শরুক্তা শেপ্পাও পায়বা সমাজগী মথাদা নংথরকুনা মমৈদা শিন্মী কাংলুপলোমদা তিল্লকই। চাওখৎলবা শেপ্পাও পায়বা দেশ-শিংদা মিডল ক্লাস [ইন্টেলিজেন্সিয়া অমসুং অতৈ কাংলুপ] কাংলুপ্পু শিন্মী কাংলুপলোমদা পাক চাওনা চংশিল্লকপগী মওংসি হান্নদগী হেন্না য়াংশিনবা, থুজিনবা হেনগৎলক্লি। চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা, জাতিয়গী ওইনা লৈরিবা ইন্টেলিজেন্সিয়া অদুগা মিডল ক্লাসকী অতৈ কাংলুপশিংনা, জাতিয়গী মুক্তি অন্দোলনদা হেন্না মরুওইবা থৌদাং লৌরকলি।

Mikhailovsky, N.K. [1842-1904]—নারোদনিজমগী মশক নাইবা থিওরিটিসিয়ান, পব্লিসিষ্ট অমসুং লিটরেরী ক্রিটিক অমনি। মাগী লিটরেরী কেরিয়ার অসি শোক ১৮৬০ দা হৌরক-পনি। শোক ১৮৬২ দা "রুসকোয়ী বোগৎস্তভো" জর্নেলগী ইডিটর ওইদুনা মার্ক্সিষ্টশিংগী মায়োকতা অকনবা লড়াই চথখি। লেনিন্না হন্না হন্না মাগী রাখলসিবু ক্রিটিসাইজ তৌখি।

**militarism**— শুমহুনা চাবদা মুক্ষম ওইবা সমাজ অমগী রাজ্যগী মিলিটরী শক্তি শাগৎতুনা, দেশতুগী মঙ্গুংদা লৈরিব। শু-নোম্লিবা মীয়ামগী ঈহৌ পুম্বা নমথহুনা, মীগী লমদা লান্দানবগী ১ম্সুং লান তৌনবগী শেম শাবা মিতি। থেংথিনবা কাংলুপ লৈবা সমাজ অমগী মঙ্গুংগী ওইবা লেংজ্রবা মতৌ মওংনি। মিলিটরিজম অসি শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী মথাদা অর্থনিতিক, রাজনিতিক অমস্লুং রাথলগী ওইবা চংনবী নিয়ম অমা ওইনা লৈরকই। উংথংনবা কোকহন্নবগী লৈরক্লিবা পৃথিবীগী ওইবা ফিভমসিদা (ডিটাউন্টকী মথাদা) শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংদা লৈরিবা মিলিটরী ইন্দস্ত্রিয়েল কমপ্লেক্সকী শক্তিশিংনা অন্তরজাতিক্কী ওইনা ডিটাউন্টকী ফিভমদা চ শিল্লকপা অসি মথক মথা ওন্থোক্লুনা "কোল্ড রার" গী ফিভমদা হঞ্জিনহন্নবা কন্না হোৎনরি।

**Military Industrial Complex**— ষ্টেট মোনোপোলী কেপিটেলিজমগী মথাদা চাওখৎলকপা তোপ তোপ্পা মওংগী শেন্দোং তান্নবগী লম্বী অমনি। মোনোপোলীশিংগা, সরকারগী মকোক ওই-বশিংগ. য়ানহুনা ষ্টেটকী মিলিটরী এলোকেসনগী ওর্ডর পুম্বা মিলি-টরী ইন্দস্ত্রিয়েল কমপ্লেক্সশিং অসিন লৌবগ ল.লগী খুজু খুৎলায়শিং পাক চাওনা শাহুনা, মীরৈপাক্তা ল.দাবগী অমস্লুং লালগী জুরার শান্নহুনা, শিন্মীশিংবু শুমহুনা অসিগুম্বা খুজু-খুৎলায় শাবা অমস্লুং য়োনবদগী কাহেনবা শেন্দোং তাল্লি।

**Misinformation**—মীয়ামদা শেরান্নবা রাথল পীনবা ১ম্সুং শন্দোক্লবা কেপিটেলিস্ট মাস মেদিয়াশিংনা তৌগে হায়বা অমা

য়াওনা চৎখৎরিবা ওইদবা পাও শন্দোকপগী মওংনি। অসিগুম্বা ওইদবা পাও শন্দোকপগী থবকসি সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অমসুং চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা লৈবা প্রোগ্রেসিভ সরকারশিংগী মায়োক্তা হেন্না কন্না চৈথে।

Mode of Production— ইতিহাসকী তাঙ্কক মতুংইন্না, পোথোক পুথোকপগী মওংদা অমসুং লন্নাই শিজিন্ননবগী মতাংদা, ইতিহাসনা লেপ্পা মওং। পোথোক পুথোকপগী মওং অসি প্রডক্তিভ ফোর্সশিং অমসুং প্রডক্সন রিলেসন্স (পোৎথোক পুথোকপগী মতাংদা সমাজচুদা লৈনরিবা মওং) গী অপুম্বা অচুনি। অচুগা অনি অসিদি থানবা য়ান্দনা অমগা অমগা নকুবা মরী লৈনৈ। ইতিহাসতা মোড অফ প্রদক্সন্দা (পোৎথোক পুথোকপগী মওংদা) মথং মথং ওইনা থাক মঙাথক লৈ: প্রিমিটিভ কম্যুনিজমগী মওং, মীনাই লোয়বা প্রথাগী মওং, ফ্যুদেলিজম, কেপিটেলিজম অমসুং কম্যুনিজমগী মওং-শিংসিনি। অরিবা মওংগী পোৎথোক পুথোকপগী মওংসি শোয়দন-মক্কী অনৌবা মওংনা শিন্দগনি। মসি অরিবা চন্নরবা মওংগী প্রডক্সন রিলেসন্সকী মওংগা প্রডক্তিভ ফোর্সশিংগা অনিগী মরক্তা য়েৎনবচু হেনগৎলকপদগীনি।

Monarchy – উত্তরাধিকারীগী মওংদা রাজ্য অমবু নিংথৌ অমসুং মাগী চারোন শুরোন্না মকোক ওইজুনা সাসন তৌবগী সরকারগী মওং (কিং, সাহ, জার, এম্পরর অসিনচিংবা)। নিংথৌনা শুপ্পা মনিং তৌনা পানবা (এবসোল্যুট মোনার্কি) নত্রগা নিংথৌনা

মখিংত্তা ওইনা শাসনগী মকোক ওইনা লৈবগী (কনস্টীট্যুশনেল মো-নার্কি) মওং লৈ। অকোনবগী নিংথৌ পানবগী মওংসিদি নিংথৌগী শক্তি অদু পার্লিয়ামেন্টনা শক্কনা পী (ব্রিটেন, জপানমচিংবদা চং-নরিবা মওং)।

Monopoly (মীওই খরগী মথুত্তা পুন্নমক পায়বগী মওং)— ১/ করিগুম্বা অমগী মরমদা পুরা হুক লৈবা (খুদম ওইনা পোৎচৈ শাবদা, লম্লোনবদা নত্রগা করিগুম্বা পোৎশক অমগী মরমদা), ২/ শেঙ্গাও পায়বগী মোনোপোলী, শেঙ্গাও পায়বশিংগী অপুম্বা সংস্থান, মচুনা দেশ অমগী পোৎথোকী অয়াম্বা শরুক পুম্বা মপু ওইবা নত্রগা করিগুম্বা পোৎশক অমা নত্রগা খরা দেশ মন্নুংদা নত্রগা পৃথিবীগী কৈথেলদা য়োনবগী অধিকার লৈবা।

মোনোপোলীশিংনা শেন্দোং হেন্না হেন্না তান্নবদা শিন্মীশিংবু শুমহুনা চাবগী চাংসি হেন্না হেনগংলি, নিও-কোলোনিয়েলিজমগী কা হেনবা পোলিসি ইল্লি, থোরাংগা লোয়ননা লাল থোকহল্লি, মীগী লম জয় তৌই অমস্নুং খুৎলায় শাবদা লমজেল তান্নবগী থবক কনখৎলি।

Moral Code of Builder of Communism—কম্যু-নিষ্ট মোরেলিটিগী নিয়ম-নিত্তিগী সেট অমনি। মসি সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমদা চপ চাবা মকম লৈহুনা মপুং ফানা চৎনরবা ।স্নুং মচু য়াম্না বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা মপুং ফাহন্দুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি অফ সোভিয়েট ইউনিয়নগী প্রোগ্রাম ওইরবা। অসিগুম্বা কোড অসিদা

মথাগী মরুওইবা নিয়ম নিত্তিশিংদি য়াওই : কম্যুনিজমদা কোংজা থবাই লুপা, সোসিয়েলিষ্ট মমা লৈবাক অমসুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংবু সুংশিবা, সমাজগী ফনদবগীদমক্তা জ্ঞান তামা থবক তৌবা-নোম্বা, মীয়ামগী লনথুম কায়হন্দনা ভাক্তুনা থম্নী রাখল ১সুং মীয়াম্গী [পব্লিক] লনথুম হেনগৎহন্নবগী অচেৎপা রাখল লৈবা, মী-য়ামগী স্বার্থগী নত্রগা পব্লিকী স্বার্থদা য়াংনবা তৌবা পুম্নমা থাংবা ওমদবগী রাখল ; অপূনবা অমসুং কন্সেন্ত অমা ওইনা সুংশিননা তেংবাংনবগী রাখল ; মীশিংগী মরক্তা মী ওইনা ব্যবহার তৌনবা অমসুং মরী লৈনবগী মওং ; পুকচেল শেংবা, অচুম্বা তৌবা, লমচৎ শাজৎ ফজবা, নোঙ্ঘুকপা, পব্লিক অমসুং লম্লাই পুন্সি লেনবা মওংদা অচাউরম কাদবা, ইমুং মনুংদা অমগা অমগা ব্যবহার তৌনবা, অঙাংশিং য়োকখৎপগী অমসুং মথোয়বু য়েংশিনবীবগী দায়ীত্ব মশক খংবা, অয়ানবা, অথুবা মিংয়েংগী রাখল, কেরিয়ারিজম [লম্লাই কেরিয়ার শেম্বগী রাখল] অমসুং কলঙ্ক মিহৈাবগী রাখলদা তাই-শিন্নবা লৈতনা থেংনবগী রাখল ; ইউ এস এস আরগী মীয়ামগী মরক্তা মরূপ মপাং অমসুং ঈচিল ইনাও ওইবগী অচেৎপা রাখল চেম্বা, জাতিগী ওইবা নত্রগা জাংকী ওইবা নত্রগা জাংকী ওইনা তুকচবা থুংশিনদবগী মায়োক্তা থাংগুমদবা রাখল লৈবা, কম্যুনিজম, শান্তি অমসুং মীয়ামগী নিংতম্বগী মায়োক্তা লৈবা য়েক্নবশিংগী মথক্তা তাইশিন্নবা য়াদবা রাখলগী ফিরেপ লৈবা ; পৃথিবীগী ও সোম্লিবা মীয়ামশিং পুম্নগা মরূপ মপাং অমসুং অমতা ওইবা উংশগী লেংদবা রাখল অমসুং ফিরেপ অসিনি ।

**Morality** — লমচত্তা শাজত্তা সথাজগী ওইমা জ্ঞান তাবা অমসুং নিয়ম নিতি লৈবগী মওং, ইসুং মসুং অমসুং সমাজগী পুন্সিদা জাত্রা চত্নবা লমচৎ শাজৎ অমসুং সবাজগী থাক্তী মওং মতুং ইন্না লৈরা মীওইবগী চৎনবোল। পাব্লিক ওপিনিয়ন, থাজবা, চৎনরোল অমসুং শাজৎ লক্কচৎকী মতুংইন্না, মোরেলিটি অসি মী অমগী থবকশিং, মিৎয়েংদা, বাখলদা ফোংদোকই। মানা থবকতা, ইসুং মসুংদুদা সমাজদা অমসুং অপুনবগী ওইনা খল্লিবা, ফোংদিবা মিৎয়েংগী মতুংইন্না লেপ্পী। মোরেলিটি অসি মশাগী ওইবা ক্লাস কেরেক্টর লৈরে। কাংলুপ মখল খুদিংগী মশাগী ওইবা কাংলুপকী ওইবা মিৎয়েং লৈরে।

**Multi Model or Mixed Economy** (মখল-মথেলগী ওইবা ইকোনোমীগী মওং)— মখল মথেলগী ওইবা পোংথোক পুথোকপগী ১সুং প্রডক্সন রিলেসনগী ওইবা মওংগী ইকোনোমীনি। মসি মখল মথাগী সম্পত্তি পায়নবগী মওং অমসুং প্রডক্টিভ ফোর্সকী চাওখৎ থোংথাংগী মওংনা লেপ্পী। অসিগুম্বা মখল মথাগী ওইবা অর্থনিতিগী মওং অসি রাজনিতি ১সুং অর্থনিতিগী মওংদা অহোংবা লাক্তা লৈরিবা দেশশিংদা লৈ। কেপিটেলিস্ট ইকোনোমীদগী সোসিয়েলিষ্ট ইকোনোমীদা চংশিল্লকপগী অহোংবা তাক্লাদা অতেবা মতম থবগী ওইনা লৈগল্লি।

**Multinational Corporation [MNC]** — কোরেন কেপিটেল অমসুং এন্ত্রেটনা চলাইবা ফার্মশিং অমসুং অন্তরজাতিকী

ওইবা কম্পানীশিং। মখোয়গী ত্রাকশিং অসি পৃথিবীগী শেক্লাও পায়বা দেশশিং অয় য়দা অতুগা চাওখৎলক্লিবা দেশশিং অয়াম্বা থুংনা লৈ। এম এন সিশি'সিনা অহিংবা পোৎচাকশিং অমসুং মেশিনারীশিংগী মমল হেনগৎহল্লি। মখোয়গী পো'থে ক্লা পৃথিবীগী কৈথেলদা তাউহল্লি। অমুম্বা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংগী জাতিয়গী অর্থনিতিদা শাথিনা শোকহল্লি অমসুং অতৈ মখোয়গী লায়াশিংগী মপানগী কৈথেলশিং হাত্তোকই।

**McMahon Line**— শোক ১৯১৪ গী সিমলাদা ইন্দিয়া, চীনাগগী মরক্তা য়ানখিবা সিমানা পরিং য়ানবা অসিদা চীনা, টিবেট অমসুং ইউ কে য়াওখি। ব্রিটিশকী দিলিগেসন অতু অষ্ট্রেলিয়ান পোলিটিসিয়ান রিলিয়ম মেকমহনা লুচিংলকখি। এগ্রিমেন্ট অসি চীনানা থুগাইরে। মসিনা নোর্থ ইষ্ট ফ্রেন্টিয়ার এজেন্সী হৌজিক্কা অরুনাচল প্রদেশ ওইরিবা অতুগা লৈই অসিগী খায়োমদা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক কাওবা মাগী লমনি [স্কয়ার মাইল ৩০,০০০ রোম] হায়না দাবী তৌরি। লৈই অসি খাইদগী য়াংবা চীংশিংগী মরক্তা লৈরিবা ঈশিং তাবা মকমশিং অসিদা চৎনেহন্ন'গা য়াখিবনি। অতুবু চীনানা লৈই অসি চী শাংগী মথা থংবা চীংথোংগী শকক্তা চৎবদবনি হায়না হায়রি। নোংপোককোনমদা বর্মা অমসুং চীনা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা সিমানাগী পরিংসিন্দু মেকমহন লাইন অসিনি শয়থরকপনি। অতুবু মসিদি চীনানা শোক ১৯৬০ দা শক থংলে।

●—●

## N

**Narodism** – রাশিয়াদা পেটি বুর্জুৱা লিবরেল ডিমোক্রেসিগী রাথলনি। লৌমীশিংনা সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অমা পাংথোকনি হায়রবগী রাথলনি ডিমোক্রেটিক আইদিওলোজীগী মথক্ত অমনি। মসিগী মরু ওইবা মতৌ মওংদি : ১/ সোসিয়েলিজমগী রাথল, কেপিটেলিজমবু লৈহন্দনবা অমসুং মসিবু থিংননবা থেংনবা অহুম। ২/ লৌ-লমগী সমস্যাদা অথুবা অহোংবা অমা পুরকপগী প্রোপেগন্দা, প্রচার তৌবা, লেন্দেন ক্রেন্তিগী মায়োক্তা হৌবা অসিনি। শোক ১৮৭০ গী মতমদা, রাশিয়াদা, রিভোল্যুসনারী নারোদিজমগী ঈহৌ কনথংলকখি। মসিনা লৌমীশিংবু সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অমা পাংথোক্নবদা শিজিন্নরকখি। রিভোল্যুসনারীশিংসিনা লম্বাই টেরোরিজমগী থবক থৌওংগী লম্বী লৌখি। শোক ১৮৮১ দা মখোয়না জার আলেকজেন্দর ডি সেকন্দ হাৎখি। শোক ১৮৮০ গী মতমদা লিবরেল, রিফোর্মিষ্টকী মওং অমা নারোদিজমগী মনুংদা কন্না লাকখি. মসিনা শোগৎপশিংনা বীপ্লবীক অন্দোলনবু পুরা য়াদহনা মার্ক্সিজমগী মায়োক্তা কন্না থেংনবা হৌবকখি। মমৈদা মখোয়শিং অসি মপুংফানা মাইথিবা পীখি। নারোদনিকশিংনা লৌই মহুদি ইতিহাসশিং অসি হিরোশিংনা শেম্মী। মীয়াম্না ঈহৌসিদা মখোং থংদনা, জ্ঞান তাদনা মখোয়গী মতুং ইনবনি।

**Narodovolti-Narodnaya Volya [People's Will]**

--অরোন্বা রাজনিতি সংস্থান অমগী মেম্বরশিংনি। মসি শোক

১৮৭৯ দা রাশিয়াদা লিংথংখি। মসিনা নারোদনিকশিংগী রাথল অহুমি শেখেনা খায়গা অরুনবা রাজনিতিগী লড়াই চৎনখি। মখোয়না কারগী ঊটোপিয়ন মুথংগা অহুম রাজনিতিগী নিংথৌ লৌবসিনবা মখোয়গী থাইদগী অহানবা থৌদাং ওইনা লৌখি। মখোয়না কারগী ঊটোপিয়াগী মাপাংগা খেংনবদা "একটিভ হিরোজ" অমসুং "পেসিভ মাসেস" কী অরানবা রাথলনা লমজিংদুনা লড়াই টেরোরিজমদা করা চংথখি। মখোয়সি উটোপিয়ান সোসিয়েলিষ্ট ওইবনা, লড়াই টেরোরিজমগী থবক্না সরকারদা মাং তাকপা, অদুনবা, মৈথাই থুগাইবগী থবক্না সমাজ অসি অমুক হন্না শেমগনি হায়বসিদা করা থাজে। শোক ১৮৮১, মার্চ ১ দা জার আলেকজেন্দর সেকেন্দ হাংথিবা মতুংদা, "নারোদনায়া ভোলয়া" পার্টি অসি সরকারনা তকথাইখি।

**Narodopravtsi— Narodnoe Pravo [People's Right]**— পার্টিগী মেম্বরশিংনি। মসি রাশিয়ান ডিমোক্রেটিক ইন্টেলেকচুয়েলশিংগী আইন্না য়াদবা সংস্থান অমনি অমসুং শোক ১৮৯৩ গী কালেন্দা লিংথিবনি। মসিগী মরুওইবা সিধান্তদি জারগী সরকারবু হেক য়াদবা শক্তিশিং পুন্না পুনশিন্দুনা রাজনিতিগী অধিকারদা থোকনবনি। শোক ১৮৯০ গী বসন্তদা সংস্থান অসি সরকারনা থুগাইখি।

**Novayazhizn [New Life]**— সেন্ট পিটর্সবর্গতগী বোলশেভিকশিংগী ইহাৎ হানবা নিউজ পেপারনি। শোক

১৯০৫ গী নবেম্বর ৯ দগী ডিসেম্বর ১৬ ফাওবা কোংলম্মী। নবেম্বর থাদা লোয়র থাক্কবদগী লেনিন্না সেন্ট পিটর্সবর্গতা হল্লকপগা মহাক্কা মসিগী ইদান হানবা চীফ ইডিটর ওইখি।

Nation (জাতি)— ফ্যুডেলিজমগী থাক্কী কেপিটেলিষ্ট ব্লিলেসন্না চাওখৎলকপা থাক কাওবগী মতুংদা ইতিহাসকী ওইবা শেম্লকপা মীগী কাংলুপ অমনি। জাতি অমগী মতৌ মওংদি লম, অর্থনিতিগী পুন্সিগী মওং, লোল অমগা জাতি অমগী ওইবা সংস্কৃতিক অমম্লুং মতৌ মওংগী অপুনবা শক্তমতু লৈগনি। অদুবু অসিগুম্বা অপুনবা শক্তম অসিনা জাতি অমগী মতুংদা লৈরিবা কাংলুপক্কী য়েংনবা অতু মাংশ্রগনি হায়বদি নত্তে। সোসিয়েলিস্ট বীপ্লব অমনা মপুং ফানা মাই পাক্লবতদা জাতি অমগী মতুংদা অসিগুম্বা য়েংনবা মুক্লবগী মওংসি মাংথিদ্রনা, মীয়ামগী মরক্তা মুংশিনবা, মরুপ-মপাং ওইবা, সোসিয়েলিষ্ট জাতি অমা ওইনা অর্থনিতিক অমম্লুং রাজনিতিগী মওং হেন্না চেংনা মকশিন্নরকপগী মওং লাকই।

National Economy (জাতিগী ওইবা অর্থনিতি)— ইন্দষ্ট্রী, কন্সট্রক্সন, এগ্রিকলচর, ট্রান্সপোর্ট, কম্যুনিকেসন্স, ট্রেড এণ্ড ডিষ্ট্রিব্যুসন, ক্রেডিট সিষ্টেম পুম্নমক অসি য়াওনা দেশ অমগী প্রডক্সনগী ব্রাঞ্চ পুম্বগী ওইবা অপুনবা শক্তম। কেপিটেলিজমগী মথাদা ইকোনোমী অসি খোকহন থুংলায় পুম্বা লম্নাক মীওইগী মথুক্তা লৈ অমম্লুং কেপিটেলিষ্টশিংগী লম্নাই শেন্দোং তান্নবগী থুংলায় ওইনা শিজিন্নৈ। সোসিয়েলিষ্ট ইকোনোমীগী অর্থনিতিক্কী য়ুম্ফমদি, খোকহন থুংলায়শিং পুম্বা পত্রিক্কা মপু ওইবদা য়ুম্ফম ওই। সোসিয়েলিজমগী মথাদা

জাতিগী অর্থনিতি অসি ক্রাইসিস নত্রগা ইনফ্লেসন লৈতবা থোরাংগী মথায়দা নিংথিনা চংদৈ অমত্তুং পাংথোকই। সমাজ অমগী পোৎ-থোক পুথোকপগী থ্বাইদগী মরুওইবা পনথুংদি — সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমদা লৈরিবা মীয়ামগী অরেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকপিবা কলচরেল অমত্তুং মেটরিয়েলগী দরকারশিং অত্তু মপুং ফানা কংহল্লবা হোৎনব-সিনি।

**National Income** (জাতিগী ওইবা অপুনবা আয়) — জাতি অমগী পোৎথোক পুথোকপগী ত্রাঞ্চশিং লৈরিবা পুম্বনা চহি ১দা জাতিগী ওইনা অপুনবা শেনকমদা হাপচিল্লকপা আয় নত্রগা থোকহল-থুংলায়নচিংবা শিন্দোক-শিজিন নত্রগা হাপকৎপনচিংবগী-দমক্তা কাইথোকপ্পগা লেমহৌবা সমাজগী ওইবা আয়গী শরুক ১। শেজাও পায়বা দেশশিংদা, জাতিগী ইনকমগী শরুক অমা মথাই-গুম্বদি গুমদুনা চাবা কাংলুপশিংগী মখুত্তা চংলি। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদনা জাতিগী আয় পুম্বা, মীয়ামগী ওই অত্তুগা চাওরাকনা মুক্তুগী শরুক মরি থোকপগী অহুমদি, মথোয়শিংগী হিংত্তুনা লৈবগী থাকতু থাংথৎহনবা, মথোয়গী সংস্কৃতিকী দরকার অত্তুগা লোয়ন-লোয়ননা হেত্তা পোথোক হেনগৎহন্নবগী দরকারদা, জাতিগী লনগৈ তুংশিন্নবগা মত্তুনা মীয়ামগী তুংঙাই থাইহনা হিংহনা, শাল্লেন্দা মতুং ওইবা শরুকশিংদা শিজিন্নৈ।

**Nationalisation** (জাতিগী করব তৌবা, থোকহল-থুংলায়-শিং পুম্বা সরকারনা পায়শিনব) — লৌ-লম, ইন্ডাষ্ট্রি, ট্রান্সপোর্ট,

বেঙ্কিং আসিমতিংবা পুম্বা লম্বাই মীওইবী মশু ওইবদগী কোখোক্লগা পব্লিক (স্টেট) না মশু ওইদুনা লোংখোক পুখোকপগী থবক-থৌরম পুম্বা সরকারনা পায়শিনবা অমসুং শিনবগী মওং। জাতিয়করন তৌবসিগী সমাজিক, অর্থনিতিক অমসুং রাজনিতিকী ওইবা অদুগা মশিনা কনাগী অমসুং করম্বা কান্নুপকী স্বার্থদা তৌরিবনো অদুগা ইতিহাসকী করম্বা তাক্কনা তৌবা হায়বনচিংবগী তোপ তোপ্পা অর্থ লৈরি।

লম্বাই মীওইশিংগী মখুত্তা লৈবা লৌ-লম, কারখানা, খনি, বেঙ্ক, ট্রান্সপোর্ট, কম্যুনিকেসন অমসুং অতৈ থোকহন-থুংলায়শিং পুম্বা সোসিয়েলিষ্ট সরকারনা মখুত্তা পায়শিনববু অমসুং পুম্বকসি পব্লিকী মরল ওইনা শুম্হোকপবু সোসিয়েলিষ্ট নেসনেলাইজেসন কৌই। মশিত্তনা লেঙ্গাও পায়রবশিংনা শিন্মী অমসুং শু-থোম্লিবশিংবু শুমহুনা চাবগী লম্বীচু ককই। কেপিটেলিষ্ট নেসনেলাইজেসনগী মওংদি, নিয়ম অমা ওইনা, লম্বাই মীওইশিংগী লৌ-লম নত্রগা কারখানানচিংবগী শরুক থম্বা মতিক চাম্বা ক্ষতিপূরন পীরগা স্টেটনা লৌশিল্লি। অস্নুম্বা শিন্মীশিংবু শুমহুনা চাবগী মওংচু লম্বাই মীওইশিংদগী কেপিটেলিস্ট স্টেটনা শুমহুনা চাবদা মহুৎ শিনগনি। অদুগা লম্বাই মীওইশিংচুবু মখা তানা মীয়াম্বু শুমহুনা চানবগী খুদোংচাবচু অদুম্ব পী।

হায়রা লোয়লম ওইরম্বদগী নৌনা থনিং তম্লিবা দেশশিংনা নেসনেলাইজেসন অসি তম্ভাই কইনা অহানবা থোংথোং ওইনা পায়খৎলি। মীয়ৈপাক্কী কম্পানীশিংগী মরল মথুমশিং নেসনেলাইজ তৌবসি তম্ভাই করবা ওইনা পাংথোকই। লেঙ্গাও পায়রবগী লম্বী

চৎনিংনবা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংনা মখোয়গী মখল মখাগী ওইবা অর্থনিতিগী মওংদু মুথৎতুনা সোসিয়েলিষ্ট ইকোনোমী পুরকনবদা জাতিয়করন তৌবগী থবকসি তঙাই ফদনা পাংথোকপা তাবকই।

**Nationalism**— জাতিগী বাকমগী মতাংদা বুর্জুরা অমসুং পেটি-বুর্জুয়াগী ওইবা বাখল অমসুং পোলিসিনি। নেসনেলিজমনা জাতি অমগী সমাজগী খুন্নাইগী মওংদা খুন্নাইদগী অন্নাংবা থাকনি। মসিনা জাতি অমগী মকোক থোংবা অমসুং মশাগী ওইজবা শক্তম অদু উৎপগা লোয়ননা মসিগী বাংনা নত্রগা হেন্না চাওথৎপগী মওংসি ইতিহাসনা পীবা ফিভম অমসুং অতৈ অতোপ্পা জাতিশিংগা লৈনরিবা মরীদা নল্লি।

রিয়েক্সনারী সার্কলশিংনা নেসনেলিজম অসিবু শু-নোম্লিবা কাংলুপকী, কাংলুপকী ওইবা জ্ঞান (ক্লাস কন্সিয়সনেস) অদু মাংহন্নবগী থুংলায় ওইনা শিজিন্নৈ, জাতিগী ওইনা পুনশিনথিবনা মখোয় মশাগী ওইবা কাংলুপকী অন্দোলনদগী থৈদোকহন্দুনা থম্মী। জাতিগী নিংতম অন্দোলনগী অকক্লবা তাঙ্কক্তী থাক্তা, মসিনা শিথনবা জাতি অমবু হিংগৎহন্নবগী বাখল পীনবগী অচৌবা মচাক অমা ওইহনবা য়াই। সম্রাজ্যবাদীগী মায়োক্তা রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী নিংতমহন্নবগী লড়াইদা নেসনেলিজমগী ফিরাল মথাদা জাতিগী অপুনবা একটা পুরক্নবগী অচৌবা থুংলায়নি।

**National Liberation Revolution**— জাতিগী নিংতম লড়াইগী অন্দোলনদগী হৌরকপা যীগ্নবকী মওং। মসিনা

মীরৈপাক্কী লোয়লমগী সাসন মাংহন্দুনা জাতিগী নিংতম্বা ফংহল্লব-গীদমক্তা থোই। লোয়লমগী অওং-অনৈগী সাসন মাংহন্দুনা, জাতি অমনা মশানা মশাগী মথোংদা লেপচবগী অধিকার (রাইট টু সেল্ফ ডিটরমিনেসন) অহু ফংহন্দুনা মনিং তম্বা নেসনেল ষ্টেট অমা লিং-খৎহল্লি।

পৃথিবীদা সোসিয়েলিজম অমস্থুং কে-পিটেলিজম হায়না ময়েক শেংনা নিয়ম অনি (সিষ্টেম অনি) লৈরবা তাঙ্গাসিদা অহুগা শক্তিগী চাং অসি সোসিয়েলিজমলোমদা লুম্বা হেন্না হেন্নরুবা মতাংসিদা, মিনাই নাইথাং ওইরবা মীয়াম্না খুৎলায় পায়বা লালহৌগী মতেংনা নিংতম্বা লৌই— আলজেরিয়াদা নত্রগা ইন্দোনেসিয়াদা তৌখিবগুম্না নত্রগা শান্তি ওইবা মওংদা, ভারত্তা, শ্রীলঙ্কা অহুগা আফ্রিকাগী ষ্টেট কয়ামরুমদা তৌখিবগুম্না। শিন্নী অমস্থুং লৌমী অমিনা জাতিগী নিংতম রিভোল্যুসনগী মরু ওইবা শক্তিনি। এশিয়া, আফ্রিকা অমস্থুং লাটিন আমেরিকাগী দেশশিংগী জাতিগী নিংতম লড়াইদা সহরগী পেটি বুর্জজুয়াশিং অমস্থুং লাইরিক লাইও হৈবা সেক্সনগী মরৈপাক নিংবা কাংবু অহুগা মিলিটরীনা য়াম্না মরুওইবা অমস্থুং লমজিংবগী থৌদাংস্থু লৌখি। অসিগুম্বা জাতিগী নিংতম লড়াইসিদা নেসনেল বুর্জজুয়াশিংস্থু শরুক য়াই অহুবু মাগী অথুবা ফাংলুপক্কী য়াথশনা মরম ওইহনা চিরবা তাঙ্গাদা সম্রাজ্যবাদীশিংগী মায়কৈদা লেপখিবসি য়াম্না তোয়না থোকই। জাতিগী নিংতম লড়াইগী ফল ওইনা নেসনেল ষ্টেট লিংখৎলবা তুংদা

অর্থনিতিগী নিংতম্নবগী লড়াইগী অতোপ্পা অনৌবা থাক অমদা অমুক চংশিল্লি।

National Sociallsm—নেসন্যেলিষ্ট পেটি বুর্জজুৱা, রিফোর্মিষ্ট, ধর্ম্মগী ওইবা অমস্থুং অতৈ রাথল কয়া অসি সোসিয়েলিষ্টকী রাথলগা তোংশিল্লগা শেম্নকপা সমাজিক অমস্থুং রাজনিতিকী ওইবা থিওরীশিংনি। চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা, রিভোল্যুসনারী থিওরিসি ইনবা বেক্কশিংগী মন্নুংদা, সমাজিক অমস্থুং অর্থনিতিকী লমদা অথুবা অহোংবা পুরক্নবদা থাজৈ অমস্থুং মসিনা নৌনা মনিং তম্নক্লিবা দেশশিংবু শেঙ্গাও পায়বগী লম্বী নত্তবরোমদা চৎহন্দুনা দেশশিং অসিনা অর্থনিতিকী মিংতম্বা ফংহন্নবদা তেংবাংহুনা মখোয়গী রাজনিতিগী নিংতম্বহু মরা চেংশিলহল্লি। অহুম ওইনমক, করিগুম্বা মতমদা, মখোয়না সরকারগী মওংদা, পোলিটিকো-মিলিটরী মেথোদ অসিগী থোদাংদা হেঞ্জিন্না থাজরক্নুনা, মীয়াম মরক্তা আইডিওলোজীগী ওইবা থবকী মরু ওইবহু থোশারকতে।

অসিগুম্বা "স্পেসিয়েল লম্বী" অসিদা চাওখৎ-থোংখাংগী রাথলনা হুমহুনা পুখিহুনা অমস্থুং মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী রাথলদা মপুং ফাদবনা মরম ওইহুনা, মখোয়না পৃথিবীগী ওইবা বীপ্লবীক অন্দোলন অমস্থুং জাতিয়গী নিংতম লড়াইগী এক্সপেরিয়েন্সশিং অহু মপুং ফানা লৌশিনবা ঙমদে। মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী রাথল লমজিং মখাদা, নেসন্যেল সোসিয়েলিজমগী মথল মথাগী ওইবা থিও-

ঙীদা থাজবশিংনা মথোয়গী অথুবা, মাগী জাতিতগী ওইবা মিৎ-য়েংচু থাদোক্লবা ওয়ক্লি।

NATO— নোর্থ এটলান্টিক ত্রিটি ওর্গেনাইজেশন্দা (North Atlantic Treaty Organisation) য়েংউ।

Natural Economy – চুম্না হিংচনা পানবা য়ানবগী অর্থনিতিগী মওং। মসিগী অর্থনিতিগী মওংসিদা পুথোকলিদা পোংথোকসি য়োম্নবা নত্তনা মশাগী দরকারগীদমকতা ওইনা পুথোকই।

Nazism – ফেসিষ্ট নেসন্যেল সোসিয়েলিষ্ট (Nazionalso-zialist) জর্মন ৱার্কর্স পার্টিগী পোলিসি অমস্তুং আইডিওলো-জিনি। ইহান হানবা নাজি (Nazi) ওর্গেনাইজেসন অসি শোক ১৯১৯ দা শেমখি। পার্টি অসিগী থোয়দোকপা মতৌ মওংদি— গনতন্ত্রবু পুরা য়াদবা, কা হেন্না এন্টি-কম্যুনিজম ওইবা চৌভিনিজম অমস্তুং রেসিজমদা লুপ্পা, অথিংবা লৈতনা ওইদবা ঙাংবা, অসিন-চিংবসি পার্টি অসিগী মমিং অসিমক্তা ময়েক লারবা থুদম ওইরবনি। শোক ১৯৩৩ দা হিটলারনা লুচিংবা নাজি পার্টিনা জর্মন্দা লিংখৎ-খিবা ফেসিষ্ট ডিক্টেটরশিপনা অনিশুবা লাঙ্গাও (১৯৩৯-৪৫) হৌ-রকখি। লাঙ্গাও অসি ফেসিষ্ট জর্মনীনা পুরা মায়থিচনা লোয়-শিনখি। নাজি পার্টি অসি থিংখিবগা লোয়নননা হান্নগী নাজি ওইরম্বশিং অয়াম্বা, ফেডরেল রিপব্লিক অফ জর্মনীদা অলত্রা রাইট ফেসিষ্ট টাইপকী সাস্থানশিংদা লোয়না য়াওশিনখি।

Neo-Colonialism— সম্রাজ্যবাদী দেশশিং অমসুং নৌনা মনিং তম্লকপা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংগী মরক্তা লৈনরিবগী মওং অমনি। মশা লৈতনা শেল থাদহনা দেশ অদুগী অর্থনিতিগী চুপ্লি পায়হনা দেশ অদুগী অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী নিংতম্বদু নাকোইননা নমথবগী মওংনি। সম্রাজ্যবাদীশিংনা নৌনা মনিং তমলক্লিবা দেশশিংবু শুমহনা চানবগী অমসুং মথোয়গী নিংতম্বদু অর্থ লৈহন্দনবগী পোলিসিনি। হান্নগী লোয়লম (কোলোনী) ওইরম্বা দেশশিং অদু সম্রাজ্যবাদীনা অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী কন্ট্রোল তৌননবা মশক হোংবা মওংগী পোলিসিনি।

অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুং (শোক ১৯৩৯ ৪৫), সম্রাজ্যবাদীগী লোয়লমগী প্রধানা কায়থরক্লবা মতমদা সম্রাজ্যবাদীশিংনা চথরকপা মশক লোৎপা লোয়লমগী লম্বীনি। নিও-কোলোনিয়েলিজমগী মথাদা মিন্স অফ প্রডক্সন (থোকহন খুৎলায়) পুম্বা ফোরেন কম্পানীশিংনা পায়হনা মথোরগী মেটরিয়েল ওইবা য়ুম্ফম শেন্মী অদুগা সোসিয়েলগী ওইবা য়ুম্ফমনা (সোসিয়েল বেসিসনা) রিয়েক্সনারী লোকেল বুর্জজুরাশিংগা খুৎশয়হনা শেন্মী। শম্না, রিয়েক্সনারী বুর্জজুরাশিংগা পুন্দুনা দেশ অদুগী রিসোর্স অমসুং মীয়াম্বু শুমহনা চাবগী নিতিনি।

অদুগা মসি চথবগী উপায় অমসুং মওংনা, ইম্পিরিয়েলিষ্ট মোনোপোলীশিংনা দেশতুগী অর্থনিতিগী চুপলি পায়বা, সম্রাজ্যবাদীদা রাজনিতিগী থুদোং চাবা কয়া শীরগা অর্থনিতিগী 'মতেং পীবা,

নেসম্যোল অমসুং ত্রাইবেলগী ওইবা মুরুবা, মৈখাইনবা থোকহনবা, কাংলুপ, জাং তোখাই তাহন্দুনা রাজনিতিগী য়েংথিনবা, লুংশিমদবা শাগংপা পুম্নমকসিগী মরু ওইবা মসুংগী রাখলনা, মীয়াম অসি মচেং তাহন্দুনা, অপুনবা মীয়ামগী ওইবা জাতিগী নিংতম লড়াইদগী থৈদোকহন্নবা হোৎনবনি। মসি পাংথোক্নবদা গনতন্ত্র বীরোধী ওইবা ফেসিষ্ট ডিক্টেটরশিপ সরকার লিংথংপা, মীগী দেশকী মসুংগী থবক্তা থুং থিংজিনবা, স্পাইয়িং তৌবা, মৈখাই থুগায়বগী থবক চংথবা, চাওখংপা অহোংবা পাম্বা লুচিংবশিং লোম্না হাংতোকপা অসিনচিংবনি।

NEP (New Economic Policy)– কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা হোংলকপগী তাক্কা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমসুং সোভিয়েট সরকারগী অর্থনিতিক্কী পোলিসিনি। "অনৌবা" হায়রিবসিগী মরমদি শোক ১৯১৮-২০ গী সিভিল ৱারগী মতমদা ইল্লম্বা ক্রুক ক্রুক লাকশিনবা অর্থনিতিগী পোলিসিদগী থেৈন্নে।

শোক ১৯২১ গী ১০ শুবা পার্টি কংগ্রেসনা লৌথিবা রারেপ মতুংইন্না, অনৌবা অর্থনিতিগী পোলিসি (NEP) অসিনা মচেং মকাই তারবা দেশকী অর্থনিতিগী ফিভমসি মওং তাহন্নবদা, লৌমী অমসুং শিল্পী অনীগী মরক্তা হেন্না .তে॰‥নবা অমসুং নকশিন্নবসি অর্থনিতিগী য়ুম্ফম অমা শাগংনবা, সোসিয়েলিষ্ট ইন্দষ্ট্রিগা লৌউ শিংউগী থবক্তা নরুবা মরী লৈননা শেমগংনবা, শেল-থুম অমসুং পোংচৈগী ওইবা মরীদা য়ুম্ফম ওইহনবা স্মোল স্কেল ফার্মিংগী থবক

চাওখৎহল্লবা, লৌমীশিংবু সোসিয়েলিষ্ট কন্সট্রক্সনগী থবক্তা চিংশিল্লবা অমস্তুং "পোথোক পুথোক্লবগী শক্তিশিং পুন্নমক খাইদগী হেনবা মওংদা লোংহল্লবা অমস্তুং শিন্মী লৌমীগী ফিভম হেল্লা ফগৎহল্লবনি।" (ভিঃ আইঃ লেনিন, কলেক্তেদ রার্ক্স, রাশিয়ান ইডিসন, ভো-ল্যুম ৪৩, চেনা ৩৯৮)।

এনঃ ই: পিঃ গী হৌরকপা তাঙ্গাদা শাথিবা কাংলুপকী লড়াই লৈখি। মরুওইনা অপিকপা এণ্টরপ্রাইজ অমস্তুং লল্লোন ইথিক্কী থবক্তা, শেঙ্গাও পায়বগী মওংসি সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেটকী অচেৎপা কন্ট্রোল মথাঁদা মতম থরগী ওইনা হিংগৎহনবগী তাঙ্গা পীখি। শোক ১৯২৯ দা ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ দা লৌউ-শিংউগী থবকতা পাক চাওনা কলেক্তিভাইজেসন তৌবগী থবক চংথরকখি। মসি থুঙ্গংগী লমদমদা শেঙ্গাও পায়বা, লৌয়াম চাবগী কাংলুপশিং মুথৎপগা লোয়ননা চংথরকখি। মহৎগী লমদা শুমহুনা চাবা মীওইশি সু মুথৎলকখি। (Abolition of exploiting classes তা য়েংউ) শোক ১৯৩০ গী মরাই চল্লকপদা, সোভিয়েট রাশিয়াদা সোসিয়ে-লিজমনা মায় পাক্লা শাগৎলবা মতুংদা, এনঃ ই: পিঃ গী প্রোগ্রাম লোইশিনখি। ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ দা শিজিন্নখিবা এনঃ ই: পিঃ গী এক্সপেরিয়েন্স অসি অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংদা মথোয় মথোয়গী দেশকী ফিভমগা চানবা মতুংইন্না পানশিন্দুনা সোসিয়ে-লিষ্ট রিকন্সট্রক্সনগী তাঙ্গাদা শিজিন্নরি।

New International Economic Order— চাওখৎ-লক্লিবা দেশশিংনা অচুম্বা মওংগী নিতিদা য়ুফম ওইদুনা অন্তর-

জাতিকী ওইবা অর্থনিতিগী মরীসি শেমদোক্নবগী পুখৎলকপা প্রো-গ্রামনি। NIEO না রো-মেটরিয়েলশিং কৈথেলগী মরমদা নিংথিনা কন্ট্রোল তৌবনা প্রোগ্রাম অমা পী অমসুং চাওখৎলক্লিবা দেশ-শিংদা মলাদ্রি নেসনেল কোরপোরেসনশিংগী অমসুং কোরেন কেপি-টেলগী য়াম্না করাম চাওবা মাংনবগী মশাক ওইবা থবক থৌওংশিংদা অথিংবা পী। মপুং ফাবা প্রোগ্রাম অসিনা রো-মেটরিয়েল (অহিংবা মচাকশিংগী) অমসুং শাবা লোইরবা পোৎথোকশিং অনিগী মরক্তা মওং চাবা মমল থম্নবা পীরি অমুগা মীরৈপাকী শেল-থুমগী মতেংগী মরী অসি নাকল অনীগী ওইবা কান্নবা মওংদা পীনমবা, রো মেট-রিয়েলগী "বফর" ষ্টোক থম্নবা অমসুং মতুংগীদমকতা শিজিন্নবা স্পেসিয়েল ফন্দ শেম্নবগী রাকমসু য়াওরি।

প্রোগ্রাম অসিগী অশোনবা অমনা অন্তরজাতিকী ওইবা অর্থ-নিতিগী মরীসি শেমদোক্নবগী মতাংদা লৈবাক মসুংগী সমাজিক অমসুং অর্থনিতিকী অওনবা অহোংবগা লোয়ননা চৎথগদবনি হায়-বদি য়াওদে। মসিমক্কী য়াম্না তঙাই ফদনা দরকার ওইরিবসি। নোনা মনিং তম্লক্লিবা দেশশিংদা NIEO লিংখৎনবা দাবী তৌরি মরমদি মথোয়গী অর্থনিতিক অমসুং রাজনিতিকী ফিভমসি মথোয়গী অর্থনিতিকী শেমগৎ-শাগৎপগী য়ুম্ফমদা হোংলকপা, হেন্না ইন্দষ্ট্রি-য়েলাইজ তৌরকপা অমসুং চাওখৎলবা দেশশিংগা হেন্না নকশিন্নবা টেক্নোলোজিকেল মরি লৈনবনা মরম ওইদুনা য়াম্না থুনা অওনবা মাইকৈদা চংশিল্লক্লি। ৱারল্ড সোসিয়েলিস্ট সিস্টেমনা চাওখৎলক-

লিবা দেশশিংগী স্বার্থদা NIEO লিংখৎপগা মরী লৈননা লাকপা লমল্যা কয়াদা অচৌবা মতেং পীরি।

New Left— চাওখৎপা, অহোংবা পুরকুবগীদমক্তা থেংনরিবা ইউ এস এগী লাইব্রিক লৈবা কাংবুশিং অমস্তুং ছাত্রশিং। কুচু জাং খাইবদগী হৌরদুনা, মখোয়না ইউনিভর্সিটিশিংদা গনতন্ত্র স্থাংপগী মতাংনচিংবগী প্রতিবাদ তৌই। N.L. না বুর্জুবা সমাজগী ফত্তবা মওং কয়াবু কন্না সমালোচনা তৌই। মসিগী রাখল অহুগা সরকারগী পোলিসিশিংনচিংবস্তু কন্না এক্সপোজ তৌদুনা মীয়ামদা থংহল্লি। গনতন্ত্রিক সমাজ অমগী পনথুংদা, আমেরিকাগী N.L. গী মরুওইবা সংস্থাম্না অমুবা মীশিংগী গনতন্ত্রিক অধিকারগীদমক, রেসিয়েল ডিসক্রিমিনেসন লোইশিন্নবা অমস্তুং গনতন্ত্রগী নিংতম্বগীদমক্তা থেংনৈ।

Non-Aligned Countries— মিলিটরী ব্লোক অমতদা য়াওদবা লৈবাকশিং। মীচং-চুংশিন্নবা য়াওদবা দেশশিং। এশিয়া, আফ্রিকা অমস্তুং লাটিন আমেরিকাগী মীচং চুংশিন্নবা য়াওদবা দেশশিংগী ফোরেন পোলিসিদা— এন্টি ইম্পারিয়েলিষ্ট, এন্টি-বার অমস্তুং এন্টি কোলোনিয়েলগী ফিরেপ লৌই। পৃথিবীগী লৈনরিবা বেলেন্স অফ ফোর্স অসিদা নন এলাইন্দ দেশশিংগী মরুওইবসি য়াম্না কাহেন্না লৈ। সম্রাজ্যবাদী দেশশিংনা কাহেন্না মনিং তৌবা অসি থিংদুনা থোং মাম্নবা অন্তরজাতিকী ওইবা অর্থনিতিকী মরী লৈনহন্নবদা অচৌবা থৌদাং লৌরি।

Non-Capitalist Path of Development— কেপিটেলিজমগী থাক অসি চোংদুনা, হান্নগী কোলোন্নী অমস্তুং সেমী

কোলোনী ওইরম্বা দেশশিংনা সোসিয়েলিজমদা চংশিল্লকপগী ইতিহাসকী ওইবা তাঙ্কক। মসিগী সমাজগী অমসুং অর্থনিতিক্কী য়ুমফমদি, ষ্টেট (পব্লিক) সেক্তরগী ওইবা ইকোনোমীনি অহুগা মসিগী রাজনিতিগী ওইবা য়ুম্ফমনা, রাজনিতিগী শক্তিসি, রাকর্স ১মসুং এমপ্লোয়ীশিং, লৌমী অমসুং ইণ্টেলিজেন্সিয়াশিং য়াওবা গনতন্ত্রিক শক্তিশিংনা রাজ্যগী শক্তি পায়বনি। নন কেপিটেলিষ্ট পাথ অফ ডিভেলপমেণ্টকী লম্বীদা চংশিনগ্রবা দেশশিংনা য়াম্না ফল লৈবা সমাজগী ওইবা শেমদোক শাদোকপগী থবক পায়থংলি—মীরৈপাক্কী কম্পানীশিং তাম্থোকপা, লৌয়াম চাবশিংগী লৌয়ামশিং মৎপা, ষ্টেট সেক্টর ইন্দষ্ট্রীশিং মরা চেৎশিনহনবা, ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেসনগী প্রোগ্রাম পাংথোকপা, শু-নোমলিবা মীয়ামগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনবা, পব্লিক ইত্বকেসনগী (শিক্ষা) মওং হেন্না ফগৎহনবা অসিনচিংবনি। NCPD গী প্রোগ্রাম অমসুং পোলিসি মায় পাক্লা চংশিন্নবদা রারল্ড সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেমনা অচৌবা মতেং পীরি।

North Atlantic Treaty Organisation (NATO) —নেসনেল লিবরেসন মুভমেণ্ট অমসুং সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী মায়োকতা শেম্বা শেক্লাও পায়বা লৈবাকশিংগী পোলিটিকেল অমসুং মিলিটরী এলাইন্সনি (তেংবাংনবনি)। NATO অসি ইউ:এসঃকী ইন্নিসিয়েটিভ্তা, শোক ১৯৪৯ এপ্রিল থাদা রাশিংটনদা সহি তৌনখিবনি। মসি সহি তৌনখিবদা মীহুৎ ওইনা য়াওখিবসি, ইউনাইটেড ষ্টেটস, গ্রেট ব্রিটেন, ফ্রান্স, বেলজিয়ম, নিডরলেন্দস,

লক্সেম্বর্গ, কানাডা, ইটালি, প্রোর্তুগাল, নোর্বে, ডেনমার্ক অমসুং আইসলেন্দনি। শোক ১৯৫২ দা গ্রিস অমসুং টর্কী অতুগা শোক ১৯৫৫ দা ফেডরেল রিপব্লিক অফ জর্মনীনা NATO দা য়াও-শিল্লকখি। ওর্গেনাইজেসন অসিগী মরুওইবা লুচিংবশী থৌদাংদি ইউ এস এ না লৌরি। মসিগী অপুনবা (জোইন্ট) মিলিটরী কমান্দ অমা লৈ। শোক ১৯৬৬ তা ফ্রান্সনা অতুগা শোক ১৯৭৪ দা গ্রিসনা NATO মিলিটরী ওর্গেনাইজেসন্দগী তোকখ্রে অদুবু অনি-মক্না সন্ধি অসিগী পার্টনরদি অদুম ওইরি। মসিগী হেড কার্টরদি ব্রুসেলসতা লৈ। অতুগা মসিগী সুপ্রিম বোডীশিংদি — নোর্থ এটলান্টিক কাউন্সিলগী সেসন অতুগা NATO ডিফেন্স প্লানিং কমিটিগী মীফমনি।

Nuclear Free Zone— থর্মোনিউক্লিয়ার খুজু-খুৎলায়শিং শাদবা নত্রগা শুকথম থমদবা লম। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিং অতুগা অতৈ চাওখৎপা পৃথিবীগী শক্তিশিংনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা NFZ লিংখৎনবগীদমক্তা হন্না হন্না প্রস্তাব তৌরি অমসুং হায়রি।



# O

Oligarchy— শেল থুমগী শক্তি পুন্না শুপচিন্দুনা পায়বা অপীকপা মী কাংলুপ অমা। খুদম ওইনা ওলিগার্কিশিংনা লাটিন আমেরিকা দেশ কয়ামরুমদা মলটি নেসন্যেল কোরপোরেসনশিংগা মরী লৈনদুনা লোয়্নাম চাবা অমসুং কারবাররালাশিংনা শুপতুনা

পাল্লি। নিকারাগুরানা চপ চাবা খুদমনি। মকমসিদা সোমোজাগী শাগৈ মাতৈ, ইমুং মমুং তরেৎথক্না নিকারাগুরাগী জাতিগী অর্থনিতিগী চাদা ৯০ দি ডাইরেক্ট ওইনা নত্রগা ইন্দাইরেক্ট ওইনা পায় অমুগা দেশশিগী হেক লৌউবা য়াবা লমগী তঙ্খাই অমা হেন্না মখোয়গী মথুক্তা লৈ। সম্রাজ্যবাদীগী মথাদা তোপ তোপ্লা মখলগী ওলিগার্কি—ফাইনান্সিয়েল ওলিগার্কি অসি ইন্দষ্ট্রী অমসুং বেঙ্কিং কেপিটেল অনি শুপচিন্নহনা পুনখিবগী ফল ওইনা থোরকই।

Opportunism— অতোংবদা লেপ্পা সুবিধাবাদীগী নিতি। মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু কল্লক-য়েংথিবা, সুবিধাবাদী কাংলুপ মশেল তাইশিন্নবগী পোলিসি। ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্টতা সুবিধাবাদীশিংনা অন্দোলনগী মওংদা বীপ্লবীক ওইবা থবক থৌওংগী মওংবু য়াদে। সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লবপু য়াদে। কেপিটেলিষ্ট অমসুং রিয়েক্সনারী-শিংগা থুংশম্নৈ। বীপ্লবপু বিশ্বাসঘাট তৌই।

Oblomov— মমিংসিমক থোনবা গোনচা রোভকী নোভেলগী কেরেক্টর অমা, মমিংসিনা অতনবা, হৈঙম শিংঙমদবা মী-ওইবু কোংদোকই মরমদি মহাকসি ছল্লি, হৈঙম শিংঙমদে।

Otzovism, Otzovists— বোলসেভিক ফেক্সন মমুংদা শেম্লকপা সুবিধাবাদীগী কাংলুপ। কাংলুপসিনা ষ্টেট ডুমাদা শরুক থবক তৌববু য়াদে। ট্রেড ইউনিয়ন, কো-ওপরেটিভ, লিগেল ১সুং সেমি-লিগেল মাস ওর্গেনাইজেসনশিংদা শিন্নীশিংনা শরুক য়াহনা থবক তৌববু য়ানিংদে। পার্টিগী থবক পুম্বা ইলিগেল ওর্গেনাইজেসনশিংগী মথুক্তা পায়গদবনি অসিনি। মখোয়গী পোলিসি অসিনা

পার্টিবু মীয়ামদগী তোখাই তাহন্দুনা, সেক্টরিয়ান ওর্গেনাইজেসন্দা ওন্থোক্লুনা, বীপ্লবীক অন্দোলনগী মতিক চাবা শক্তি শাগৎহন্বা ওমদে। পার্টি থুগায়নবা কাংলুপ ওইবা এন্টি পার্টি "Vperyod" অসিনা ট্রোস্কীনা ওর্গেনাইজ তৌবা "August Block" তা য়াও-খি। লেনিন্না Otzovist লিকুইদেটরশিংসিবু মরু ফংনা মথক মখা ওন্না এক্সপোজ তৌখি। (Liquidators, Liquidationi-sm, রাশিয়ান সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিগী মনুংদা থোরকপা এক্সট্রিম রাইট বিং ওপোর্চুনিষ্ট কাংবু, মথোয়সিনা পার্টিসিগী মনুংদা মেন্সেভিক গ্রুপকী মহুং শিল্লকখি (১৯০৫ ১৯০৭)। ট্রোস্কী অমসুং মার্টোব অসিনা লিকুইডেসনিষ্টকী লমজিংবগী মফম লৌখি। মথোয় অসি অরোয়বদা শোক ১৯১২ গী জানুয়ারী থাদা পাংথোক-খিবা ওল রাশিয়া কনফরেন্স (প্রাগ) না লৌখিবা রারেপ্পা পার্টিগী-দগী তান্থোকখি।)

Octobrists— ইউনিয়ন অফ ওক্টোবর সেভেন্টিন পার্টিগী মেম্বরশিংবু থংনৈ। শোক ১৯০৫, ওক্টোবর ১৭ তা জারগী মেনি-ফেষ্টো—নিংতম্বা, অনিংবা, ফোংদোকপা, মিটিং তৌবা অমসুং "রা-শিয়ান পার্লিয়ামেন্ট (ষ্টেট ডুমা) অমা লিংখৎলগনি হায়না জারনা মীনম্বা প্রচারদা লাওথোকখিবা — অদুগী মতুংদা লিংখৎখিবা পার্টিনি। লৌয়াম চাবা অমসুং বুর্জুজুরাশিংগী স্বার্থ ঙাকপা কাউন্টর রিভোল্যুসনারী পার্টিনি। ওক্টোবরিষ্টশিংনা জারগী সরকারগী পোলিসিবু মপুং ফানা শৌগৎখি।

Ownership (মপু ওইবগী মওং)— পোৎথোক পুথোকপগী প্রোসেসতা, মীশিংগী মরকক্তা সৈনরিবা মরি অমসুং মতুদগী ফংবা শেন্দোং, মেটরিয়েল রেলথ (পৈথৎলকপা লন-থুম) অসু লৌবগী অদুগা মপু ওইবগী মওং। মপু ওইবগী মওংসি সমাজ অদুদা লৈরিবা থোকহন খুৎলায়শিং কনাগী মথুক্তা লৈবগে হায়বসিনা লেপ্পী। অদুগা মপু ওইবগী মওংদি পোৎথোক পুথোকপগী মরুওইবা মওংদুদা নল্লি।

প্রিমিটিভ কম্যুনিজমগী নিয়ম মথাদা, কাংলুপ অমদা লৈরিবা মীয়ামদুনা পুন্না শুমিন-নোম্মিন্নৈ, অদুগা কম্যুনেল ওনর্সিপকী মওংসি লৈরম্মী। সমাজসিদা পুন্না মপু ওইমিন্নরিবা পোৎশক-শিংসিনা খুন্নাইদুগী দরকার অদু কোম্নবা ঙম্নমদে। শু-নোম্বদা তেং-বাংনবা খুৎলায়শিং অদুগা থবক খুশু মওংনা চাওথৎলকপগা লোয়-ননা পুন্না শুমিন্নরম্বা অসি লন্নাই শুনবগী মওংদা থাদোক্লখি। অস্নুম্না খুন্নাই অদুদা অহেনবা পোৎথোক লৈরকতুনা অতৈ হেন্না দরকার ওইবা পোৎশিংগা শিন্নবা ঙমহল্লকই। মতৌ অস্নুম্না, লন্নাই মপু ওইবগী মওংসি থোরকহন্দুনা খুন্নাই অদুগী লন-থুম পুম্বা নিংথৌ, পুরোহিত অমসুং অঙম-অথৌশিংগী মথুক্তা লৈরকই। অস্নুম্না লন্নাই লন-থুমশিং অসি অশেংবা শোকপা য়াদবা ধর্মগী, নিংথৌগী অমসুং অঙম অথৌগীনি হায়না লাউথোরকপদগী সমাজ অসিদা কাংলুপ থাইরক্তুনা ওৎপিরবা কাংলুপশিং থোরকই অমসুং মীনা মীবু ওৎ নৈবগী চৎনবী প্রথাসি হৌরকই অদুগা মীনায় লোয়বগী চৎনবীসি য়াম্না পাক চাওনা লেরখি।

মতুংদা পোংথোক পুথোকপগী মওংনা চাওখংলকপা মতুংইন্না লল্লাই মপু ওইবগী মওংসি লৌ-লম মপু ওইবগী মওংদা (ফিউদেল ওনর্সিপ্তা) ওন্থোবকখি। অতুগী মতুংদা সমাজগী পোংথোক পুথোরকপগী মওংদা পাক চাওনা অহোংবা লাকপগা লোয়ননা কেপিটেলিষ্ট ওনর্সিপসি লাকখি। লল্লাই মপু ওইবগী মওংসি কেপিটেলিজমগী থাক্তা ওমখৈ যোনা চংশিল্লকই। শেঞ্জাও পায়বা সমাজগী মথাদা, থোকহন-খুংলায়শিং পায়রিবা মীওই খরতনা সমাজগী মথল মথাগী ওইবা কাংলুপশিং পুন্নবু শুমহৎনা চাবগী থাকসি অস্লুক্কী মতিক ৱাংনা চখ্খরকই মতুদি সমাজ অসিগী মথাদা কাংলুপশিংগী মরকতা পেন্নবা যেংনবা মুক্রবগী মওংসি অস্লুক্কী মতিক হেন্না কনশিল্লকই। অসিগুম্বা য়েংনবা মুক্রবগী মওংসি সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অমনা লোয়শিল্লি অমস্তুং থোকহন খুংলায় পুম্বা মীয়ামগী খুংতা (পব্লিক ওনর্সিপ্তা) পায়শিল্লি।



# P

Paris Commune— ইতিহাসতা খ্বাইদগী ইহাম হানবা প্রোলিটরিয়ান রিভোল্যুসন অমস্তুং মতুগী মতুংদা পেবিসতা লিংখৎখিবা শিন্মীশিংগী সরকারনি। সরকার অসি হুমিং ৭২ নি (মার্চ ১৮ দগী মে ২৮, ১৮৭১ ফাওবা) হিংলম্মী। পেরিস কম্যুন লিংখৎপগা লোয়ননা হান্নগী অরিবা ষ্টেটকী মেছিন্নারী পুম্বা থুগাঈখিরম্মী, মসিগী থবক তৌরম্বা ষ্টাফ মশিং হুন্থহল্লম্মী অমস্তুং পেরিস

কম্যুনগী স্টাফ মেম্বরশিংগী তলব অতু শিন্মীশিংনা গড়দা ফংনবা অশুমনগী চাংদা হস্থহল্লম্মী। ষ্টেটকী থবক থোৱমশিং পুম্বা ইলেক্টেদ কমিশনশিংনা পুরম্মী অমস্তুং হান্নগী মন্ত্রীশিং পুম্বা শিন্দোক্লম্মী। পুম্নমক্কী অম্বুপ্পা লমজিং পীবগী শক্তিনা এক্সিকুাটিভ কমিশন্না (মে ১ দগী হৌনা লৈখিবা দি কমিটি অফ নেসন্যেল সালভেসন) পায়-রম্মী। হান্নগী লৈম্নবা আর্মী, পুলিসনচিংবা পুম্নমক মুথংলম্মী। পেরিস কম্যুনগী মায়োকতা লৈবা চেফোং মেগাজিন পুম্বা থিংজিল-লম্মী। শিন্মী মীয়ামগী ফিভম ফগংহন্নবা মরুওইবা সমাজিক ১স্তুং রাজনিতিক্কী ওইবা থোরাং কয়া পায়থলম্মী। ফেক্টরী ১স্তুং ওফিস রার্করশিংগী স্বার্থ ঙাক্লনবা থোংথাং, অশুমন য়াম্না ফংজদবা শিন্মী-শিংগী অশুমন হেনগৎহন্নবা, এন্টরপ্রাইজশিং শিন্মীনা কন্ট্রোল তৌননবা অসিনচিংবা কয়া পায়থংলম্মী। পেরিস থাদোকতুনা চেনখিবা ফেক্টরী, কারখানাগী মপুশিংনা চেনশ্রবা মতুংদা মখোয়-শিংগী ফেক্টরী, কারখানাশিং শিন্মীশিংনা পায়শিন্নবা ডিক্রি অমা লাউথোক্লম্মী।

অতুম ওইনমক, থবক্কী লমদা ময়েক শেংবা প্রোগ্রাম লৈতবা, টেটিক্সতা শোয়বা, মশেল মন্থুংদা মোত খেন্নবা, মান্নদবা, শিন্মী কাংলুপকী ওইনা রাজনিতিগী জ্ঞান তাবা ৱাৎপা অমস্তুং অতৈ মরম কয়াদা পেরিস কম্যুন মায়থিনবগী মরম ওইখি। পুম্নমকসি লৈতুনস্তু, পেরিস কম্যুন্না কেপিটেলিজমদা ইহান হানবা থৎফু অতু পীতুনা, মসিগী মাং তাক্লবগী লম্বী অতু শেমশ্রবনি। পেরিস কম্যুনগী এক্সপে-রিয়েন্স অসিনা বৈজ্ঞানিক সমাজবাদ চাওথৎহন্নবদা অচৌবা মতেং

পীখি অমস্থুং মতুং তাবা শিন্মীশিংনা বীপ্লবীক অন্দোলন কয়াগী লমজিং মৈয়া ওইখি ।

Party— সমাজগী কাংলুপ অমগী [শিন্মীশিংগী, লৌমীশিংগী অমস্থুং অতৈ কাংলুপকী] স্বার্থ ফোংদোকপা অমস্থুং ঙাকপা রাজনিতিগী সংস্থান অমা। পার্টি অমা লৈরবদি মাগী কাংলুপকী স্বার্থ ঙাক্লবগীদমকতা, রাজনিতি শক্তি পায়নবগী লড়াইগা মরি শোয়দনা লৈনৈ অমস্থুং কাংলুপ অতুমা পাম্লিবা অরোয়বা পনথুং অতু ফংননবা হোৎনৈ ।

Paternalism— ১/ কেপিটেলিষ্ট দেশশিংদা শিন্মীশিংবু কাংলুপকী লড়াইদগী চিংথোক্লবা, এমপ্লোয়রশিংনা শিন্মীশিংবু মুংশিশন্নবা [খৃষ্টমাস বোক্সেস অমস্থুং অতৈ থুদোলনচিংবা পীবা] অমস্থুং শিন্মীশিংগীদমকতা থনবা উৎশিন্নবগী মওং। ২/ সম্রাজ্যবাদী শক্তিশিংনা মখোয়গী শক্তি অমস্থুং ডোমিনেসনগী মওং লেংদনা থম্নবগী পোলিসিদা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা "মতেং" [মমিংতা ওইবা] পীবগী পোলিসি।

Patriarchy—মীশিংনা পুম্না শা তান্দুনা, প্রকৃতিদগী ফংবা পোৎশিং চাদুনা হিংলম্বদগী শা যন য়োকপা, লৌউ-শিংউ অমস্থুং থুংশা হৈবা থোরকপগী, অর্থনিতিক অমস্থুং সমাজিকী পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা লাকপগী প্রিমিটিভ কম্যুনিজমগী চাওখৎলকপগী অরোয়বা তাঙ্ককনি। পেত্রিয়ারকিগী মথাদা প্রিমিটিভ কম্যুনিজমগী সমাজ অসি শিথরক্লুনা, লম্নাই সম্প্রতি তুংশিল্লকপগী

লন্নাই মপ্‌ ওইনরক্কপগী মওংসি লাক্কুনা, মীশা মীগা থেন্নরকপা অমস্তুং মীনা মীবু ওমহুনা চাবগী মওংসি লাকখি।

**Peace Corps**— ইউনাইটেড ষ্টেটসকী রাখল, রাজনিতি অমস্তুং অর্থনিতিগী কন্ট্রোল অসি আফ্রিকা, এশিয়া অমস্তুং লাটিন আমেরিকাগী চাওখৎলকলিবা দেশশিংদা হেন্না চেৎশিন্না লৈহন্নবগী রাখলদা, প্রেসিডেন্ট কেনেডীগী ইনিসিয়েটিভতা শোক ১৯৬১ দা লিংথংখিবা সংস্থান অমনি। সিঃ আইঃ এঃ, এফঃ বিঃ আইঃ অমস্তুং অতৈ এজেন্সীশিংগী মস্তেং লৌহুনা অহুপা মন্নী লৈনহুনা "লোয়েল" ওইবা লাইরিক লাইগুু হৈবা অমস্তুং মীরৈপাকী লোল ঙাংবা ওম্বা নহারোলশিং রিক্রুট তৌই। অসিগুম্বা "কোরগী মেম্বরশিং" অসি নিয়ম অমা ওইনা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা চহি অনিগী টার্মদা থাই অমস্তুং মখোয়শিং অসিবু মফমশিংতুদা ওঝা ওইনা, ডাক্তর ওইনা, এগ্রো'নোমিষ্টশিং অহুগা লমদমতুগী চানবা শিনফমশিংদা থাজিল্লি। অম্বুন্না শক লোংপা মওংদা থবক তৌরিবশিংসিনা দেশশিংসিগী রাজনিতীগী সংস্থানশিংগী মরমদা ঈ-পাও, ডাতা, দেশতুগী নেচরেল রিসোর্সনচিংবা থিজিল্লি, এন্টি কম্যুনিষ্ট প্রোপেগন্দা তৌই, "আমেরিকাগী লেল্লিবা পুন্সিগী মওং" [আমেরিকান বে অফ লাইফ] গী মতাংদা প্রচার তৌই অমস্তুং বুর্জজুবা আইডিলোজী শন্দোকই।

অসিগুম্বা মাম্নবা সংস্থানশিং কম্না মশিং রাম্বা কেপিটেলিষ্ট দেশশিং—ব্রিটেন, ফ্র ন্স, লোংচুপ জর্মনী, জপান, কানাডা, সুইডেন, অষ্ট্রেলিয়া অমস্তুং অতৈ দেশ কয়াদা লিংথংল্লে।

**Peace Programme** — অন্তরজাতিকী ওইনা ভেংবাংনবা অমসুং শান্তিগীদমকতা থেংনবগী, মীয়ামগী মুক্তি অমসুং নিংতম্নবগীদমক্তা শোক ১৯৭১ দা সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ গী ২৪ শুবা কংগ্রেসনা পুথংখিবা প্রোগ্রামনি। প্রোগ্রামসি সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ গী ২৫ অমসুং ২৬ শুবা কংগ্রেসনা অমুক্কা হেন্না চেৎশিন্না পাংথোকলবা লৌরে। শান্তিগী প্রোগ্রাম অসিনা পীরিবদি—

১/ মিডল ইষ্ট অমসুং খা নোংপোক এশিয়াগী লমদা শাগৎলক্লিবা লালগী ঈরাং অসি মাংহন্নবা, লান্দাবগী থবক থোক্তং পুম্বদা অথুবা অকনবা অহনবা থুংফু পীনবা, মসি পাংথোক্নবদা ইউনাইনাইটেড নেসন্সদগী ওইথোকপা য়াবা মতেং পুম্বা লৌবা, য়েংনশিন্নানদবা পুম্বা শক্তিনা নক্নগা লালনা লাইথাই ভাহনবগী মহুত্তা ইংনা তপ্না ভাইশিন্নবা হোৎনবনা অন্তরজাতিকী পুন্সিগী আইন অমা ওইহনবা।

২/ অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদা ইউরোপতা লম-তুগী মতাংদা অহোংবা কয়া লাকলিবা অমসুং অনৌবা দেশশিং থোরকলিবসি শক্ত খংবা য়াবগা লোয়ননা ইউরোপ মহাদেশকী অপুম্বা সিক্যুরিটিগীদমক হোৎনবা ;

৩/ নিউক্লিয়ার, কেমিকেল অমসুং বেক্টেরিওলোজিকেল থুজু থুৎলায়শিং পুম্বা থিংননবগী হোৎনবা, নিউক্লিয়ার থুৎলায়শিং চাংয়েং পুম্বা থিংননবা চৎশিনবা, নিউক্লিয়ার থুজু থুৎলায় শিজিন্নবা পুম্বা থিংননবা অমসুং নিউক্লিয়ার ফ্রি জোনশিং লিংখৎনবদা হোৎনবা,

৪/ খুংলায় লমজেল ভাম্বা লেপহুম্বগী অন্দোলন হেন্না কনখৎহন্বা, কোরেন মিলিটরী বেজশিং লৌথোকহনখিনবা অমসুং আর্মদ ফোর্সশিং অমসুং খুন্নু-খুংলায়গী চাংসি মরুওইনা লালগী খুদোংথিবা হেনগৎহল্লক্রিবা মকমশিংদা হুম্হন্বা থোইদোক্ন ময়াই থংবা ইউরোপকী জাগাদা তোগে হায়বগা লোয়ননা খুংলায় পায়রবগী থৌদোকশিং থোকহনবা নত্রগা ঘটনা ওইনা থোরকপা খুংলায় পায়বগী খুংথোক্নবা ম্যাল্লিবমথৈ থোকহন্দনবা হোংনবা ;

৫/ লোয়লমগী সাসনগী মওং পুম্বা মুত্থৎনবা ইউ: এন: না লৌখিবা রারেপতু মপুং ফানা পাংথোক্নবা অমসুং রেসিজম অমসুং এপার্থিদকী মওংবু অহনবা লৈতনা নিন্দা তৌবা ;

৬/ নাকল অনিগী কান্নবা মওংদা য়ানিংবা ষ্টেটশিংগা তেংবাংনহুনা নেচরেল রিসোর্স থি-হুম্বা, এনভাইরোনমেণ্ট কনবা, ট্রান্সপোর্ট কম্যুনিকেসন ফগৎহনবা, শাখিবা লাইনাশিং থিংনবা মুথৎনবা পৃথিবীগী মহাসাগর ১মসুং ওস্ত্রংদা থি-হুমহুনা কান্নবা লৌবনচিংবনি।

পিস প্রোগ্রাম অসি মায় পাক্না পাংথোক্নবা চংশিন্নক্নি অমসুং মসিবু অমুক্কা হেন্না চাওথংহন্দুনা শান্তি অমসুং অন্তরজাতিকী ওইবা তেংবাংনবা অমসুং মীয়ামগী মুক্তি অমসুং নিংতম্বগী থেংনবা লড়াইদু অমুক্কা হেন্না কনখৎননবা শোক ১৯৭৬ কী সি: পি: এস: ইউ: গী ২৫ শুবা কংগ্রেসনা অমুক্কা হেন্না মপুং ফাহল্লে। প্রোগ্রাম অসিনা মরুওইনা পাংথোক্নবা থম্লিবদি — মরুপ-মপাং ওইরিবা সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেটশিংনা মখোয়গী একটা ১মসুং অপুনবদু হেন্না চেংশিনহম্বগা লোয়ন-লোয়ননা, পৃথিবীগী শান্তিগীদমকতা হন্না কন্না হোংনবা ;

—খুংগ্লাঙ্গ লমজেন তাঙবগী থবক থোক্নুনা খুংগ্লাগী কাপোক-বরোমদা চংশিল্লকবা হোৎনবা ;

—লালগী ইরাং কনবা মকমশিং লৈহন্দনবা মরুওইনা মিডল-ইষ্টকী সমস্যা অসি ইংবা তপ্পা য়াননা অমা পুনক্নুনা লোয়শিন্নবা হোৎনবা ;

—ভিটা৽টউবু হেন্না মরা চেৎশিনহন্নবা অদুগা হেলসিনকিদা লৌখিবা ইউরোপিয়ান কনফরেন্সকী ফাইনেল এক্ট অদু থবকতা পাংথোক্নবা ;

—এশিয়ান সিক্যুরিটিগীদমক্তা মহাদেশ অসিদা লৈস্নিবা ষ্টেট-শিংনা পুন্না হোৎনমিন্নবা ;

—অন্তরজাতিকী লৈনরিবা মরীদা শক্তি শিজিন্নবা পুম্বা তোক্নবগী সন্ধি অমা তৌননবগীদমক্তা হোৎনবা ;

—লোয়নমগী সাসনগী অওং-অনৈগী মওংশিং পুম্বা মুথৎনবা, থাক মান্নদবা অমম্নুং হন্থনা থম্বগী মওং পুম্বা মাংহন্দুনা লোয়নম অমম্নুং রেসিজমগী শক্তম পুম্বা পুম্বা মাংহনখিনবা ;

—অন্তরজাতিকী লল্লোন-ইতিকী লমদা থোং মান্নদবগী মওং লৈরিবা পুম্বা লোয়শিন্নবা অমম্নুং অর্থনিতিকী শুমত্থনা চাবগী অদুগা পৃথিবীগী ওইনা লৈনারিবা অর্থনিতিকী মরীদা টার্ম ডিক্টেড তৌবগী মওং মুথৎখিবা অসিনচিংবনি।

**Peaceful and Non-peaceful Forms of Transition of Socialism**— ইতিহাসকী তোপ তোপ্পা মওংশিংগী

ফিভমগী মতুং ইন্না লেপ্পা সমাজবাদতা হোড়বগী, বীপ্লবশিংগী মওং ; মসি রেশ অমদা লৈরিবা কাংলুপকী শক্তিশিংগী লৈনরিবা মরী ১মুং মতৌ-মওংশিংনা লেপ্পী। মার্ক্সিষ্টশিংনা ওইথোকপা য়াবা মকম-শিংদা য়াম্রিবমখৈ শান্তিগী মওংদা বীপ্লব অসি পাংথোক্লবা হোংবনি অহুগা য়াম্নকল্লবা ফিভমদদা মথোয়না ওশান্তি ওইবা মওং শিজিন্নই, শান্তি নত্রগা ওশান্তিগী লম্বীসি সাসন পাইরিবশিংগী অথিংবা ভাক-থোকপগী চাংহুদা লৈরে। দেশতুগী চংনবী নিয়ম, দেশতুগী সমাজগী পুক্তিদা পার্লিয়ামেন্টনা লৌরিবা থোদাং অহুগা মসিগী থাক অমমুং অতৈ মরম কয়ানা লেপ্পী। রাশিয়াদা বুর্জজুয়াশিংনা মীরৈপাক্কী সম্রাজ্যবাদীশিংগা তেংবাংনহুনা শিন্মীশিংগী মথক্তা নমহুনা সিভিল ৱার অমা পুরকখি। অসিগুম্বা সিভিল ৱার অসিদা মীরৈপাক্কী চৈরক খংতুনা খুং থিংজিল্লবা শক্তিশিং অহুগা লৈবাক মন্নুংগী কাউন্টর রিভোল্যুসনারী শক্তিশিং পুম্বা মপুং ফানা মায়থিবা পীহুনা দেশশিদগী তাম্থোকখি।

ৱারল্ড সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেম্না মপুং ফানা শাগংলকপা, লোয়-লমগী সাসনগী মওংনা কিন্থরকপা, চাওখংলবা শেন্সাও পায়বা দেশ-শিংদা প্রোগ্রেসিভ ফোর্সশিংগী শক্তিনা কনখংলকপা অহুগা বীপ্ল-বীক অন্দোলনগী শক্তিগী সমাজগী য়ুম্ফম অসি হেন্না পাকথোরক-পগা লোয়ননা সমাজবাদ পুরক্লবগী বীপ্লব অসি খুংলায় পায়বা লালহৌ অমত্তুং সিভিল ৱার থোকহন্দনা পাংথোকপা ওইথোকপগী অবস্থা পীরে। মসি কম্যুনিষ্টশিংনা পার্লিয়ামেন্টরী এক্টিভিটিদা

হেন্না শরুক য়াম্বকপা। অদুগা গনতন্ত্রিক ইন্সটিট্যুসনশিং হেন্না শিং-জিন্নরকপগী মওংদগীনি। অদুগা রুলিং সার্কলশিংনা য়ীপ্রবীক অন্দোলন অসিবু থুংলায়রগী শক্তিনা নত্তবনবগী খোংথাং লোওক্রবদি মায়াম্না থুংলায় পায়ফুনা থেংনরকলোই হায়রিংডাই লৈতে।

Peaceful Co-existence of state with different Social Systems— মথল মথাগী সমাজগী চংনবী নিয়ম লৈবা ষ্টেটশিংগা তেংবাংনফুনা ইংনা তপ্পা হিংমিন্নবগী ভলেডিমিয়ার লেনিন্না হৌদোক্লম্বা সমাজবাদকী য়ুফম ওইবা কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা অওনবা লাকপগী তাঙ্গাদা পৃথিবীগী সোসিয়েলিষ্ট দেশশিং পুম্বনা ইনবা নিতিনি। লাম্বা তৌনরিবা সমাজগী নিয়ম অনিগী মরকতা ইংনা শান্তি ওইনা চথবা লড়াইগী মওংনি। অম্সুম্না ইংনা শান্তি ওইনা হিংমিন্নগী দরকার অদুগা তৌদবা য়াদবা অসিগী মরমদি সমাজবাদনা পৃথিবীগী মফম থুদিংমকতা মতম অমতদা মায় পাকপা ওইথোক্কে। পিসফুল কো এক্জিষ্টেন্সকী মরুওইব থৌদাংদি ষ্টেটশিংগী মরকতা খংন-চৈনবা খোকপশি থুংলায়রগী মতেংনা ফল তাহনবত্ থোকহন্দনবনি। পৃথিবীগী ইতিহাসত ইহাল্ল হানবা ওইনা, মসিগী নিতি— দেশ অমগী মশিং মথা তম্বু ব্যবস্থার তৌবা, অমনা অমবু চপ মান্নবা য়েংনবা অমসুং অতোপ্পা ষ্টেটকী লমবু শকথংবা, মীগী লৈবাক মসুংগী থবকতা খুং থিংজিন্নদবা অদুগা অর্থনিতিক, বিজ্ঞানিক অমসুং সংস্কৃতিকী লমদা তোঙানবা সমাজগী নিয়ম নিতি চংনবা ষ্টেটশিংগী মরকতা নিংথিনা মরি ফগৎহনবা

অসিনচিংবসি ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ গী সংবিধানদা য়াওহল্লুনা মসিগী আইনগী ওইবা মফমহু মপূং ফানা পীরে। পৃথিবীগী ওইনা, সমাজবাদকী শক্তিসি হেন্‌ন কনথংলকপগা লোয়ননা, অন্তরজাতিকী লৈনরিবা মরিদা শক্তি শিজিন্নহুনা লাইথাই তাহনবগী মওংসি তপ্না তপ্ন মাংহনখিনবগী অবস্থাহু লৈরর্কলি অমসুং দেশশিংগী মরকতা খুংলায় পায়হনা খুংথোক্লবগী থাকমসি লোইশিনহনবা য়াবগী ফিভম লাকলি।

Peasantry— সমাজগী কাংলুপ অমা, মখোয়না মখোয়গী মশাগী পাঙ্গলনা লৌউ-পোথোকশিং, মখোয়গী মরম্মাই লৈজবা, লমশিং নত্রগা কো-ওপরেটিভকী য়ুম্ফমদা থোকহন-[illegible]লায় ওইনা শিজিন্নহনা পুথোকই। লৌমী হায়বা কাংলুপসি প্রীমিটিভ[illegible]কম্যু-নিজমনা শিথরকপা ক'ন্দা থোরকপা সমাজগী কাংলুপ অমনি ১সুং কাংলুপ অসি কম্যুনিজম শাগংপগী থাক ফাওবা লৈগনি। কম্যু-নিজমগী থাক্তদি, সমাজগী পোৎথোক পুথোকপগী থাকী মওংদা য়ান্না য়াংপ্রবনা ইন্দষ্ট্রিয়েল অমসুং এগ্রিকলচরেল লেবর অনিগী মরকতা লৈরম্বা থেংনবহু মাংপ্রগনি। শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী মথাদা লৌমী কাংলুপ অহুমথক খন্দোকপা য়াইঃ— প্রোলিটরিয়ান অমসুং সেমি-প্রোলিটরিয়ানগী থাকী লৌমীশিং (শিল্লং-লৌমী ১সুং ফার্ম লেবরশিং), মিডল পিজেন্ট অমসুং থুঙ্গংগী ইনাক খুনবা লৌমী বুর্জজুয়াশিং। শু-দোমলিবা শিন্মী কাংলুপ অমা ওইনা লৌমীশিং অসি শেঙ্গাও পায়বা মোনোপোলীগী মায়োকতা চংথবা লড়াইদা

১মুং সমাজবাদকী থেংনবদা শিন্মীশিংগী খাইদগী নকৃবা এলাইনি। লোয়নমশিং অতুগা চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা জাতিগী মুক্তিগী অন্দোলনদা মশিং য়াম্না খাইদগী শক্তি লৈবা কাংলুপ অমনি।

সমাজবাদকী মখাদা লৌমীশিং অসিনা মরম্লাই পোৎ পুথোকপা মীশক অমা ওইরম্বদগী পুম্না পোথোক পুথোকপগী, মীয়ামগী ওইবা লৌউ-শিংউগী কার্মগী মেশ্বর অম্না ওইহল্লি, মতুংদা মখল মখাগী কার্য্য মেছিন্নারী, ইলেকত্রিসিটি, কেমিকেল অমস্মুং হায়নচিংবা শিজিন্নহন্দুনা পোথোক হেন্না পুথোকপগী লম্বীরোমদা চংশিল্লি। লৌমীশিংসিনা অমুকা হেন্না হেন্না শিন্মী কাংলুপরোমদা থবক থৌওংগী মওংদা চ শিল্লকই। হিংহুনা লৈবগী য়ুম্যান কৈবানগী ফিভমদা শিন্মীশিং লাইরিক লাইশু হৈবা কাংলুপশিংগা হেন্না নকশিন্নরক্কুনা, কম্যুনিষ্ট সমাজদা অমতা ওইনা পুম্না হিংমিন্নহুনা পাম্বা কাংলুপ অমদা ওনখি।

Pension— অহল ওইরবা অমস্মুং থবক শুবা ঙমদ্রবা মীওইশিংদা শেল ওইনা পীবা মতেং মখল অমনি। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা লৈবা মীপুম খুদিংনা অহল ওইরবা মতমদা সোসিয়েল কন্সুমসন ফন্দদগী কাইথোক্কুনা পেন্সন পী। মতম থরগী নত্রগা মতম চুপ্পগী ওইনা শৈনাইহুনা থবক শুবা ঙমদ্রবা, নত্রগা ইমুং থাক্লিবা মীওইনা শিখি নাথিবা অমস্মুং মতম শাংনা থবক তৌরকপা (অকক্লবা শিনকমশিংদা মতম শাংন্না থবক তৌরকপশিং) মীওইশিংদা পী। সোসিয়েলিস্ট দেশশিং অমাম্বদা হুপানা চহি ৬০

শুরকপদা অতুগা নুপীনা মশাগী চতি ৫৫ শুরকপদা মাগী হান্নগী ফংলম্বা তলবকী চাদা ৫০ দগী ১০০ ফাওবগী মপুংদা খেননা পী। জাতিগী অর্থনিতিগী সেক্টর খরদদি, কনাগুম্বা মীওই মশাগী চহিদি পেন্সন ফংবা য়াবগী চহি য়োরবা অতুগা সার্ভিস অতুম তৌনিংঙবশিংনা মখোয়গী ৱেজগী মথকতা পেন্সনগা লোয়ননা পীতুনা থবক অতুম তৌহল্লি।

শেঙ্গাও পায়বা দেশশিং অয়াম্বদা হৌজিকতি শু-নোমলিবা মীয়াম্না পেন্সন ফংনবে অতুবু মসি কাংলুপ অকনবা অন্দোলনগী মতুংদদা ফংখিবনি অতুবু তশেংবদি মসিগী পেন্সসসি মখোয়না থবক তৌরিঙৈদা মখোয়গী তলব নত্রগা অশুমন্দগী মসিগীদমক্তা ককহৌবা শেনফমদুদগী পীবনি।

Pentagon— ইউঃ এসঃ এঃ গী ভর্জিনিয়াদা লৈবা, ৱাশিংটন ডিঃ সিঃ গী মনাকত লৈবা ইউঃ এসঃ কী ডিফেন্স ডিপার্টমেণ্ট লৈফম মমায় মঙা লোংবা দলানচুবু খংনৈ।

People's Capitalism— কেপিটেলিজমগী নিয়ম অসি মথং মথং ওইনা শুমতুনা চাবগী মওংসি তোকখিতুনা মীপুম থুদিংগী ওইনা কান্নবদা লৈব মওং অমা ওইরক্কনি হায়না থাজহন্নবা পুথোকপা ইকোনোমিক থিওরী অমনি। মসিনা হায়রি, মতুদি ওসিগী লৈরক্লিবা খিভুম অসিদা, সম্প্রতি অসি "চাইথাইতুনা য়েনথোরকপগী" (Diffusal) অতুগা কেপিটেল অসি "ডিমোক্রেটাইজেসন" তৌরকপগী ওংসে লাকলি অতুগা কেপিটেলিষ্ট ১মুং

য়ার্কিং ক্লাসকী ইনকম অসি "য়েনথাইনদুনা তেমথরকলি" অসিনি। মসিবু সমর্থন তৌরদুনা জোইন্ট ষ্টোক কম্পানীশিংদা, শেয়ার হোল্ডর লিশিং কয়া য়াওহন্দুনা শিন্নীশিং অদু শেযার হোল-ডর" ওইহল্লে। তশেংবদি, মসি ফাইনান্সিযেল ওলিগার্কিশিংনা মীশিংগী মরকতা লৈরিবা মখল মখাগী সেক্সনশিংদগী সেভিংস লাক-হনবা অমস্থুং শেলেপ শেমগৎপদা থুহন্নবগী চলাকনি। পিপলস কে-পিটেলিজমগী থিওরী অসি শুমদুনা চারিবশিংনা মখোয়বু শুমদুনা চারিবশিংগা খুৎশন্নহন্নিংবা পোকহন্নবা তৌবনি।

People's Control—সোভিয়েট ইউনিয়নদা চৎনবা পব্লিক অমস্থুং ষ্টেট কন্ট্রোলগী মওংনি। মসিগী মখাদা শু-মোম্নিবা অপাকপা মীয়ামশিং জাতিগী অর্থনিতি শেমগৎ শাগৎপদা অচৌবা শরুক য়াহন্বগী হৈনিংবা পোকহল্লি। মসিগী য়াম্না পাক চাওনা শন্দোকপগী মওংদি পার্টি কন্ট্রোল, ষ্টেট কন্ট্রোল, ট্রেড ইউনিয়নশিংনা কো-ওপরেটিভশিংনা তৌরিবা কন্ট্রোল, নহারোলগী সংস্থানশিং, ভলুন-টরী সোসাইটিশিংনা তৌরিবা কান্ট্রোলগী মওংশিং অসিনচিংবনি। মসিগী মরুওইবা থৌদাংদি ষ্টেট দিসিপ্লিন অমস্থুং আইনশিং ঙাক্নবা শ্লেংশিনবনি অদুগা এদমিনিষ্ট্রেটেটিভ মেছিন্নারীশিং নিংথিনা চালু তৌহন্নবনি।

People's Democracy— মীয়ামগী গনতন্ত্রিক ঘীপ্লবকী মতুং তাবা ওইনা ইউরোপ অমস্থুং এশিয়াগী দেশ কয়ামরুমদা থোরকথিবা সমাজগী পোলিটিকেল ওর্গেনাইজেসনগী মওং অমনি।

পিপলস ডিমোক্রেটিক রিভোল্যুসন অসিনা সোসিয়েলিষ্ট রিভোল্যু-সন অমদা ওন্থোরকপদা পিপলস ডিমোক্রেসি অসি ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েটকী মওং লৌরকই। পিপলস ডিমোক্রেসিনা শিন্নী অমস্থং শু-নোম্লিবা মীয়ামবু ষ্টেটকী সাসন চলাইবদা, ইলেক্টেদ বোডীশিংদা শিন্নাশিংগী মীহুৎশিং, থনবদা, লেজিসলেটিভ অমস্থং এক্সিকুটিভ অথোরিটি অনিগী একটা লৈনা ডিমোক্রেটিক সেন্ত্রে-লিজমগী নিতি মথাদা অমস্থং কম্যুনিষ্ট অমস্থং ৱাক'র পার্টিগী মথাদা থবক তৌহন্নবগী খুদোংচুপী। দেশ কয়ামরুমদা পিপলস ডিমোক্রেসি অসি মলটি পার্টি সিষ্টেম ওইনা তৌই অদুগা অসিগুম্বা সরকারশিং অসিদা কম্যুনিষ্ট অমস্থং ৱাক'র পার্টিশিংনা সাসনগী থবক্তা খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদাং লৌই। অসিগুম্বা পার্টিশিং অসিনা মফমশিং অদুদা লিংখৎখিবা জাতিগী ওইবা ফ্রন্টকী সরকারশিং অসিদা খ্বাইদগী মরুওইবা লমজিংবা দলশিং ওইদুনা, অতৈ লৈরিবা দলশিং পুম্ববু তাশিন-থোমজিন্দুনা অমতা ওইনা লুচিংদুনা পুই। (অসিগুম্বা লমজিংবগী থৌদাং লৌরিবা দলশিং অসিগী মমিংসি দেশ অমগা অমগা মান্নদে)। পিপলস দিমোক্রেসি চৎপা ইউ-রোপকী দেশশিংদা কম্যুনিষ্ট অমস্থং ৱাক'স পার্টিশিং অসি সোসি-য়েল দিমোক্রেটিক পার্টিশিংগা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী য়ুম্ফম মথাদা শু-নোমলিবা মীয়ামগী স্বার্থ অমত্তা ওইনা পুন্দুনা থবক তৌমিন্নৈ।

**People's Democratic Revolutions**— এন্টি ইম্প-রিয়েলিষ্ট অমস্থং এন্টি-ফ্যুদেল ওইবা, অনিশুবা লাঞ্চাওগী মতুংদা

ইউরোপ অমসুং এশিয়াগী দেশ কয়ামকমদা তৌখিবা গনতন্ত্রিক বীপ্লবশিংনি অতুগা অসিগুম্বা বীপ্লবশিং অসে সোসিয়েলিজমলোমদা চংশিল্লমদায়গী তাঙ্ককনি। পিঃ ডিঃ আরঃ গী সাসনগী মতমসিদা দেশশিংসিদা ফেসিজমগী সাসনগী মওং পুম্বা লোয়শিনখি, রায় ক্রে-মিনেলশিং দন্দী তৌখি, মখোয়শিংগী সম্পতিশিং জাতিয়করন তৌখি, লৌউ-শিংউগী রিফোর্মশিং তৌখি অতুগা পিপলস ডি-মোক্রেসিগী মওংদা মীয়ামগী শক্তি ষ্টেটশিংসিদা লিংখৎখি। অসি-গুম্বা চাওখৎ খোংথাংগী খোংজং অসি শিন্মী অমসুং লৌমী অনিগী য়াম্না নক্সা মরী লৈননা তেংবাংনবগী মওংদা চংশিল্লি। অদুবু জাতিয বুর্জজুৱাজীশিংনা মখোযগী মশাগী স্বর্থশিং য়াম্না কন্না কন-থোকতুনা, ঙাক্তুনা থম্লনবা হোৎনৈ। অম্সুম্না পিঃ ডিঃ আরঃ না মথং মথং অম্সুম খুমাং চাওশিল্লকপগা লোয়ননা মসি সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লবতা ওস্থোকখিদুনে, কাংলুপকী শক্তিশিংগী মরকতা পুমনো নৌনা অমুক হোংদোক হোংজিন তৌদুনা, থোকহন-থুৎলাযশিং পুম্বা জাতিয়করন তৌদুনা, ফোরেন মোনোপোলীশিংগী কন্ট্রোল পুম্বা মুথৎতুনা গনতন্ত্র অসি অমুক্কা হেন্না পাকথোক চাওথোক-হল্লকই। শিন্মীশিংগী মফম অসি অমুক্ক হেন্না চেৎশিনহন্দুনা মার্ক্সিষ্ট লেনিনিস্ট পার্টিশিংগী ইনফ্লুয়েন্সসি হেন্না হেনগৎহন্দুনা অদুগা বুর্জজুৱাশিংবু তোথায় তাহন্দুনা ডিক্টেরশিপ অফ প্রোলিটারিয়েট লিংখৎলি অমসুং সমাজবাদকী সমা রেমদা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লকই।

Personal Property under Socialism— সোসিয়ে-লিষ্ট সমাজ অমদা লৈরিবা মেম্বরশিংনা মখোয় মখোয়না তাঞ্জবা

শেনফম অমসুং তুংশিজনবদগী মথোয় মথোয়গী মশাগী দরকার লৈবা কন্সুমারগী পোৎচৈশিং অতুপ্পা মুখনা নত্রগা মরম্লাই লমশিংদা শি-জিন্নবা মরম্লাইগী ওইনা লৈজবা সম্পত্তিশিং। সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা লম্লাই সম্পত্তিনা শেন্দোং তাম্নবা ১স্নুং মীবু শুমহৎনা চানবগী মওংদা শিজিন্নবা শুকয়া য়াদে। লম্লাই সম্পত্তি থম্বা নত্রগা মসিবু উত্তরা-ধীকারী ওইবগী অধিকারদু সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেটকী আইন্না চেৎনা ভাকই।

**Perspective Planning**— জাতিগী অর্থনিতি ফগৎহন্নবগী মতম শাংনগী ওইবা থৌরাং। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা পর্সপেক্তিভ প্লানিং অসি সমাজগী চাওখৎপগী আইনশিং লৈরিবা অসিগা চাননা য়াম্না বিজ্ঞানিক ওইবা য়ুম্ফমদা নন্দুনা চংশিল্লি। মসি সিঃ এমঃ ইঃ এঃ গী প্লান্নিংগী ফ্রেমৱার্ক মথাদা, মেম্বর দেশশিংগী জাতিগী অর্থ-নিতিগী লৈরিবা মওংগা চাননা চংথৈ।

**Petrodollars**—থাও অমসুং থাওগী পোৎথোকশিং য়োন-বদগী থাও থাদোকপা দেশশিংনা তানবা ডোলারশিং। পেট্রোলিয়ম থোকপা অমসুং মীরৈপাক্তা থাদোক্তুনা য়োনবা দেশশিংনা অমত্তা ওইনা পুন্দুনা মথোয়গী নেচরেল রিসোর্সশিং অসি মওং চানা কন্ট্রোল তৌবদা নত্তনা মমল হেনগৎহনবগী থোংথাং অসিন্থ মায় পাক্লা মথং মথং চৎথক্রে। অসুম তৌনা দেশশিং অসিনা মথোয়বু হায়া নোংচুপ লমগী ওইনা মোনোপোলীশিংনা লুট তৌখিবশিংদু থরমথৈদি মেনথৎতুনা মশাগী জাতিগী অর্থনিতি ফগৎহনবা

ভমলে। ওপেক দেশশিংনা মখোয়না অশুম্না তানবা পেট্রোডোলার শিং অসিগী শরুক খর চাওথংলক্লিবা দেশশিংদা য়াম্না অকোমবা শেন্দোয়দা পুখোক্লুনা শেম্মংনচিংবা শীঙ্গুনা ভেংবাংই। অতুম ওইন-মক, থাও থোকপা দেশশিংনা মখোয়গী থাও য়োনবদগী কাহেল্লা ফংলক্লিবা শেন্দোংশিংসি মখোয়না অপাম্বা শিঙ্জিন্নিংবা মওংদা শিঙ্জিন্নবদা অশিংবা কয়া লৈরি। থাও লৈরিবা চাওথংলবা শেল্লাও পায়বা দেশশিংসিনা, শেনকমশিং অসি য়ারিবমথৈ ফাজিন্দুনা থম্লনবা হোংলৈ অমসুং থাও থাদোক্লিবা নহা ওইবা দেশশিং অসিবু মখোয়গী ইনফ্লুয়েন্স মখাদা থম্লনবা হোংলৈ। মখোয়না অসিগুম্বা পেট্রোডোলারশিং অসি মখোয়গী কম্পানীশিংদা থাদহন্দুনা, গভর্ন-মেন্ট বোন্ডশিং লৈহনবনচিংবা তৌদুনা য়ারিবমথৈ ফাজিন্দুনা থম্মী।

Petty Bourgeoisie – প্রোলিটরিয়েট অমসুং বুর্জজুৱাজি অনীগী মরকতা লৈবা, ময়াই ওইবা মকম লৌবা সমাজগী ফাংলুপ অমনি। মখোয়শিং আর্সদি, ৱর্কিং পিজেন্ট, আর্টিসান অমসুং অতৈশিং। শিন্মী অমগা পেটি বুর্জজুৱা অমগগী মরকতা খেনরি-বনি, পেটি বুর্জজুৱাগীদি মশাগী ওইবা থোকহন খুংলাইশিং লৈ, অদুগা মাগা কেপিটেলিষ্ট অমগা খেনরিবা মওংনা, মহাক মশামক্লা থবক তৌই নত্রগা শীল্লং লৌমীশিংগী মতেং লৌই। অসিগুম্বা অনী লোংবগী মওংসিনা ফাংলুপকী লড়াই চংথরকপদা, মাগী এলাই থিরকপদা হাই তুম্বগীমওংদু লৈ। শেল্লাও পায়বা সমাজনা

'ওথংলকপগী লোয়ননা পেটি বুর্জুৱাশিংগী অয়াম্বা শরুক্তা য়াং নকখিছুনা ৱেজ লেবরগী থাক্তা হন্থবি, মথোয়গী মসুংদা থরতনা কপিটেলিষ্টকী থাক্তা হাইগংবি।

**Policy of Non-Aligament**— তোঙানি তোঙানবা রাজনিতিগী শাসনগী মওং কৈবা ইউরোপ, এশিয়া, আফ্রিকা অমসুং লাটিন আমেরিকাগী দেশশিংনা ইনবা মীরৈপাকী পোলিসিনি। মসিগী পোলিসিগী মথাদা দেশশিং অসিনা মিলীটরী ব্লোক নত্রগা গ্রুপতা য়াওদে, সম্রাজ্যবাদী, লাল, কোলো নিয়েলিজম অমসুং রেসিজমগী মায়োকতা লেপ্পী। মীচং চুংশিনবা য়াওদবা ষ্টেটশিং অসিনা ইংনা তপ্পা হিংমিন্নবগী নিতি ইল্লি, ডিটাউন্টকী প্রোসেসপু হেন্না খুমাং চাওশিনহল্লি অমসুং লাল অমসুং লান্দাবগী মায়োকতা থেংননবা অকনবা শক্তি শাগংলি।

**Political Economy**— সমাজ অমগী মতুংদা কাংলুপ-শিংগী মরকতা অর্থনিতিদা য়ুক্ষম লৈনরিবা মরিগী মতাংদা লৈন-রিবা বিজ্ঞানি। মসি সমাজতুদা লৈরিবা অর্থনিতিগী চংনবী মওং অতুদা য়ুক্ষম ওইতুনা, পোথোক পুথোকপ, য়েন্থোকপা, শিন্নবা অমসুং পোংশক্তী ওইবা লম-থুমশিং অতু শিজিন্নবগী মওংশিং পুম্বা আইনসিনা ওাকই। মসিনা সমাজদা লৈরিবা কাংলুপ খুদিংমক্কী স্বার্থগা মরী লৈনবা সমস্যাশিং পুম্বা নৈনৈ। পোলিটিকেল ইকো-নোমী অসি বুর্জুৱাগী, পেটি-বুর্জুৱাগী নত্রগা প্রোলিটরিয়ানগী ওইবা য়াই। প্রোলিটরিয়ানশিংগী পোলিটিকেল ইকোনোমী অসি

যাম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা কার্ল মার্ক্স্না (১৮১৮-৮৩) হৌদোকখ্বা, কেপিটেলিজমনা চাওখৎলকপা অমসুং শিথরকপা অহুংগা কেপিটে-লিষ্ট এক্সপ্লোইটেসনগী অরোনবা পুম্বত্থু মপুং ফানা শেংনা তাকপা, লেবর অমসুং কেপিটেল অনিগী মরক্তা লৈরিবা তাইশিল্লবা য়ার-য়োইদবা য়েংনবসিনা মরম ওইহুনা কেপিটেলিজমগী মাং তাক্লবা লম্বী ওইহনগদৌবীবা পুম্বা শেংনা উংলি। ইতিহাসকী খোংচৎ পুখ্সিনা করম্না কম্যুনিষ্টকী পোৎথোক পুথোকপগী মওংদা অরোয়বা ওইনা থোরকপগে হায়বত্থু মার্ক্স্না য়ায়। মরেক শেংনা উৎলম্মী। ভলেডিমির লেনিন্না (১৮৭০ ১৯২৪) মার্ক্সিজমগী থিওরী অমসুং ডোকট্রিন অসি লৈরিবা সম্রাজ্যবাদগী ফিভমসিদা পানশিন্দুনা অমুক্কা হেন্না চাওখৎহন্দুনা, কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা পুরকপদা করম্না মায় পাক্না প্রোলিটরিয়ান বীপ্লব অমা পাংথোক-দগে হায়বগী লম্বীত্থু শে না থনমলে। মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট, প্রোলিট-রিয়ান পোলিটিকেল ইকোনোমী অসি সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ, অতৈ কম্যুনিষ্ট পার্টি অমসুং ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ অমসুং অতৈ দেশশিংদা লৈবা স্কোলারশিংগী থিওরিটিকেল এক্টিভিটিদগী অমুক্কা হেন্না মপুং ফাহন্দুনা (থোইদোক্না, সোসিয়েলিজমগী পোলিটিকেল ইকোনোমী অসি মপুং ফানা পুং থাকলে।) মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পোলিটিকেল ইকোনোমী অসি মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী থানবা য়াত্রবা শরুক মমলি।

PRAVDA (See on Page 161)

Preventive— কারণগুম্বা কত্তবা খুদোংখিবা অমা থোরক-দবদগী হায়না মাংজোমনা থিংনবা তৌবগী থবক [খুদম ওইনা প্রি-ভেন্টিভ মেডিসিন ওইনা ভেক্সিনেসনচিংবা তৌরিবসি]। "প্রিভেন্টিভ ৱার" মসি করিগুম্বা লান্দারকপা অমা থিংননবা তৌবা লালনি অদুবু তশেংবদি মসিমক লান্দাবগী মওং অমনি। হেন্না রিয়েক্সনারী ওইবা সম্রাজ্যবাদীগী সার্কলশিংনা সমাজবাদকী দেশশিংগী মায়োক্তা প্রিভেন্টিভ ৱার অসি তৌই।

Primitive Commune System— কাংলুপ থাইদনা মীনা মীবু শুমত্নুনা চাবগী মওং, থোকহন খুৎলায়শিং পুম্বা পুন্না মপু ওইমিন্নত্নুনা হিংত্নুনা পানমিন্নবগী মীওইবগী ইতিহাসকী ইহান হাবা তাঙ্ককী সমাজিক অমসুং অর্থনৈতিকী মওংনি। প্রিমিটিভ কম্যুন সিষ্টেমগী প্রডক্টিভ শক্তিশিং অসি য়াম্না থাক নেম্বা মওংদা লৈ। প্রিমিটিভ কম্যুনগী সিষ্টেম অসি মীনাই লোয়বগী সিষ্টেমনা মহুৎ শিন্নকই।

Private Ownership— মপু ওইবগী মওং অমা, মসিগী মখাদা থোকহন-খুৎলায়শিং পুম্বা অত্নুগা মত্নুদগী পাঞ্জল পীত্নুনা নোম্নগা থোরকপা পুম্বা লন্নাই মীওইশিংগী মখুত্তা চৎলি। লন্নাই মপু ওইবগী মওংসি প্রিমিটিভ কম্যুন সিষ্টেম্না লিথরকপা তাঙ্কতা অত্নুগা মীনাই লোইবগী প্রথানা হৌবা তাঙ্গাদা থোরকই। থোকহন খুৎলায়না হেন্না ফগংলকপগ লোয়ননা মীশিংনা মশা মশাগী দর-কারদগী হেন্না পোংথোক পুথোরকই অমসুং অতৈ মথোয়গী দরকার

ওইবা পোৎশিং পোৎকা শিন্নবা-ওন্নবগী (বার্টর সিষ্টেম) চৎনবীসি লাকই । মতৌ অসুম তৌনা কাংলুপ অমসুং কাংশিংগী মরক্তা পোৎকা পোৎকা শিন্নবগী চৎনবীসি লাকখি । মতুগী মতুং তাবা ওইনা, কাংলুপকী লুচিংবা অমসুং ব্রাইবকী চীফশিংনা অসিগুম্বা পোৎচৈ শিন্নবগী থবকসিদা ময়াই চাবী ওইনা থবক তৌরকই অমসুং অসিগুম্বা অপুম্বা সম্পত্তিগী শরুক থর, মরম্লাইগী ওইনা তাশিল্লকপা হৌরকই । মসিগা লোয়ননা কাংলুপ অসিগী মীওই থরনা মখোয়গী দরকার লৈবা পোৎশিং থরা মরম্লাই ওইনা পুখোকপদগী অহেনবা শরুক থরা তুংশিনবসু হৌরকই । মতৌ অসুম তৌনা অপুনবগী লেবর অসি লম্লাই লেবরনা তপ্ন তপ্ন মহুৎ শিল্লকখি । মতৌ অসুম তৌনা থোকহন খুৎলায়শিংসি প্র ইভেট ওনরশিপকী মওংদা থো-রক্ষখি । মরম্লাই সম্পত্তি তুংশিনবদা পুক্রিং পীরকপা (মরু ওইনা এলদরস চীফস অমসুং ব্রারিংরশিং) মীওইশিংসিনা মসিবু ধর্মগী ওইবা অশেংবা অমসুং খুগায় হৈদবা আইন ওইহল্লকাথ । লম্লাই মপু ওইবগী মওংসি থোরকপদগী সমাজদ কাইরবা ও মসুং ইনাক খুম্বা, শুমতুনা চাবা অমসুং শু-ছুনা চাবিরবা মীওই (লম্লাই সম্পত্তিগী মপু ওইবশিং অমসুং লম্লাই সম্পত্তি) থোরকখি । পোৎথোক পুখোকপগী মওংনা চাওখৎলকপগা লোয়নন, মীনায় লোয়বগী প্রথা থোরকখি, অতুগী মতুংদা লোয়াম চাবগী প্রথা অমসুং দেশ্বাও পায়বগী চৎনবী প্রথাসি লাকখি । মতুংদা মথং মথং ওইবা শাথিবা চংদম্লবা, প্রান তৌদনা পোৎথোক পুখোকপা (এনার্কি ওফ প্রডক্সন), অর্থনিতিগী

ফ্রাইসিস, ইনফ্লেশন, অন ইমপ্লোইমেন্ট অমসুং সমাজগী মুক্রবা রেং-বগী মওংসি অমুম হেনজংহল্লকই। কেপিটেলিজমগী পোংথোক পুথোকপগী সমাজগী ওইবা মওংগা কেপিটেলিষ্টশিংনা শেন্দোং মংপগী মওংগা তাইশিন্নবা য়াদবা মওংগী থাক্তা চংশিল্লকই। মসিগী য়েংনবা মুক্রবগী মওংসি সোসিয়েলিষ্ট রীপ্লব অমগী মপাস্তনা লোই-শিল্লি মসিনা থোকহন খুংলায় অমসুং মতুনা পুথোকপা পোং-থোকশিং পুম্বা শিন্নমীশিংগী মখুত্তা শিন্নৈ, লম্নাই মপু ওইবগী মওংতু মুথংতুনা থোকহন খুংলায়শিং পুম্বা পন্নিকনা মপু ওইবদা ওন্থোকই অমসুং পোংথোক পুম্বা মীয়ামগী কান্নবদা শিজিন্নৈ।

Production Relations—সমাজদা পোংথোক পুথোক-পগী, শিন্নবগী অমসুং পোংলক্নী ওইবা লন থুমশিং য়েনথোকপগী মতাংদা মীশিংগী মরকতা লৈনরিবা মরী। প্রডক্সন রিলেসন অসি থোকহন-খুংলায়শিং মপু ওইবগী মওংগী মতুং ইল্লি। পোংথোক পুথোকপগী শক্তিশিং অমুগা প্রডক্সন রিলেসন অনী পুম্না পোংথোক পুথোকপগী মওংতু (মোড অফ প্রডক্সন) ওইহল্লি। পোংথোক পুথোকপগী শক্তিনা চাওখংলকপা মতুগা পোংথোক পুথোক্রবদা শিজিন্নরিবা খুংলায়শিংনা হেন্না মপুং ফারকপগা লোয়ননা চন্নরবা প্রডক্সন রিলেসনগী মওংতু অনৌবা মওংগী প্রডক্সন রিলেসননা শিন্দোকই, মসিনা প্রডক্টিভ ফোর্সশিংগী থাক্তু হেন্না য়াংখংহন্নবা মওং ওইহল্লি। সোসিয়েলিষ্ট সমাজ লাকত্রিবৈগী মমাংগী প্রডক্সন রিলেসনদি মমথবা, শুপতুনা পানবা, শুমহৎনা চাবা অমসুং অশুং

অনৈগী মরীনি। লম্নাই মপু ওইবগী মওংগী মরীশিনা প্রডক্তিভ কোর্স শিং চাওখৎহনবদা অপনবা পী অহুগা পল্লিক ওর্নরসিপ্ত য়ুম্ফম ওইবা সোসিয়েলিষ্ট প্রডক্সন রিলেসন্না প্রডক্তিভ কোর্স শিং হেন্না চাওখৎহন্নবগী খুদোংছ পী। মরমদি সমাজসিংগী মথাদা লৈরিবা প্রডক্সনগী মরীসি কমরেড ওইবা মওংদা তেংবাংনবা, শুমহুনা চাবগী মওং পুম্বা য়াওত্রবা, মরূপ মপাং ওইবগী মরী অমস্তুং সুংশিননা তেংবাংনবদা য়ুম্ফম ওই। সমাজবাদকী মথাদা প্রডক্সন রিলেসন অসি য়ায়া জ্ঞান তানা অমস্তুং থৌরাংগা লোয়ননা প্রডক্তিভ ফোর্স-শিংনা চাওখৎলকপগা লোয়ননা চংথৈ।

Productive Forces— পোথোক পুথোক্লবগী উপায় অহুগা অসিগুম্বা উপায়শিংসিবু শিজিন্নরিবা মীওইশিং। প্রডক্তিভ ফোর্স ১স্তুং প্রডক্সন রিলেসন্স অনীগী অপুনবনা মোড অফ প্রডক্সন অমা ওইহল্লি। পোথোক পুথোকপগী অকরুবা তাক্ক অমদা প্রদক্তিভ ফোর্স অসিনা মোদ অফ প্রদক্সনগী থাইদগী মরুওইবা অরেঙবা অমস্তুং বীপ্লবীক ওইবা মচাকনি। মসিনা চংনরিবা প্রদক্সন রিলেসনগী মওংদা য়েৎনবা মুরুবা লাকহল্লি অমস্তুং প্রদক্তিভ ফোর্স চাওখৎহনবদা অপমবা ওইহল্লি। লৈরিবা প্রদক্সন রিলেসন্স অহুগা হেনগৎলকলিবা অনৌবা মওংগী প্রদক্তিভ ফোর্স শিংগা অনীগী মরকতা লৈরিবা খেনবসি সমাজগী বীপ্লব অমনা মাংহল্লি। অসিগুম্বা বীপ্লব অসিনা অনৌবা অমস্তুং হেন্না ফবা প্রদক্সন রিলেসন পুরকই। মতৌ অস্তুম্না, কেপিটেলিজমনা মাগী মশাগী ওইনা

লোয়নজরবা হৌনশা অথ'নিতিগী ক্রাইসিস, লাল অমসুং অতৈ অরা-অনংনা মরম ওইদুনা মীয়ামা. মসিবু সোসিয়েলিজমদা ওন-থোকই। মসিনা প্রদক্সন রিলেসন্দা হেন্না কবা মরী পুরকতুনা প্রদক্তিভ ফোর্সশিং চাওখংহল্লি অমসুং পোথোক হেন্না পুথোকপদা তেংবাংই। (Production Relations দা য়েংউ)

Proletarian Internationalism See Internationalism, Proletarian,

Pro'etariat – থোকহুন শুংলায়শিংগী মপু ওইদ্রবা বুর্জুয়া-শিংনা শুমহুনা চাবিরবা, মশাগী হুনাংমন্না তান্দুনা হিংলিবা রেজ লেবরশিংগী কাংলুপ। বুর্জুয়াশিংগী মায়োকতা চংথবা প্রোলিট-রিয়েটশিংগী কাংলুপকী লড়াইনা সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অমদা চং-শিল্লকই (See Revolution, Socialist) অসিগুম্বা বীপ্লব অসিগী মরুওইবা শক্তি ওইরিবা অমসুং অতৈ শু-নোমলিবা কাংলুপ অমসুং লৌমীশিংবু লমজিং পীবগী মফম লৌই।

Pravda – সেন্ত্রেল কমিটি কম্যুনিস্ট পার্টি অফ সোভিয়েট ইউনিয়ন [সি পি এস ইউ] গী সেন্ত্রেল ওর্গান [খবর] নি। প্রাভদা হায়বগী অর্থদি অচুম্বা হায়বনি।

Profumo affair – জোন ডেনিস প্রোফুমো [জানুঃ ৩০, ১৯১৫ দা পোকপা] ষ্ট্রেটফোর্ড ওন এভেন পার্লিয়ামেন্টরী কন্সটি-ট্যুয়েন্সীগী কন্সার্ভেটিভ মীহুং ওইনা.কাখিবা, মতমহুগী রার সেক্রে-টরীনি। শোক ১৯৬১ দা মহাক্না খৃষ্টিন কিল্লরগা লোজা লোনথুপকী

মন্ত্রী লৈনরম্বগী অচৌব য়াথোক ওইথি। মাগী মরালসি মতাকনা কোম্বংদা য়াথি অমস্তুং সরকারদগী হাউস অফ কমন্সগী অমস্তুং প্রিভি কাউন্সিলগী মেম্বর ওইবদগী তোকখি।

Proportional Representation— ইলেক্টোরেলগী নিয়ম মথল অমনি। মসিগী নিয়মসিগী মথাদা লেজিসলেচরনা দেশতুদা লৈরিব রাজনিতিগী দলশিংনা মখোয়গী ইলেক্টোরেটশিংগী মথক্তা লৈরিবা শক্তিতু ত'কই। মসিগী মওং কয়ামকম লৈ, খাইদগী চম্বা মওংদি— দেশ অমবু অচৌবা কন্সটিট্যুয়েন্সী কয়ামকম খোক্তা খাইদোরকই অতুগা কন্সটিট্যুয়েন্সী অমমমদগী মেম্বর কয়ামকম থল্লি। কারিবা কেন্দিদেটশিং অসি কন্সটিট্যুয়েন্সীতুগী অপুনবা ভোটকী অকক্লবা মচেং থর ফংলগ কাই। অতুগা মতুগী ফ্রেক্সন অতুদগী লেমহৌবা শরুক থরতু অতৈ কেন্দিদেটশিংদা অমুক পীথৈ, মতু অনিশুবা নত্রগা মতুংগী বেলোট পেপরদা উৎলিবা কেন্দিদেটতু-গীদমক শিজিনৈ। ভোটশিং অসি শিজিন্নরগ দরকার লৈবা কো-টাতু য়ৌবা অতৈ কেন্দিদেটশিংবু থল্লি। মসি ট্রান্সফরেবল [হোং দোক হোংজিন য়াবা] ভোটকী মওংনি। অতোপ্পা নিয়ম অমগী মথাদনা, যেশা কন্সটিট্যুয়েন্সী অমদা পার্টি অমদা পীরিবা ভোটতুনা কেন্দিদেট অমদা কাইরবদা কোয়ত্রবদি, মথং থনবদা অমুক শি-জিন্নবা থাবই। মসিদা অতৈ কন্সটিট্যুয়েন্সীশিংদগী লেমলকপা ভোটশিং পুম্বশু হাপচিল্লি। অপুনবা ভোট মশিংতুনা কেন্দিদেট অমা নত্রগা মতুদগী হেনবা খনবা কোয়ররবদি, মতু নেসনেল লিষ্টতা

লৈবা রাজনিতি দলদগী খল্লি অহুগা মথোয়শিংগি কন্সটিটুয়েন্সী লৈত্তবা পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বরশিং ওইনা লৈ। প্রোপোসনেল রিপ্রেজেণ্টেসনগী ভোট মওংসিবু শোগংপশিংনা হায় মহুদি মসিনা পার্লিয়ামেণ্টতা রিপ্রেজেন্ট তৌবগী খুদোং ফংজবা নাগরিক কয়াগী অশাম্বহু থুংহনগনি, অচৌবা পার্টিশিংমু মথোয়গী মিংহেংহু ময়াই ওইনা চংহনগনি অমসুং নিয়ম অসি য়াম্না ফেয়ার ওইবা নিয়মনি হায়। নিয়মসিগী মায়োকতা লৈবা মীওইশিংনা অমুক্তা হায়রি মতুদি ইলেক্টরশিংনা হেক্তা ফোটোগ্রাফিকেল্লি দল খুদিংমক রিপ্রেসেণ্ট তৌবা পার্লীয়ামেণ্ট অমা পামদে, মসিগী ইলেক্টোরেল নিয়মসিনা য়ায়া মরা চেৎতবা কালিজন সরকার অমা লাকহনবদা তেংবাংই। ব্রিটেন্দা শোক ১৯২২ দা লেবর পার্টিনা দেশসিগী ২ শুবা অচৌবা দল ওইরকাত্রিবকান ফাওবা প্রোপোসনেল রিপ্রেজেণ্টেসনগী ভোটকী মওংসি, লিবরেল পার্টিনা পুথংলকপা কান্দা শোগংথি। মসিগা অল্টরনেটিভ ভোটকা মান্নদে।

**Protected State**— মশানা মশাগী লৈবাক মহুংগী স সন তৌজবা লম অমা, লৈবাক মহুংগী সাসনগী থবক্তা মাগী রুলরনা তৌবা, অহুগা মীরৈপাক্তা মরী লৈনবগী থবক্তা মাবু ঙাকপী-শেনবিরিবা অতোপ্পা ষ্টেটনা শিল্লি। শম্না হায়রবদা, অতোপ্পা ষ্টেট অমনা ঙাকপী শেনবীহুনা থম্বা মশাগী সোভরিন্টি লৈজদবা ষ্টেটনি।

**Propaganda**—রাখল, ডোকত্রিন অমসুং থিওরীশিং মীয়ামদা অচেৎপা থাজবা লৈহন্নবা তৌবা পব্লিকেসন অমসুং ব্যাখ্যা

তৌবগী থবক। ক্লাস ষ্ট্রগলগীদমক্তা প্রোপেগন্দা অসি য়াম্না শক্তি লৈবা খুংলায়নি ময়মদি মাস মেডিয়াশিংনা মীশিংগী অপাকপা লেপ্লন খুদিংমক্তা য়ৌহনবা ওম্মী।

**Public Ownership (of means of production)**—পব্লিক ওনরসিপ অসিনা সোসিয়েলিস্ট সমাজগী অর্থনিতিগী য়ুম-ফমনি। ইউ এস এস আর দা শাগৎলিবা চাওখৎলবা মওংগী সমাজ-বাদকী সমাজ অমুগা অতৈ সোসিয়েলিষ্ট দেশ কয়ামক্তমদা পব্লিক ওনরসিপ অসি পব্লিক প্রোপরটিবু মকওইবা মথল অনীদা খাইদোকই —ষ্টেট প্রোপরটি হায়বদি দেশতুগী মীপুম খুদিংগী ওইবা লন অমুগা কো-ওপরেটিভ প্রোপরটি। ষ্টেট সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লবনা জয় ওইরবা মতুংদদা, য়াম্না লল্লাই শেঞ্জাও পায়বশিংগী মখুত্তা লৈরম্বা থোকহন খুংলায়শিং অমস্তুং এন্টরপ্রাইজশিং সরকারনা লৌশিনবা অমস্তুং মংলগা লৈরকই। [কল-কারখানা, লৌ-লম, বেঙ্ক, খনিশিং অসি-নচিংবা] শিন্মীশিংগী হুমাংমম্না শেমজবা, শেঞ্জাও পায়বশিংনা শুম-জুনা চারম্বা। লৌমী অমস্তুং খুৎশা হৈবশিংগী অপিকপ মওংগী লল্লাই সম্পাত্তিশিং সোসিয়েলাইজ তৌজুনা অমস্তুং মশা মশানা য়াম্না ভোলুণ্টরী বেসিসতা কো-ওপরেটিভশিং লিংখৎতুনা ওইথোকহল্লি। মতৌ অসুম তৌনা কো-ওপরেটিভ কলেক্তিভ ফার্মশিংগী লন-থুম অসি থোরকই। সম্পাত্তি মওং মথল অনিমক অসিদা মীনা মীবু শুমহুনা চাবগী মওং য়াওদ্রে অমস্তুং জাতিগী অর্থনিতি ফগৎহন্নবদা স্টেট প্লানিংগী থবক্তা মপুং ফানা শক্তক য়াম্না ও য়োম্লিবা মীয়ামগী

নোংমংনোংমগী হেনগংলক্লিবা পোংচংগী অমসুং ইন্টেলেকচুয়েলগী দরকার অহু থুংহন্নবা হোংনৈ অমসুং থবকী মতুংইন্না অরামলসু ফংহল্লি হায়বদি সমাজসিদা লম্নাই মীওই অমনা পীরিবা থবকী নত্রগা পাক্কলগী মগুন অমসুং চাংগী মতুংইন্না অরামনসু লেপ্পী। সোভিয়েটকী নেসনেল ইকোনোমীগী প্রদর্শন এসেটকী চাদা ৯০ দি ষ্টেট প্রোপরটিনি। ষ্টেট এন্টরপ্রাইজশিং অহুগা মহুগী পোথোক-শিং পুম্বা মীয়ামগী লননি অহুগা কো-ওপরেটিভশিং অমসুং কলেক-ক্তিভ ফার্মশিংগী পোংথোকশিংনা অসিগুম্বা কলেক্তিভ এন্টরপ্রাইজ-শিং অসিগী পন্নিকী ওইবা লনশিংনি।

সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমনা কম্যুনিজমলোমদা চংশিল্লকপগা লোয়নবা, কো-ওপরেটিভ অমসুং কলেক্তিভ ফার্মশিংগী লন-থুমশিং পুম্বা ষ্টেট প্রোপরটিনা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লক্কনা, অপুনবা অমত্তা ওাইরবা কম্যুনিষ্ট প্রোপরটিদা ওন্থোরক্কনি।

**Public Sector,** See State Sector.



# Q

**Quality of Life**— বুর্জজুরা প্রোপেগন্দাদা য়াম্না তোয়না শিজিন্নবা হাইহেনি। শেপ্পাও পায়বা দেশশিংদা শু-নোম্নিবা মী-য়াম্না সমাজদা মথোয়গী ক্তিভম কগাংহন্নবা অনৌবা মওংগী মগুন য়াওবা পুন্সি মওং অমংগীদমক থেংনরিবা, হোংনরিবসিগী খুদোংচাবা লোইনা, বুর্জজুরা আইডিওলোজিষ্টশিংনা অসিগুম্ব থেংনরিবা অসিবু

"পুন্সিগী মগুন হেনগৎহন্নবা" চুম্নগী অন্দোলনদা ওহোক্লনা, মখোয়গী শেঙ্গাও পায়বা সিষ্টেমগী নিয়ম-নিতিগী হাংম লানহন্দবা রিফোর্ম কয়ানা কাথনবা চৈথে। মখোয়না হেন্না ফবা পব্লিক ইডুকেসন, হেলথ সার্ভিস, ইনভাইরোনমেন্ট অমসুং প্রকৃতিগী লন-থুম প্রোটেক্সনগী [কনবগী] মীওইবগী মগুন অমসুং ইজৎপু শকথংনবা অসিননচিংবা কয়াবু শোগৎলি অদুবু অসিগুম্বা মীনুংশিগী ওইবা থবকশিং অসি পাংথোকপদা অচৌ অচৌবা কেপিটেলিষ্ট মোনোপোলীশিংগী মরম্নাই স্বার্থ অমসুং মখোয়গী শেন্দোং হেন্না হেনগৎহন্নবগী ম্নাথলদ লুপখিদুনা শিন্মীশিংগী মুংঙাই য়াইফ পুরক্লবগী ম্নাকম পুম্বা থোশারক্কে।

মার্ক্সিষ্ট রাইটিংশিংদা "বে অফ লাইফ" অসিবু মগুন অমসুং চাং অনিমক্কী মওংদা পুথোকতুনা পী। অহানবগী মতৌ মওং অসিনা মীয়ামগী হিংতুম্না পানবগী থাক্তা ব্রাংথৎলকপগী ইন্দাইসশিংদগী লেপ্পী অদুগা অকোনবগীসিনা লম্নাই মীওইশিংনা ফংলিবা নিংতম্বা অমসুং মখোয় মশাগী পার্সনেলিটি চাওখৎহন্নবদা ফংলিবা খুদোংশিংদুনা লেপ্পী অর্থনিতিগী শুমদুনা চাবগী মওংদগী নিংতম্বা, অদুগা রাজনিতিগী, জাতিগী অমসুং জাৎকী অদুগা অতৈ মথলগী অওং-অনৈ কয়াশিংদগী নিংতম্বদু সমাজবাদনা পী। লম্নাই মীওইশিংগী অমুক্কা হেন্না মপুং ফাবা অর্থ লৈবা পুন্সি অমা ফংহন্নবগী খুদোং চাবদু কম্যুনিজমগী মথাদা ফংহল্লি।

Qua' d' Orsay— পেরিসতা সাইন তুরেনগী এমবেঙ্কমেন্ট অমনি, মফমসিদা ফ্রান্সকী ফোরেন ওফিস লৈ।

# R

**Racism**— মীওম্বা ওইদগা য়াথলদা য়ুম্ফম ওইবা জাংশিংগী মরকতা বাইওলোজিকেল অমস্থু মেন্টেল (হকচাংগী অমস্থু য়াথলগী ওইবা) খেন্নবা লৈ হায়না উংপা মীবু তুকচনবগী থিওরীনি। মসি মখোয় মখোয়গী দেশশিংদা জাংকী অমস্থুং জাতিগী ওইবা খেনবা লৈ হায়বসি চুমই হায়বা উংনবা রেসিষ্টশিংনা শিজিন্নৈ। য়াথলসিগী মথাদা অতৈ জাতিবু ওংপা-নৈবা, জয় তৌবা অমস্থুং লুট তৌবগী থবক চংথৈ। মসিগী থিওরী অসি ইউনাইটেদ ষ্টেটসত, রিপব্লিক অফ সাউথ আফ্রিকা অমস্থুং থা থংবা রোডিশিয়াদা রিয়েক্সনারীশিংনা শিজিন্নৈ।

**Rapprochement**— ডিপ্লোমেটিক য়াহৈনি, ষ্টেটশিংগী মরক্তা অক্কবা মরী অমুক হন্জিহনবা হায়বনি।

**Reformism**— বুর্জজুয়া ষ্টেট অসিবু "ৱেলফেয়ার ষ্টেট" অমদা ওন্থোকপদা ওইথোকই হায়বা উংনবা হোৎনহুনা য়ার্কিং ক্লাস মুভমেন্ট অসিবু শোক্সহন্নবা হোৎনবা শিন্মী কাংলুপকী অন্দোলনগী মনুংদা থোরকপা সুবিধাবাদীগী লম্বী অমনি। মসিনা শেঞ্জাও পায়বগী সমাজ অসিবু কেপিটেলিজমগী সমাজিক অমস্থুং অর্থনিতিকী য়ুম্ফম অসিবু শোকহন্দনা, বুর্জজুয়া ডিমোক্রেসিগী ফ্রেমৱার্ক মনুংদা শেমদোক শাদোক্নুনা, মকুপ মতাগী রিফোর্মশিংনা পুরকপা ওইথোকই হায়না শন্দোকই। মোর্ডান রিফোর্মিজমগী ওফিসিয়েল

ডোকত্ত্রিনদি বিজ্ঞানিক সমাজবাদকী লাম্বা ওইনা শেমহুনা পুথো-রকপা "ডিমোক্রেটিক সোসিয়েলিজম" গী স্লোগান অসিনি। মসিগী ডোকত্ত্রিন অসিনা কাংলুপকী লড়াইগী দরকার অহুবু য়াদে, সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অমা পাংথোক্তুনা শিন্মীশিংনা শক্তি পায়বগী রাফমবু কয়া য়াদে অমস্মুং শুমহুনা চাম্বিবা অমস্মুং শুমহুনা চাবিরবা অমিগী মরকতা তেংবাংনহুনা চত্থবগী রাফমবু শৌগংলি। রিফোর্মিষ্ট পোলিটিকেল পার্টিশিংনা শিন্মীশিংগী হিংহুনা পানবগী অন্দোলন্দা মরুওইবা থৌদাং কয়া লৌরকখি। কম্যুনিষ্টশিংনা রিফোর্মিজমগী রাজনিতিগী লাইন্দা হায় হুম্বা মওংগী আইডিওলোজীবু ক্রিটিসাইজ তৌবগা লোয়ননা, সমাজগী চাওখং খোংথাং অমস্মুং শান্তিগী লড়াইদদি মথোয়গা পুন্না চংমিন্নবগী রাথলবু শৌগংলি।

**Referendum**— রাজনিতিগী থোইদোক্লকপা ইস্যু নত্রগা রাফম অমা ইলেক্টোরেটতা রিফর তৌহুনা ডাইরেক্ট ভোটনা ডিসাইদ তৌবা।

**Relexation of International Tension, See Detente.**

**Religion**— সমাজগী ওইনা তোপ তোপ্না থাজবা অমস্মুং জ্ঞান তাবা মওং অমা, মসিনা শিঙ্গবা মতুংদা অতোপ্পা পুন্সি অমদা থাজৈ, ঈশ্বরদা অমস্মুং লাইশিংদা, লাই-তিন, লাইরেম্বী অসিনচিংবা পুম্বদা থাজৈ অমস্মুং লুপ্পী। মখল মথাগী ধর্মশিং খৃষ্টীয়ানিতি, ইসলাম অমস্মুং বুদ্ধিজম পুম্নমক অসি মথোয়গী পৃথিবীগী ওইবা চপ

মাল্লবা মিংয়েং অমা লৈরে। রাখলগী ওইবা ইথিল, ধর্ম্মগী ওইবা অর্চ্চ -পুজানচিংবসি সমাজগী হৈনবী তৌগদবা ওইহল্লকই। মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্টকী মিংয়েংগা ধর্ম্মগা মান্না চানদে মরমদি ধর্ম্মগী ওইবা চৎনবী, হৈনবী লোমচৎ শান্নং পুম্নসিনা শুমত্তনা চাৱিবা কাংবুগী স্বার্থ অমু ঙাক্লনবা থৌওইনা শিল্লি অমসুং মখোয়না লম্নাই সম্পত্তি শাগৎত্তুনা সমাজবু শুমত্তনা চাৱিবসিবু ঙাকথোকই, কল্লোকই।

সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা নাগরিকশিংবু মানা মানা চৎনিংবা ধর্ম্ম চৎচনবগী অত্তুগা চৎনিংদবা মীওইনা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তা চৎতবগী অধিকার অমু মপুং ফানা পী। ধর্ম্মদা নিংথা তম্বা লৈবগা লোয়ননা, ধর্ম্মগী ওইবা কর্চ্চা পুজা অত্তুগা ধর্ম্মগী ওইবা প্রচারশিং তৌবদা অথিংবা পীদে। ধর্ম্মনা মরম ওইত্তুনা কল্লক য়েংথিনবা অমসুং হুংশিনদনবগী হিরম পুম্ব আইন্না থিংই। বুর্জ্জুৱা আইডিও-লোজিষ্টশিংনা ধর্ম্ম অসিবু শু-নোমলিবা মীয়াম্বু শুমত্তনা চাবা অমসুং পাংত্তুনদুনা নমথত্তুনা থম্নবগী থৃৎলায় ওইনা শিজিন্নৈ। মীয়াম্না লায়রবিবা বারিবা নংলিবসি লাইবক্কা তম্নকপনি হায়বা রাখলসিদা থাজহন্দুনা মখোয়বু শুমত্তনা চাৱিবসি মরাইবকী ওইহল্লি।

**Replubic—** ১/ ষ্টেটকী শক্তিগী থাইদগী মাংবা বোডিশিং অসি কককবা মতমগী ওইনা মীখল তৌত্তুনা খনবা সরকার মওং অমা, ২/ অসিগুম্বা সরকারগী মওং লৈবা দেশ অমা।

**Resistance Movement—** জর্মন, ইটালিয়ান অমসুং জপানিজ লান্দারকপশিং অত্তুগা মখোয়গী এলাইশিংগী মাল্লোকতা

মীয়াম্না অনিশুবা লাঙ্গাওগী মঙ্গুংদা (১৯৩৯-৪৫) খুৎলায় পাঙ্গলুনা হৌবা এন্টি ফেসিষ্ট নেসনেল লিবরেসন মুভমেন্টনি। মসি মওং কয়াদা, এন্টি ফেসিষ্ট প্রোপেগন্দ, ষ্ট্রাইকশিং রৈখাই থুগায়বা, গে-রিলা রার. মীয়াম হৌবা অমসুং অতে মখল কয়াগী মও.দসু চৎ-থখি। রেজিসটেন্ট মুভমেন্ট অসি ফেসিজমগী মায়োক্তা গনতন্ত্রক ওইবা অহোংবা পুরকপা অমসুং লোয়নম অমসুং মীনাই ওইবগী মওং কোকহনবা, সম্রাজ্যবাদী অমসুং লোয়নমগী অওং অনৈগী মায়োক্তা হৌখি। লৈবাক মঙ্গুংগী ওইবা রিয়েক্সনারী সরকার অমসুং সম্রাজ্য-বাদীগী লান্দারকপগী মায়োক্তা মীয়াম্না ওসিস্থ রেজিসটেন্স মুভমেন্ট অসি চৎথরি।

**Revisionism**— শিন্নীশিংগী ঈহৌদা সুবিধাবাদীগী লম্বী অমনি। অসুম্না কৌবগী মরমদি মসিনা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী দর-সনিক অমসুং রাজনীতিগী য়ুম্ফমবু লাল্লি হায়না অমুক হন্না হঙ্গৎনা নৈনহন্নবা হোংনৈ।

**Revolution** — ১/ চন্নত্রবা প্রডক্সন রিলেসন অমসুং চাও-খৎলকলিবা প্রডক্টিভ ফোর্সশিংগা অনিগী মরক্তা থেনব লাক্লিবঙ্ মাংহনবা তৌবা সমাজগী ওইবা অহোংবা। মসিনা হান্নগী সমাজগী চৎনবী নিয়ম পুম্বা হোংদোক্লুনা, চাওখৎপা মওংগী পুম্নো নৌবা সমাজগী শক্তি অমা শেম্মী। ২/ হান্না লৈরম্বা থন্না মগুন য়াওবা ষ্টেট অমদগী হেন্না মগুন লৈবা অমদা থংহোং হোংবগী তাক্কক (খুদম ওইনা কলচরেল রিভোল্যুসন, সাইন্টিফিক অমসুং টেক্নোলোজিকেল রিভোল্যুসন)।

**Revolutionary Democracy** — সহরগী পেটি বুর্জজুয়া জৌমী ১সুং লাইরিক লাইগু হৈনা কাংলুপকী য়াম্না এক্তিভ ওইবা পোলিটিকেল ফোর্স অমা, এন্টি-ফ্যুডেল, এন্টি-ইম্পেরিয়েলিষ্ট অমসুং এন্টি কেপিটেলিষ্ট ষ্ট্রগলদা শরুক য়াবিগা পার্টিশিং, ওর্গেনাইজেসনশিং অমসুং কাংলুপশিং অসিগুম্বা কাংলুপশিং অসিগী স্বার্থ ফোংদোক্নুনা থেংনরিবশিং। শিম্মী কাংলুপশিং শেমগৎলকপগী থাকতা লৈরিবা দেশশিংদা রিভোল্যুসনারী ডিমোক্রেসি অসিদা শিম্মীশিংমু য়াওই।

**Revolutionary Situation** — সমাজগী কাংলুপকী শক্তিশিংগী লৈনরক্লিবা মরীদা, রুলিং ক্লাসনা হায়গুম মনিং মথা তৌনা হাইনা হুম্না পানবগী মওংদু ওম্লত্তুনা হোংবা তারকপা, রুলিং ক্লাসকী শক্তিনা শোত্থরকপা অমসুং হেন্না রিয়েক্সনারী ওইরকপগী রাজনিতিগী ফিভম। রিভোল্যুসনারী সিচুয়েসনগী থোইদোকপা মতৌ মওংদি মীয়ামগী অধিকার পুম্বা মংলকপা অওং অনৈ হেনগৎলকপা, মীয়ামগী পেন্দবা হেন্না হেনগৎলকপা অমসুং প্রোগ্রেসিভ ক্লাসকী রাজনিতিগী এক্তিভিটি হেন্না হেনগৎলকতুনা অপাকপা মীয়ামগী রিভোল্যুসনারী এক্সনশিংগী লুচিংবগী থোদাং লৌরকপা ওম্বগী থাক।

**Revolutionary Vigilance** — বীপ্লবকী য়েক্কবশিংবু মশক খঙ্দোকপা ওম্বগী অমসুং মথোয়বু মপুং ফানা থেংনবা ওম্বগী শক্তি। কেপিটেলিজম ১সুং সোসিয়েলিজম অনিগী মরক্তা অকন্বা কাংলুপকী

লড়াই চখরকপদা, মশাগী অচেৎপা ফিরেপ লেংদনা লৌবা ওজগী শক্তি।

**Rights of Nations to Self Determination**— মশাগী ষ্টেটহুদকী মতাংদা মশানা মনিং তৌনা লেপচননবা জাতি পুম্বগী নিংতম্বা অমস্থু থাক মায়না লৌবা যুম্ফম ওইবা লেনিনিষ্ট নেসনেল পোলিসিগী নিতি। জাতিশিংনা মশানা মশাবু সাসন তৌজবগী অধিকার, অতোপ্পা জাতিশিংগী ফেডরেসন্দা য়াওজবগী নত্রগা মন্থদগী তোকপা য়াবগী অধিকার, মশাগী জাতিগী ওইবা ষ্টেট শেমজবগী হক অদু পীবগী নিতি। ইউ এস এস আরদা লৈবাক মমুংগী ওইবা ষ্টেটশিংগী মরকতা লৈনবা মরী অদুগা মীরৈপাক্কী পোলিসিদা মশানা মশাগী মরাইবক লেপচবগী অধিকার অসি সংবিধানা গেরেন্টি তৌই।

**Right to Education**— সোসিয়েলিষ্ট ডিমোক্রেসিগী থ্রাইদগী মপুং ওইবা মচাক অমা অমস্থুং সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী সংবিধানশিংদা য়াওহন্দুনা আইন ওইনা চংনহন্দুনা নাগরিকশিংনা মহৈ মশিং তম্বগী অধিকার ফংহনবা অদুমনি। সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা মহৈ মশিং তম্বগী অধিকার অসি মথল মথাগী জেনরেল এজুকেসনেল স্কুলশিং অমস্থুং হায়র অমস্থুং স্পেসিয়েলাইজ সেকেন্দরী এজুকেসনগী স্কুল কয়াশিং পাক শন্না লিংখৎতুনা মীয়ামদা লেম্না ষ্টেটকী খরচতা শিক্ষা পীদুনা মী ওইবগী পুক্নিংগা অমস্থুং পোৎথোক পুথোকপগী থৌরাংগা মরি লৈননা চথে।

Right to Rest and Leisure—থবক শুবগী মতম কক-থত্থুনা সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেটশিংনা শিন্মীশিংদা পিবা থাইদগী চাওবা খুদোং চাবা অমনি (ইউ এস এস আরদা থবক শুবগী মতমসি চয়োল অমদা শুপ্নগী পুং ৪১ দমকনি)। হেল্থ রিসোর্ট, হোলিডে হোম, টুরিষ্ট সেন্টর, রিক্রিয়েসন সেন্টর অমস্থুং শিন্মীশিংগী অচৌ মুংঙাইনবা পোথানবা খুদোংচাবা কয়া তলব ফংহনবা চহিগী ওইবা ছুটি অমস্থুং পোথাবগী খুদোং চাবা পীবগী মওংনি।

Right to Work— সোসিয়েলিস্ট ষ্টেট অমনা মাগী নাগ-রিকশিংদা শুফম নোম্ফম পীত্থুনা মী ওইনা হিংত্থুনা পান্নবগী সংবি-ধান্না গেরেন্টি তৌবা অধিকার মানা মানা তৌরিবা থবকী চাং ১স্থুং মগুনগী মত্থুংইন্না সরকারনা লেপলিবা অশুমনগী চাংগী মত্থুংইন্না পী মত্থুগা লোয়ন-লোযননা মানা মানা পাম্বা অমস্থুং মশাগা চানবা শিনফম থনবগী অধিকারস্থ পী। সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা, জাতিগী অর্থনিতি অসি সোসিয়েলিষ্ট অর্থনিতিগী মওংদা শাগংপা অত্থুগা প্রডক্টিভ ফোর্সশিংনা তপ্না তপ্না চাওখৎলকপগা লোয়ননা, অত্থুগা শেঙ্গাও পায়বগী সমাজগী ওইবা অর্থনিতিগী ক্রাইসিস ১স্থুং শুম্ফম নোম্ফম লৈতবগী সমাস্যানা মতম চুপ্পগী ওইনা শোক ১৯৩০ দগী মাংহনখিবগা লোয়ননা রাইট টু রাকর্কী রাফমসি মপুং ফানা থবক্তা পাংথোক্তুনা বেকার সমাস্যা পুম্বা লৈত্রে।

Right-Wing Trade Unionism - কেপিটেলিজমগী চৎনবী নিয়ম নিতিগী ফ্রেমরাকর্ মন্থুংদা শিন্মীশিংনা হিংহনবা পানবগী

ফিভম ফগৎহন্নবা অমসুং মখোয়গী অন্দোলনগী মঙৎ পুম্বা শেঙাও পায়বগা য়াননা চৎখবা, ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্ততা য়াম্না সুবিধাদীগী মওং ওইবা লম্বী। শতাব্দী ১৯ শুবগী ময়াই চম্লকপদা, শিন্মী কাং-লুপকী মসুংদা লেবর এরিষ্টোক্রেসি থোরকপনা মরম ওইহুনা, গ্রেট ব্রিটেন্দা রাইট বিং ট্রেড ইউনিয়নিজমগী মওংসি লাকখি। মসিগী মওংসি চৎলিবা শতাব্দী অসিগী হৌরকপদা ইউরোপকী দেশ কয়াদা অমসুং ইউনাইটেড ষ্টেটসতা শন্দোরকখি। মমৈথংদা মসি পুরা ওপোরচুনিস্ট রিফোর্মিষ্টকী লম্বীদা চংখিহুনা শিন্মী কাংলুপকী ইহৌ নমথনবা অমসুং থুগাইনবগী লম্বীরোমদা চংগ্রে।

Russian Revolution – Please See "The Great October Socialist Revolution."



## S

**Strategic Arms Limitation Talks (SALT) –** শোক ১৯৬৯ নভেম্বরদগী হৌনা লেপ্তুনা চৎথরকপা নেগোসিয়েসনগী সিরিজ অমনি, মসিগী ফল ওইনা শোক ১৯৭২, মে থাগী তারিখ ২৬; প্রেসিদেন্ট নিক্সন্না মোস্কোদা ষ্টেট ভিজিট লাকপদা ইউ এস এ অমসুং ইউ এস এস আর অনিগী নৈনরিবা এন্টি বেলেষ্টিক মিসাইল সিষ্টেম অসি ককথনবগী ত্রিটি (সন্ধী) অমদা ওইনা পোলোইখি। মসি ওকেল্লিভ ওইবা খুজু খুলায় ময়াম অমা ককথনবা অমসুং শিজিন্নদনবগা লোয়ননা য়ানখি। সন্ধী অসিনা এন্টি বেলেষ্টিক

মিসাইল অমসুং বেলেষ্টীক মিসাই লঞ্চর কয়া নাকল অনীনা লৈন-রিব অমসুং করি করম্বা মকমশিংদা থমগদগে হায়বা ফাওবদা য়ানখি। য়ানবা অসিনা অমুক্তা মথা তানা নাকল অনিদা লৈন-রিবা সবমেরিন্দা হাপ্পা মিসাইল লঞ্চর ১সুং বেলেষ্টিক মিসাইলশিং অহু করম্বা ডিপ্লোই তৌনগদগে হায়বা কাওবা য়ানখি। সোল্ট ত্রিটি অসিনা পৃথিবীগী অচৌবা শক্তি অনীগী মরক্তা লৈনরিবা নিউ-ক্লিয়ার খুজু খুৎলায়শিং অসি হ্স্কহন্নবদা অচৌবা মতেং ওইবগী মওংদা চংশিল্লকলি। অসিদা নত্তনা পৃথিবীগী অচৌবা শক্তি অনী ওইরিব। ইউ এস এ অমসুং ইউ এস এস আর অনীগী মরক্তা ইন-ভাইরোনমেন্টেল প্রোটেক্সনগী মতাংদসু য়ানবা কয়া পুরকখি।

Satyagraha – সংস্কৃতকী বাহৈ, "থাজনা ওককম্না চংশিন্বা" ভারত্তা অথোরিটিগী মায়োকত্তা অহিংসাগী মওংদা অথিংবা পীহুন চংশিনবা অন্দোলনগী মওংবু থংনৈ। মসি মহাত্মা গান্ধিনা হৌদোক-লম্বনি অমসুং মতুং তাবা ওইনা মাগী মতুংইনবশিংনা ভারত্তা ব্রি-টিশকী সাসন্না লোয়রমদায়দা মীয়াম্না পুলিস অমসুং সিকাইশিংগী মায়োক্তা অহুগা গোরাদা প্রোটুগিজ সাসনগী মায়োক্তা শিজিন্নখি।

SEATO— খা নোংপোক এশিয়াগী দেশশিংগী অপুনবা ডিফেন্সকীদমক্তা সংস্থান অমা শেমখিবগী দেশশিংসিগী মরকত্তা তৌনখিবা সন্ধীনি।

Secession— সংস্থান অমদগী, পার্টিদগী, চর্চ নত্রগা স্টেট অমদগী তোকখিবা তোঙান তাখিবগী থবক। ষ্টেট অমদগী তোঙান

তাখিবগী মওংসি মহৌশানা লাল অমগী মতুংদদা ওইথোকই। ব্রিটেনগী মখাদা কোলোনী ১৪ না তোথাই তাখিদুনা শোক ১৭৭৭ তা ইউ এস এ শেমখি। হায়্না স্পেইনগী লোয়লম ওইরম্বা খা আমেরিকাগী দেশশিংদা। শোক ১৮১০ দা স্পেইন্দগী তোথাই তাখি। শোক ১৮২২ দা ব্রজিলদা প্রে টুগালদগী, শোক ১৮৩০ দা গ্রিসনা টর্কীদগী, শোক ১৮৯৮ দা ক্যুবানা স্পেইন্দগী, কলম্বীয়ানা শোক ১৯০৩ দা পানামাদগী তোথাই তাখি।

Security Council of the United Nations— মসিদা জাতি ১৫ গী মেম্বরশিং (চাইনা, ফ্রান্স, ব্রিটেন, ইউ এস এ অমসুং ইউ এস এস আরনা লেংদবা (পার্মেনেন্ট) মেম্বরশিং ওইনা লৈ ১সুং মসিগী অহানবা থৌদাং অন্তরজাতিক্কী শক্তি অমসুং সিক্যুরিটি ঙাকপনি। নন পার্মেনেন্ট মেম্বর ১০ অসিগী মীহুৎশিং অসি চহী অনীগী টার্মগী মতুংদা থল্লি। ইউনাইটেড নেসনকী চার্টর মখাদা ইউনাইটেড নেসনসকী মেম্বরশিংনা কাউন্সিল অসিগী বারেপশিংবু মপুং ফানা ঙাকবসি যানৈ। সিক্যুরিটি কাউন্সিল অসিনা করিগুম্বা বারেপ অমা লৌবা তারবদি লেংদবা মেম্বর মঙাগী ভোট য়াওনা মেম্বর মাপনগী ভোটনা লেপ্পী। "ভেটো" হায়রগা খংনবা মসিগী নিয়ম অসি ইউ কে, ইউ এস, এ অমসুং ইউ এস এস আরনা শোক ১৯৪৫ গী ফেব্রুয়ারী থাদা য়ল্ট গী এগ্রিমেন্ট মতুংইন্না লেপখিবনি করিগুম্বা খংনবা অমগী মতাংদ, শান্তি ওইনা তাইশিন্নবগী থৌরা চংথরক্কপদা, খংনবদা য়াওরিবা মেম্বর অহুনা ভোট পীবদগী তেংকটি (এক্সটেন) তৌগনি।

সিক্যুরিটি কাউন্সিল অসিনা পৃথিবীগী ওইনা শান্তিদা কি-ন্নরকপা, শান্তি থুগায়রকপা নত্রগা লান্দাবগী থবক চথরকপা পুম্বা শান্দাই তৌগনি। মসিনা অন্তরজাতিকী শান্তি ভাক্লবদা মাগী বা-রেপ অহু পাংথোক্লবদা অমসুং মহু লৈথাই তাহল্লবদা মাগী শক্তিশিং শিজিনৈ। মসিগী মাগী বারেপ অহু পাংথোক্লবদা আর্মদ ফোর্স ফাওবা শিজিন্নবগী (অর্থনিতিগী মরী থদংপা অমসুং কম্যুনিকেসন পুম্বা থদংপগী) নত্রগা, নোংথক, সমুদ্র অমসুং কংফালগী শক্তিশিং পুম্বা শিজিন্নহুনা মরাল তৌরিবা জাতি অহু বারক্লবগী অধিকার লৈ। মেম্বর ষ্টেটশিংনা মরল্লাই ওইনা নত্রগা পুম্বা, সিক্যুরিটি কাউন্সিলনা এক্সন লৌত্রিবা ফাওবা মশা ভাকথোকচবা য়াই।

Segregation— তোঙাল্লা থাইদোক্লুনা থম্বা, দেশ অমগী লৈরিবা জাংকী ওইবা কাংলুপশিংবু নমহুনা থাইদোক্লুনা থম্বগী মওং; সিগ্রেগেসন অসি জাতি অমা নত্রগা জাতি কয়ামকম নত্রগা রেসনেল গ্রুপশিংবু তোঙন থাইদোকপগী থবক্কা লোয়ননা চৎথে। (রিপব্লিক অফ সাউথ আফ্রিকা নত্রগা সাউদ্রন রোডিসিয়াদা আ-ফ্রিকান নেতিভশিংগী মায়োক্তা চৎথরিবা থবকশিং) ডিক্রি, আইন কয়া পাস তৌহুনসু সিগ্রেগেসন অসি ইউনাইটেদ ষ্টেটসতা মপুং ফানা চংশিল্লি।

**Self Determination of Nations— Please See, Right of Nations to Self Determination.**

**Scientific and Technological Revolution—** বিজ্ঞানগী খোংথাংনা হেন্না থুমাং চাওশিল্লকপগা লোয়ননা, মহু

বিজ্ঞানিক ওইবা হেন্না চাওখৎপা মওংদা শিজিন্নদুনা প্রডক্তিভ ফোর্সশিংবু হেন্না মশুন হেনগৎহন্দুনা পোৎথোক পুথোকপগী মওংদা অথুবা অহোংবা অমা লাকহনবগী মও । মসিগী মরুওইবা মতৌ মওংদি, অনৌবা পোৎশিং পুথোকপা অমসু শক্তি অমসুং ইনর্জিগী মতং অনৌবা মওংদা ১সুং মথলশিং শিজিন্নবা (খুদম ওইনা এটোমিক অমসুং থর্মো নিউক্লিয়র ইনর্জি), পেথেক পুথোকপদা ঐটোমেশন অমসুং পাক চাওনা ইলেকট্রোনিক কম্প্যুটরশিং শিজিন্নবা, প্রডক্সনগী মওংদা ফিজিও-কেমিকেল মেথোদ পান্দুনা শিজিন্নবা, মাইক্রো বারল্ডদা বিজ্ঞাননা কুপ্পা হেন্না থিজিনবা [মেটরগী ইলিমেণ্টরী পার্টিকলগী ষ্ট্রকচর থিজিনবা] অমসুং মেক্রো বারল্ড (ইউনিভর্সকী মরমদা) হেন্না কুপ্প থিজিন্বা অদুগা বিজ্ঞান অসিবু ডাইরেক্ট প্রডক্তিভ শক্তিদা ওন্থোকপা অসিনি

সমাজবাদকী মথাদা চথবা এস টি আরগা শেপ্পাও পায়রবা নিতি, কেপিটেলিজমগী মথাদ চৎথবা মওংগ মান্নদে । কেপিটেলিজমগী মথাদা মসিবু মিলিটরী পনথুংগীদমকতা শিজিন্নদুনা হেন্না শেন্দোং তান্নবা অমসুং বেকার সমস্যা হেন্না থোকহন্নবা মরম ওইহল্লি । সমাজবাদ সমাজগী মথাদা এস টি আরনা হেন্না খুমাং চাওখৎলকপগা লোয়্নননা সমাজবাদকী থুদো চাবা, থোকহন থুংলায়শিং পুন্বা পব্লিক ওনর্সিপকী মওং লৈবা, ষ্টেট ইকোনোমিক প্লানিং ১সুং অতৈ হিরম কয়ানা মরম ওইদুনা য়াম্ন থুনা মীয়ামগী হিংহ্নুনা লৈবগী থাক অহু রাংথৎহন্নবদা তেংবাংই ।

Scientific Communism— মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী খ্বাইরগী মপুং ওইবা মচাক অমনি। মসিনা সমাজিক অমসুং রাজনিতিকী মতাংদা শিন্মী কাংলুপকী ইতিহাসিক ওইবা থৌদাং অতু পী। সমাজ অমবু কম্যুনিষ্টকী লম্বীদা অমুক নৌহোনা শেমদোক্লবগী উপায় লম্বী অমসুং মওংশিংতু শেংনা পীবা বিজ্ঞান অমনি। মসিগী থৌদাংশিংগী মখুংদা, কেপিটেলিষ্ট সমাজ অসিবু শোয়দনমক্কী সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমদা ওন্থোকপগী ইতিহাসিক ওইরবা বীপ্লবীক থৌদাং অতু শেংনা পী। পৃথিবীগী ওইনা জাতিগী নিংতম লড়াই অমসুং গনতন্ত্রিক মুভমেন্টশিংদা শিন্মীশিংগী থৌদাং অমসুং শিন্মীশিংনা শুপতুনা পানবগী [ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েট], সোসিয়েলিজম ১সুং কম্যুনিজম শাগৎপগী মতাংদা মরি লৈনবা আইনশিং অতুগা উপায় অমসুং লম্বীশিং অতুগা কম্যুনিষ্ট অমসুং রাকর্স পার্টিশিংগী মরুওইবা ষ্ট্রেটেজী অমসুং টেক্তিক্স অতু ময়েক শেংনা পীরি।

সাইন্টিফিক কম্যুনিজমনা দেশ অমগী থোয়দোকপা লৈরিবা ফিভম অমসুং অবস্থাগী মতুং ইন্না সমাজ অতুদা অহোংবা পুরক্লবগী লম্বীতু লেপ্পী অতুগা মসিগী হেন্না হেন্না চাওখৎহনবগী মওংসি পৃথিবীগী ওইবা বীপ্লবীক অন্দোলনগী লৌশিং জ্বান্দগী লৌই।

Separatism— তোঙান তাবা, তোথাই তাবগী রাথল, করিগুম্বা কাংলুপ অমা নত্রগা লমদম অমবু হেন্না চাওবা ওর্গেনাইজেশন অমা নত্রগা লৈবাক অমদগী খাইদোক্লগা ফগনি হায়না খনবা

অমসুং খাজবগী ৱাফম। মসি রাজনিতিগী ঈহৌশিংসি—মরুওইনা জাতি মচা অমগী মনিং তম্বগী ৱা খনবগা মরী লৈমৈ। ভারতকী অরাং নোংপোক্কী লমদমদা লৈবা রাজ্যশিংনা ভারতকী তোখাই তানিংবগী ঈহৌদা করা চংখরকলি, ঈহৌ অসিগী খোংজংদু হেন্না হেন্না কনখৎলক্লি। মসি তশেংবদি মিংতম্বা মতুং চহি ৩৫ রোমদিদা ভারতকী কেন্দ্র সরকারনা লমদমসিগী অর্থনিতিগী চাওখৎ খোরাংদা খৌশাবীদবা অমুগা কেন্দ্রদা সাসন পাযরিবা রাজনিতি দলশিংগী অনিংবা অপাম্বা মতুংইন্না রাজ্যসিগী সাসন তৌহনবা ১মুং অমোৎপা শেংদবনা মরম ওইদুনা খোকহনবনি। লমদমশিগী প্রজাশিংগী রাখলদা ভারতগী তোখাই তানিংবগী অকম্বা ঈথিলসি চংলকপনি।

Slavery— খোকহন খুংলায়শিং অমসুং মীগা কোন্না মপু ওইরিবশিংগী সম্পত্তি ওইদা খঙ্গা, প্রিমিটীভ কম্যুনিজমগী হেক মতুংদা লাকপা, মীবু খাইদগী লাখিনা সুংশি হৈতনা শুমতুনা চাবগী ইতিহাসকী অহৌবা থাকনি। মীনাইশিংনা পুখোকপা পোখোক-শিং অসি পুরা মীনাই মপুশিংগী ওই অদুগা মপুশিংনা মীনাইশিং অসিবু মথরাই .পান্দবা পোৎচৈশুম শিজিন্নিনিংবা মওংদা অমসুং পীথোকনিংবা মওংদা পীথোকই। মীনায় লোয়বগী প্রথাগী সুক্কমদি মীনাইশিংনা ওই। মীনায় লোয়বগী চংনবীসি আমেরিকান মহা-দেশশিংদা ১৭ শুবা শতাব্দীদগী ১৯ শুবা শতাব্দীগী অহৌবা ফাওবা লৈরম্মী। দেশ খয়দা মসি লোক ১৮৫০ ফাওবা লৈরম্মী। ইউনাইটেড নেশননা লোক ১৯৪৮ দা. লৌখিবা "ইউনিভরসেল

ডিক্লেরেসন অফ হিউমেন রাইট' কী মথাদা যেশা মওংগী ওইবা মীনাই লোয়বগী মওং অমসুং মীনাত কল্লোনবগী কারবার পুম্বা থিংলে। অদুবু মসি সৌশ্বিকশু থার্ড রায়ড দেশশিংদা ততোপ্পা মওং কয়াশিংদা অদুম লৈরি।

Slave Owning System— মীনায় লোয়বশিংনা, মীনাইশিং অমসুং থোকহন-থুংলায়শিং পুম্বা মপু ওইদুনা শুপতুনা পান্বগী ইতিহাসকী অহানবা সমাজগী মংং। মসি প্রিমিটিভ কম্যুন সিষ্টেম্বা লোয়শিল্লকপা। অদুগা ফ্যুডেলিজম্ লাক্লংদায়গী মরক্কী সমাজগী তাককনি।

Slump – পোৎচৈগী দিনান্দ নত্রগ মমলদা হন্থরকপগী মওং, মসি মীয়ামগী লৈবা ভম্বগী শক্তিদা ৎশ্বকপা, থবক ফংদবা অমসুং শেপ্পাও পান্নবা সমাজগী অর্থনিতি ক্রাইসিস মথাদা থোকই।

Social and Economic Formation– সমাজগী পোংথোক পুথোকপগী মওংদ যুম্ফম ওইদুনা লেপ্পা, সমাজগী চাও খং থোংথাংগী চাওখৎপগী অকক্লবা তক্কক অমনি। মসিনা প্রডক্তিভ ফোর্সশিং অমসুং প্রডক্সন রিলেসনগী মতাংদা অমত্তা ওইবা মওংতু উৎলি। মথাগী সোসিয়েল ইকোনোমিক ফোর্মেসন অসি ইতিহাসতা মথং মথং ওইনা লাকখি, প্রিমিটিভ কম্যুন সিস্টেম, স্লেভ ওন্নিং (মীনাই লোয়বগী) সিষ্টেম, ফ্যুডেলিজম, কেপিটেলিজম অমসুং সোসিয়েলিজম অমসুং অরোয়বা থাক্না কম্যুনিজম্ন। মসিগী রাখল অসি অহানবা ওইনা মাক্সিজম্না মখুং লাহল্লকপনি। মসিনা সমাজগী চাওখৎলকপগী থাক অসি অমাদ ৪... কুপ্প নৈনৈ।

**Social being and Social Consciousness** – সমাজগী মেটরিয়েল অমসুং স্পরিচুয়েল আসপেক্টশিং (মতৌ মওং) উৎপা দর্শনিক ওইবা ৱাখলশিং। সোশিয়েল বিইংনা, মেটরিয়েল রেলথ পুথোকপ অসুগা অসিগুম্বা পোৎথোক পুথোকপগী থবক্তা মীয়ামগা লৈনরিবা মওংগী মরিক্তুনি। সোসিয়েল কন্সিয়সনেসনা, রাজনিতি, আইনগী ১স্পুং ধর্ম্মগী ওইবা অৱাংবা ৱাখল মতুগা লোয়ননা সমাজগী ওইবা লমচৎ শাজৎ, ধর্ম্মনচিংবা পুম্বসিগা মরী লৈনৈ। সোসিয়েল বিইংনা সোসিয়েল কন্সিয়সনেসকী থাক্তু লেপ্পী অক্তুবু অকোনবগী-সিনা সমাজ অমা চাওখৎলকপগী ইতিহাসকী ওইবা চাওরবা থৌ-থৌদাংত্ন লৌহ।

Social Chauvinism – অন্তরজাতিক্কী ওইবা ৱার্কিং ক্লাস মুভমেণ্টতা সুবিধাবাদীগী লম্বী অম, মসিবু শোগৎপশিংনা, বুর্জুজুৱাগী চৌভিনিজমগী ৱাখলবু কন্না য়াকথৎলি। শোক ১১১৪-১৮ অহুম্বা লাক্কাওগী মতমদা সোসিয়েল চৌভিনিজম অসি য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলকখি। সেকেন্দ ইণ্টরনেসন্যেলগী অমাম্বা লিডরশিংনা, প্রোলিটরিয়ান ইণ্টরনেসন্যে লজমগী নিত অমু বিশ্বাসঘাট তৌত্নুনা মখোয়না মখোয় মখোয়গী সরকারশিংগী সম্রাজ্যবাদীগী পোলিসি অমু "মখোয়গী মমা লৈবাক ঙাকপগী" নামাদা শোগৎখি।

Social Consumption Funds – সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমদা লৈবা মেম্বরশিংগী মেটারিয়েল অমসুং কলচরেলগী দরকারশিং অমু মপুংফানা থুংহন্নবগীদমক্তা, অশুমনবু মেনথৎলিবা ফন্দাশিং অমু-বুনি। সোসিয়েল কঞ্জুমসনগী ফন্দ অসি লৈরিবা মীশিংগী মীপুম

খুদিংমক্তা নাগরিকশিংগী থবকশিংগী মগুন অমসুং চাংহু য়েংদনা পুন্নমক্তা চপ মান্নবা ফংহল্লি।

সোসিয়েল কন্নুমসন ফন্দ অসি বজেটকী শেনকমদা ম্নাওই। ষ্টেট এণ্টরপ্রাইজশিং ১সুং সংস্থানশিংনা মথোয়গী শেন্দোংগী শকক থর ফন্দ অসি শেন্নবা থাইদোকই— সোসিয়েল, কলচরেল অমসুং হাউসিং কন্সত্রক্সন যন্দনচিংবা। কলেক্তিভ ফার্মশিংনা, কম্যুনিতি অমসুং কলচরেল প্রোগ্রাম অতুগা সোসিয়েল সিক্যুরিটি প্রোভিজন অমসুং মথোয়গী মেম্বরশিংদা অতৈ মেটরিয়েল মতেং পীনবা ফন্দশিং শেমগৎলি।

সোসিয়েল কন্নুমসন ফন্দগী অয়াম্বা শরুক্তি নাগরিকশিংনা পেন্সন, টেম্পররী ডিসএবিলিটি এলাওয়েন্স (মাগী ফংলম্বা তলবকী চাদা চা ফাওবা), মেটরনিটি বেনেফিট, লুহোংব্রিবা মমাশিং অতুগা অচৌবা ইমুংগী মমাশিংদা এলাওয়েন্স, স্পেসিয়েলাইজ সেকেন্দরী অমসুং হায়র স্কুলশিংদা তমলিবা ছাত্রশিংদা পীবা গ্রাণ্টশিং, চহীগী ওইনা ছুটি ফংলকপা মতমদা শিন্মীশিংদা পীবা এলাওয়েন্সনচিংবা পীনবদা শিজিন্নৈ। সোসিয়েল কন্নুমরস ফন্দগী অতোপ্পা শরুক অমনা, শিক্ষাগী থাক খুদিংদা ফ্রি ইডুকেসন, মথল পুম্বগী ফ্রি মেডিকেল সার্ভিস, প্রি-স্কুল ইষ্টাব্লিসমেণ্টশিংদা অঙাং মচাশিংগী শিক্ষা পীনবদা, (মসিদা মমা-মপাশিংনা অপুনবা থরচকী শরুক অহুম থোকপগী অমা ফাওবা পুদে।) লাইব্রেরীশিং, রিক্রিসন সেণ্টরশিং, শান্ন থোংনবগী খুদোং চাবা পীবদা, ইউ এস এস আরদা পীরিবা হাউসিং রেণ্ট অসি পৃথিবীগী মকম অতৈদগী খাইদগী হন্থৈ;

ফেমিলি বজেটকী চাদা ৪-৬ থক্তনি। থবক স্তুবা ওমত্রবা মীওই-শিংদা সোসিয়েল কঞ্জুমসন ফন্দদগী মতেং পীত্নুনা মখোয়শিংবু সমাজদা মীমাঙ্গনা হিংত্নুনা পানবা ওমহল্লি। সমাজবাদনা চাওখৎ-লকপগা লোয়ননা অমস্তুং কম্যুনিজমগী থাক্তা অস্তুম চংশিল্লকপগা লোয়ননা ফন্দ অসি অস্তুম অস্তুম চাওখৎলকলি অমস্তুং সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা লৈরিবা নাগরিকশিংগী দরকারশিং অত্থু থুংহনবদা খ্বাইদগী চাওবা শরুক লৌরি।

Social Democracy— শতাব্দী ১৯ শুবগী লোয়রকপা শরুক্তা, ইন্টরনেসন্যেল ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্টতা থোরকখিবা রাজ নিতিগী লম্বী অমনি। হৌরকপদদি, সোসিয়েল ডিমোক্রেসি অসিনা বীপ্লবীক ফিরেপ লৌরম্মী, সমাজবাদকী ৱাখল শন্দোক্লম্মী অমস্তুং শিন্মী কাংলুপকী মাস ওর্গেনাইজেসনশিং শাগৎলম্মী। অত্থুম ওইন-মক, শত ব্দী অসিগী হৌরকপদা, সোসিয়েল ডিমোক্রেসিগী মপুংদা, রিভিজনিস্ট অমস্তুং স্তুবিধাবাদীগী লম্বী লাকখি। মসিনা মরম ওই-ত্নুনা, ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্টতা, পিলস্থুল এঙ্গন অমস্তুং ইংনা তপ্পা সমাজসি হোংহনবগী লম্বীদগী হেন্তিল্লক্তুনা পুরা বুর্জজুৱাশিংগা ১ত্তা ওইনা শন্দাই তৌনখিত্নুনা, ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্টতা বিশ্বাসঘাট তৌ-বগী থাক্তা চংশিল্লকখি। বুর্জজুৱাগী ৱাখল, ষ্টেট অমস্তুং ডিমোক্রে-সি অসিদি "কাংলুপকী মথক্তা" লৈগদবনি অত্থুগ। সোসিয়েলিজম তায়বসিদি মপুংদা মোরেল অমস্তুং ইথিক্সকী ৱাকমনি হায়বা বুর্জজুৱা প্রচারদা লুপখি। লেনিন অমস্তুং মানা লুচিংব বোলসেভিক

পার্টিনা, সোসিয়েলিষ্ট অমসুং সোসিয়েল দিমোক্রেটিক পার্টিশিংগী স্থবিধাবাদীগী লিডরশিপকী মওংবু কল্লা থেংনখি। শোক ১৯১৭ কী গ্রেট ওক্তোবর্ম সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লবকী মতুংদা, সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিশিংদা য়াওরম্ব। লেফট রিভোল্যুসনারী ইলি-মেণ্টশিং পুম্ব: মচেং তাখিহুনা, কম্যুনিষ্ট পার্টিশিং শেমল্লে, মখোয়-শিং অসি কম্যুনিষ্ট ইণ্টরনেসন্যেলদা (১৯১৯-৪৩) অমত্তা ওইনা পুনখি। ৱার্কিং ক্লাস মুভমেণ্টতা সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিশিং অসিগী স্থবিধাবাদীগী ফিরেপ অসি লৈরবা ফাওবদা, দেশশিংদা লৈরিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিশিং অসিনা, ফেসিজম অমসুং রিয়েক্সনগী মাঙ্গোক্তা থেংনবদদি য়ারিবমখৈ পুম্ন: চংমিন্নবা হোংনৈ। কেপি-টেলিজমগী জেনরেল ক্রাইসিস অসিনা হেল্লা লুশিল্লকপগা লোয়ননা সোসিয়েল ডিমোক্রেট বেঙ্কশিংগী মতুংদা খেনবসি হেনজিল্লক্লি। কেপিটেলিষ্ট দেশশিংদা, নোংম নোংমগী শক্তি হেনগৎলকলিবা অমসুং এক্তিভিটি কনখৎলকলিবা লেফট পার্টিশিংগী ফিরেপনা মরম ওই-হুনা সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিশিং অসিসু মখোয়গী ফিরেপতা অহোংবা লাক্লি। সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিগী লিডরশিংসু, সরকার তরামাপলগী মেম্বরশিং ওইরি অমুগা সরকার কয়াসু মখোয়না লুচিংলি। মসিনা মরম ওইহুনা, মখোয়না শিন্নী কাংলুপকী স্বার্থদা রিফোর্ম কয়াশিং পায়খৎলক্লি। অসিগুম্ব অবস্থা অসিদা, কম্যুনিস্ট পার্টিশিংনা সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক পার্টিশিংগী রিফোর-মিষ্ট রাখল অমু লেপ্তনা থেংনবগা লোয়নন, অসিগুম্বা দলশিং

অসিগা হেন্না শাক চাওনা তেংবাংনতুনা চংশিল্লি অমস্থুং শু-মোয়-লিবা মীয়াম্মী স্বার্থদা হেন্না কনবা মুভমেন্ট শাগংলি।

Soc al Imperialism — সোভিয়েট ইউনিয়ন ১মুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক্শিংবু, মরুওইনা সোভিয়েট ইউনিয়নগী মায়োক্পা এটেক তৌবদা শিজিন্নবা, মাওইষ্ট প্রোপেগণ্ডাগী টর্ম অমনি (মাওই-জমদগী য়েং উ। তাশংবা ওইরিবা. লৈরিবা ফেক্ট পুন্নমক থংশিন্ন-নতুনা মাওইষ্টশিংনা হায়রি মতুদি সোভিয়েটকী ষ্টেট এপারেটস অসি "মোনোপে লী কেপিটেলনা কন্ট্রোল তৌই" অদুগা সোভিয়েটকী ইকোনোমী অসি "ষ্টেট মোনোপোলী কেপিটেলিষ্ট ইকোনোমী" ওইরে। সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা "কেপিটেলিজম অমুক হন্জিল্লক্লে" হায়না মরাল শিরতুনা অদুগা সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী "ডিজেনরে-সন" [লমচং-শাজত্তা হাইথরকপ] গী মরাল শিন্দুনা মাওইষ্টশিংনা রারন্ড সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেম অসি লৈতে হায়না হায়নবা হোৎনরি। মসিগী তশেংবা রাথলদি মথোয়গী পৃথিবী শুপ্নবা হোৎনবগী লুচিংবগী মকমতু লৌনবদা শাজল ওইংন্নবনি।

Socialism — কেপিটেলিজম, শেজ্ঞাও পায়বগী নিয়ম নি-ত্তিবু মতুং শিন্দে কপ। সোসিয়েল সিষ্টেম কম্যুনিজমগী অহানবা থাকনি। সমাজবাদ (সোসিয়েলিজম) গী মথাদা মীবু শুমতুনা চাবা কাংলুপ অদুগা মীনা মীবু শুমতুনা চাবগী নিয়মতু লৈতে, থোকহন খুৎলায়শিং পুম্বা লম্নাই মপু ওইবগী মওংতু মীয়াম্না [পব্লিক] মপু ওইবগী মওংদা ওহোকই, জাতিয়গী ইকোনোমীগা প্লানগা লোয়নমা

চৎথছনা মীয়ামগী হিংছনা পানবগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনৈ। শু-মোম্লিবা মীয়ামগী মথুক্তা শক্তি পুম্বা পায়। সমাজ অসিদা জাতি মশেল মরকতা থংনবা চৈনবা পুম্বা মাংহনব্রে, মুপা মুপী চপ মান্নবা অধিকার লৈ — জাতি মশেল মরী লৈনবদা য়াম্না মরুপ মপাং ওইবা অমস্তুং তেংবাংনছনা চৎথে। সোসিয়েলিজমগী মথাদা, অর্থনিতিগী ক্রাইসিস, বেকার সমস্যা, অওৎ-অনৈ, অয়া-অনং পুম্বা লোয়শিনব্রে অমস্তুং সমাজবাদকী নিতি, "মানা মানা ভমজবা হৈজবগী মতুংইন্না, অতুগা মাগী মাগী থবকী মতুংইন্না" হায়বসি মপুং ফানা থবক্তা পাং-থোকই। পোৎচৈগী অয়েপ্পা মমল লৈহনবা অতুগা অশুমন্না লেপ্পনা হেনগৎপগী মওংসি সমাজবাদকী নিয়ম মথাদা থোয়দোকপা মগুন অমনি। থোকহন খুংলায় পুম্বা মীয়ামগী মথুক্তা লৈবা অসিনা মরম ওইছনা মসিদগী থোরকপা পোৎথোকশিং পুম্বদগী লাকপা শেন্দোং-শিংনা মীয়ামগী লেম্না লাইয়েংনবগী, লেম্না লাইয়িক তমহন্নবগী, অহন ওইরবা মতমদা মতেং পীবগী অমস্তুং সমাজদা হিংবদা মওং চাত্রবা মীওইশিং অতুগা অহন ওইরবশিংদা মতেং পীবা, থাইদগী ওন্থবা মওংগী য়ুমগী ভাড়ানচিংবা শিন্নাশিংদা ফংহনবদা মতুগা লোয়-ননা অশুমনগী চাংনা তপ্পা তপ্পা হেনগৎহনবগী মওংসি সোসিয়েলিষ্ট সমাজগী মথাদা লেংদবা ওইনা লৈহল্লি। সোসিয়েলিজম অসিনা পৃথিবীগী চৎনবী সমাজ অমা ওইরকলি অমস্তুং পৃথিবী অসি মসিনা য়োৎশিল্লক্লি।

Socialist Emolution— সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমদা শু মোম্লিবা মীয়ামগী শেমনিং শানিংবা, থবক হেন্না শুনিংহনবা।

পোকহনবা মওং অমা, পোংথোক হেম্না পুথোক্নবা ; পোংথোক্কী মগুন হেনগৎহন্নবা; লেবর প্রডক্তিভিটি হেনগৎহন্নবা অমস্তুং টেক্নি- কেল প্রোগ্রেস হেনগৎহন্নবগী পনথুংদনি। সোসিয়েলিষ্ট ইমোল্যু- মেণ্ট অ.ইভতা য়াওরিবা টিমশিংনা মখোয়গী পোথোক পুথোকপগী থবক্তা থ্বাইদগী ফল লৈনা পুথোক্নবা য়াশক লৌনৈ, মসি শুমহৌনা চাবা মওং পুন্নদগী মনীং তম্নবা শিম্নীশিংদা কম্যুনিষ্টকী শিক্ষা পীবগী মওং অমনি, অহুগা পোথোক পুথোকপগী অশিল অয়াংগী (মে- নেজমেণ্টকী) থবক্তা দায়ীত্ব লৈনা শরুক য়াহনবগী মওংনি। লেনিন্না শেম্নবা সোসিয়েলিস্ট ইমোল্যুসনগী নিতিদি : মসিগী মীয়ামগী ওইবা মওং, ফল ১স্তুং পোথোক্তা চাংদম্নবগী মওং, চাওখৎপা মওংগী লৌশিং জ্ঞানশিং থবক্তা পানশিন্দুনা শিজিন্নবগী অমস্তুং য়াম্না স্থুং- শিননা মরূপ মপাং ওইনা ভেংবাংনবদা য়ুম্ফম ওইবনি। শোক ১৯৫০ গী লোয়শিন্নকপদা ইউ এস এস আরদা অনৌবা মওংগী সোসিয়েলিষ্ট ইমোল্যুসন অমা থোরকখি। মহুদি লেবরদা কম্যু- নিষ্টকী মিৎয়েং অমস্তুং য়াথল থম্বগী মুভমেণ্টনি। মসিদা শরুক য়ারিবশিংনা "কম্যুনিষ্ট য়ার্ক টিম" অহুগা "সোক য়ার্করনচিংবগী" মিংথোনগীদমক্তা চাংদম্নহৌনা অহেনবা তাৰৈ। সোসিয়েলিস্ট ইমো- ল্যুসন অসি অতৈ সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদস্নু মথল মথাগী মওংদা লৈ।

**Socialist Orientation**— সমাজবাদকী য়ুম্ফম শাগৎ- লক্নবদা, মহুগীদমক্তা ওইথোক্নবা ফিভম শেম্নবগী চাওখৎলক্রিবা

দেশশিং থরদা ইণ্ডিয়া স্টেটকী পে লিসি মসিগী পোলিসি অসিনা অর্থনিতিক অমস্তুং সংস্কৃতিকী লমদা অথুবা চাওখৎ খোংথাং পীতুনা সমাজগী মনুংদা লৈরিবা থোং মায়দবা, শুমতুনা চাবগী মওং, অরা অনং অমস্তুং বেকার সমস্যানচিংবা কোকহল্লি, লৌমীদা লৌকম ফংহল্লি, লৌমীশিংনা মশানা য়ানা কো-ওপরেটিভশিং শেমগৎতুনা পোৎথোক হেনগৎহল্লি, অমস্তুং শু নোমজিবা মীয়াম্বু সংস্কৃতিকী কান্নবতু মপুং ফানা ফংহল্লি।

Socialist Revolution – সমাজগী বীপ্লবকী খ্বাইদগী য়াংবা থাকনি, মসিনা শেঞ্জাও পায়বগী সমাজদগী সোসিযেলিস্ট সমাজ অমদা অহোংবা পুরকহল্লি। সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অমদা, শু নোম্লিবা কাংলুপপু মসিগী অমত্তা ভাইরবা দল মাক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিনা, লমজিংবা অমস্তুং মরুওইবা শক্তি ওই। সোসিয়েলিস্ট বীপ্লবকী মরুওইবা অমস্তুং যেশা দেশ অমদা সোসিয়েলিষ্ট কন্সত্রক্সনগী নির্তিদ: শিন্মী কাংলুপনা লৌমী কাংলুপ অমস্তুং চাওখৎপা লাই-রিক লাইশু হৈবা কাংলুপশিং তেংবাংনতুনা রাজনিতিগী শক্তি মুল্লি অমস্তুং শক্তি অসি শিজিন্নতুনা, শেঞ্জাও পায়বা অমস্তুং শুমতুনা চাবা কাংলুপশিংগী অর্থনিতি পুন্নমক শুপ্নগী মওং মাংহনখি; সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা শাগৎপদা শিন্মী কাংলুপ অমস্তুং মসিগী ভেনগার্ড কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ওর্গেনাইজিং রোল অতু লৌই অমস্তুং মনুংগী অমস্তুং মপানগী কাংলুপকী য়েক্নবা পুন্থদগী মীয়ামগী সরকার অসিবু ঙাকথোক্নুনা মায়পাক্লা সোসিয়েলিজম-রোমদা চংশিলহল্লি।

Socialist way of life – সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংদা শিল্পী-শিংনা লেপ্লিবা পুন্সিগী অপুনবা শক্তম অগম্বুং মওং অহুবুনি। মসিগী মরূওইবা মতৌ মওংদি : মীনা মীবু শুমত্থনা চাবগী মওং লৈতবা, থবক্কী মগুন অমম্বুং চাংগী মতুংইন্না, মেটরিয়েল রেলথ (পোৎশক্কী ওইবা লন-থুম) পুম্বা য়েম্বোকপগী অহুগা অশুমন ফংবগী মওং লৈবা, শু-নোমলিবা মীয়ামগী তশেংবা গনতন্ত্র লৈবা; মথোয়গী অধিকার অহুগা মশা গী ইজৎ সন্মান ঙাকপগী গেরেন্টি তৌবা, হুম্বনা য়েংবা ওৎ নৈবগী মওং পুম্বা লৈতবা, সন্নাক্তগী পোৎথোক পুথোকপগী থবক পুম্বা অপুনবগী স্বার্থদা চাওথংনবা; সোসিয়েলিষ্ট মোরেলিটি চেংনা ঙাকপা; দেশ পুম্বদা লৈরিবা শু-নোম্লিবা মীয়াম পুম্বা অন্তর-জাতিকী অপুনবা অমতা ওইবগী রাথল লৈবা অমম্বুং পৃথিবীগী শান্তিগীদমক্তা অকনবা লড়াই চৎথবা অসিনি। সোসিয়েলিষ্ট রে অফ লাইফ অসি শিম্মী কাংলুপ্পা অতৈ শু-নোম্লিবা মীয়ামগা অমত্তা ওইনা পুল্লগা মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট পার্টিগী লমজিং মথাদা রাজনিতিগী শক্তি পায়রবতদা পুরকপা ওইথোকহল্লি সোসিয়েলিষ্ট রে অফ লাইফকী অর্থনিতিক্কী য়ুম্ফমদি থোকহন খুৎলায়শিং পুম্নমক মী-য়ামগী খুত্তা পায়শিনবা [পব্লিক ওনর্সিপনি]।

Socialization of means of production— থোক-হন খুৎলায়শিং পুম্বা শেঙ্গাও পায়বশিংগী লম্নাই সম্পত্তি ওইবদগী, বীপ্লবীক ওইবা অহোংবা মওংদা সোসিয়েলিষ্ট পব্লিক ওনর্সিপতা শম্বোক্কনা কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা হোংলকপগী ইন্দষ্ট্রি

এগ্রিকলচরনচিংবা পুম্বা সমাজগী ওইনা পুন্না পোংথোক পুথোকপগী মওংদ, চংশিনবা য়ানবগী খোংথাংনি। মসিনা প্রানগী মথান্না পোং-থোক পুম্বা পুথোক্লনা সমাজসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংগী য়াইফন-বদা অমস্থং মখোয়শিংগী মাইকৈ শুনা চাওখৎহন্নবদা শিজিন্নৈ।

Soviet Threat— শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংদা লাক্লিবা খুদোংথিবা পুম্বা সোভিয়েট ইউনিয়নদগী হৌরকপনি হায়বা থাজ-হন্নবা পুথোকপা এন্টি সোভিয়েট প্রোপেগন্দাগী ওইদবা প্রচারনি। অসিগুম্বা ওইথোকত্রবা মরাল অসি সম্রাজ্যবাদীগী এগ্রেসিভ শক্তি-শিংনা মখোয়গী খুজু-খুৎলায় পৈশিনবা লানগী শেম শাবহু চুম্মী হায়না উহন্নবা তৌই। অদুগা লালগী খুজু-খুৎলায় লল্লোনবদগী মিলিটরী ইন্দস্ট্রিয়েল কমপ্লেক্সশিংগী মপুশিংনা হায়নিংঙাই লৈতবা শেন্দোং তাল্লি। তশেংবদি, সোভিয়েট ইউনিয়ন্না কনাগুম্বা ষ্টেট অমতগী লমবু মাগীনি হায়না দাবী তৌরুদে, কনাগুম্বা অমতদস্থু কিহল্লুদে অদুগা কনাগুম্বা অমগী মথক্তা লান্দাগেম্থু থল্দে। য়ার্শো ট্রিটি অমস্থং নাটো অনিগী আর্মদ কোর্সেস অমস্থং খুজু-খুৎলায়শিং শক্তি অসি চাওরাক্লা মান্নৈ। শক্তি অমনা অতোপ্পা অমগী মথক্তা নিউক্লিয়ার খুজু-খুৎলায় অমতা হান্না শিজিন্নরোই হায়না অপুনবা য়াশক লৌমিন্নসি হায়না সোভিয়েট ইউনিয়ন্না প্রস্তাব তৌরিবসি নাটো দেশশিংনা য়াম্না মঙক কন্না য়াত্রি। সোভিয়েট ইউনিয়ন্না মাগী মিলিটরীগী থরচ হেনগৎলকপগী মহুত্তা ককথরক্লি, অদুগা ইউনাইটেড ষ্টেটসকী মিলিটরী বজেত্তি অস্থুম লেপ্তনা হেনগৎলক্লি।

শোক ১৯৭১-৭৫ গী মতমগী মন্নুংদা নাটো দেশশিংগী মিলিটরী খরচ অসি ভবল হেনগংলক্লি। সোভিয়েট ইউনিয়ন অমস্নুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট দেশশিংগী সিমানাদা, ইউনাইটেড ষ্টেটনা মিলিটরী বেজ কয়ামরুম থমজিল্লকলি, মতুদা বোম্বরশিং অচুংবা নিউক্লিয়ার অমস্নুং লোংরেঞ্জ (থাম্না কাপ্না য়াবা) খুজু খুংলায় পুবা সবমেরিনশিং থমজিল্লি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না, অন্তরজাতিকী লৈনরিবা মরীদা শক্তি শিজিন্নদনবা পৃথিবীগী ওইবা সন্ধী অমা তৌননবা, মীয়াম পাক্তক্না হাংপা খুজু খুংলায়শিং শিজিন্নবা থিংননবা, ভুমধ্য সাগরদগী সোভিয়েট অমস্নুং আমেরিকা অনিমক্কী লালগী জহাজশিং অমস্নুং সবমেরিনশিং হন্দোক্লনবা, নিউক্লিয়ারগী খুজু খুংলায়শিং চাংয়েংবগী থবক পুন্না তোক্লনবা অমস্নুং অতৈ শান্তিগী প্রস্তাব কয়াশিংসি তৌরি। অনীশুবা লাঞ্জাও হেক মতুংদগী, সোভিয়েট ইউনিয়ন্না, খুজু খুংলায় থাদোক্লনবা ১স্নুং মীয়ামগী সিক্যুরিটীগীদমক্তা তৌথিবা প্রস্তাব চাম্মগী মথক্তা হেল্লে, ডিসআর্মামেণ্টপু [খুংলায় থাদোক্লসি হায়বা] য়াদবা কাংবু মথল মথাগী মরম পীতুনা ওসি ফাওবদা অমত্তা য়াগ্রি।

Stakhonovite— এলেক্সি ষ্টাখোনোভ কৌবা রাশিয়ান মাইনর অমগী মমিংনি। মহাক্কী থবক তমজনীংঙাই ওইবা, পোৎথোক পুথোকপদা কোটাদগী হেনবগীদমক্তা স্টেট প্রাইজ ফংথি।

Standard of Living— ইতিহাসকী অকক্লবা তাক্লক অমদা করিগুম্বা দেশ অমগী মীয়ামগী মেটরিয়েল, কলচরেল অমস্নুং

সমাজগী ওইবা দরকারশিং অদু থুংহনবা ওঝগী চাং। সমাজ অমদা লৈরিবা মীয়ামগী হিংহনা লৈবগী থাক্তা মওং অদুনা সমাজ অদুগী চাওখৎ থোক্তবাং অদুগা অশোয়বা অশোনবদুগী মরি তাই। খুদম ওইনা ইউ এস এস আরদা শু নোমজিবা মীয়ামগী লেপ্পনা হেনগৎ-লক্লিবা অশুমন অদুগ। হিংবদা চংবা মরু ওইবা পোংচংশিংগী চোয়না য়োনবা মমলনা লেংদন' লৈবা, য়ুমগী ভাড়াদমু (শোক ১৯২৮ দগী হোংদনা লৈরিবা) অদুগ। অতৈ সার্ভিস চার্জশিংদা হোংদনা লৈবনা মরম ওইদুনা হৌখিবা চহি তরামঙারোমগী মথুংসিদা মীয়ামগী অশেংবা ইনকম অদু ডবল ওইহল্লে। ফ্রি মেডিকেল সার্ভিস, মথল খুদিংগী শিক্ষাদা শেল তিংদনা সরকারনা লেপ্পা তমহনবা (ফ্রি এডু-কেসন এট ওল লেবেল) য়াম্না হন্থবা টেক্সশিং (গড়দা ফেমিলিগী ইনকমগী শরুক মঙা থোকপগী অমা) এমপ্লোইমেণ্টকী গেরেন্টি পীবা, অহল ওইরগা পেন্সন পীবা, [চাওরাক্লা মাগী হান্নগী ফংলম্বা তলব নত্রগা অশুমনগী চামদা চাম ফাওবা পীবা], টেম্পররী ডিসএ-বিলিটি এলাউয়েন্সশিং [চাওরাক্লা মাগী হান্নগী টেক্স ফ্রি ওইবা অশু-মনগী চাং ফাওবা য়োনা ফংহনবা], সমাজগী ওইনা মুপা মুপী অনী-মক থাক মান্নানা লৌবা, জাতি অমমুং জাতি মচাশিং পুম্বা চপ মান্নানা লৌবা পুন্নমক অসিন, সোভিয়েট মীয়ামগী ষ্টেন্দার্ড অফ লি-ভিংগী থাক্তু ফোংদোকই।

State— সমাজগী রাজনিতিগী ওইবা সংস্থানগী ইতিহাসকী ওইবা মওং অমনি। থোকহন খুৎলায়শিং লনাই মপু ওইবা অদুগা

সমাজ অসিবু শুমত্তনা চাবা ১মুং শুমত্তনা চাবিরব কাংলুপ অসিদা থাইদোরকপদগী স্টেট অসি থোরকই। সমাজগী মচিন তোংবা কাংলুপ অত্তুগী ডিক্টেটরশিপ ওইবনা, ষ্টেট অত্তুনা আর্মদ ফোর্সকী মতেংনা নমফুগী শক্তি চলাই, মত্তুগা লোয়নননা পুলিস, জুদিসিয়ারী কারাগারনচিংবা পুম্বা সমাজগী মচিন তোংবা শক্তি পায়রিবশিংগী স্বার্থ ঙাক্লবা চলাইনবদা তেংবাংই। পৃথিবীগী অহানবা সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অত্তু শোক ১৯১৭ কী ওক্টোবর থাদা মায়পাক্লা পাংথোকখি-বগা লোয়নননা, শু-নোম্লিবা মীয়াম—লৌমী অমসুং শিন্মীগী মীথলনা থনবা মীহুৎশিংনা শাবা সোভিয়েট [কাউন্সিল] শিংনা সাসন তৌবা স্টেট অমা ওইরকখি। মতৌ অসুম তৌনা ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েট অসি লিংথোকখি। সোসিয়েলিজম মায় পাক্লা দেশ অসিদা শাগৎলকপগা লোয়ননা, সোভিয়েট স্টেট অসি মীয়াম পুম্বগী ওইবা ষ্টেট অমা ওইরকখি। ডিক্টেটরশিপ অফ প্রোলিটরিয়েটকী ইতিহাসিক ওইবা মাগী থৌদাং অত্তু পাংথোকপা লোয়রত্তুনা মত্তুগী মহুত্তা, সোভিয়েটকী মীয়াম পুম্বগী মীহুৎ য়াওরবা পিপলস ডিপুটীজশিনা শিন্দোকপ্রে।

State Monopoly Capitalism—য়াম্না হেম্না চাওখৎলবা অনৌবা মওংগী মোনোপোলী কেপিটেলিজম। মসিদা মোনোপোলীশিংগী শক্তিগা, ষ্টেটকী শক্তিগা অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা, মোনোপোলীশিংনা হেম্না শেন্দোং তান্দুনা, হেম্না ইনাক খুনগংলি অমসুং শিন্মী কাংলুপ অমসুং জাতিগী নিংতম লড়াইশিং নমথে।

কেপি'টেলিজমগী জেনরেল ক্রাইসিসকী মতমদা, ষ্টেটকী পৱার অহূনা ইম্পারিয়েলিজমগী থাক্তা চংলক্লুনা ষ্টেট মোনোপোলী কে-পিটেলিজমগী মওংসি লৌরকই।

য়াম্না তাশিল্লবা ইন্দষ্ট্রিগী মওং অমসুং য়াম্না সেন্ট্রেলাইজ তৌ-রবা কেপিটেল [প্রাইভেট মোনোপোলী কেপিটেল অমসুং ষ্টেট কেপিটেল] অসিনা ষ্টেট মোনোপোলী কেপিটেলিজমগী অর্থনিতিগী য়ুম্ফম ওই। এস এম সিগী মওংদি, থোকহন-থুংলায়শিং থম্না ষ্টেটনা পায়শিনবা, পে.ংচৈ য়েন্থ কপগী থবক্ত ষ্টেটনা অরৈবা ১সুং অয়োনবা ওইনা শকক য়াবা, ষ্টেটনা শেল থাদবা, অর্থনিতিদা ষ্টেটনা শিনবা অমসুং প্রোগ্রাম য়াংপা অহূগা মীরৈপাক্তা মোনো-পোলীশিংগী অর্থনিতিগী এক্সপান্সনগীদমক্তা ষ্টেটনা শরুক য়াবা [ইউরোপিয়ান ইকোনোমিক কম্যুনিতিদা য়েংউ]। বুর্জজুরা ষ্টেট মেছিন্নারীগী মরুওইব মেম্বরশিংগ, মোনোপোলীশিংগী মকোক-শিংগা এস এম সিগী মথাদা অমুক হেন্না চেংশিনবা হেঞ্জিল্লি অমসুং সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লব অমা লাকহন্নবগী দরকার লৈবা মচাকতু লাক-হল্লি অমসুং সম্রাজ্যবাদীগী কন্ট্রাদিক্সন অহূ অমুকা হেন্না হেঞ্জিলহল্লি অমসুং শেঞ্জাও পায়বগী নিয়ম শিতি অহূ লৈথা তাহন্নবদা থুজিল-হল্লি।

**State Capitalism**— দেশ অমগী অর্থনিতিকী চাওখৎ খোংথাং থুগংহন্নবা কেপিটেলিষ্ট ষ্টেটশিংনা পায়থংপা থৌরাংগী মওং। দেশ খরদা প্রি-মোনোপোলী কেপিটেলিজম্যা লাক্লমদায়

মমাংগী মতমদা ষ্টেট কেপিটেলিজমসি যাম্ন' পাক চাওনা লৈরকই। চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদনা ষ্টেটনা মপু ওইবা এণ্টরপ্রাইজশিংগী মতেংনা জাতিগী ইন্দষ্ট্রী অমু চেৎশিলহল্লি অমস্তুং মশাগী মনিং তম্না অর্থনিতি লৈহন্নবদা তেংবাংই। কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা চংলকপগী তাঙ্গাদা, প্রোলিটরিয়ান ষ্টেট অমনা শু-নোম্লিবা মীয়ামগী শ্বার্থদা, কন্সেসনগী মওংদা, ষ্টেটনা মপু ওইবা এণ্টরপ্রাইজশিং শান্দোক্লুনা, পুম্না চলাইমিন্নবা এণ্টরপ্রাইজশিংনচিংবা শিজিন্নহন্দুনা ষ্টেট কেপিটেলিজমগী নিয়মসি শিজিনৈ।

State Sector – জাতিগী অর্থনিতিগী সেক্তর অমা, মসিদা ইন্সটিট্যুসন অমস্তুং এণ্টরপ্রাইজশিং অমুগ থোকহন খুৎলায়শিং ষ্টেটনা মপু ওইবনা মরম ওইদুনা, মদুদগী লাকপা ইনকমগী শরুক থরা ষ্টেটনা লৌই অমস্তুং সাসন তৌরিবা রাজনিতিগী শক্তি পায়রিবা কাংলুপ অমুগী শ্বার্থদা শিজিনৈ। সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেটশিং ১স্তুং চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা ষ্টেট সেক্তর অসিনা জাতিগী অর্থনিতি ফগৎহন্নবগী মরুওইবা উপায় অমস্তুং যুক্তম ওই।

Strike breaker— শেল্লাও পায়বগী এজেণ্টনা নেকপা ষ্ট্রাইক অমদা য়াও হায়বা য়ানবা, ময়ামগী একটাবু থুগায়নবা খুৎলায় ওইনা শিজিন্নবা নত্রগা ষ্ট্রাইক তৌরিবা শিন্মীশিংগী মহুত্তা থবক তৌহনবা বিশ্বাসঘাটক মীওই। অমত্তুনা চারিবা মীওইশিংগী মায়োক্তা চথবা শিন্মীশিংগী অন্দোলনবু থুগায়বা বিশ্বাসঘাটক।

Super Powers – ডিক্টাউণ্টকী মায়োক্তা লৈবা, পৃথিবী অসিগী লাইবক লেপকদৌরিবসি সোভিয়েট ইউনিয়ন অমস্তুং

ইউনাইটেড ষ্টেটস অনিগী মথুক্তা লৈরে হায়না হায়জিন্দুনা অনীমক্তা চপ মান্নবা মরাল শিনবা গোংনরিবা রিভিজনিস্ট অমস্তুং ওপোর্চু-নিষ্টশিংনা শিজিন্নবা টার্মনি। মীয়ামগী অনিংবগী মায়োক্তা মখোয়না হুমহুনা পুবা য়াব কাংলুপ শেম্নবগী চলাকনি। নাকপাক তানা চাওনা থেনরবা সোভিয়েট ইউনিয়ন অমস্তুং ইউনাইটেড স্টেটস অনিনা ইল্লিব পোলিসিশিং অসিদু থংশিন্নদনা, শু-নোম্লিবা মীয়ামগী সেম্পেথী অহু সোভিয়েট ইউনিয়নদগী থাইদোক্নবা হোংনবগী মা-লথনি। রারল্ড কম্যুনিষ্ট মুভমেণ্ট অমস্তুং ডিটাউণ্টকীদমক্তা থেংন-নরিবা লড়াইবু হন্থনা লৌহম্নবা, পেসিমিজমবু য়োকথংপা, সম্রাজ্য-বাদীবু য়াদবা শক্তিশিংবু থোমদোক্নবা তৌবা থৌওংনি ( See Three Worlds Theory).

Supreme Soviet of the USSR – ইউ এস এস আরগী ষ্টেট অথোরিটিগী খ্বাইদগী রাংবা বোডীনি। মসিদা ইউ এস এস আরগী ওমথৈগী মতুংদা থোরকপা তৌবা হিরম খুদিং অদুগা দেশ-সিগী সংবীধান্না পীরিবা পুম্বা পাংথোক্নবগী শক্তি পী। মসিদা চেম্বর অনি লৈ, সোভিয়েট অফ দি ইউনিয়ন অমস্তুং দি সোভিয়েট অফ নেসনেলিটিজ, অনিমক অসি চপ মান্নবা অধিকার অমস্তুং চপ মান্নবা মশিংগী ডিপুটিজশিং লৈ। মসি চহি ১৮ শুরবা সোভিয়েটকী নাগ-রিকশিংনা (অঙাওবনি হায়না সার্টিফাই তৌরবা মীওই নত্তনা) চহি মঙাগীদমক্তা ওইনা ভোটনা খল্লি। ভোটকী মওংদি ইউনি-ভর্সেল, ইকেল অমস্তুং ডাইরেক্ট সফ্রেজ, সিক্রেট বেলোট সিষ্টেমগী

মওংনি। নাগরিক অমবু ডিপুটি অমা ওইনা মীখলদা খল্লবগীদমক্তা মহাক অসি চহি ২১ শুবা ত্তাই। শোক ১৯৭৯ গী মার্চতা খনখিবা, ইউ এস এস আরগী সুপ্রিম সোভিয়েটতা শিল্মী ৫২২ অহুগা লৌমী ২৪৪ – অপুনবা ডিপুটিশিংগী মশিং ১,৫০০ গী চাদা ৫১.১% য়াওই। অতৈনা ওফিস এমপ্লোইয়ীশিং পার্টি ফংসন্নরিশিং, সিভিল সার্ভেন্টশিং, বিজ্ঞানগী, কলচরগী, পব্লিক হেলথকী লমদা থবক তৌবা ৱার্করশিংগী মীহুৎশিংনি। মীহুৎশিং পুম্নমক কম্যুনিষ্ট অমসুং নন-পার্টি মীওইশিং অসিগী হৌরকফম অসি ৱার্কর নত্রগা পিজেন্ট (লৌমী) কী বেকগ্রাউন্দ লৈ।



# T

**Tashkent Agreement** সোভিয়েট ইউনিয়ননা মেডিয়েট তৌরগা, শোক ১৯৬৬ জানুয়ারীদা ভারত অমসুং পাকিস্তান অনিগী মরক্তা তৌনখিবা সন্ধিনি। সন্ধি অসি পাকিস্তানগী প্রেসিডেন্ট আয়ুব খান অমসুং ভারতকী প্রধান মন্ত্রী লাল বাহাদুর শাস্ত্রী অনিনা সহি তৌখি। সন্ধি অসিনা শোক ১৯৬৫ দা কাশমীরগী মতাংদা ভারত অমসুং পাকিস্তান অনিগী মরকতা থোকখিবা লাল অহু লোইশিনহনখি অহুবু মসিনা কাশমীরগী সমস্যাদি লোইশিনহনখিবা নত্তে। মসি ইউ এন সিকুয়রিটি কাউন্সিলগী এজেন্দাদা অহুম লৈখি।

**Teheran Conference**— শোক ১৯৪৩ গী নভেম্বর ২৮ দগী ডিসেম্বর ১ ফাওরদা পার্সিয়াগী সহর টেহরান্দা ইউ এস এ গী প্রেসিডেন্ট ফ্রাঙ্কলিন ডিঃ রুজভেল্ট, ইউ কে গী প্রাইম মিনিস্টর বিন্সটন চর্চিল অমসুং ইউ এস এস আরগী মার্সেল ষ্টেলিন অহুমগী মরকত্তা তৌরম্খিবা মিটিংনি। মিটিং অসিগী মতুংদা থোকখিবা অপুনবা ৱুবিতি অসিনা হিটলার জর্মনীগী শক্তিবু মায়থিবা পীননবা থৌরাং অমসুং জর্মনীগী মথক্তা থ', নোংচুপ অমসুং নোংপোকতগী লান্জানবগী টাইমিং অহু য়ান্নহুনা লেপখি।

**Technocracy**— টেক্নিসিয়ানশিংনা চলাইবা সরকার। অর্থনিতিক অমসুং রাজনিতিকী শক্তি অসি মপুশিংদগী অনেকপা মেনেজর অমসুং স্পেসিয়েলিষ্ট টেক্নোক্রেটশিং (ইঞ্জিনিয়ার, টেক্নিসিয়ান অমসুং সাইন্টিষ্টশিং) না মপু ওইরকপগী রাফমবু শোগৎপা ডোকত্রিন্নি

**Technological Determinism**— সমাজগী চাওথং খোংথাং অসি টেক্নিকেলগী খোংথংদনা লেপ্পী। প্রডক্টিভ ফোর্সশিং অমসুং প্রডক্সন রিলেসনগী চাওথংপা অহোংবগী মতুংইন্না লেপতে হায়বনা শোগৎপা ডোকত্রিন্নি। মসিগী ডোকত্রিনাশিংবু শোগৎপশিংনা নাপাক তারবা সমাজ অমদা সমাজগী অহোংবা পুরক্লবদা কাংলুপকী লড়াইনা লৌরিবা থৌদাং অসিবু য়াদে।

**Terrorism, Terrorist**— কাংলুপ নত্রগা দল অমগী রাজনিতিগী পনথুং অহু পাংথোক্লবগীদমক্তা হিংসা ১স্সং কিহনবগী থবক

তৌবা, মসি সরকার অমগী মায়োক্তা সরকার অহু থুগায়নবগী-দমক্তন্মু চংথৈ। অসিগুম্বা থবক চংথরিবশিংবু সরকার অহুনা টে-রোরিষ্টনি হায়না উহম্নবা হোংনৈ অহুগা সরকার অহুগী মায়োক্তা অসিগুম্বা হিংসাগী থবক চংথরিবশিংনা মখোয়বু, পার্টিসান, নেস-ন্যেলিষ্ট নত্রগা রেসিষ্টেন্স ফাইটর রিভোল্যুসনারী হায়না কৌ-হন্নীংই।

ফিহনবা, ফিজিকেল ভাইওলেন্স, হাংপা তুপ্পা কাওবা য়াওনা রাজনিতিগী লাম্বাশিংগী মায়োকতা চংথবগী পোলিসিনি। টেরো-রিজম অসিবু মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিংনা কন্না নিন্দা তৌই মরমদি মসিনা সমাজগী সমস্যা অমত্তা সোলভ তৌদে।

Third Reich— শোক ১৯৩৩ দগী ১৯৪৫ ফাওবা জর্ম-নীদা লৈরম্বা সরকার। মসিগী রাইহ অসি, জর্মন নেসনেলিষ্ট রাই-টর, মোল্লার ভান দেন ব্রুক্কা মাগী লাইরিক, ডাস ত্রিটি রাইক (শোক ১৯২৪ দা ফোংবা) হায়বা লাইরিক্তুদা পুত্তুনা শিজিন্নবা রাইহনি। অহান্বা রাইকনা গোলী রোমান এম্পায়ার [৯৬২-১৮০৬] অহুগা অনিশুবা রাইকনা বিসমার্কনা শোক ১৮৭১ দা লিংখৎলম্বা অমসুং কাইজর রিলিয়ম ডি সেকেন্দনা শোক ১৯১৮ দা নিংখৌ খুভম থাদোকখিবনা লোইশিনখিবা অহুনি। নাজীগী লুচিংবা এদোলফ হিটলারনা থার্ড রাইক অসি চহি লিশিং অমা হিংগনি হায়না আশা তৌজরম্বনি।

Three Worlds Theory— চীনাগী লুচিংবশিংনা শোক ১৯৭৪ দা পুথোরকপা রাজনিতিগী ডোকত্রিন্নি। মসিগী

ডোকত্রিনদিগী মতুংইন্না, সোভিয়েট ইউনিয়ন অমসুং ইউনাইটেড ষ্টেটসনা "ফাষ্ট ৱারল্ড" ওইনা থম্মী ; জপান, ইউরোপ অমসুং কানাডা "সেকেন্দ ৱারল্ড অমগা এশিয়া, আফ্রিকা অমসুং লাটিন আমেরিকানা "থার্ড ৱারল্ড" ওইহল্লি। মসিগী খুংগেন্না নমফুদা পৃথিবীবু অহুমথোক্না থাইদোকপা মওংসিগা পথিবীগী ওইনা লৈনবিবা ক্লাস কে স শিং অসিগা চানদে মরমদি ৱারল্ড রিভোল্যুসনগী প্রোসেসকী মকুওইনা লেংহল্লিবা শক্তিদ ৱর ড সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেম, ইন্টরনেসনেল ৱার্কিং ক্লাস অমসুং নেসনেল লিবরেসন মুভমেণ্ট অসিনি। ৱারল্ড সোসিয়েলিজম্না ৱারল্ড কেপিটেলিজম্বু থেংনরিবগী তঙ্গেংবা সমস্যাশিং অসি থংশিন্নদনা, অহুগ ইন্টরনেসনেল প্রোলিটরিয়েটনা পৃথিবীগী বুর্জুৱাশিংগী মাযোকতা চংথরিবা লড়াই অসিবু উশিন্নদনা, অহুগা ৱারল্ড রিভোল্যুসনগী প্রোসেসকী সমস্যা অসিবু থোশাদনা "থার্ড ৱারল্ড থিওরীবু" হৌদোকপা চীনানা, সম্রাজ্যবাদীনা হেক হিংলিনমখৈ ইমালৈপাকপু হ কথোকপগী থৌদাং অসি তৌদবা য়াদ্রবা লেংদ্রবা থৌদাংনি হ য়াদ হায়রি। মসিমক পৃথিবীগী ওইবা বীপ্লবীক প্রোসেস অসিগী তঙ্গেংবা ওইরিবা ফিভমবু থংশিন উশিন্নদবনি। মসিনী থিওরী অসিবু পুথোরক্লিবশিংনা "সেকেন্দ" অমসুং "থার্ড" ৱারল্ডদগী মিয়ামশিংদা মথোয মশাবু "ফাষ্ট ৱারল্ড"গী "সুপর পাৱারশিংদগী" মশা ডাকথোকচনবা অকনবা ৱার্নিং তৌরি। মথোযগী মত মতুংইন্না, ইউনাইটেড ষ্টেটস অসি ইতিহাসকী তাঙ্কক মতুইন্না, শিথরক্লবা শক্তিনি অহুগা

ইউরোপকী শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংসিনা অনিশুবা থাকী শক্তি-শিংনি অহুনা পৃথিবীগী রাজনিতিগী ইথিলদা থোয়না ইনফ্লুয়েন্স লৈড়ে। মসিগী মতুংগী অর্থদি, তুংগী অ শ. লৈরব্রা কেপিটেলিজম অসিনা মরুওইবা য়েক্লবা নত্রে, পৃথিবীগী চাওখৎপা অহোঙবা পাম্বা, গনতন্ত্রিক শক্তিশিংবু লমজিংলিবা, নিংতম লড় ইগীদমক্তা শোগৎলিবা সোভিয়েট ইউনিয়নসিনা মরুওইবা য়েক্লানি অসিনি। মসিগী থিওরীসিএক থবক ওইনা পাংথোক্লবগী লাম্তোং চীনাগী মাওইষ্টশিংনা লৌরি অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়নগী মায়োকত যোংনা মাংননবা কয়া তৌরি।

Trade Unions— ফেক্টরীদা, কারখানাদা, সার্ভিস অমসুং অতৈ এন্টরপ্রাইজ কয়াদ, মখোয়গী শু-নোম্বগী থবকী পুন্সিদা অমত্তা ওইনা চঙী লৈনহুনা, মখোয়গী অপুনবা স্বর্থ ঙাক্লনবা শেম্বা শিন্নীশিংগী ওইবা মীয়ামগী সংস্থাননি। ট্রেড ইউনিয়ন অসি সর্ব্বহারাশিংনা শেঙ্গাও পায়বগী শুংহুন চাবগী মায়োক্তা অহুগা মখোয়গী হিংহুনা লৈবগী অমসুং শুফম নোক্ষাগী ফিভম হেন্ন ফগৎহন্নবগী লেপতুনা চৎথরকপা লড় ইগী মখাদা শোক্লকপনি। ঙসিদি পৃথিবীগী ট্রেড ইউনিয়ন মুভমেন্ট অসি অন্টরজাতিকী শিন্নী কাংলুপকী আন্দোলনগী থানবা য়াত্রবা শরুক অমা ওইরে। অন্টরজাতিকী ওইবা মরুওইবা ট্রেড ইউনিয়ন এসোসিয়েশনশিংদি শোক ১৯৪৫ দা লিংথৎখিবা রারল্ড যেদরেসন অফ ট্রেড ইউনিয়ন্স অমসুং ইন্টরনেসন্যেল ডিমোক্রেটিক এসোসিয়েসন অফ ট্রেদ ইউনিয়ন শোক

১৯৪৯ দা লিংখৎখিবা ইন্টরনেসন্যেল কনফেডরেশন অফ ফ্রি ত্রেদ ইউনিয়ন্স, মসিনা রিফোর্মিষ্ট ত্রেদ ইউনিয়ন সেন্টরশিংগী অপুনবা সং-স্থাল্লি অতুগা শোক ১৯২০ দা লিংখৎখিবা ব্রান্ড কনফেদরেশন অফ লেবর অতুগা শোক ১৯৬৮দা ইন্টরনেসন্যেল ফেদরেসন অফ খৃষ্টিয়ান ত্রেদ ইউনিয়ন্স হায়না অমুক মমিং হুন্না থোনখিবসিনি। মসিগী মথক্তা অন্টরঙ্গ তিকী অতুগা রিজন্যেল ত্রেদ ইউনিয়ন এসোসিয়েশন কয়াম্স লৈরি।

Transition Period from Capitalism to Socialism — শেল্লাও পায়বা সমাজ অমবু সমাজবাদকী সমাজ অমদা ৰীপ্লবীক ওইব মওংদা হোংদোকপগী অওনবগী তাঙ্ককনি মসি শিন্মী কাংলুপ্পা শু নোম্নিবা লৌমী কাংলুপ অতুগা অতৈ শু-নোমতুনা হিংবা কাংলুপ্পা পুন্না তেংবাংনতুনা রাজনিতিগী শক্তি পায়রবা মতুংদা শাগৎলি অমস্তুং কম্যুনিষ্ট সমাজগী অহানবা থাক সমাজবাদ শাগৎপা লোয়বগা লোয়ননা লোয়খি। শক্তি পায়রবা মতুংদা শিন্মী কাংলুপ্পা অসিগুম্বা অহোঙবা তাঙ্কক অসিগী মরুওইবা থৌদাংতু পাংথোকই। মসিনা শেল্লাও পায়বগী প্রদক্সন রিলেসনগী মওংসি সমাজবাদকী ওইবা মওংনা শিন্দোকই, মথং মথং ওইনা অপিকপা থাকী পোথোক পুথোকপগী মওংবু অচৌবা পাক চাওবা মওংগী অপুনবা সোসিয়েলিষ্ট প্রদক্সন্দা ওন্থোকই, মেটরিয়েল অমস্তুং টেক্নিকেল রিভোল্যুসনগী মতেংনা ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজ তৌতুনা সমাজবাদকী য়ুম্ফম শেমগৎলি অমস্তুং জাতিগী অর্থনিতি চেৎশিলহল্লি। মসিনা

মথল মথেলগী মোডস অফ প্রদক্সন অত্তু মাংহনখি [ইকোনোমী, মলটিমোডালদস্থু য়েংউ), শুমত্থুনা চাবা কাংলুপ পুম্বা মাংহনখি, শুমত্থুনা চানবগী মচাক পুম্বা লৈহনদে অমস্তুং কলচরেল রিভোল্যুসন অমা পাংথোকই।

সমাজবাদকী লম্বীদা খোংদারকপা মীয়াম পুম্বা অত্থুগা সমাজবাদ শাগৎলকপগী লম্বীদা, পুম্নমক্না সোভিয়েট ইউনিয়নগী এক্সপেরিয়েন্স অসিদগী অচৌবা পাড় তম্মী ১স্থুং মখোয় মখোয়গী দেশকী ওইরিবা ফিভম অমস্তুং ইতিহাসকী ওইবা মওংগা চাননবা পান্দুনা শিজিন্নৈ।

Trotskyism – ২০ শুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুকতা খোরকখিবা লিওন ত্রোস্কিগী (১৮৭৯-১৯৪০) মমিং লৌত্থুনা থোনবা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু য়াম্না কল্লক-য়েংথিনা লৌবা পেটি-বুর্জজুবা ওপোর্চুনিষ্টকী ওইবা মিৎয়েংনি। মহাক্না রিভোল্যুসনারী রাজাও ভাংত্থুনা, শিন্মীশিংগী বীপ্লবীক লড়াই অসিবু শেরান্নবা লমজিংনবা হোৎনরম্মী অমস্তুং নাকোইননা বুর্জজুবা রিয়েক্সনারীশিংবু তেংবাংত্থুনা রাকিং ক্লাসকী ঈহৌবু নমথনবা হোৎনরম্মী। ত্রোস্কাইটশিংনা শিন্মীশিংগী ওইবা মার্ক্সিষ্ট পার্টি অমা শেম্ববু কন্না য়েৎলম্মী অমস্তুং বীপ্লব অমা পাংথোকপদা প্রোলিটরিয়েটকী লমজিংবা ওইবগী থোদাংবু য়াদে। প্রোলিটরিয়েটকী বীপ্লবীক ওইবা তৌবা ঙম্বা শক্তিবু মখোয়না য়াদে, মসিবু মখোয়না রাখল মপুং ফাদবা, আইদিওলোজিকেল্লি ইমমেচ্যর ওই হায়না হায় অত্থুগা শিন্মী অমস্তুং লৌমী

অনিগী বীপ্লবিক এলাইয়েন্সপু দরক র ওইদে. লৌমীশিংনা শিন্মী-শিংবু বীপ্লবতা বিশ্বাসঘাট তৌহুনা য়েক্রবা 'ইরক্কনি হায়না ফোংদোকই। মখোয়না জেনরেল ডিমোক্রেটিক মুভমেন্টপু থাজ্জদে অতুগা ষ্টেটশিংগী মরকতা ইংনা তপ্পা হিংমিন্নবা (পিসফুল কো এক-জিটেন্সকী) রাকমবু য়াদে। গনতন্ত্রগীদমকতা থেংনবসি লাম্বোকপ্রবা দরকার লৈত্রবা থাকনি হায়না মখোয়না হায়। ঙসিগী যুগসিদা, ত্রে স্কাইটশিংগী রাথল অসি দেশ খরদা ওইরোমদা কা হেন্না চংপা এডভেঞ্চরিষ্ট গ্রুপশিংনা ইল্লি। মখোয়গী অসিগুম্বা কা হেন্বা থৌনা ফবা উৎপগী থবকসিনা অন্তরজাতিকী ওইবা শিন্মীগী ইহৌদা অচৌবা অপনবা অথিংবা পীহল্লি।

## U

Unemployment – শেজ্জাও পায়বা সংসারগী থানবা য়াত্রবা তোপ তোপ্পা মতৌ মওং অমনি। মকম অসিদা শুফম নোম্ফম লৈত্রবা শিন্মীশিংনা লেবরগী আর্মী রিজার্ভ ওই। থবক শুফম নোম্ফম লৈতবনা মরম ওইদুনা সমাজগী ওইবা সমস্যা কয়া লাকহল্লি। জাতিগী অর্থনিতি চাওখৎনবগী লম্বীদা অচৌবা পল ওই। থোকহন খুৎলায়শিং পুম্বা পল্লিক ওনর্সিপতা ওম্বোকখিবদগী অমস্তুং চাং নাইনা থৌরাংগী মথাদা জাতিগী অর্থনিতি চাওখৎহন্বনা মরম ওইদুনা সোভিয়েট ইউনিয়নদা শুফম নোম্ফম লৈতবগী, থবক

ফংদবগী সমস্যাসি শোক ১৯৩০ গী লোইশিল্লকপদা মতম চুপ্নগী ওইনা দেশশিংদগী মুথংলে।

Union of Soviet Socialist Republics [USSR] —মীওইবা সমাজগী ইতিহাসতা ইহান হান্না লিংখৎখিবা সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেটনি। মসিনা ইউ এস এস আরদা লৈরীবা শিন্মী, কৌমী অমস্থুং ইন্টেলিজেন্সিয়া, জাতিশিং অমস্থুং জাতি মচাশিংগী অনিংবা অমস্থুং স্বার্থ হু কোংদোকই অমস্থু ঙাকই। ইউরেশিয়া লাল্লা শনদোক্লুনা ইউ এস এস আরনা স্কয়ার কিলোমিটর ২২,৪০০,০০০ গী লম কল্লি। মসি [ইউনিয়ন অফ সোভিয়েট সোসিয়েলিষ্ট রিপব্লিক] শোক ১৯২২ গী ডিসেম্বর ৩০ দা, রাশিয়ান ইউক্রেনিয়ান, বাইলোরাশিয়ান অমস্থুং ত্রান্সককেসিয়ান সোভয়েন রিপব্লিকশিং অসি ভলুন্টরী ওইনা অমত্তা ঙাইরবা সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেট অমদা শেমখিবনি। ঙসিদি ইউ এস এস আর অসিদ ফেদরেল ইউনিয়ন রিপব্লিক ১৫ শুরে অদুগা মীশিংনা ২৬২,৪০০,০০০ [জানুয়ারী ১৯৭৯] দা শুরে। কোন্নুংনা মোস্কোনি। ইউ এস এস আরদা শক্তি পুম্নমক মীয়ামগী মখুত্তা লৈ, মতু ইউ এস এস আরগী রাজনিতিগী য়ুম্ফম ওইরিবা, সোভিয়েটস [কাউন্সিলস] অফ পিপলস ডিপুটিজগী মতেংনা চলাই। সোভিয়েট সমাজদু অদুগা দেশসিগী রাজনিতিগী সিষ্টেমগী মযোন ওইরিবা, ষ্টেট অমস্থুং পব্লিক সস্থাশিং পুম্নমক লমজিংবা অমস্থুং হিমাম্ন চুম্লিবদি কম্যুনিষ্ট পার্টি অফ সোভিয়েট ইউনিয়ননি। ইউ এস এস আরগী অর্থনিতিক সিষ্টেমগী য়ুম্ফমদি, থোকহন থুংলায় পুম্বা ষ্টেটকী প্রোপর্টি (লন-থুম) ওহোক্লুনা, সোসিয়েলিষ্ট

পব্লিক ওনরসিপ লিংখৎপনি। জাতিগী অর্থনিতি শেম্নগৎ শাগৎপগী মওংসি স্টেট প্লানিংগী মথাদা চৎখৈ। সমাজগী পোথোক পুথোক-পগী থ্বাইদগী য়াংবা পনথুংদি মীয়ামগী হেন্না হেন্না দরকার লৈরক্লীবা, পোৎচৈগী (মেটরিয়েল) অমসুং কলচরেল অমসুং ইন্টেলেকচুয়েলগী দরকার অদু থ্বাইদগী ওইথোকপা মওংদা ফংহনবা হোৎনবনি। মশাগী হুমাংমন্না তাঞ্জবা লন্নাইগী ওইবা লনথুম মশাগী ওইনা থমজবা অদুগা মচা মশুদা পীরম্বা য়াবগী অধিকারদু আইন্না ঙাক্লুনা থম্মী। লন্নাই শেল্লেপ ভুংশিল্লগা মহুনা শেন্দোং তান্নবা মওংদা শিজিন্নবদু য়াহন্দবদনি। মশানা হুমাংসন্ন' তাঞ্জবদু মশাগী পুন্সি লেনবদা ১সুং সুংঙাইনা হিংহুনা পান্নবদা শিজিন্নহনবনি। মথল মথাগী সমাজগী চৎনবী নিয়ম নিতি লৈনরিবা ষ্টেটশিংগী মরক্তা শান্তিদা অমসুং ইংনা তপ্পা হিংমিন্নবগী পোলিসিবু ইউ এস এস আরনা চেৎনা থাজৈ অমসুং মহুবু কম্যুনিষ্ট পার্টি অফ সোভিয়েট ইউনিয়ন অমসুং সোভিয়েট ষ্টেটকী লেংদবা নিতি ওইনা ঙাক্লা চৎলি। ইউ এস এস আরদা যেশা মথলগী লালগী প্রোপেগন্দা, জাতি কাংলুপ মশেল য়েংথিহন্নবগী প্রচার পুম্বা সংবিধান্না থিংই।

United Nations Organisation— শান্তি অমসুং সি-ক্যুরিটি ঙাক্লবা অমসুং ষ্টেটশিংগী মরকতা তেংবাংনবা ১সুং শান্তি ওইনা হিংহুনা পানমিন্নবগী পনথুং অদু ঙাক্লবা শোক ১৯৪৫ দা লিংখৎখিবা অন্তরজাতিকী ওইবা সংস্থান অমনি। মসিগী মপুং ওইবা বোডীশিংদি, জেনরেল এসেম্বলী, মসিদা মেম্বর ষ্টেটশিং পুম্বা য়াওই,

সিক্যুরিটি কাউন্সিল, মসি পার্মেনেন্ট মেম্বর মঙা অমস্থুং নন পার্মে-নেন্ট মেম্বর তরা য়াওই (নন-পার্মেনেন্ট মেম্বরশিং অসি চহি ২ গী ওইনা জেনরেল এসেম্বলীনা খল্লি); ইকোনোমিক এন্দ সোসিয়েল কাউন্সিল, ট্রষ্টীসিপ কাউন্সিল অমস্থুং ইন্টরনেসনেল কোর্ট অফ জষ্টীসনি। ইউ এনগী সেক্রেটরীয়েট অসি সেক্রেটরী জেনরেলনা মকোক ওই। ইউ এনগী মথাদা স্পেসিয়েলাইজ এজেন্সী কয়া অমস্থু লৈরি। মখোয়শিংস্থদি— ইউনাইটেড নেসন্স ইডুকেসনেল, সাইন্টিফিক এন্দ কলচরেল ওর্গেনাইজেসন (UNESCO), ডি ইন্টরনেসনেল এটোমিক ইনর্জী এজেন্সী (IAEA), ইউনাইটেড নেসন্স ইন্টরনেসনেল চিলড্রেন্স ইমর্জেন্সী ফন্দ (UNICEF) নচিংবনি।

Urbanisation— সহরগা থুঙ্গংগা অনিগী মরক্তা খেনবা লৈরিবসি মাংহনখিনবা সহরগী সভ্যতাগী মওংসি শিজিন্নহনা। থুঙ্গং-শিং চাওখৎহন্নবগী মওং। সোসিয়েলিজমগী মথাদা মসিগী মওংসি হেন্না কোয়া ওইথোকহল্লি। সমাজগী চাওখৎ খোংথাংদা অরবান সিভিলাইজেসন অমস্থুং সহরশিংগী থোদাংসি ইতিহাসকী খোংচৎতা হেন্না মরুওইবা হেনগৎহনবনি। থুঙ্গংগী পুন্সিগী মওংদা সহরগী চৎ-নবগী মতো মওং, শাজং লমচৎকী মওং হেন্না, উরকপা, চৎলকপগী মওংনি।



# V

Veto— রিজেক্ট তৌবা ঙম্বগী অধিকার। মসিগী বাহৈ অসি ইউনাইটেড নেসন্স, সিক্যুরিটি কাউন্সিলগী পার্মেনেন্ট মেম্বর মঙা, ব্রিটেন, ফ্রান্স, ইউ এস এস আর, ইউ এস এ, চীনাগী মমুংদা ১না, কাউন্সিল অসিনা করিগুম্বা বারেপ অমা লৌবদা থিংনবদা শিজিন্নব অধিকার অহুবু থংনৈ।

Voluntarism— ফিলোসোফীদা আইদিয়েলিষ্টকী বাখল পরিং অমনি। মসিনা সমাজ অমা চাওখৎহন্নবদা তোঙান্না লন্নাই মীওইনা মরুওইবা শক্তি ওই হায়না লৌই। সমাজগী ১সুং রাজ-নিতিগী পুন্সিদা ভলুন্টরিজম অসিনা ইতিহাসকী প্রোসেসকী ওইবা ওবজেক্টিভ আইনশিং অহু থোশাদবগী মওং উৎলি অমসুং বাখলগী ওইবা (সবজেক্টিভকী) সমাজগী ওইনা তশেংবা লৈরিবা ফিভমগা চানদবা অনিংবা অমসুং অপাম্বহু নমহুনা চৎহন্নবা হোৎনৈ।

Voting Qualification— মীখলদা শরুক য়ানবগীদমক্তা নাগরিক অমগী দরকার লৈবা মচাকশিং। শেঙাও পায়বা দেশশিং অয়াম্বদা, লেজিসলেটিভ বোডীশিং খনবগী মীখলদা ইলেক্টোরেটকী কম্পোজিসন অসি প্রোপরটি কালিফিকেসন্ন অখিংবা য়াম্না পীরম্মী অহুগা হৌজিকসু পীরি। (ভোটর ওইগদৌরিবশিংনা অককনবা ভেল্যুগী লন-থুমগী মপু ওইত্রবদি ভোট পীবগী অধিকারহু লৈহন্দে। অসিদা নত্তনা ইহুকেসন্যেল কালিফিকেসন (অকক্রবা থাকী মহৈ মশিংগী থাক লৈবা), রেসিদেন্সিয়েল কালিফিকেসন (মফম অমদা

অবক্লবা মতমগী লেংদনা য়ুমকৈ লিংত্তুনা লৈবগী দরকার) অত্তুগা লোয়ন-লোয়ননা জ.তিগী, জাংকী. চহি অমসু' অতৈ মরম কয়াশিং লৈরি চাওখংপ। অহোঙবা পাম্বা শক্তিশিংনা, ইলেক্ট্রোরেল সিষ্টেম অসি হেন্না গনতন্ত্রিক ওইবা মওংদা শেমদোক্লবা তৌবা অন্দোলনগী মপান্না হৌজিক্কি দেশ কয়াদ। হান্না চংনরম্বা ভোটিং ক্লিফিকেসন কয়াশিং অত্তু ককথংল্লে।

# W

**Wages** – মুগী নত্রগ মুগী অমনা মানা মানা তৌজরিবা থবক্তুগী অশুমন ওইনা শেলগী মওংদা পীবা। অশুমনগী মওংসি শু-রিবা থবক্তুগী লুপ, লায়বা, হেন্না পাঙ্গল নত্রগা রাখল শিজিন্নবত্তুদা লেপ্পী। শিন্মীত্তুগী কালিফিকেসন, মানা পাংথোকলিবা থবকী চাং, পাংথোক্লিবা থবক্তুগী মগুন, মত্তু তৌবদা চংলিবা মতম অতুগী মথক্তা, খ্বাইদগী মপুংদা থোকহন খুংলায়ত্তুগী মপু ওইবগী মওংত্তুনা লেপ্পী। লন্নাই কেপিটেলষ্ট এন্টরপ্রাইজ অমদা, খুদম ওইনা, অকক্লবা মতম থর থবক শুহল্লবা মত্তুদ শিন্মী অমনা জারেপ্পা শেন-ফমগী অশুমন ফংই, মত্তুনা মশাকী লেৎরগী মমল পুম্বগা শক্লে। তশেংবদি, শিন্মী অসিনা ফংলিব নত্রগ এত্তোন্দা পীরিব অশুমন অসি মানা থবক শুরিবা মতমগী মচেৎ শরুক অমত্তগীনি। মপু অত্তুনা থোকহন খুংলাবশিং অত্তুগী মপু ওইবগী মিংদ, কারবারগী শেন্দেংগী নামাদ। শিন্মী অত্তুনা নোংমগী মন্থুংদ, অহেনবা মতমগী

থবক শুরিবা অতৃদগী, অহেনবা পোথোক পুথোকহন্দুনা, অহেনবা শেন্দোং (সরপ্লস ভেল্যু) ওইনা লৌরি।

সমাজবাদকী মথাদা থোকহন খুৎলায় পুম্বা ষ্টেটনা পায়শিন্দুনা পব্লিক ওনরসিপকী মওং লৈবনা অশুমন অসি থবকী মগুন অমম্পুং চাংগী মতু'ঙইন্না পী। কেপিটেলিষ্ট সমাজগী মথাদা, থোকহন খুৎ-লায়শিং পুম্বা লল্লাই মীওইনা পায়শিন্নুনা "সরপ্লস ভেল্যু" শেল্লগা, শিন্মীশিংবু অশুমন ধাংনা পীরগা, মশাগী মরম্নাই শেন্দোং হেন্না হেন্না তঙ্গরগী মওংদু সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা পুম্নমক মাংহনপ্রে। মীনা মীবু শুমন্তুনা চাবগী মতৌ মওং পুম্বগী মতম চুম্লগী ওইনা মাং-হনপ্রে।

War – রাজ্যশিংগী মরকতা নত্রগা সমাজগী কাংলুপশিংগী মরক্তা (সিভিল ৱার) খুৎলায় পায়দুনা থেংনবা। লাল অসিসু অচুম্বা (মরম চাবা) অমম্পুং চুমদবা (মরম চুমদবা) লাল লৈ। লান্দা-রকপ থিংননবা অদুগা শুমন্তুনা চাবদগী মনিং তম্লবা তৌবা লাল-শিং অচুম্বা গওংগী লাললি। অসিগুম্বা অচুম্বা মথলগী লালগী খুদমদি অনিশুবা লাল্লাও (১৯৩৯-৪৫) গী মতমদা মীয়াম্না ফেসি-জমগী লান্দারকপগী মায়োকতা থেংনখিবদু অদুগা ভিয়েটনামগী মী-য়াম্না ইউ এসকী লান্দারকপগী মায়োকতা তৌখিবা লালদু অচুম্বা মরম চাবা লাললি। চুমদবা অরানবা মওংগী লালদি মীয়াম্বু নম-থদুনা, শুমন্তুনা চাবগী মওং শাংথহন্নবা, অতোপ্পা দেশকী মীয়ামবু মীনাই ওইনা নমথদুনা থম্লগা শুমন্তুনা চাবশিংনা মশা ইনাক খুম্নবা তৌবগী লাললি।

Warsaw Treaty—মরুপ-মপাং ওইব', হেংবাংনবা অমসুং অমগা অমগা মুংশিননা মতেং পীনবগীদমকতা ময়াই থংবা অমসুং মথা থংবদা লৈবা ইউরোপকী দেশ কয়ানা শোক ১৯৫৫ দা তৌনখিবা সন্ধীনি। ৱার্শো ত্রিটিদা য়াওরিবা শক্তি নত্রগা নত্রগা দেশশিংদি—বুলগেরিয়া, জেকোস্লোভেকিয়া, জর্মন ডিমোক্রেটিক রিপব্লিক, হঙ্গেরী, পোলেণ্ড, রুমানিয়া অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ননি। আলবেনিয়াস্লু মসিদা য়াওরম্বদগী শোক ১৯৬৮ দা তোকখ্রে। সন্ধী অসিদা সহি তৌরিবা দেশশিংনা অপুনবা আর্মদ ফোর্সেসকী কমান্দ লৈ। ওর্গেনাইজেসন অসিগী থ্বাইদগী মকোক থোংবা ওর্গানদি পোলিটীকেল কন্সলটেটিভ কমিটিনি। ৱার্শো ত্রিটি ওর্গেনাইজেসন অসি শোক ১৯৪৯ দা এগ্রেসিভ নাটো (NATO) ব্লোক শেমখিবগী মতুং তাবা ওইনা লিংখৎখিবনি। ৱার্শো ত্রিটি ওর্গেনাইজেসন্না মাগী মেম্বরশিংগী সিক্যুরিটিগী অতুগা লোয়ননা ইউরোপ অমসুং পৃথিবীদা শান্তি থম্নবগীদমক্তা ওইহল্লি। ৱার্শো ত্রিটি ষ্টেটশিংনা থুংলায় লমজেন তান্নবা তোক্নবা, নিউক্লিয়ার থুজু-থুলায়শিং হস্থহন্নবা অমসুং মাংহনথিনবা, থুংলায় পুন্না থাদোক্নবা অমসুং মীয়াম পাক্নক হাংপা অনৌবা মওংগী থুজু-থুংলায়শিং শাবা পুন্না থিংননবা অমসুং কোক্নবা হায়রি। নাটোগী ওর্গেনাইজেসন্না হেক তোকপগা মখোয়গী ওর্গেনাইজেসন অসিসু তোকনি হায়না হায়রি। নাটোনা লৈহুন', মাগী মিলিটরী শক্তিনা অসুম শাগৎলকপা লোয়ননা ৱার্শো ত্রিটি ষ্টেটশিংনা মাগী মীয়ামগী সিক্যুরিটিগীদমক্তা লৌথংপা

য়াবা থৌয়াং তৌখংসি। য়ার্শো ত্রিটিগী মেম্বরশিং অমদা কন্ধিখ্রবা লান্দাবন্ধবদি, অতৈ মেম্বরশিংনা মন্থু ভাকথোক্ববা মিলিটরী মতোং পীগনি। নাটো দেশশিংনা মখোয়গী ওর্গেনাইজেসন অসি পাকথোকহল্লোই হায়না হুব্বান তৌরবদি য়ার্শো ত্রিটি দেশশিংমু মখোয়গী সংস্থানসি পাকথোক চাওথোকহল্লোই হায়রি।

Way of Life— সমাজগী অর্থনিতিগী সিষ্টেম, সমাজগী মুখ্যান কৈবানগী থাক, ধর্ম্মগী, দর্শনিকী অমসুং রাজনিতিকী থাক, ইমুং মন্থুংগী ওইবা লৈনবা মরী অমসুং সমাজগী ওইনা লৈনরিবা অতৈ মরীশিংগী মতৌ মওং অমসুং তোপ তোপ্প মতৌনশিং : মীয়ামা অসিগুম্বা চংনবী সমাজ অমগী মথাদা গু নোমজুনা অমসুং হিংজুনা লৈবগী থাক অহুবুনি। (Socialist way of life তা য়েংউ)।

Welfare State—বুর্জুয়া অমসুং সোসিয়েল ডিমোক্রেটিক থিওরিটিসিয়ান থরনা শোক ১৯৩০ দগী শন্দোক্লুনা লাকপা লায়না অমনি। মসিনা সমাজ অসি ওংহাক্নবগী মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট প্রোগ্রাম অতুগী ওন্ন তৈননা চংলি। মসিগী থিওরিসি শোগংপা মীওইশিংগী মরক্তা, হৌজিকী মতমগী ষ্টেট মোনোপোলী কেপিটেলিজম অসিনা শিল্পীশিংগী হিংজুনা লৈবগী ফিভম ফগংহল্লি, শেঞ্জাও পায়বা অমসুং শিল্পীশিংগগী মরক্তা লৈরিবা ইনকমগী থেনবসি তেমথোকই অমসুং মখোয়গী মরকতা থেনবা লৈরিবসি মাংহল্লি। মসিগী য়াথল অমসুং থিওরী অসি, তশেংবা হৌজিক লৈরিবা শেঞ্জাও পায়বা সমাজগী মথাদা মতম চুপ্পগী ওইনা লেংদন লৈরব। বেকারগী সমস্যা,

অর্থনিতিকী ক্রাইসিস হেল্লা হেল্লা মচিন তুম্মা চংশিল্লকলিবা কাং-লুপকী লড়াই অসিনা চুমদবা অরানবনি হায়বসি মহেক শেংনা উৎলি।

White Collar Workers – মসিগী রাইহ্ অসি শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংদা, পোৎথোক পুথোকপগী থবকতা রাথলগী থবক (মেন্টেল লেবর) শিজিন্নবা শিন্নাশিংগী কাংলুপপু খংনবদা শিজিন্নৈ। মথোয়শিং অসি "ব্লু-কোলার রার্কর" শিং হায়নদি মখাগী পান্নল শিজিন্নহুনা অশুমন তাল্লিবা শিন্নাশিংদগী থেংনৈ। রার্কর মথক অনিমক অসিনা পুম্না, মথোয়গী লেবরগী মপান্না শেঙ্গাও পায়বশিং থোকহন খংলায় পারিবশিংগী শেন্দোং তালহন্নবগী থুদোংচু শেম্মী অদুগা মসিগী রাইহসি, চাওখৎলক্লিবা দেশশিংদা, চাওখৎলবা শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংনা য়োল্লিবা মতমগী ওইবা অনৌবা খুজু খংলায়শিং শিজিন্নবা অমসুং মচু মেন্টেইন তৌনবগীদমক্তা পারিবা আর্মীগী স্পেসিয়েলিষ্টশিং অচুবুম্ম থংনৈ।

Workers' Control – শিন্না কাংলুপশিংবু পোৎথোক পুথোকপগী অমসুং অর্থনিতিগী শিল্লাংবদা লক্কক য়াহন্দুনা, মেনেজরিয়েল এক্সপেরিয়েন্স লৈহন্দুনা, মথোয় মশাগী স্বার্থদা পোৎথোক পুথোকপগী থবক তৌহনবগী মওংনি। শু-নোমজিলবগী থবক থোওংগী মওংদা শিন্নাশিংনা মপুং ফানা কন্ট্রোল তৌদুনা, অশুমন পোৎথোককী সপ্লাই, পোৎথোক পুথোকপা অমসুং পোৎথোক্কু য়েনথোকপগী হিরম খুদিংদা কন্ট্রোল তৌবগী মওংনি। কেপিটেলিজমদগী

সোসিয়েলিজমদা হোংলকপগী তাকুক্লা বাক্‌'রস কুয়োলগী সোভিয়েট র শিয়াগী এক্সপেরিয়েন্স অসি অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈপাকশিংনা মপুং ফানা শিজিন্নৈ অমসুং চাওখৎলক্লিবা দেশশিংনা, মথোয়গী সম্রাজ্যবাদী বীরোধী ওইবা সমাজগী অহোংবা মওং পুরক্লবদা মসিগী জ্ঞানসিংপ ক চাওনা শিজিন্নৈ।

Working Class— হৌজিক্কী যুগকী মরুওইবা পোথোক পুথোকপগী শক্তি ওইরিবা কাংলুপনি। অদুগা কেপিটেলিজমদগী সোসিযেলিজমদা অমসুং কম্যুনিজমগী থাক্তা সমাজগী অহোংবা পুরক্লবগী থাইদগী মরুওইব শক্তিনি। সোসিয়েলিজমগী সমাজগী মথাদা লৈবা রার্কিং ক্লাস কাংলুপকী থাক অসি কেপিটেলিজমগী মথাদা লৈবা থাক্তা শাথিনা থেংনৈ। কেপিটেলিজমগী মথাদা শিন্মী-শিং অসি রেজ লেবরর ওইনা থোকহন খুৎলায়শিং পুম্বা অতোপ্পনা পায়রগ লৈ ১মসুং শাথিনা শুমহৎনা চাবী। সোসিয়েলিজমগী মথাদা থোকহন খুৎলাযশিং পুম্বা শিন্মীশিংনা মপু ওই অমসুং মথোয়গী কান্নবা মওংদা পোথোক পুথোকপগী থবক চংথৈ—লম্নাই মীওই-শিংনা শেন্দোং তান্দুনা শুমহৎনা বগী মওং পুম্বা মাংহনখ্রে। ইতি-হাসকী থোংচংকী মতুংইন্না রার্কিং ক্লাসশিং অসিনা সমাজগী চাও-খৎপা অহোংবা পুরক্লবদা মরুওইবা থৌদাং লৌই। সোসিয়েলিজম সমাজ পুরক্লবদা কাংলুপ অসিনা লমজিংবা শক্তি ওই। (Classes, Social অমসুং Productive Forces তা য়েংউ)।

World Outlook— প্রকৃতি, সমাজ অমসুং পৃথিবীগী মর্থকতা য়েংবা মীৎয়েংগী মওং; নাকপাক তানা লৈনরবা তোঙান

তোঙানবা পৃথিবীগী ওইবা মিংয়েং "অনিসিগী মরকতা, অকনবা লড়াই চংখনরি। কম্যুনিষ্ট অমসুং বুর্জুয়াগী মিংয়েং অমসুং রা-খলগী মরকতা। কম্যুনিষ্টকী পৃথিবীগী ওইবা মিংয়েংগী মথাদা শু-নোম্লিবা মীয়ামবু অওং-অনৈ, শুমহুনা চাবগী সংসার অসিবু ওহোক্লবগী রাখল অমসুং লমজিং পী।

World Revolutionary Proce ss— ঐখোয়গী হৌজিকা মতমদ চংথরিবা বীপ্লবীক অন্দোলনশিংগী অপুনবা শক্তম: সোসিয়েলিষ্ট বীপ্লবশিং, জাতিগী মুক্তিগী অন্দোলনশিং, এন্টি ইম্পরিয়েলিষ্ট, এন্টি ফ্যুডেল অমসুং গনতন্ত্রিক অন্দোলনশিং, ফেসিষ্ট ১মসুং অতৈ মীহাং মীপুনগী সাসনগী মায়োক্তা গনতন্ত্রগীদমকতা চংশিল্লিবা অন্দোলন অমসুং লড়াইশিং পুশ্বসিনা পৃথিবীগী ওইবা অপুনবা বীপ্লবীকী ওইবা অন্দোলনগী শক্তম অহূ পীরি। ঐখোয়গী হৌজিকী যুগকী থোইদোকপা মওংদি মীয়ামগী ওইবা পাক চাওরবা ইহৌশিং অসি অমত্তা ওইনা পৃথিবীগী ওইবা রারল্ড রিভোল্যুসনারী প্রোসেস অমদা পুনশিনবহুনি। মসিগী মরুওইবা মচাকশিংদি চাওখৎলবা শেঙ্গাও পায়বা দেশশিংদা শিন্মী কাংলুপকী অন্দোলনশিং অহুগা চাওখৎত্রিবা দেশশিংদা চংথরিবা জাতি মুক্তি অন্দোলনশিংসিনি। রারল্ড রিভোল্যুসনারী প্রোসেস অসিগী খাইদগী মরু ওইবা লমজিংবগী থোদাং লৌরিবা শক্তিদি রারল্ড সোসিয়েলিষ্ট সিস্টেম অসিনি।

World Socialist System— সোসিয়েলিজম অমসুং কম্যুনিজম শাগৎলিবা, সমাজিক, অর্থনিতিক অমসুং রাজনিতিকী

ওইবা দেশশিংগী ওইবা অপুনবা কাংলুপ নত্রগা কম্যুনিটি। মীওইবগী সমাজনা কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমলোমদা হোংবগী অচৌবা তাঙ্কক অমু শোক ১৯১৭ তা রাশিয়াদা পাংথোকখিবা ওক্টোবর সোসিয়েলিষ্ট রীপ্লবনা ওইহনখ্রে। শোক ১৯২১ দা, সোভিয়েট রাশিয়াগী মরুপ মপাং ওইবগী তেংবাংনা, মঙ্গোলিয়ানা সমাজবাদকী লম্বীরোমদা চংশিন্নবগী লোং হাংখি। শোক ১৯৪৪-৪৯ গী মতমগী মনুংসিদা পিপলস ডিমোক্রেটিক অমসুং সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসন কয়ামরুম ইউরোপ অমসুং এশিয়াগী দেশ কয়ামরুমদা পাংথোকখ্রে অমসুং আলবেনিয়া, বুলগরিয়া, চাইনা, চেকোস্লোভেকিয়া, জর্মন ডিমোক্রেটিক রিপব্লিক, হঙ্গেরী, কোরিয়ান পিপলস ডিমোক্রেটিক রিপব্লিক, নোর্থ ভিয়েটনাম, পোলেন্দ, রুমানিয়া অমসুং য়ুগোস্লেভিয়ানচিংবনা সমাজবাদকী লম্বী লৌখি। শোক য়াইষ্খ্রেগী লোয়শিন্নকপদা ক্যুবাদা সোসিয়েলিষ্ট রীপ্লব অমা মাইপাক্লনা পাংথোকখ্রে। শোক ১৯৭৬ কী ময়াই চল্লকপদা ভিয়েটনাম অনি মায় পাক্লা অমুক হন্না পুনশিনখ্রে অমসুং সোসিয়েলিষ্ট স্টেট অমা ওইনা লাওথোকখ্রে। পিপলস ডিমোক্রেটিক রিপব্লিক অমা ওইনা লাওসসু লাওথোকখ্রে। শোক ১৯৭৮ দা ৱারল্ড সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেমগী দেশশিংনা পৃথিবীগী লম পুম্বগী এরিয়াগী চাদা ২৬ অতুগা মীশিংগী শরুক অহুম থোকপগী শরুক অমা ওইখ্রে অমসুং পৃথিবীগী অপুম্বা কল-কারখানাগী পোথাক্কী চাদা ৪০ ফাওবা পুথোক্লে।

# Y

Yalta Conference— শোক ১৯৪৫ গী ফেব্রুৱারী ৪ দগী ১১ ফাওবদ, কৃষ্ণ সাগরগী মপান্দ লৈবা ক্রিমিয়াগী হেলথ রিসোর্ট (পোখ্বাকম য়ল্টা। ইউ এস এ গী প্রেসিদেন্ট ফ্রাঙ্কলিন ডি রুজভেল্ট ইউ কেগী প্রাইম মিনিষ্টর, বিন্সটন চর্চিল অমসুং ইউ এস এস আরগী মার্শেল ষ্টালিন, অহুমগী মরকত পুন্না ফম্মিন্নদুনা তৌথিবা মিটিংনি। ফেসিষ্ট জর্মনীবু অরোয়বা মাইথিবা পীনবগী থৌরাং খল্লখ অমসুং য়ানখি; জর্মনীনা সর্ত যাওদনা সরেন্দর তৌগদবনি অমসুং শাক্তি অহুম অসিনা তোঙান তোঙান্না জর্মনী অসি অহুমথোক্না ওকুপাই (লৌশিনবা) তৌগনি; অদুগা ওকুপেসন ফোর্সকী কমান্দরশিং য়াওনা শেম্বা কন্ত্রোল কমিশন অমনা মফম অহুমসিগী মরি লৈনবগী থবক চংথগনি অদুগা হেড কোর্টরনা বার্লিন্দা ওইগনি। ফ্রান্সপুম্নু জোন অমা লৌননবা বার্ত্তন তৌদুনা কমিশন অসিগী মঙ্গশুব মেম্বর অম ওইনা য়াওহনগনি।

কনফরেন্স অসিদা শক্তি অহুম অসিন জর্মনীনা পৃথিবীগী শান্তি অসি অমুক হন্না থুগায়বা ঙমহন্দনবা থম্মখি অমসুং জর্মনীগী আর্মদ ফোর্সশিং পুম্নমক মুথৎনবা অমসুং জর্মনীগী মিলিটরীগী থুজু থুংলায়শিং পুম্বা মাংহনখিনবা ব্লারেপ লৌখি। ৱার ক্রিমিন্যলশিং পুম্বা অথুবা বিচার তৌদুনা অচুম অৱানগী মতুংইন্না দন্দী তৌনবা; লানগী থুজু-থুংলায়শিং শাবা ইন্দষ্ট্রিশিং পুম্বা লৈহন্দনবা অমসুং কন্ত্রোল তৌননবা; জর্মনীনা লালদা মাং তাকহনখিবা

পুম্বগী ক্ষতিপুরন পীহন্নবা অমস্থং জর্মনীগী প্রজাশিংবু নাক্সীগী মি-লিটরী ইনফ্লুয়েন্সতগী নাম্থোকহন্নবা অসিনচিংবা ব্বারেপ কয়া তানখি। ইউ এস এনা মাগী হান্না পুখংলম্বা, জর্মনীবু করিগুম্বা ইন্দষ্ট্রি অমত্তা থমহন্দনা লৌউ শিংউ অমস্থং শা-যন লোয়বা দেশ অমদা ওম্থোকহন্নবগী, মোর্গেনথাউ প্লান (Morgenthau Plan) অদু উইত্রে তৌখি।

পৃথিবীগী শান্তি অমস্থং সিক্যুরিটি ভাক্কনবা অন্তরজাতিকী সংস্থান অমা লিংখৎনবা ব্বারেপ অমস্থু মিটিং আসনা লৌখি। মাস ডুম্বার্টন ওক্স (Dumberton Oaks) কনফরেন্সনা ইহান হানবা ওইনা ইউনাইটেড নেসন্স ওর্গেনাইজেসন লিংখৎনবগী য়ুক্ষম ওইখি। ইউনাইটেড নেসন্স ওর্গেনাইজেসনগী হৌরকপগী কনফরেন্স অদু সান ফ্রন্সিসকোদা শোক ১৯৪৫ গী এপ্রিলদা ফম্নবা অমস্থং ইউ-নাইটেড নেসন্সকী চার্টর অদু শেম শানবা, ভোটিং প্রোসিদ্যুরনচিংবা থন্নবা লেপ্পখি অদুবু থোইদোকপা এগ্রিমেণ্টকী মওং চৎথখিদে। ষ্টেসমেন অহুম অসিনা প্রেসিডেণ্ট রুজভেল্টনা সজেষ্ট তৌরকপা ১) সিক্যুরিটি কাউন্সিলগী মেম্বর খুদিংমক্কা ভোট অমমম লৈনগনি; ২) প্রোসিদ্যুরেল মেটরদা, মেম্বর তরেংকী য়াথা ভোটনা ব্বারেপ লৌগনি; ৩) সিক্যুরিটি কাউন্সিলগী ব্বারেপ খুদিংমক মেম্বর ৭ কী অয়াবা ভোটনা লৌগনি, পার্মেনেণ্ট মেম্বরশিংগী ভোট য়াওনা (মসি শোক ১৯৬৫ দা ভোট মাপন্দা হেনগৎহনব্রে) অদুগা মসিদা থৎনবদা য়াওরিবা পার্টি অদুগী ভোটতি এক্সটেন তৌবা তাই।

অমুম্না ইউ এনগী সিক্যুরিটি কাউন্সিলদা "ভেটো" (VETO) গী প্রাকমসি নত্রগা যালটা ফোরমুলা অসি লাকখিবনি। ইউ এস এস আরনা ইউ এনদা সিট অহুম লৌনবা — রাশিয়ান সোভিয়েট ফেডরেল সোসিয়েলিষ্ট রিপব্লিক, ইউক্রেনিয়ান সোভিয়েট সোসিয়েলিষ্ট রিপব্লিক অমস্থং বাইলোরাশিয়ান সোভিয়েট সোসিয়েলিষ্ট রিপব্লিক অহুমসি— অহুপ মাগী হাম্নগী তুম্বার্টোন ওক্সতা তৌখিবা ইউ এস এস আরগী কন্সটিট্যুয়েন্ট রিপব্লিক (মতমহুদা ১৬) পুম্বগী সিট অমমম পীনবগী প্রস্তাব অহু হন্দোকখি।

— ● —

# Z

Zionism, (named after Zion, a holy hill in Jerusalem — শতাব্দী ১৯ শুরকপগী লে ইরকপা জিউ পুম্নমক মাগী কাংলুপ থাক্রচিংবা পুম্বা কাওথোক্তুনা অমতা ওইনা পুনগদবনি হায়বগী খোল্লাওদা জিউ বুর্জুজ্বাশিংনা লমজিংতুনা চথরকপা রিয়েক্সনারী নেসন্যেলিষ্ট মুভমেন্ট অমনি। মসিগী মক্তওইবা পনথুংদি জিউশিংগী ঔটোনোমস কম্যুনিটি অমা পেলেষ্টাইন্দা লিংথংপনি। জিওনিজমগী হাম্নগী পনথুং অহু ফংগ্রবস্থু হায়বদি ইজরেল হায়তুনা জিউশিংগী ষ্টেট অমা শেমগ্রবস্থু জিওনিজমগী রাখল অসি অহুম কন্না চংথখি অমস্থং শন্দোক্লি।

জিওনিজম অসি সম্রাজ্যবাদী মোনোপোলীশিংগা য়াম্না নকুবা মরী লৈনৈ অমস্থং লৌতুনতুনা থবক চংথৈ। ৱাকিং ক্লাস মুভমেন্ট

অমসুং কম্যুনিজমগী মায়োকত্তা লাখিনা কল্লক-য়েংথিনা য়েংই। জিওনিজম অসিনা ইজরেল ষ্টেটকী ওফিসিয়েল আইডিওলোজী-নি। মসি নাজিজমগুম, নেসনেল অমসুং সোসিয়েল চৌভিনিজম, রেসিজম, এন্টি কম্যুনিজম অমসুং গনতন্ত্রবু নমথবা ডিক্টেটরগী সা-সনগী মওংদা চৎথৈ। মিডল ইষ্ট অমসুং নোংচুপ এশিয়াদা ইজ-রেলনা মাগী জিওনিস্ট রাখলগী মথাদা চৎথরকপা থবকশিংনা অচৌবা সমস্যা ওইহল্লে।



# APPENDIX - অহেনবা শরুক

## Philosophical Terms

## ফিলোসোফিগী টাম শিং

**Prolitariat**— শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী মথাদা লৈরিবা শিল্পী কাংলুপপু খংনবা ৱাহৈনি। মথুত্তা থোকহন খুৎলায়শিং লৈতবা, হিংননবগীদমক্তা মশাগী পাঙ্গল য়োল্লিবা হৌজিক্কী যুগকী রেজ লেবরশিংনি। খ্বাইদগী বীপ্লবীক ওইবা, মথোয়গী মথুৎতা পাক চাওবা ইন্দষ্ট্রিগী পোংথোক পুম্বা পুথোকপগী শক্তি লৈরিবা অমস্থুং মথোয়গী লমজিং মখাদা বুর্জজুৱাগী সাসন অসি মরু ফুকঃ তোক্লুনা কাংলুপ লৈত্রবা কম্যুনিস্ট সমাজ অমা লিংখৎপা ঙম্বা কাংলুপনি।

**Bourgeosie**— শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী সাসক কাংবু ওইরিবশিংবু খংনবা ৱাহৈনি। মসিনা হৌজিক্কী যুগকী শেঙ্গাও পায়খশিংবু খংনৈ। মথোয়না থোকহন-খুৎলায়শিং পুম্বগী মপুনি অমস্থুং প্রোলিটরিয়েটশিংবু (রেজ লেবররশিংবু) শুমত্নুনা চায়।

**Party of the Working Class**— শু নোম্লিবা মীয়াম পুম্ববু লমজিংত্নুনা পৃথিবীগী ইতিহাসিক ওইনা থৌদাং অতু পাংথোকপা ঙম্বা, শিল্পী কাংলুপকী স্বার্থ ঙাকপা অমস্থুং মথোয়বু লমজিংবগী থৌদাং লৌরিবা জ্ঞান তারবা ১স্থুং নিংথিনা ওর্গেনাইজ তৌরবা, খ্বাইদগী ৱাংবা থাকী শিল্পীশিংগী সংস্থাননি।

Scientific Ideology — ৱর্কিং ক্লাস অমস্থুং মখিগী ওইবা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিগী অহাংবা ৱাখল (আইডিওলোজী) নি। মখোয়গী কাংলুপকী স্বার্থ অহু খিতরা ওইনা মথেক শেংনা পীরিবা মার্ক্সিজম লেনিনিজম অসি, পৃথিবীগী ওইবা বিজ্ঞানিক ওইবা ৱাখল অমা ওইরবনি (মসিদা সমাজ অমস্থুং ইতিহাস যাওরবনি), পৃথিবী অসিদা হৌজিক লৈনরিবা মশী মখাং লুবা, মীওইবা সমাজনা চাওখৎলকপা অমস্থুং মীওইবগী হুংগী পুজিগী মরমদা, মী ওইনা হিংবগী মখোয়না প্রকৃতি অমস্থুং সমাজদা লৈনরিবা মশী অহুগা মখোয়না প্রকৃতি অসিবু থংবা ওহগী শক্তি অমস্থুং পৃথিবী অসিবু হোমদুনা পুবা ওহগী শক্তি পুবহু মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী বিজ্ঞানিক ৱাখল্লসিংনা মথেক শেংনা পীরি।

মসি চুম্না ৱাজাও চোংবগী মওং হন্দে, থবক ওইনা চংশিনবগী অমস্থু' মহু যান্না বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা থবক্তা পান্দুনা সমাজ অসি হোংদোক্লবগী আইন শংমা লৈরবনি।

মসিগী মরুওইবা মচাকশিং দি:

— ডাইয়েলেক্টিকেল অমস্থুং হিষ্টোরিকেল মেটিরিয়েলিজম;

— মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট পোলিটিকেল ইকোনোমী;

— বিজ্ঞানিক (সাইন্টিফিক) কম্যুনিজমনি।

Philosophy — ফিলোসোফি হায়বসি চুপ্পগী ৱাখল পখং লৈরিবশিংশিংগী পুল্লপ পুনশিনবা মওং, প্রকৃতিগী মথক্তা ঐখোয়না হেংলিবা মিৎয়েং অমস্থুং লৌরিবা ৱাখল, সমাজগী অমস্থুং মীওইবনা

মসিদা লৌরিবা মকম অম্থু নৈনবহুদা নত্তে। ফিলোসোফিকেল আইডিওলোজি হায়বসি মপুংদা থিওরিটীকেলনি। মসিদা য়াওরিবা মচাকসিগী মতুংইন্না, ফিলোসোফিকেল আইডিওলোজী অসি বি-জ্ঞানিক ওইবা য়াই নত্রগা ওইদবা য়াই অতুগা বিজ্ঞান্দা য়াম্না কল্লক-য়েংথিনা লৌবগী মওং ওইবা য়াই।

বিজ্ঞান্দা য়ুম্ফম ওইতুনা মসিগী রাথল অমু শাগংলবদি অদুগা মদু বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা থবক ওইনা পাংথোক্লবদি মসি বিজ্ঞা-নিক ফিলোসোফিনি। সোসিয়েল কন্সিয়সনেসকী মওং ওইনা, ফিলোসোফি অসি মতম থুদিংমক্তা কাংলুপকী স্বার্থ ফোংদোকপা মওংনি হায়বদি ফিলোসোফি পুম্বা পার্টিসান (কাংলুপকী ওইনা য়েংব) ওই। মসিগী ভাবসিগী মতুংইন্না, ডাইয়েক্টিকেল অমস্তুং অমস্তুং হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজম অসি রার্কিং ক্লাসকী জ্ঞান তারবা মওংগী ফিলোসোফিনি।

Politics— রাজনিতি হায়বসি সমাজগী ওইবা থৌওং ১নি, মসিনা তঙাইফদনা কাংলুপশিং অমস্তুং ষ্টেটকা অমত্তা ওইনা পুন-শিনহনি। অদুগা মথোয়না শিথরকপগা লোয়নননা অতুম মশানা মাংজথি। মসি সমাজদা লৈনরিবা কাংলুপশিংগী মরী অমস্তুং মরু ওইনা সাসক দলগী কাংলুপকা পোংথোক পুথোকপগী মতাংদা লৈনরিবা মওংতুদা য়ুম্ফম ওই। কাংলুপ অমনা মশাগী স্বার্থ ঙাক্ত-নবা ইন্নিবা পোলিসি অমস্তুং থবক থৌওং অতুমক্না কাংলুপতুগী অশেংবা মচু অমস্তুং মাগী রাজনিতিগী মচাক্তু ময়েক শেংনা ফোং-দোকই। রাজনিতি হায়বসি কাংলুপশিংগী, দলশিংগী, রাজ্যগী,





সংস্থানশিং অসিনচিংবগী মথোয় মথৌগী স্বার্থ অহু ঙাক্নবা চথবা ওর্গেনাইজ এক্তিভিটিশিং অহুনি।

মসি কাংলুপ নাইবা সমাজ অমগী মথাদা থোকপা সমাজগী ওইবা মতৌ মওং অমনি, মসিগী তংশংবা থ্বাইদগী মপুং ওইবা রাথল ষ্টেটকী শক্তিগীদমক্তা চংথবা কাংলুপশিংগী মশাগী স্বার্থ ঙাক্নবা সমাজগী অমস্নুং ষ্টেটকী মথক্তা চংথবা ওর্গেনাইজ ট্রুগলনি।

Philosophical Materialism— রাথলগী ওইবা অমস্নুং পোৎশক্কী ওইবা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরিগী মরমদা লৈনবা ফিলোসোফিগী পরিং নত্রগা লম্বীতুবু খংলৈ। রাথল নত্রগা কন্সি-য়সনেসতগী পোৎশক্না (মেটরনা) হাল্লি হায়না মসিনা লৌই। লেং-দবা অচুম্বা মওংগী মেটরিয়েলিজমদি ডাইয়েলেক্টিকেল মেটরিয়ে-লিজম অমস্নুং হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজম অসিনি।

Philosophical Idealism— পোৎশক (Matter) দগী রাথল (Consciousness) না অহানবনি হায়না লৌবা হায়বদি রাথল, লৌশিং, ঈশ্বর, ফিল্লিংস, ইমাজিনেসন (ভাবনা শাবা রাথল) থিওরি আইদিয়ানচিংবনা হান্না লৈরম্লবনি মেটর নত্রগা পোৎশক্কী ওইবা তাইবংনা কোন্না থোরকপনি হায়না থাজবা ফিলোসোফীগী রাথল পরিংনি।

Ideology— রাজনিতিক, দর্শনিক, অর্থনিতিক, ধর্ম্মনি-তিক, আইনগী অমস্নুং লমচং শাজংকী হিরম পুম্বগা মরি লৈনবা সমাজগী ওইবা রাথলগী নিয়মনি। মসিদি সমাজ অমগী মথাদা




লৈরিবা [illegible] নরিবা মরী অহুগা অকরুবা কাং-লুপ অমগী শাথি [illegible] ওংহুনা ফোংদোকই। মসিনা কাংলুপ অমগী চপ চাবা রাথলহু ফোংদোকই অমস্তুং মসি কাংলুপকী ওইবা শাথ ঙাকপা রাথলনি।

Matter— মীওইবনা থিজিল-হুমজিল্লগা খংবা ঙম্বা অহুবু, মগী রাথল অমস্তুং জ্ঞানগী রংমদা মনিং তৌনা লৈরিবা পোংশক-শিং খংননবদা শিজিন্নবা ফিলোসোফিগী রাহৈনি। মেটরগী ফিলো-সোফিগী ওইবা রাথল অসিদি মেটর অমস্তুং কন্সিয়সনেস অনিগী মরক্তা ভাব তামনা লৈনরবা মরীহুনা লেপ্পী। কন্সিয়সনেসতগী মেটরনা হাল্লি, মীওইবগী রাথলনা চাওথংলকপগী অকরুবা তাঙ্কক অমদা কন্সিয়সনেস অসি লাকপনি। (See V. I. Lenin, Materialism and Emperio-Criticism, Collected Works, Vol. 14 P 124-260].

Materialist Dialectics— মসি মোসন অমস্তুং ইভো-ল্যুসন ওইনা প্রকৃতি, সমাজ অমস্তুং রাথলদা লংতা ওইনা মরী লৈনবা অমস্তুং অপুনবগী ওইবহু লৈনবা ফিলোসোফিকেল থিওরী-নি। মসি তশেংনা মিংনা উরিবা [ওবজেক্তিভ রিয়েলিটি] পোংশক-শিংগী ইভোল্যুসনগী জেনরেল লোশিংগী বিজ্ঞ ম্নি।

THE END